# কংলৈ হরাওরোল

খোমজিঞ্জবা অমদি ফোংদোকচবা
রাজকুমার নবিন্দ্রা সিংহ গুরুহন,
হেদ, লাই হরাওবা দিপার্টমেন্ট
জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমি, ইম্ফাল।



**KANGLEI HARAOROL**

*(Compiled & Published by Rajkumar Nabindra Singh*
*Guruhan & Head of Dept Lai Haraoba, JNMDA, Imphal)*



**কংলৈ হরাওরোল**

(খোমজিঞ্জবা অমদি ফোঙদোকচবা রাজকুমার নবিন্দ্রা সিংহ
গুরুহন, হেদ, লাই হরাওবা দিপার্টমেন্ট
জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমি, ইম্ফাল)

অহানবা ফোঙবা ঃ ইং ২০০৯

কোপী মশিং ঃ ১০০০ (লীশিং অমা)

মমল ঃ লুপা ২৫০/- (লুপা চনি য়াঙ্খৈ)

কোভর কন্সেপ্ট ঃ ডাঃ লাইশ্রম ইমোবা সিংহ

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

# কচ্চবা

হোইরৌ ইপানা হোইদোকপীদুনা,
পলেম ইমানা য়াবিদুনা,
নব্বা তাইবং ফাওজরকপা,
পলেম-পস্থৌ শক্রুবা,
ওঝা গুরু খিবিক্কা,
হৈনা খোঙথাং তম্বীদুনা,
পঙনা পানবা তাইবংসিদা,
চেন্না চোংনা শান্নজবদা,
গুরু খিবিক্কী মফমদগী,
চীংঙু নতিক অরূবা,
খোইয়ুম নঙাল অরাববু,
তিংথৌ মতোন্দা পক্লকপা,
লাইজ লিক্কা খরদং,
'কংলৈ হরাওরোল' মিংথোন্না,
খোমজিন তাশিঞ্জদুনা পুথোকচবা,
উমংলাই চহুম হুম্ফুমরিগী,
চীংঙু নখোঙখাদা কচ্চরি,
অয়োন অরাল য়াওরবসু,
পঙলবা নরানি খনবিদুনা,
চীংঙু মাঙওইননা থম্বীরম্মু
খোইয়ুম তুংওইননা ঙাকপিয়ু হায়না
ইঙক্কা চরৈ য়েৎনা,
ইয়াদা নাপী চিক্কা,
মালেমদা খুরু-খুদক কুন্দুনা
খুবাক চাংজৌ লৈতানা
ইদু কাইদ লিশিংনা
মালেম লৈপক্কা পুনেমজদুনা কচ্চরিয়ে।




Director
Jawaharlal Nehru
Manipur Dance Academy



# ৱাহৈ খর

লাই হরাউবগি মরমদ ইব লাইরিক খরদী লৈরে। অদুবু মরাং কায়বদী নত্তে। লাই হরাউব হায়বসী ঐখোয়গি য়াম্না মরূ ওইব, তৎন-থানব য়াদ্রব চৎনবী অমনী। মসিদ মালেম লৈসেমলোনদগি হৌরগ খুন্দা লৈতারকপ, য়ুম-কৈ সাদুন তঙ্-তান লৈরকপ, লৌ-উ সিং-উব, ফিসা-লোনসানচিংব পাঙথোকতুন মীওইব কাঙলুপন মতৌ করম্ন চাওখৎলকপ, অঙাং ওইরম্বদগি চাউরকতুন লৈসা-পাখঙ ফারকপ, য়ুম পাল্লকপ, মমা-মপা অমুক ওইরকপনচিংব মীওইবগি লোনচৎকি সাংলব লীকলম অম তাকলি। মীৎয়েং কয়াদগি লাই হরাউববু নৈনব য়াই। ৱাংলব ৱাঙুলোন অম য়াওবন মালেমদ লাই হরাউবন ফোক আরতসিংগি মনুংদ তোমথিন ওইব ফিদা অম ফংলি। মসীবু হেন্না ফজন, তেকত-কায়দন থম্নব নহা ওইবসিংন অহল ওইরব চহীগি পোৎলুম্ন নন্থরব খঙ-হৈবগি পূক্কৈদী মপাল নাইদন লৈরিব ওজাসিংদগি খোমজীলহৌরগ অয়িবা লাইরিক ওইন থমহৌব হায়বসীন পূন্নমক্কি য়াইফবনী। মসী ঐখোয়গি তৌফদ্রব থৌগাইনী।

অদুন, জে, এন, মণিপুর দান্স একাদেমিগি লাই হরাউব দিপারত্মেন্তত গুরুহন অমদী হেদ ওইন থৌ পুরিব রাজকুমার নবিন্দ্রন 'লাই হরাউব' থৌরম অম হেক হৌবদগিন লোইব ফাওবদ পাঙথোকপ থৌরমসিং মথং মনাউ নাইন থমদুন চঙব মীসিং অমদী পোৎলমসিংবু নীঙথিজন ইথোকতুন 'কংলৈ হরাওবোল' হায়ন মিংথোনব লাইরিক ওইন সাগৎপীরিবসী পাজরে। ওনথোক্ন নুঙাইব ফাওজে, ফোতো অমদী গ্রাফিক্স লোয়নন মহৈরোয়সিং অতৈ খঙনীংন পারিবসিংদ লানথোকলি লৌসীনবদ নুংঙাইন থোক্লব মওঙদ। লামায় চনী হেন্না পানব লাইরিক অসী নম্বদ সোয়দন অচৌব সেনফম অম চঙগনী। অসীগুম্ব লাইরিকসিং ফোঙবীনব পব্লিসর লৈতব লমদমসিদ

থৌনা ফন ফোঙলগে হায়ব ৱারেপ লৌবীদুনা চোঙথোকপিরকপগিদমক থৌনা অদুবু থাগৎচরি।

মণিপুরগি মনুং অমদী মপান্দ হরাউবুং য়াম্ন লৈখ্রে। লাইবুং অমমম্‌গি ৱারী অমমম্‌সু লৈ। ফোতোগ কোন্নন লাইবুংসিং অসীগি হৌরক ৱারী হরাউরোল, অমগ অমগ করিদ মান্নব করিদ খেন্নব খোমজিন্দুন ফোঙলবদী দোকুমেন্তেসনগি অচৌব লন অম ওইগনী নীঙ্ঙী। প্রোজেক্ ওইন দিপারত্‌মেন্ত ওফ কলচরদগি সেনথং লৌরগ, রিসবচ্ স্কোলব ২/৩ গ লোয়নন পাঙথোক্লবদী ফজব পোৎথোক ওইগনী। ওজা নোবিন্দ্রন তুংদ কান্নগদব কয়া পায়খৎপিরকখিগনী হায়বগি আসা থমজবি। ঈসাগি ঈনাৎপু নুংসিবদী লেম্ন মাঙফম থোকতে। লাইরিক অসী মীয়াম্ন সোযদন তরাম্ন ওকপীগনী, হোৎনজমল মায় পাকতুন পুন্নমক্কি য়াইফব ওইরসু!

পেনাগি খোনজেলন লেপত্রিমখৈ
য়াইফবগি নুমিৎ তাখিরোই,
সলাই তরেৎকি ফীরাল মচুন
মনীঙ তমখিনি অতিয়াদ
সন্দোক্লদুন অনৌব মঙাল।

ইম্ফাল,
জুলাই, ৯, ২০০৯ ইং

দিলিপ ময়েংবম

দিলিপ ময়েংবম



## ৱারোল খরদং

মণিপুরগী লাই হরাওবগী মরমদা লাইরিক কয়া অমা ফোঙ্লখরে। খরসু অদুমক ফোঙ্লরকখিগনি খনজে। অদুমকপু ওজা শ্রী আর কে নবিন্দ্রা সিংহ, গুরুহন জে.এন.এম দান্স একাদেমি, ইম্ফাল না ফোঙলিবা লাই হরাওবগী লাইরিক **কংলৈ হরাওরোল** অসিগী ফোঙখ্রবা কয়া অমদি ফোঙদ্রিবা কয়া অমগা চাংদমনবদা লাইরিক অসিনা হেন্দুনা লৈবগদবা নুংগী ঈচেল কয়া অমা যাওবা থেংনজে। ঐহাক্না খঙজৈ মদুদি ওজা নবিন চুম্নতগী লাই হরাওবগী জগোই তম্বিবা ওজা অমা ওইবতা নৎতনা "Participant Observer" অমগী শক্লোন লৌবা ওজা অমনি লোইননা লাই হরাওবগী "Rites and Rituals" শিংবু মুন্না খিজিনবা মীশক অমনি।

মৈতৈ নৎত্রগা মীতৈ ফুরূপনা বৈষ্ণব/গৌর ধর্ম্মদা লুপশিনখ্রবা মতমদা মৈতৈ খুন্নাইদা হোংলক্লিবা অহোংবা অদুবু থিংননবা পাম্বে হায়বদি পারি পুবি নৎত্রগা ইপানাত-ইপুনাত ঙাক্না চৎপা ঙমজবকখিবা লমদমসিগী মরূওইবা মরম অদুদি মৈতৈশিংনা চহি খুদিংগী লাই হরাওবগী থৌরম পাংথোক্লুনা "Continuity" পুরকখিবা অসিননি। হায়বদি Change and continuity গী ৱাফম ঐখোয়না sociology গী মীৎয়েং ওইনা যেংলকপদা থেংনজবা অদুবুনি। অমুক sociologically য়েংবদসু ঐখোয়না খঙবা ঙমলি মদুদি মৈতৈ মচা অমা ওইনা পোক্লবা তুংদা ঐখোয়না সমাজশিংগী চৎনরোল/চৎনপথাপ কয়াশিংবু লাই হরাওবদগী ফংবা ঙমই। কুপখ্রবা মীওইবা অমা শেমলকপদগী হৌদুনা মখা তারকপা কয়া অমা উহনবিরি অমসুং খুন্নাইশিংগী লুখ্রবা socialisation process কি ৱাফম অমসু কন্না য়াওরি। শন্না হায়জরবদা লাই হারওবা লৈরমদ্রবা মৈতৈ ঐখোয়গী ফুরূপ অসিনা মৈতৈ ওইনা লৈবা অমদি হিংবা ওইথোকলমলোই।

ওজা নবিন্দ্রনা য়াম্না মরিক চুম্না মচা খাইনা **কংলৈ হরাওরোল** মিংথোনবীদুনা ইবিরকলিবা লাইরিক অসিনা মৈতৈ খুন্নাইশিগী কলচরগী মতাংদা খংনিংদুনা লৈরকখিবা কয়া অদু ফম-ফজনা মেনশিললদ্রা হায়না খনজে।

**য়াম্বেম লাবা (FRGS)**
উরিজপোক রোড
য়াম্বেম লৈকাই, ইম্ফাল






# ৱাহৈ খরদং

আর কে নবিন্দ্র সিংহ গুরুহন লাই হরাওবা দিপারটমেন্ট জে এন মণিপুর দান্স একাদমিনা "কংলৈ হরাওরোন" হায়বা ওঝাসিংনা তাকপী তম্বীরম্বা অমসুং তান্নজহৌবশিংবু ইথোক্লুনা তুংগী নহারোন অমদি ছাত্র ছাত্রিশিংনা রিচ্চার্স তৌনিংবশিংগী মীরোন্দা খরদংদা ওইরবসু কান্নবা ফংগনি হায়বসি মমি তাহনবগী মওং অমা লাইরিক অসিনা উহল্লি। ওঝাশিংনা তাকপি-তম্বীরকপশিংবু লাইরিক ওইনা পুথোকপা হায়বসি অরাইবা থবক নত্তে। অসুম্না হোৎনজরিবা নিপা অসিবু ঐখোয়না থাগৎতবা ঙমদে। মতুংদা অসিগুম্বা লাইরিক কয়াসু লাই হরাওবগী মবমদা মেনখৎলকখিনি হায়বগী থাজবা অমা লৈ। লাইরিক অসি ফোঙদোকচবদা অয়াবা পিরে। লাই হরাওবগী লাইরিক মশিং য়াম্লবদা থোইদোক্লা লাইগী থৌরমদা কান্নগদবনি। মরম অসিনা মণিপুর পণ্ডিত লোইশংনা উমংলাই ৩৬৪ মক্কী মফমদা অসিগুম্বা হোৎজরিবা মীশক আর কে নবিন্দ্র সিংহ গুরুহন, লাই হরাওবা দিপারটমেন্ট জে এন মণিপুর দান্স একাদমিবু থৌজাল লনকুবিনবা নিজরি।

শ্রী ওয়ারিয়াম্বম কেরানী সিং
পণ্ডিত অচৌবা






# থাগৎ ৱারোল

জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমিদা হৌজিক গুরুহল্ন ওইবগা লোয়ননা লাই হরাওবা দিপার্টমেন্টতা হেদ ওইনা থৌ পুরিবা ইচা ইবুংঙো শ্রী রাজকুমার নবিন্দ্র সিংহ ঐহাক্না মুন্না খঙবা মীওইনি। মহাক ইং ১৯৭৫ দা একাদেমিসিগী ছাত্র ওইরিঙে মতমদগী হৌনা জগোয় ঈশৈ তম্বদা থরায় য়াম্না য়াওরকপনি। মসিগী মরমদা ওঝা গুরুশিংদা হংজবা, ইশিনবদা পুক্নিং চংই হায়বা খঙলকই। জে.এন. মণিপুর ডান্স একাদেমিদা ঐনা ওঝা ওইরিঙৈদা মহাকসি লাই হরাওবা দিপার্টমেন্টতা ওঝা ওইনা ইং ১৯৯৫ দগী চংলক্লবা মতুংদসু, মখা তানা মণিপুরগী লাই হরাওবা মখল কয়াশিগী মরমদা কোয়না চত্তুনা থিজিনখিবা খঙহৌই। মশক নাইবা ওজা গুরু, পণ্ডিটশিংদগী মরু ওইবা ৱাবোল কয়াসু টেপ রেকোর্দ তৌখিবনি। ঐহাকমক্তদসু মহাক্না হায়জরকপদগী ঐনা ওঝাশিংদগী খঙজ-তমজহৌবা পেনাগী মৈহৌরোল, ফম্মাং থৌগল, লাই য়াকৈবা, লোং-খোনবা, হোইরৌ-হয়া হঞ্জিনবা, নোংমাই লৌতারোলনচিংবাসিগী মতাংসি রেকোর্ড লৌহনখিবনি।

ইথা থাজদনা হন্দক মহাক্না **কংলৈ হরাওরোল** মিংথোনবা কংলৈ হবাওবগী মরিক চুম্লবা লাইরিক অমা ফোংদৌরে হায়না পাউ তম্লখি ' লাইরিক অদুদা ঐঙোন্দগী লৌখিবা রেকোর্ডশিংদুসু ইথোক্তুনা হাপচগে হায়জরৈ। মসিদি ঐগীদি লাইবক ফবনি খঞ্জে। অদুনা থম্মোয় শেংনা অয়াবা পীজরে। মণিপুরগী অতৈ লাই হরাওবা মখলশিং অসিগী মতাংদসু মখা তানা থিজিন্দুনা মরিক চুম্বা লাইরিক পুথোকপা ঙম্লবা ইচাগীদমক উমংলাই ৩৬৪ গী মফমদা থৌনিজরি।

(**শ্রী খাঙেম্বম মঙ্গী সিংহ**)
পেনা, সনা লৈখাম শঙলাকপা
মণিপুর পণ্ডিট লোয়শঙ



## ৱাহৈ খরদং

জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমীগী লাই হরাওবা ডিপার্টমেন্টতা লাইহরাওবগী গুরুহন ওইনা থবক পুবীরিবা রাজকুমার নবিন্দ্র সিংহ, ঐগী ইনাওনা খোমজিঞ্জদুনা ফোংদোকচরিবা "কংলৈ হরাওরোল" লাইরিক অসি লাই হরাওবগী হিবমদা নৌনা খোংদারকলিবা ছাত্র অমদি ছাত্রিশিংদা থোইদোক্না কান্নববা লাইবিক অমা ওইগনি খল্লি।

মশানা হিবম অসিদা চহি কয়া তমজবগা চহি কযা অমা ওঝা ওইবিদুনা একাডেমীগী সেবা ফংজববনি; অসিতসু নত্তনা হিরম অসিদা মমুৎ তানা ওঝা গুরু কযা খঞ্জদুনা নিংথিনা নৈনজরবা মীশক অমনি। মসিনা একাডেমীগী হিরম অসিদা অবাৎপা খরদি মেনশিন্দুনা কান্নবা ওইগনি খল্লি। মহাক্না ঐগী লাইরিক্তগী অনোযবোলগী শকুক হাপচগে হায়বদা ঐ ইশানা য়াখি। অসুম্না লাই ওইখ্রবা ওঝা গুরুশিংদগী বিষয় অসিদা খর খর খোমজিনজরগা লাইরিক্কী শক্তম অমা লাকপদনি; অসিমকনা লাইরিক অসিগী মগুণ হেঙ্গৎহল্লি। মহাক্কী হোৎনজমল লেম্না মাংদবা ওইশনু, চীঙ্‌ঙু উমংলাই খুদিংমকনা পেনবীদুনা থৌজানবীবা ওইশনু।

রাজকুমার অচৌবীস্না
লোকলাওবুং

ইম্ফাল
তাং ৯/৭/২০০৯
ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

লাই হরাওবা হায়বসি মণিপুরগী মৈতৈ খুন্নাইদা মীগা লাইগা উনরিঙৈ মতমদগী পাঙথোক্লকপকনি। অদুগুম্বা মতম অদুদগী মৈনা ৱাই-তাংনা শম হায়গুম্লদনা মীরোল কয়া লান্না খুল- লৈকাই কয়াদা অকক্লবা মতমদা পাঙথোক্লরক্লি। মসিনা মরম ওইদুনা মৈতৈ খুদিংনা লাই হরাওবগী থৌরম অমদি মসিগা শাগোন্নবা জগোয় ঈশৈ কয়া অমা ইখঙ খঙনবদৌনা তৌই। অদুম্নদি ওইরগা লাই হরাওবা অমা হৌবদগীনা লোইবা ফাওবদা কমদৌনা পাঙথোক্কদগে, করি করি পোৎচং চংবগে হায়বসিমদি মৈতৈ খুদিংমক্লা হেক্তা খঙবা হায়বদুদি ওইদে। মসিদি পাণ্ডিৎ লোয়শঙগী পণ্ডিৎশিং; অমাইবা অমাইবী; পেনা লোইশঙদা কারিবশিং লোয়ননা খুনবু লাইপুশিংনা খঙনৈ।

মণিপুরদা পাঙথোক্লরক্লিবা লাই হরাওবা হায়বসি মরু ওইনা মখল মবি লৈ। মদুদি কংলৈ হরাওবা, মোইরাং হরাওবা, ককচিং হরাওবা, চকপা হরাওবা (অন্দ্রো, ফয়েং, সেকমাই, খুরখুরল, লৈত্রামনচিংবা) অসিনি। মসিগী মনুংদা মণিপুরগী লাই হরাওবা হেক হায়রগা খঙনরিবশিংগী মবক্তা কংলৈ হরাওবা অসিসু অমনি। কংলৈ হরাওবগী মবমদা অখঙ-অহৈ, ওঝা-গুরু, রিছার্স স্কোলারশিংনা লাইরিক ওইনা ইথোক্তুনা ফোঙখিবসু লৈরে। অদুবু লাইরিকশিং অদু অইবশিং অদুগী তোঙান তোঙানবা পান্দম অমগী মখাদা ইদুনা ফোঙলম্বা ঙাক্তনিনা মদুনা অরোইবনি হায়রুবদি যাদ্রি। তশেংনমকসু লাই হরাওবা হায়বসিমক্তি নৈনবগী মপান নাইদ্রবা থৌরম অমসু ওইবিবনি। মতমগী য়াওলশিদা লাই হরাওবদা অহোংবা কয়া লাক্লি। ওঝাশিংমক্লা মমাংঙৈদা লাই হরাওবদা লাইবৌ চোংবসিমক নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা লোয়শিন্নরম্মী হায়বিরি।

মতৌ অসুম্না ঐহাক্লসু কংলৈ হরাওবগী মরমদা ওঝা-গুরু কয়াদগী তাশিন খোমজিনজহৌবা মচাক অসি লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লম্বনা চুমগনি হায়বা ৱাখল অমা খল্লকই। অদুবু থবক ওইনদি পাঙথোক চামদুনা লাকখি। লাইবক ফবদগী ইচিন-ইনাও, ওঝা গুরুশিংনা খোমজিঞ্জরিবশিং অসি য়েঙবীরগা লাইরিক ওইনা পুথোক্তবা চুমদ্রে হায়না তকশিনবিরকখি। লাইরিক নম্বা অমদি মদুদা করি করি মথৌ

তাবা হায়বনচিংবদা মতেং পাঙবিগে হায়না চোংথোকপিরকপা ফাওবা য়াওরকখিবনি। ময়ামগী ইথিল অমদি পাউতাক অদুনা লাইরিক অসি পুথোক্কবা হোৎনখিবনি।

মতাং অসিদা পনজনিংবসি, জগোয়গী লমদা ঐনা ইহান হানবা ওইনা বোড়িজদুনা তমজবা হৌরকখিবা গুরু শ্রীথীয়াম ঁতরুনকুমার সিংহ, (জে. এন. এম. ডি. এ.) দনি। গুরুদেবনা তাকপিখিবা পাউতাক ঙসিসু কাওজদ্রি, "করিগুম্বা হিরম অমবু খঙনবা তম্বা, থিগৎপা মতমদা খ্বাইদগী মরু ওইবিবদি হিরমদু মনুং থিৎনা খঙনবা হোৎনবসিনি। মরু ওইনা জগোয় ঈশৈগী লমসিদদি মদুগী মনুংদা চেল্লিবা ভাব-রশ (নুঙলোন) করি লৈবগে হায়বদু মখোং শেঙনা থিজিনগদবনি।" গুরুগী পাউতাকসিনা লমজিং ওইরগা "লাই হরাওবা" গী মরমসিদা থিজিনবা হৌজরকখিবনি।

খুৎমাবা ওইনা জে. এন. মণিপুর ডান্স একাদেমিগী গুরুশিং শ্রীহিদংময়ুম ঁথম্বাল শর্ম্মা, ওঝা শ্রীমতি হাওবম ঁঙাংবী দেবী অনিদগী লাই হরাওবগী মরমদা মঙাল খবা ফংবা ঙমজখি। মখা তারকপদা একাদেমি অসিমক্কী গুরুশিং মিং পঞ্জরবদা গুরু শ্রীরাজকুমার অচৌবা (অচৌবীসনা) সিংহ, গুরু শ্রীখাঙেম্বম মঙ্গি সিংহ, ইমা শ্রীমতি ঁরজনি অমাইবী, ইমা শ্রীমতি ৱাঙ্খেময়ুম ওংবী য়ুমশং অমাইবী, গুরু শ্রীঙাংবম ঁকুমার মাইবী, গুরু শ্রী ৱাঙ্খেময়ুম ঁথম্বালঙৌ সিংহ হায়বিবশিং অসিদগী হিবম অসিদা মখা তানা হকথেংননা তান্ন-খোম্নজহৌখি। লাইবক ফবদগী জে. এন. মণিপুর ডান্স একাদেমিগী কেম্পস মনুংদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি লৈরিঙৈ মতমদা লমদমসিগী শক্লাইরবা পণ্ডিৎনচিংবা অখঙ অহৈ, স্কোলার কয়াগা শক খঙনদুনা নৈনবগী তাঞ্জাসু ফংহৌখি। নিংশিংজনিংবা অমনা মতম অসিদা সনা কোনুংদা মণিপুর পণ্ডিৎ লোয়শঙ নিংথৌনা ইম্থোবকপগী তাঞ্জা অমসু লৈখি। মতমদুদা লোইশঙগী পণ্ডিৎ অচৌবা শ্রীঙারিয়ানবম ঁকুলচন্দ্র সিংহনা মাগী মচা-মনাওশিংগা লোয়ননা ষ্টেট কলা একাদমিদা হেক হেক পুনফম ওইখি। মদুদা ওঝাশিং অসিগা নরুজনবগী খুদোংচাবা অমসু ফংখি। মতমদুদা মশক খঙলগা মমিং মথা লৈফম্নচিংবা খঙহৌদ্রবা ওঝা কয়াগী মফমদগীসু লাই হরাওবগী মরমদা তমজহৌখি।

মতৌ অসুম্না লেপ্পা নাইদনা চংশিঞ্জরকপসিনা কুম ১৯৭৫ দা জে. এন. মণিপুর ডান্স একাদেমিগী লাই হরাওবা দিপার্টিমেন্টতা ওঝা ওইবা ফংজরকপদুনা মখা তানা কুপ্না থিজিন্নিংবগী ইনোৎ অমসু পীরকখি। মতাং অসিদগী মণিপুর পণ্ডিৎ লোয়শঙগী পণ্ডিৎ অচৌবা ওইবিরম্বা গুরু শ্রীঙারিয়াম্বম ঁকুলচন্দ্র সিংহগী মফমদগী লাই হরাওবগী নুংলোন কয়া অমা তাশিন খোমজিঞ্জবা হৌরকখি। মতমদুগী লোয়শঙদুমক্তদা পণ্ডিৎ

য়াইমা ওইবিরম্বা গুরু শ্রীনামৈরাকপম ইবোচৌ সিংহ, পণ্ডিৎ অতোনবা গুরু শ্রীঙারিয়াম্বম কেরানি (হৌজিক মণিপুর পণ্ডিৎ লোয়শঙগী পণ্ডিৎ অচৌবা ওইরবা), গুরু শ্রী ৱাঙ্খেম বিধু সিংহ পানা পণ্ডিৎ ওইরম্বা, ককচিংগী ওঝা শ্রী অমুয়াইমা সিংহ লোয়ননা মোইরাংগী ওঝা শ্রীমাইবম সেখো সিংহনচিংবগী মফমদগীসু হিরমসিগী মতাংদা মচং ওইবা ৱারোল কয়া খোমজিঞ্জহৌখি।

লাইবক ফবা অমনা জে. এন. মণিপুর ডান্স একাদেমিগী কেম্প মনুংদা কুম ১৯৯০ দা পণ্ডিৎ অচৌবা শ্রীঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র, শ্রীরাজকুমার অচৌবা সিংহ (মতমদুগী লাই হরাওবা দিপার্টমেন্টকী হেদ ওইরম্বা), শ্রীখাঙেম্বম মঙ্গি সিংহ (পেনা লৈখাম শঙলাকপা) অহুমগী থৌশিল মখাদা মতমদুগী জে. এন. এম. ডি. এ. গী ডাইরেক্টর খুমন্থেম প্রকাস সিংহগা তান্নদুনা ইবুধৌ চাখাবা অমদি ইবেন্ধৌ লিক্লা লৈমা অনিগী খুভম য়াখি। মদুগা লোয়ননা চহি অদুমক্তদগী লাই ' শাদুনা লাই হরাওবা (কংলৈ হরাওবা) হৌরকখি। মদুদগী ওঝা গুরুশিংনা লাই শে ... দাং অসি ঐঙোন্দা শিন্নবিখি। মসিনা থিজিঞ্জবগী খোঙজং অসিদা হেন্না খুদোংচাবা ফংজরকখি। মতমগী মতুং ইন্না অইবা ওইনা লৈতবা, লাইশোন তিনশোন, ইরাৎ-থৌনিরোল, চৎন-কাংলোন কয়াগী ৱারী-ৱাখোং ওডিও টেপ শিজিন্নদুনা ওঝা পণ্ডিৎশিংদগী রেকোর্ড তৌবসু হৌজখি। মসিগী মথক্তা লাই হরাওবগী কায়ফদবা থৌওং-থৌদা কয়া অমসু ফোটো নমশিন্দুনা রেকোর্ড তৌবা হৌরকখি।

মখা তারকপদা ওঝা গুরু পণ্ডিৎশিং অসিবু লনাই ওইনা য়ুমদা কৌজরগা মমুৎ তাহৌদবা মতাং কয়াবুসু কুপ্না নৈনবগী তাঞ্জা ফাওবা লৌজখি। অসুন্না মচাকশিং অসি খোমজিন তাশিঞ্জবদা ইথন্তনা খুদোং চারক্তবদগী ইচে-ইচল, ইনাও, মরুপ-মপাং ছাত্রশিংগী মতেংসু লৌখি। অসুন্না তাশিন খোমজিঞ্জহৌবা ময়াম অদু লেংথোক্লুনা কুম ২০০০ দা জে. এন. এম. ডি. এ না লাই হরাওবগী লাইরিক ফোঙগনি হায়না তাকপিরকপদগী থাগৎচখিবা লৈখ্রে। লাইবক থিবদগী একাদেমিনা ফোঙখিদ্রে। অদুবু মরুপ-মপাং, ওঝা-গুরুশিংগী অকন্নবা ইথিলদগী হৌজিক্তি লনাই ওইনা ফোংদোকচদুনা মীয়ামদা শিন্নজবগী খুদোংচাবা ফংজরে।

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা কলর ফোটোদা মমাংঙৈ লাই হরাওবদা শিজিন্নরম্বা লীক-কোলগী ফোতো হাপ্লবা পাউতাক্কা লোয়ননা মচাক ফাওবা পীবিরকখিবা শ্রীয়াম্বেম লাবা সিংহ, (জে. এন. এম. ডি. এ. গী ডাইরেক্টর ওইরম্বা) অমসুং মাগী ইমুং মনুংবু থাগৎচরি। মদুদা নত্তনা লাইশ্রম শরৎ সিংহ লোক্লাওবুং,

নোংথোনবম ওংবী অমুস্না দেবী, উরিপোক, অখাম ওংবী লক্ষ্মী দেবী, জন্মস্থান, কোন্থৌজম ওজা সনাতোন, কাকৈথেল, শ্রীযুম্নাম জ্ঞানেশ্বর, শগোলবন্দ অখাম লৈকাই নচিংবনসু লীক কোল, খুজি-নাচি, ফিজেৎ-লৈতেং, পজেং-ফিরালনচিংবগী ফোটো নম্বগী অয়াবা পীবিখিবগীদমক থাগৎচরি। শেলগী মতেং পীবিরকখিবা ইয়াম্বা শ্রীঙাশেপ্পম চন্দ্রসিং, চীংখু ময়ায় লৈকাই, ঐগী ইখাদা দিপার্টমেন্ট ওফ কলচরদগী স্কোলারসিপ ফংখিবা শ্রী পুখ্রম্বম বিলাস, পিশুম, ইমাকনুপা খুন্দ্রাকপম রামেশকুমার থাংমৈবন্দ অহুমদসু থাগৎপা ফোঙদোকচরী।

লাইবিক অসিদা তঙাই ফদনা হাপ্তবা য়াদবা পোৎশক কয়াগী অয়েকপা মথৌ তারকপদা অৱা-অনা থিদনা তান্নদুনা য়েকপিখিবা ইনাও শ্রীরাজকুমার রুহিনিকুমার সিংহবুশু থম্মোয় শেংনা থাগৎচরি। লাইরিক অসিগী মরমদা ৱারোল খর-খরদং ওইববশু ইশিং... গরুবদা তেল্লবা মতমগী মনুংদা ইবিরকখিবশিং জে. এন. মণিপুর ডান্স ... ...গী ডাইরেক্তর দিলিপ ময়েংবম, মতম খরা একাডেমি অসিগী ডাইরেও... থৌ পুবিরম্বা শ্রীয়াম্বেম লাবা, মনিপুর পণ্ডিৎ লোয়শঙগী পণ্ডিৎ অচৌবা ওইবিবদ নত্তনা একাডেমি অসিগী লাই হরাওবগী ভিজিটিং গুরুসু ওইবিরিবা শ্রীঙারিয়াম্বম কেরানি সিংহ, একাডেমি অসিদা লাই হরাওবগী গুরু সেলেক্স গ্রেড ওইবিরম্বা, মনিপুর পণ্ডিৎ লোয়শঙগীনা সনা লৈখাম শঙলাকপা ওইবিরিবা ওঝা শ্রীখাঙেম্বম মঙ্গি সিংহ অমসুং একাডেমি অসিদা লাই হরাওবগী গুরুহুন অমদি প্রধান গুরু ফাওবা ওইবিরম্বা শ্রীরাজকুমাব অচৌবীস্না সিংহনচিংবগী মফমদশু পূকচেল শেংনা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মতম কয়া চংনা অৱা-অনা থিবিদনা হোৎনবিখিবা লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক্পী মেনেজর শ্রীতাওরেম মঙ্গি সিংহ অমসুং মাগী ষ্টফশিংদসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। অৱোইবদা লাইরিক অসি হৌজিক্তি মীয়ামদা লাম্থোকচরবনিনা অশোয় অরান থেংনবিবা খিবিক তাকপীরকপদা তরাম্না ওকচগনি অমদি মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচনবগী তাঞ্জা লৌজগে।

ইম্ফাল,
জুলাই, ৭, ২০০৯ ইং

রাজকুমার নবিন্দ্র সিংহ

# একনোলেজমেন্ট

১। শ্রীমতি বাঙ্খেময়ুম ওংবী ঁয়ুমশঙ অমাইবী, (শঙলাকপী)

২। শ্রীমতি ওইনাম ওংবী ধোনি দেবী, (পানা শঙলাকপী)

৩। শ্রীমতি নামৈরাকপম ওংবী হেমোলতা অমাইবী, (পানা শঙলাকপী)

৪) শ্রীচিংথাম ঁওজিৎ সিংহ, (পেনাগী গুরু, জে. এন. এম. ডি. এ.)

৫) শ্রীলৈতাম গামেশ্বর সিংহ, (গুরু লাইহরাওবা, জে. এন. এম. ডি. এ.)

৬) কোইজম থোইবা অঙোম (গুরু লাইহরাওবা, জে. এন. এম. ডি. এ.)

৭) শ্রীলৌরেম্বম ধনেশ্বর সিংহ, (ফোটোগ্রাফর)

৮) শ্রীকাংঙবম ভিমলজিৎ সিংহ, (ফোটোগ্রাফর)

৯) শ্রীথাংজম দোলেন্দ্রো সিংহ, (ফোটোগ্রাফর)

১০) ডা: লাইশ্রম ইমোবা সিংহ, (কোভর কন্সেপ্ট, প্রুফ)

# য়াওফম তাকপা

## লাই হরাওবগী নুমিৎ লেপ্পা

মমাঙঙৈদদি খুল নৎত্রগা লৈকাই অমগী লাই হরাওগে হায়রবদি হরাওগদৌরিবা লাই অদুনা কোনবা মফমদা লৈরিবা খুল নৎত্রগা লৈকাইদুগী ফম্নাইবশিং হায়বদি খুল্লাকপা, লুপ্লাকপা, কৈরুংবা, পাখংলাকপা, নিংঙোল্লাকপা, লৈরোই, লারোই-শীঙলোয়নচিংবা, য়াইতোং-খমদোংবশিং, অহল-লমনশিংনচিংবনা তিনচা-লাইচা ফবা, নুমিৎ-থবাল অমদা হরাওবুং অদুদা পুন্না ফম্মিন্নদুনা থবাল অচংবা, তিনচা-লাইচা অফবা যেংলগা চাওবাকপা নুমিৎ অমা লেপকনি। মথংদা খুল নৎত্রগা লৈকাইদুগী মহুৎ শিন্দুনা অহল-লমন খবনা নুমিৎ থবাল অফবা অমদা পণ্ডিৎ লোযশঙদা চৎলগা পণ্ডিৎশিংগা য়াম্না কুপ্না খন্ন নৈনগনি। পণ্ডিৎ লোয়শঙনা লেপ্লকপা নুমিৎ অদুনা হবাওগদৌবিবা লাই অদুগী অরেপ্পা নুমিৎ ওইগনি।

## লাই হরাওনবগী বার্ত্তন থাবা

লোযশঙদা লাই হবাওবগী মতম (নুমিৎ) লেপ্লবা মতুংদা খুল নৎক্রগা লৈকাইদুগী মহুৎ শীন্দুনা চৎলিবা অহল-লমনশিংদুনা হরাওবা অদুদা চংগদবা অমাইবা, পেনাখোংবা, অমাইবিশিংসু হবাওবা অদুদা য়াওবীনবা বার্ত্তন থাবমগনি।

পণ্ডিৎ লোযশঙদা অমাইবা, পেনাখোংবা অমদি অমাইবিশিংনচিংবগী বার্ত্তন থারম্বা অসিগী কান্নবা কয়ামকম লৈ। মদুদি লাই-হরাওবা অদুদা হরাওবিবা অমাইবা, পেনাখোংবা (অশৈবা), অমাইবিনচিংবশিংদুনা শোয়খিবা-লানখিবা, অকাই-অতোই য়াওদুনা খুল নৎত্রগা লৈকাই অদুদা মীশি-মীনা তোয়না থোক্লক্লবদি খুল নৎত্রগা লৈকাইদুগী অহল-লমনশিংনা লোয়শঙদা চৎতুনা মীশি-মীনা থোক্লিবদুগী মবমদা বাকৎপগা লোয়ননা কুপ্না খন্ন-নৈনগনি। হরাওবা অদুদা শরুক য়াকবা অমাইবা, পেনাখোংবা অশৈবা, অমাইবিশিংদুগা লোয়ননা কদাইদা করি শোয়খিবা, কদাইদা করি ব্রাৎহৌবা হায়বনচিংবা পণ্ডিৎ লোয়শঙনা কুপ্না থিববা মতুংদা শোয়খিবা লানখিবা যাওরম্লগদি মদুগী তৌফমথোকপা মথৌ-মঙম অদু পণ্ডিৎ লোয়শঙগী পণ্ডিৎশিংনা খুল নৎত্রগা লৈকাইদুগী হরাওফমদা কুম্লক্লগা শোয়খিবা-লানখিবশিং অদু তাইশিন্দুনা খুল নৎত্রগা লৈকাইদুগী ফনবা হোৎনগনি।

# লাইফি লৈবা

লাই হবাওবগী নৃমিৎ লেপ্লবা অমদি অমাইবা, পেনাখোংবা (অশৈবা) অমাইবীশিংনচিংবগী লোযশঙদা বার্ত্তন থাবল্লবা মতুংদা খুল নৎত্রগা লৈকাইদুগী মহুৎ শিন্দুনা চৎলিবা অহল-লমনশিং অদুনা লোয়শঙদগী যুমদা হল্লকপদা সনা কৈথেলদা চংদুনা হবাওগদৌবিবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী অনিগী লাইফি লৈবক্নি।

(১) **লাইনিংথৌগী লাইফি ঃ**

(অ) ফেজোম ১, (আ) কোযেৎ ১, (ই) নমখাং (ইন্নফি) ১।

(২) **লাইরেম্মগী লাইফি ঃ**

(অ) ফনেক ১, (আ) খ্বাংচেৎ ১, (ই) নমখাং (ইন্নফি) ১। লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিগী লেংগোনফি অমসু লৈগনি।

(৩) **লৈমরেলগী লাইফি ঃ**

(অ) তুঙ্গা ফনেক ১, (আ) খ্বাংচেৎ ১, (ই) নমখাং (ইন্নফি) ১।

**লাই হরাওবদা চংবা অতৈ পোৎচংশিং**

চফু ঃ (১) লৈমরেল চফু ওইনবা পুল কংনান্বী ১,
(২) ঈহাইফু ওইনবা চফু মচা ২,
(৩) নাহৈফু ওইনবা চফু ২ (অমনা মনুংদা, অমনা মপালদা শীজিন্নবা)
(৪) শরেলগী চফু ১, উয়াল ১,
(৫) লৈমবেল চফু মখুম খুন্নবা চফু মচা ১।

**থুমোক-তাইরুক ঃ**

(১) লৈ লাংনবা পোল্লাং মচা ২,
(২) ফৌদাংগী ফৌ হাপ্নবা থুমোক
(৩) অথেনপোৎ শেন্নবা খরাইনচিংবা।

## অতৈ পোৎচংশিং ঃ

১) হবাও ফম্বাল থানবা ফম্বালফি, ২) লাইমায খুম্নবা ফি অমা, ৩) লাইমায তান্নবা ফি অমা, ৪)* অনম অথৌ কোকপগী খুদৈশিং, ৫) হিগাওফিগী খুদৈ অনি, ৬) লাইবৌ চোংবদা লাই পন্নবা খুদৈ অনি, ৭) লাইবৌ লাদা থানবা ফি অমা, ৮) চোংখোং শান্নবগী ফি মশক তাইবা অমা, ৯) লাইনিংথৌ লাইবেম্মা অনিগী হকচাং পোল্লাংদা যেৎনবা ফি।, ১০) লাইনিংথৌ লাইবেম্মা অনিগী অশুবা ফিবু অঙম (কংলে পোকপা অমা, হোইবৌ ইঞ্জিনবগী অমা, নোঙ্গা ফি অমা), ১১) ঈশাইফুগী ফিজুম অমসুং ফৈজা ওইনবা খুদৈ অমা অসিনচিংবা।, ১২) কোনযাই যামদ্রবদা পু মবি, ১৩) লৈশংলেন, ১৪) ঙানু মকম খুনু মকম, ১৫) মৈতৈ থুম, ১৬) হৈ মনম নাইবা, ১৭) খোইজু-লৈখাম, ১৮) উচান খবা, ১৯) তিকি, ২০) মৈফল ২১) কম্বী, ২২) লং অহিংবা, ২৩) শেল খুনেৎ-যোৎ খুনেৎ, ২৪) শিং যেৎকোন-ওইকোন, ২৫) পাননাও, ২৬) লফোই-লতং, চু, কবোক-হৈবোক, হৈকল লাকল কবোক নাচল তবেৎ নৎত্রগা লুকমাই তবেৎ কি কবোক অফাবা, ২৭) যাম, ২৮) শেল অচোইবা, ২৯) কৈরী মনা ৩০) যেংথৌ উতোং (৯+৭) -১৬, ৩১) ঙাবি ঙাতাই, থুম-মোবোক, ৩২) ক্বা মক-মনা, ৩৩) যাংকোক অমা, ৩৪) চেং ৩৫) চক মপুন অহুম/মবি ৩৬) হৈবম তবেৎ, লৈবম তবেৎ, ৩৭) কাংজৈ বাংশু অনি, কাংদ্রুম অমা, ৩৮) যৌ থবা, ৩৯) শবেলগী শরেং অমা, ভাপাং অমা ৪০) লাইগী থাকল, ৪১) শৎত্র, ৪২) লা লাতোন অমসুং লাবাক, ৪৩) থৌগল্লোইশিংদা থৌগলগীদমক শীজিন্নবা পোৎচংশিং ঃ লাইথাং, খুদৈশেল-বাওশেল, ক্বাংগাব, হুমাই, মিংশেল, চোং পে হুমাই খোকশাংবী, লেপশুম-ফিদা অসিনচিংবা, ৪৪) লাইবোই নমিৎকি থৌবি লিশাং অমা/অনি, নৌ ওইনবা যেংথৌ লম অমা মখাইমুক শাংবা কুম্বা/নিযু, ৪৫) লম থোক্লবা দোল্লাই অসিনচিংবশিং অসিনি।

* হবাওবা অদুগী নুমিৎ শাংবা তেনবগী মতুং ইন্না খুদৈ লৈগনি।

ঃ ঃ

# হরাওবুং অমা শেম শাবা

মমাংঙৈগী চৎনবীগী মতুং ইন্না হরাওবুং অমা শেমগে হায়রবদি লম্মাং নৎত্রগা লম্পাক অদুদা হরাওগদৌরিবা লাই অদুগী লাইশঙ অমা হান্না শাগনি। লাইশঙদুগী য়েৎ থংবদা শঙ অমা শাগনি, মসিবু "য়েৎ-পাম্বোম" হায়না কৌই। লাইশঙদুগী ওই থংবদা শঙ অমা শাগনি, মসিবুনা "ওই পাম্বোম" হায়না কৌই। য়েৎ পাম্বোমগী মমাঙদা নাকল ওইরপ্না শাংনা ফম্নাইবশিং অমসুং নুপাশিংগী ফম্নবা শঙশাং অমা শাগনি, মসিবু "লেমলোই ফমশাং" হায়না কৌই। লেমলোই ফমশাংগা মায়োক্না ওই পাম্বোমগী মমাঙ নাকল ওইরপ্না ফম্নাইবীশিং অমসুং নুপীশিংগী ফম্নবা শঙশাং অমা শাগনি, মসিবু "লৈমরেল ফমশাং" হায়না কৌই। লেমলোই ফমশাংগী নাকল য়েৎ পাম্বোমগা মায়োক্নবা শঙ অমা শাগনি, মসিবু "য়ারেকশঙ" কৌই। য়ারেকশঙগী নাকল, ওই পাম্বোমগা মাইওক্না শঙ অমা শাগনি, মসিবু "য়াকাশঙ" হায়না কৌই। "য়ারেকশঙ" অমসুং "য়াকাশঙগী" মরক্তা তুংওইননা লাইবুং অদুগী চংফম "হোজং" অমসু শাগনি। লাইবুং অদুগী ময়াইদা নাপি শেংনা ফান্দোক্লগা ৱাই নিংথিজনা তৈথোক্লগা লাইবৌলা থাফমসু শেমগনি।

মখাদা য়েক্লিবা ফিভম অসুম্না শাগনি।।



**লাইশঙ মনুংদা ঃ-** হরাওনবগীদমক্তা নিংথিজনা ফিজেৎ-লৈতেংলবা (ঠ) লাইনিংথৌ, (ঠ) লাইরেম্মা অনিবু য়েৎ-ওই কায়দনা হরাও ফম্বালদা ফমদেংগনি, ঈকারক্লবা মতুংদা লাইরেম্মরোম থাংবা নাকলদা ইমা লৈমরেল ইরাৎচগনি, লাইনিংথৌরোম থংবা খা-নোংচুপ চুথেক (শম্থোং) দনা অপোকপগী খুভম থমগনি।

**য়ারেকশঙদা ঃ-** (১) হরাওরীবা অদুদা করিগুম্বা নিংথৌ লেঙলক্লবদি নিংথৌগী ফম্ফম শেমগনি। (২) নিংথৌগা লোযনরক্লিবা পণ্ডিৎ লোয়শঙগী লেঙলকপা পণ্ডিৎ অচৌবা নৎত্রগা পণ্ডিৎ যাইমা নৎত্রগা পণ্ডিৎ অতোম্বগী ফম্ফম। (৩) নিংথৌগা লোয়নরকপা সেনাপতিগী ফম্ফম। (৪...) মন্ত্রিনচিংবা অঙম অথৌশিং ফমগী মতুং ইন্না মথং-মনাও কায়দনা ফমগনি।। মসিদসু নত্তনা নুমিদাংগী মতমদনা হরাওবদু শিল্লি লাঙলিবা মীওইশিংনা য়ারেকশঙ হায়রিবা শঙ অসিদা য়ারেক্কনি।।

**য়াকাশঙদা ঃ-** করিগুম্বা লৈমবেল (মহারাণি) না হরাওবা অদুদা লেঙলকপা খোক্লবদি (৫) লৈমরেল (মহারাণি) গী ফম্ফম। (৬) *মথংখনবী*[১] শিংগী ফম্ফম। (৭) লৈমরেল (মহারাণি) গা লোয়নরকপা লোয়শঙগী অমাইবী শঙলাকপি নৎত্রগা অমাইবী অশুপ্পী।গী ফম্ফম।। করিগুম্বা হরাওরিঙৈ মনুংদা খৎন-চৈনবা থোরক্তুনা নৎএগা হরাওবা অদুগী মরমদা অকুপ্পা ৱাফম খন্ন-নৈনবা তারগদি য়াকাশঙ অসিদা খন্ন-নৈনগনি অমসুং বায়েন থৌদা তৌগনি।।

*মমাংঙৈগী মতমদদি যারেকশঙ অমসুং য়াকাশঙ হায়রিবা শঙ অনি অসিদা নোং হেক ঙানবগা শিৎতোক-নাম্থোকপা লোয়বগা হরাওবা অদুদা থৌ তৌরিবা পাখংলাকপা, নিংঙোল্লাকপানচিংবনা শিল-লাঙদুনা ফিদাশিং অসি থাহল্লি। নিংথৌ-লৈমরেলনচিংবা লাক্রুগসু কনাগুম্বা মীওই অমত্তনা চংশিন্দুনা ফমনরুদে।।*

**য়েৎ পাম্বোমদা ঃ-** (৮) হরাওবা অদুবু পুরিবা অমাইবা অদুগী ফম্ফম। (৯) পেনা খোংবা অশৈবগী ফম্ফম। (১০) পুং-শেল য়ৈবা, তৌদ্রি-বাঁশি খোংবশিংগী ফম্ফম, (মসিবু "অশৈফম" হায়নসু খনৈ)।।

**ওই পাম্বোমদা ঃ-** (১১) হরাওবা অদুবু পুরিবী অমাইবী মকোক্কী ফম্ফম। (১২...) হরাওবা অদুদা য়াওরিবী অমাইবীশিংগী ফম্ফম, মথং-মনাও, থাক-খা কায়দনা ফমগনি। (১৩) লৈমশিজশিংগী ফম্ফম মসিবু "অপানফম" হায়নসু খংনৈ।।

---

মথংখনবী[১] ঃ নিংথৌগী অনিশুবা, অহুমশুবা, মবিশুবনচিংবা নুপীশিং মথংখনবী হায়না কৌনৈ।।

**লেমলোই ফমশাংদা** ঃ - (১৪) খুলগী মপু ওইরিবা খুল্লাকপগী ফম্ফম। (১৫ ***) লুপ্লাকপনচিংবা ফমনাইর্বশিং ফমগী অচৌ-পিশক য়েংনা থক-খা কায়দনা মথং-মথং ফমগনি। ***** খুঞ্জাশিংসু অহল-নহা য়েংনা মথং মনাও কায়দনা ফমগনি।

**লৈমরেল ফমশাংদা** ঃ (১৬) খুল্লাকপিগী ফম্ফম। (১৭ ***) লুপ্লাকপিনা লুচিংদুনা ফমাইবীশিং ফমগী অচৌ-পিশক য়েংনা থক-খা কায়দনা মথং-মথং ফমগনি। ***** খুঞ্জা নুপীশিংসু অহল-নহা য়েংনা মথং-মনাও কায়দনা ফমগনি।।

**হোজং** ঃ- "হোজং" হায়বদি ইনা নৎত্রগা চরুনা মথক কুপ্পুনা শাবা য়ারেকশঙ অমসুং য়াকাশঙ অনিগী তুংওইননা শারিবা হরাওবুং অদুগী চংফম কোম্থোং অদুবু "হোজং" হায়না কৌই।

লাই হবাওবগীদমক্তা শারিবা শঙশিং হায়বদি য়েৎ-পাম্বোম, ওই পাম্বোম, লেমলোই ফমশাং, লৈমবেল ফমশাং, য়ারেকশঙ, যাকাশংনচিংবা শঙ ময়াম শাবগী মহুত্তা ইং ১৯৬৮ দা "কাংঙবম লৈকাইগী য়ুমজাও লাইরেম্বী" গী অচৌবা মাণ্ডপ অমা শাখি, মসিনা মণিপুবগী অহানবা লাই-হরাওফমদা তুং কোইবা মওংদা শাবা মাণ্ডপনি হায়না ওঝাশিংনা ঃমদি পণ্ডিৎ লোযশঙগী পণ্ডিৎ অচৌবা ওইবীবম্বা লৈখিদ্রবা শ্রী ঙারিয়ানবম ওঝা কুল্লচন্দ্রা সিংহনা তাকপিবম্মী। মথংদা মোইবাংগী ইবুধৌ থাংজীঙগী মাণ্ডপ, মথংদা খুবাইগী লাইনিংথৌ অবাংবগী মাণ্ডপ, থাংমৈবন্দ ডি: এম: কোলেজ কেম্পসতা লৈরিবা ইমা ইবেন্মা খুম্থোক-হানবীগী মাণ্ডপ, থাংমৈবন্দা লাইরেন হঞ্জবা লৈকাইদা লৈরিবা ইবুধৌ নাওখিংখোং পাখংবগী মাণ্ডপ, উবিপোকতা লৈরিবা ইবুধৌ খম্লাংবগী মাণ্ডপ, খুবাইগী লাইনিংথৌ পুথিবগী মাণ্ডপ অসুম্না মথং মথং মণিপুবগী হরাওবশিংদা অচৌ-অচৌবা তুং কোইবা মওংদা মাণ্ডপ কয়া শান্নরকখি। অতৈ হরাওফম শরদনা হরাওবদুদংগী ওইনা তরপোলিন (দম্বুর) নৎত্রগা জিঙ্খু (টিন) না কুপ্পুনা মাণ্ডপ চাওনা খৈন্নে। অদুবু পণ্ডিৎ লোয়শঙগী পণ্ডিৎশিংনদি লাইবৌ লা থাফমগী মথক মপা অদুদি কুপশিলহৈদে, হায়দুনা টিন মনা অমত্তং ওইরবসু লৌথোক্নুনা হাঙহল্লি।।

## লাই হরাওবগা মরী লৈনবা ফমশিং

| ফম মমিং | | তৌগদৌবা মথৌ |
|---|---|---|
| ১। খুল্লাকপা | ঃ | খুন অদুগী মকোক্, ৱায়েল-থৌদা তৌবা। |

২। লুপ্লাকপা ঃ খুল্লাকপগী ভমথং, খুল্লাকপনা অনা-অয়েক তৌবা নৎত্রগা চৎথোকখ্রগা মন্থৎ শীনবা।

৩। কৈরুংবা ঃ লাইগী লৌচা-শেলনচিংবা পান্নবা।

৪। লাই শেল্লুংবা ঃ লাইনুংগী পোৎ-চৈ শেন্নবা, হরাওবদুদা চংবা পোৎলমশিং ৱাত্তনবা শীনবা।

৫। পাখংলাকপা ঃ লাই হরাওবগী থৌরমদা য়াওগদবা নুপাশিং বাত্তনবা হোৎনবা।

৬। নিংভোল্লাকপা ঃ লাই হরাওবগী থৌরমদা য়াওগদবী নুপীশিং বাত্তনবা হোৎনবা।

৭। শীংলোই ঃ লাই হরাওবদা চংবা শীং ৱাৎতনবা হোৎনবা।

৮। লৈরোই ঃ লাই হরাওবদা চংবা লৈ খুদিংমক ৱাত্তনবা হোৎনবা অমসুং লৈ-লাংবা।

৯। লারোই ঃ লাই হবাওবদা চংবা লা মখৈ ৱাত্তনবা হোৎনবা।

**অমাইবা, পেনাখোংবা অমসুং অমাইবীশিংগী ফল্লোন**

| অমাইবা | পেনা খোংবা অশৈবা | অমাইবী |
|---|---|---|
| ১। পণ্ডিৎ অচৌবা, | ১। সনা লৈখাম শংলাকপা, | ১। অমাইবী অশুপ্পী, |
| ২। পণ্ডিৎ য়াইমা, | ২। লুপা লৈখাম শংলাকপা, | ২। অমাইবী শংলাকপী, |
| ৩। পণ্ডিৎ অতোনবা, | ৩। পানা পেনা শংলাকপা, | ৩। পানা শংলাকপী, |
| ৪। পানা পণ্ডিৎ, | ৪। পেনা খোংবা হঞ্জবা, | ৪। অমাইবী হঞ্জবী, |
| ৫। অমাইবা হঞ্জবা, | ৫। পেনা খোংবা হিদং, | ৫। অমাইবী হিদং, |
| ৬। অমাইবা হিদং, | ৬। পেনা খোংবা, | ৬। অমাইবী, |
| ৭। অমাইবা, | *৭। অচম্বা পেনাখোংবা | *৭। অচম্বা অমাইবী। |

* = (অচম্বা) তম্বা হৌগৎলকপদা ঙাইরিবা অমাইবা নৎত্রগা পেনাখোংবা, অমসুং অমাইবী চংলকপদা ঙাইরিবী কাইনা ইপাল থাদ্রিবা অমাইবীশিং অদুবু "অচম্বা" হায়না খৎনগনি।

অমাইবা, পেনা খোংবা, অমাইবীশিংগী ফল্লোন অসি মনিপুর পণ্ডিৎ লোইশঙগী চৎনবীগী মতুংইন্না লোইশঙ অসিগী পণ্ডিৎ অচৌবা শ্রী ঙারিয়ানবম ওঝা কেরানি সিংহনা তাকপীরকপনি।।

-ঃ ঃ-

# লাইফি শেৎপা



**লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী পোমিৎ পোলাং**

লাই হরাওবা হৌগদবা নোংমা বাৎলিঙৈদা পণ্ডিৎ লোযশঙদগী হরাওগদৌবিবা হবাওবুং অদুদা অমাইবা, পেনাখোংবা অশৈবা অমদি অমাইবীশিংনচিংবা থাবক্কনি। অমাইবা পেনাখোংবা, অশৈবা অমাইবীশিংনা লাইশঙ অদুদা চঙদুনা খুকমজববা মতুংদা খুল-লৈকাইদুগী লাইবুংদা তিল্লেল্লীবা মাযাম্থু খুকমগনি। খুল নৎত্রগা লৈকাইদুগী অহল-লমনশিংদগী লাইফি শেৎনবা অযাবা ফংলবা মতুংদা অমাইবা-অমাইবীনা হবাও ফম্বাল মমাঙদা কবুক ফক নংএগা ফি অমা থাবগা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিগী হকচাং পোল্লাং (পোমিৎ পোল্লাং) দা কোনমাই হাপচিন্দুনা ফিজেৎ লৈতেংববু "লাইফি-শেৎপা" হায়না কৌই। অমাইবনা লাইনিংথৌগী, অমাইবীনা লাইরেম্মগী লাইফি শেৎকনি। লাইফি শেত্তুনা লাই-হবাওবা যাদে।।

*লাই খেননবগী মতুং ইন্না পোমিৎ পোল্লাংগী মহুত্তা উনা হকচাংগী ফিভম (উফম) ওইবা লাই নৎএগা ধাতুনা হৈবা লাইসু লৈ। অদুগা কোনমাই হাপ্পা য়াদবা লাইসু লৈ। লাই-লাইদুগী মতুং ইন্না লাইফি শেৎকনি।।*

হরাও ফম্বালগী মখোং মরি অদু লাইনিংথৌবোম থংবা মখোং অনিদনা অউপ্পা লাচেৎ ১/১ থাবগা শেল মযেক ১/১ হাপকনি, লাইরেম্মরোম থংবা মখোং অনিদনা

অরোংবা লাচেৎ ১/১ থারগা শেল ময়েক ১/১ হাপ্লগা মদুগী মথক্তা ফম্বাল মখোং মরি তাহন্দুনা ফম্বাল অদু থমগনি। ফম্বাল মথক্তা ফম্বালফি থাগনি।

## লাই ফমদেংবা

লাইফি শেৎপা লোইববা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিবু অমাইবনা লাইনিংথৌ, অমাইবীনা লাইরেম্মা হবাওয়ফম্বাল মথক্তা লেঙশিন্দুনা (থাঙ্গাৎতুনা) থম্ববু "লাই-ফমদেংবা" হায়না কৌই। লাই ফমদেংদনা লাই হবাওবা য়াদে।

## ঈকৌনবা শেম শাবা

লাই ফমদেংবা লোইববা ১ [illegible]দা অম ইবা অমইবীশিংনা খয়োম, লৈয়োম, [illegible]নিং, হিবিচে, পাঙনেন লৈপুন যাওবা ইকৌ[illegible] তুলেল ইকৌ[illegible] লৈবাইহ্নু খাজনবা মচাকশিং [illegible] শেম শাগনি। মসি ইকৌবা নুমিত্তসু অদুমক শেম শানে

খয়োম ঃ লা লাওোন নংথগা লৈহৌবাদা চেং, হাপ্পনা ডান্ মকম অমা মতোন [illegible] হোনাইবগা কোন লাই চন্দনা [illegible] লৈপোপ অহুম লৈঙ্খ [illegible]দনা চেং অদুদা হল্লগা [illegible] লৈ [illegible]দুনা যোম শিল্লগা ৩৬০ পয়ানা পুনবা মযোমদুবু "খযোম" হায়না কৌই। লাইনি [illegible] লা উপ্পা যোমগনি, পয়া মাপলনা পুনগনি। লাইরেম্মগী [illegible] পয়া [illegible]না পুনগনি।।







লৈহৌবানা খযোম যোম্বগী মওং।

লৈয়োম[১] ঃ পারোল অহুমদা লাংথ্রৈ মতোন হাপ্লগা য়োম্বা ময়োম্বু "লৈয়োম" হায়না কৌই। লাইনিংথৌগী লৈয়োম্না অউপ্পা লাদা লাংথ্রৈ লৈপোপ (৫+৯+৯) ২৩ অদুগা লাইরেম্মগী লৈয়োম্না অরোংবা লাদা লাংথ্রৈ লৈপোপ (৭+৭) ১৪ য়োমগনি।।

হিরি-লং[৩] ঃ পাঙ্গন্দেম লৈপুন য়াওবা ঈকৌফুগী মঙক্তা কিবা লং অহিংবা লংজা ৯ নৎত্রগা ৭ ফাইবা লম ৩/৪ শাংবা লং অদুবু "হিরি লং" হায়না কৌই। লাইনিংথৌগীনা লংজা মাপল ফাইগনি, লাইরেম্মগীনা লংজা তরেৎ ফাইগনি।।

হিরিচৈ[৮] ঃ হিরিলং য়েৎশিন্নবা (কোনশিন্নবা) হুই অমম্বক শাংবা চৈ অদুবু "হিরিচৈ" হায়না কৌই।

পাঙ্গন্দেম লৈপুন য়াওবা ঈকৌফু[৫] ঃ ঈকৌফু ওইগদৌরিবা চফু মচা অদুদা লাকোন অমা য়ুংলগা মদুদগী শেখরকপা লাচেৎশিং অদু চফু অদুগী মঙকশমদা হিরি লংনা পুনশিনগনি লাকোন য়ুংখৎলিবা অদুগী ময়াইদা লাংথ্রৈ মপোপ অহুম হাপকনি। মসিবু "পাঙ্গন্দেম লৈপুন যাওবা ঈকৌফু" হায়না কৌই। লাইনিংথৌগীনা লা অদু অউপ্পনা ওইগনি লাচেৎ মাপল থেকথগনি। লাইরেম্মগীনা লা অদু অবোংবা লা ওইগনি, লাচেৎ তরেৎ থেকথগনি। চফু অদুদা লৈয়োম-হিরিচৈদা য়েৎশিল্লবা হিরিলং অদু থেৎকনি। মতৌ অশুন্না পাঙ্গন্দেম লৈপুন য়াওবা ঈকৌফু শেমগনি।

তুরেল হৈরুক[৬] ঃ কম্বী অচৌবা অমদা লফোই-লফাং ১২ থোকপা অমা, হৈ মনম নাইবা, কবোক-হৈবোক, চু-হৈনচিংবা য়াওবা অদু ঈকৌবদা ঈকৌগদৌরিবা মফম পুখ্রি নৎত্রগা পাৎ নৎত্রগা তুরেলদুগী মপালদা অমাইবীশিংনা শবিক খিংদুনা কৎননবা পুরিবা অদুবু "তুরেল হৈরুক" হায়না কৌই।

লৈরাই য়ু খাংনবা পোৎচং[৭] ঃ য়াংকোক অমদা য়েংথৌ উতোং (৯+৭) ১৬, পুকয়ু-ঋাইয়ু (হৌজিক্তি য়ামনা মহুৎ শিন্নরে), কবোক নাচল তরেৎ, হৈবি মনা শিংজুনচিংবা ঈকৌফমদা লাইবুংথৌ মাপল-লাইনুরা তরেৎকিদমক্তা ঈকৌফমদা খাঙদোক্নবা পোৎচংশিং অদুবুনি।।

-ঃ ঃ-

# লাই হরাওবদা শীজিন্নবা ফিজেৎ লৈতেং

লাই হবা ওবদা শীজিন্নবা ফিজেৎ লৈতেংশিং আস চাওবাক্লা তবানিথোইরোম শুই। মদুদি ঃ- ১) লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অমসুং লৈমরেলগী ফিজেৎ, ২) অমাইবশিংগী ফিজেৎ, ৩) পেনাখোংবা অশৈবশিংগী ফিজেৎ, ৪) অমাইবীশিংগী ফিজেৎ, ৫) লাইপুবা নুপাশিংগী ফিজেৎ, ৬) থৌগাল্লোই নুপাশিংগী ফিজেৎ, ৭) লাইবৌ যাওবা নুপাশিংগী ফিজেৎ, ৮) মৌগী ফিজেৎ ৯) লৈশাবীশিংগী ফিজেৎ, ১০) নুপীমচাশিংগী ফিজেৎ, ১১) জগোয় শাবা অমসুং জগোয় শাবীশিংগী ফিজেৎ, ১২) তাংখুল-নুরাবী অমসুং লংমাই খুল-ওংবেকি ফিজেৎ অসিনচিংবশিং অসিনি।

১) **লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অমসুং লৈমরেলগী ফিজেৎ ঃ** হবাওগদৌবিবা লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অনিগী হকচাং। পাল্লাং পোমিৎ পোল্লাং হায়না খঙনবা নংত্রেগা উনা শাবা ফিভম (উফম) অদু অহানবদা ফি অমনা যোমশিনলগা অমাইবনা লাইনিংথৌগী কোনমাই হাপ্লবা মতুংদা ফৈজোম শেংকনি, মথংদা কোয়েৎ থোল্লগা নমখাং থোনগনি নাদা চোম্লাং যাল্লগা ওঙো লৈ পনে থোনগনি। লাইরেম্মনা অমাইবানা কোমাই হাপ্লবা মতুংদা ফনেক মযেক নাইবা থোনগনি। খ্বাংচেৎ-নমখা থোল্লগা কোক্তা লৈত্রেং থোল্লগা নাদা চোমাই যানগনি, লৈপবেং থোনগনি।

*(নোংগদবা ঃ ককচিং ইবেংবনগী ইকমনিংথৌ অমসুং লমদেংগী লাই খুরেম্বীনচিংবা লাই খবদদি কোনমাই হাপ্লদে, ফিরোল ওবেংনা লাইমাইদু খুমজিল্লি। কবিগুম্বা কোনমাই হাপ্লবদি মীশি-মীনা নাই হায়না থাজনৈ।)*

ঈকৌদুনা ঈকাথক্লবা মতুংদা লাইশং মনুংদা লাইরেম্মবোম থংবা নাকলদা ঈশাইফু অদু মনিং লৈপাক তাহন্দনা লা-ফৈনচিংবগী মথক্ত। অমাইবীশিংনা খিন্দুনা থম্লবা মতুংদা অমাইবীশিংনা তুঙ্গা ফনেক থোল্লগা খ্বাংচেৎ নমখাং থোনগনি।

২) **অমাইবগী ফিজেৎ ঃ** চৎনবীগী মতু ইন্না মমাংঙৈদদি অচম্বা অমাইবা অমনা শেংকদবা ফিজেৎতি ফৈজোম মপান চন্দবা অঙৌবা অমা

তোমাল শেংকনি ফুবিৎ পুমম্বাৎ থাজিন পান্নবী অমা লিৎকনি, কোযেৎ চাংখ্রংতাবীনা শলাই কোযেৎ যেৎকনি, ইন্নফি অঙৌবা (লংঙ্খা) না ঙক্তা যানগনি।

কবিগুম্বা অমাই * অদুনা নিংথৌগী মনাফি অশুবা ফংলবা অমাইবা ওইবগদি ফৈজোম্না খামেনচৎপা শেংকনি, বেশম ফুবিৎ শাইজোনবা লিৎকনি, কোকযেত্তা নমথাং খুৎহৎ হাপকনি খুজেংদা খুজি পোপচাওবী শিগনি, পাম্বোমদা তাল শিগনি লেংহননা লৈখামনাচিংবা পজেং ফিবাল পুন্নমক থেৎকনি।

৩) **পেনা খোংবা অশৈবগী ফিজেৎ ঃ** অচম্বা পেনা খোংবা অমগী ফিজেৎতি ফৈজোম মপান চন্দবা অঙৌবা অমা শেংকনি, নৈ পবেং অমা শিগনি ইন্নফি লংঙ্খা অঙৌবা অমনা খ্বাংচেৎ শেংকনি, চাংখ্রং তাবীনা শলাই কোযেৎ যেৎকনি।

কবিগুম্বা মনাফি ফংলবা পেনাখোংবা অশৈবা ওইবগদি ফৈজোম খামেনচৎপা শেংকনি, বেশম ফুবিৎ শাইক্লপা লিৎকনি, খুজি-তালনচিংবা শিগনি, কোকযেত্তা নমথা খুৎহৎ হাপকনি, নাদা চোম্লাং যানগনি লৈখাম্নচিংবা নিংথৌনা পীবা মনা মথুম পজেং ফিবাল পুন্নমক থেৎকনি।

৪) **অমাইবীগী ফিজেৎ ঃ** অমাইবী অসি অনিথোক্লা খাযদোকপা যাই। মদুদি ঃ— (অ) নুপী অমাইবী অমসুং (আ) নুপা অমাইবী অসিনি।

**(অ) নুপী অমাইবীগী ফিজেৎ ঃ** অচম্বা অমাইবী অমনা শেংকদবা ফিজেৎতা পুঙৌ ফনেক শেংকনি, ফুবিৎ পুদাংশাবী চাংখ্রিক খাযবী অঙৌবা লিৎকনি খ্বাংদা খ্বাংচেৎ লাক্কনি, শম হুগাংলগা হাংভুনা লুখমদা নুপী শম্বুল পুল্লগা শম্বান্দোং মমৈ থাদগনি শমজিবৈ থেৎকনি লাইরক্তা চগুন থিনগনি, লিক খুজি শিগনি নাদা চোমাই যানগনি।

মনাফি ফংলবী অমাইবী ওইবগদি ফনেক্লা পুঙৌ ফনেক শেংকনি, বেশন ফুবিৎ শাইক্লপা লিৎকনি শবোং ইন্নফি হাপকনি, শবোং মথক্তা খ্বাংলোক লাক্কনি,

নমথাং খুৎহৎ ঃ "নমথা, খুল্লক" হায়নপু খঙনে।
পুঙৌ ফনেক ঃ লাই হবাওবদা অমা শীবা মা। শংলিবা পুঙৌফনেক হাযবিবা অসি অঙৌবা মচুগী ফনেকপু খংনগনি।

খুজেংদা খুজি মচা শিগনি, পাম্বোমদা তাল শিগনি, নিংথৌনা পীবা মনা-মথুম, পজেং-ফিবাল পুন্নমক শেৎ ইনগনি।

**(আ) নুপা অমাইবীগী ফিজেৎ ঃ** মমাংঙৈগী মতমদদি নুপা অমাইবীশিংগী ফিজেৎ অসি ফৈজোম অঙৌবা মপান চন্দবা তোমাল শেৎনবম্মী, অদুবু শ্রীযুৎ চুডাচান্দ মহারাজগী মতমদগী ঐখোযনা হৌজিক উন্নবিবা "চামবা" হায়না খংনবা ফিজোল অসি শেৎনবে। অচম্বা নুপা অমাইবী ওইবগনা ফুবিৎ খুদাংশাংবী পুমযাৎ অঙৌবা অমা লিৎলগা খ্বাংদা খ্বাংলাক লাক্লবম্মী। মনাফি ফংলবা নুপা অমাইবী ওইবগনা বেশম ফুবিৎ শাইককপা লিৎলগা শরোং ইন্নফি হাপতুনা মদুগী মথক্তা খ্বাংলাক লাক্লুনা নিংথৌনা পীবা মনা মথুম পজেং ফিবাল পুন্নমক শেৎ-ইনগনি।

৫) **লাই পুবা নুপাগী ফিজেৎ ঃ** ফৈজোম অঙৌবা মপাল চন্দবা অমনা তোমাল শেৎকনি, ফুবিৎ পুমযাৎ থাজিন পানবী লিৎকনি, চাংখ্রং তাবীনা কোযেৎ শলাই যেৎলগা উপকনি, ইন্নফি লঙ্গা অমনা ইনলগা মচিন শনি অদু কিশি কিশিনদুনি। ইনবগী মওংদি ইনলিবা ইন্নফিদুগী যেৎলোম থংবা। মপাক থংবা) ইন্নফি ফিজিন্দুনা ওইগোমদা হাইগৎলগা যেংকি লেংবান্দা পুথবক্তুনা ওইগী ইন্নফি ফিজিন্দুগা থবাক্তা কিশি কিদুনা পুন্সিনগনি। লাই হাকংগ্রবদি ফি শেম্বা থাদবনা ফিহুন অসি ইনলিবনি।

৬) **থৌগল্লোইই নুপাগী ফিজেৎ ঃ** লাই পুবা নুপাগী ফিজেংকা মান্নৈ, হাযবদি ফৈজোম অঙৌবা মপাল চন্দবা অমা তোমাল শেৎকনি ফুবিৎ পুমযাৎ থাজিন পানবী লিৎকনি, লাই পুবা নুপানা ইনফি লঙ্গা ইনবগী মহুওা ইন্নফিদু মপুংদা শাংনা থুপ্লগা খাওন খ্বা চেৎ ওইনা শেৎকনি, কোক্তা চাংখ্র তাবীনা শলাই কোযেৎ যেৎলগা উপকনি।

৭) **লাইবৌ যাওবা নুপাগী ফিজেৎ ঃ** ফৈজোম মপাল চন্দবা অমা তোমাল শেৎকনি, ফুবিৎ পুমযাৎ থাজিন পানবী অমা লিৎকনি, অহল-লমনশিংদি ওক্তা ইন্নফি যান্নৈ অদুগা নাহাশিংনা ইন্নফিদুনা খাওন-খ্বাংচেৎ ওইনা শেৎনৈ।

৮) **মৌগী ফিজেৎ ঃ** ফনেক মপাল নাইবা অমনা ফিদোল চিংখৎতুনা শেৎকনি, হঙ্গামপাল মচুগী ফি অমনা নিং কুপ্না খ্বাংচেৎ শেৎকনি, শম হুগৎতুনা হাৎলগা নুপী শম্বুল নিংথিজনা পুল্লগা শম্বান্দোং মমৈ

থাদগনি, শমজিদা শজিবৈ থেৎকনি, লাইবক্তা চণ্ডন (চন্দোন) থিনগনি, হাবাওফি হাযনা খৎনবা ইন্নফি অপাবা অদুনা কোক খুল্লপ তৌনা ইনগনি। *লৈম-শিজা ওইবগদি নৎত্রগা লৈপাক নিংথৌনা মনাফি পীবা মৌ ওইবগদি ইন্নফিদা নমথাং-খুৎহৎ হাপকনি।* লৈজ-লৈজবগী মতুং-ইনা সনা লুপাগী লিক-কোন, খুজি-নাচি, খুদোপ্পচিংবা লৈতেংদুনা শিগনি।

৯) **লৈশাবীগী ফিজেৎ ঃ** ফনেক মযেকনাইবা অমনা খোইখা শেৎকনি, ফুবিৎ অমা লিৎকনি, হবাওফি অমা ইনগনি, লাইবক্তা চণ্ডন থিনগনি, শম নিংথিজনা হাংৎলগা থাদোক্কনি, লৈজ লৈজবগী মতুং ইন্না লিক কোন খুজি-নাচি খুদোপনচিংবা শিগনি। তৌবতবু লৈশাবীনা খুদোম্বাদদি খুদোপ শিন্নদে

১০) **নুপীমচাশিংগী ফিজেৎ ঃ** ফনেক মযেকনাইবা মচা অমা খোইখা শেৎকনি, ফুবিৎ অমা লিৎকনি. খ্বাংচেৎ মচা অমা শেংপিননি. লৈজ লৈজবগী মতুংইন্না খুজি-নাচি, লিক-কোন শিগনি

১১) **জগোয শাবা অমসুং জগোয শাবীশিংগী ফিজেৎ ঃ** লাইবৌ লাওবা যান্নবা শেৎকক্লিবা নুপা-নুপীশিংগী ফিজেৎ অদুমক্কা লাইমাওদা অদুমক জগোয শাবা মকাযবা লৈতে। অদুবু অখন্নবা জগোযগী তোঙানবা ফিজেৎতি নপানা খাম্মেনচপ্পা ফৈজোম শেৎকনি, বশন ফুবিৎ শাইক্কপা লিৎকনি, ওক্তা লৈ পরেং অমা শিগনি. নাদা চোম্লাং যানগনি, লাইবক্তা চণ্ডন থিনগনি. নিংখম শর্মাজন চিনগনি খুজেংদা খুজি পোপচাওবা শিগনি পাম্বোমদা তাল শিগনি, নিংখম মং ড। সনা মচুগী ফি অমনা খ্বাংলাক লাক্কনি। জগোয শাবী লৈশাবীগীনা ফনেক মযেকনাইবা অমা খোইখাদা শেৎকনি, বেশম ফুবিৎ শাইক্কপা লিৎকনি, লৈ-পরেং অমা, লিকথাং অন্তম-মবী শিগনি, খুজেংদা খুজি মচা শিগনি, নাদা চোমাই যানগনি, খ্বাংদা হবাওফিনা খ্বাংচেৎ শেৎকনি, শম নিংথিনা হাংৎলগা শম থাদোক্লগা লৈত্রেং (কজেংলৈ) কোক্তা উপকনি, বাহোং-মত্তু, উরিকশেৎ থেৎকনি।

১২) **তাংখুল-নুরাবী অমসুং লংমাই খুলং তরেৎকী ফিজেৎ ঃ** তাংখুল শাবা অদু কপত্রেং ফিজেৎ শেৎকনি, কোক্তা চিবোং থেৎকনি, নাদা চোম

যানগনি, খুবোমদা হাইশি, খুদাংদা হাইচৌ লোনগনি, পাইতু (খাও) অমা ফৈন্না য়ানগনি, লিরুং-তেন পায়গনি টাবাক অমসু পায়গনি, নুরাবী শাবী অদুনা তাংখুল নুপী অমগী ফিজেৎ শেৎকনি, শম অমা য়ানগনি, মদুদা চয়োম য়ুখোম্নচিংবা য়াওগনি, খুত্তা য়োৎপাক মচা অমা পায়গনি। লংমাই খুলং তরেৎ শারিবি নুপিশিংনা ফনেক ফিদোন চিংখৎলগা শেৎকনি, খ্বাংদা খ্বাংচেৎ শেৎকনি, ফি অমনা নুপী কোকশেৎ শেৎকনি, খুত্তা লম অমমুক শাংবা চৈ অমা পায়গনি।

*য়েংগদবা ঃ লাই হরাওবা যাওবা মীওই খুদিংমক লাইবক্তা চণ্ডন (চন্দোন) খনগনি। ফনেক খুদিংমক খাও তাইগনি। নুপীশিংনা মমাংঙৈদা শীজিন্নরম্বা লিকশিংদি মখওইনা নোংথ্রে পরেং, ক্যাং লিকফাং, লিকলু, ঙাঙোই পরেং, শন্দ্রেম্বী পরেং, থরোই মনিং পরেং, থাংজিং তজ্খায়, হৈবী মপাল, মরৈ পরেং, হৈগ্রূ পরেং (হৈগ্রূ খাযবী হায়নসু খংনবা) থম্বাল মনা পরেং, পুংদুম পরেং (থম্বালমনা পরেং অমসুং পুংদুম পরেংদি মরু ওইনা নুপী মচাশিংগী লিকনি)। খুদোপনা ঃ পরৈ খুদোপ, চরোং খুদোপ, য়ুবী খুদোপ অসিনচিংবা।*

-ঃ ঃ

# লাই ঈকৌবা



হরাওদৌবিবা লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অনিগী থরায় ঈশিংদগী অমাইবীশিংনা থেম্নগৎতুনা লৌখৎপবু "লাই ঈকৌবা" হায়না কৌই।

## ঈকৌনবগীদমক্তা শেম শাবা

খুল নৎত্রগা লৈকাইদুনা লেপ্পখিবগী মতুং ইন্না অমুক নৎত্রগা নুংথিলগী মতমদা অশুবা ফিজোল শেৎতুনা মীয়াম্না লাইবুংদা কারক্কনি। (*মসিদসু চৎনবীগী মতুং ইন্না ফংকনুংগী। চাংখৈওক হরাওবদদি অমুক অঙোনবা চীংখে হুলকপা মতমদা ঈকৌবগী থৌরম ঙসি মাওংগা কায়দনা পাংথোক্লি, কায়না য়াদে*) ঈকৌফ্ম পুগদৌরিবা নুপা নি অদ কৌশিনলগা লাইনিংথৌগী ঈকৌফ পুগদৌরিবা নুপা অদু অমাইবীনা লা মচেং ১/১ ঊপা থারগা খুনেৎশেল ১/১ হাপ্লগা মদুদা [illegible] নববি

---

ঈকৌফ পুগদৌরিবা নুপা : খুল নৎত্রগা লৈকাইগী লাই হৌরাবা ওইবগদি মাঙশোক-ফম্মেন খায়দোক্লগা ফম্মনলোমগী মীনা লাইনিংথৌগী অদুগা মাঙশোক্লোমগী মীনা লাইরেম্মা পুদে। লাই পুগদৌবিবা মীওইশিং অদু তুবৌ-চারৌ মুন্না থেংননি, হায়দদি যেক লৌনবা, তুমন-লুত্রা লৌবা মীনা লাই পুন্নদে। শাগী লাই ওইরগদি পীবানা লাইনিংথৌ অদুগা পু-যাইমনা লাইরেম্মা পুগনি। শাগেগী পীবা অনি পানবা লাইফমদদি অমওদা পুন্না হবাওবা লাই ওইরগদি পীবারেলনা লাইনিংথৌ, নাওদা পীবানা লাইরেম্মা পুগনি।

খুনেৎশেল : লাই হাপকৎপা মতমদা লাই পুরিবা মীদুনা লাচেং ১/১ গী মথক্তা শেল ময়েক ১/১ হাপ্লগা খোংনা নেথলিবা শেল ময়েক অদুবু "খুনেৎশেল" হায়না কৌই। খুনেৎশেল অসি পেনাখোংবনা লৌগনি।।

লাইরেম্মগী ঈকৌফু পুবা নুপা অদুনা অরোঙবা লা মচেৎ অমমম থারগা খুনেৎশেন অমমম হাপ্লগা মদুদা লেপহনগনি। খুদৈ মচা অমমমনা শেল্লবা হিগাওফি অদু নুপা অনিদুগী মঙকশমদা হুকচনবীরগা লুখামদা খুদৈ মতোল অনিদু কিশি কিশিনগনি, অদুগা হান্ননা শেমদুনা থল্লবা পাঙন্দেম লৈপুন য়াওবা ঈকৌফু অদু হিগাওফি মনুংদা হাপচিনগনি। নুপা অনিদুনা মখুৎনা হিগাওফি মথক্তা পাঙন্দেম লৈপুল য়াওবা ঈকৌফু অদু তাদনবা পায়গনি। মথংদা লাইমাঙদা পরেং অনিথোক্না লেপতুনা লৈরিবা থৌগল্লোইশিংদা অমাইবীশিংনা থাঙ, খুদৈশেল-কাওশেল, শেনপোৎ-লাইপোৎ, চোং, হুমাই খোকশাংবী, লেপশুম ফিদানচিংবা থৌগলগী পোৎচংশিং য়েৎ-ওই কায়দনা পীদুনা পায়হনগনি।

ঈশাইফু পুগদবী মৌ[১] অদুসু কৌশিল্লগা পুল কংনান্‌বী[২] অদু ফৈজা শারগা মকোক্তা থোংগৎকনি, ঈকৌফমদা চংগদবা পোৎলমশিং হায়বদি খয়োম, লৈরাইয়ু খাঙবদা চংবা য়েংথৌ উতোং (৯=৭) ১৬, য়াম, হৈবীমনা শিংজু, তুরেল হৈরুক্লচিংবা য়াংবোক্ অমদা হাপ্লগা নুপী অমদা পায়দুনা পুন্নবা শিন্নগনি। চরু মপুল মচা অমসু ঈকৌফমদা পুগনি।

ঈকৌবা অসি শরুক অহুম থোক্না খায়দোকপা য়াই। মদুদি ঃ- (১) ঈকুম্বা, (২) ঈতাবা অমসুং (৩) ঈকাবা অসিনি।

(১) ঈকুম্বা ঃ লাইবুংদগী ঈকৌগদৌরিবা পুখ্রি, পাৎ নৎত্রগা তুরেল ফাওবা অমাইবা, পেনাখোংবা, অমাইবীশিং, পুং-শেল য়ৈদুনা, পেনা, বাশি, তৌদ্রিনচিংবা খোংদুনা থৌগল্লোইশিং অমদি মীয়ামগা লোয়ননা ঈকৌনবগীদমক্তা চৎলিবা খোংচৎ অদুবু "ঈকুম্বা" হায়না কৌই।

পরেং অনি থোক্না লাই হাপকৎপা লোইরবা মতুংদা লাইশং মনুংদা ঈকৌফু পুবা নুপা অনিদু থৌগল্লোইশিংগী মরক্তা পুশিন্দুনা লেপহনলগা পুং-শেল য়ৈদুনা,

---

ঈশাইফু পুগদবী মৌ[১] ঃ মৌ খুদিংমক্তা ঈশাইফু হেক্তা পুবা য়াদে। হৈজিং-খরাই পুদুনা লুহোংবী, মচা-মশু তেকত-কাযদবা, য়েক লৌন-লৈনদবা, শাইরুক তিন্নবদা যুম পান্দবী মৌশিংনা ঈশাইফু পুগনি। খুলগী হবাওবদদি লাই শেল্লুংবগী নুপীনা ঈশাইফু পুগনি, মরম অদুনা লাই শেল্লুংবা হাপ্লা মতমদা তুরৌ-চাবৌ মুন্না য়েংলগা লাই শেল্লুংবা হাপনৈ। শাগৈগী হবাওবা ওইবগনা পীবাগী নুপীনা ঈশাইফু পুগনি।।

পুল কংনান্‌বী[২] ঃ পুল কংনান্‌বী অসি ঈকুম্বদনা "ঈরাংপুল" কৌই, ঈকৌফমদগী ঈশিং শোক্লবা মতুংদা "ঈশাইফু" কৌই, ঈশাইফু অদু লাইশং মনুংদা ফিজেৎ লৈতেংদুনা, লৈজ্জ তমদুনা লাৎলবা মতমদদি "লৈমরেল চফু" হায়না কৌই।

পেনা-বাশিন্নচিংবা খোংদুনা অমাইবীশিংনা লাইমাংদা জগোয় খুৎথেক কৎললগা মখাগী পরেং অশুম্না লেপ্লগা লাইবুংদু অহুমলক কোয়বল্লগা ঈকৌফম তন্না চৎকনি।

(১) নাহৈফু পুবা অমাইবা,

*(নাহৈফুদগী ঈশিং লাইবুংদগী ঈকৌফম ফাওবা তাইরেল পুংফাইনা লুপ্লগা চাই চাইদুনা চৎকনি।)*

(২) পুং-শেল য়েবা, পেনা বাশিখোংবনচিংবা চৎকনি,

(৩) অমাইবীশিং চৎকনি,

(৪) ঈরাংপুল পুবী মৌ চৎকনি,

(৫) পে পুবা নুপা অমা চৎকনি,

(৬) থৌগল্লোইশিং

**লাইরেম্মগী থৌগল্লোই পরেং**

থাং ফানবা নুপা,
হুমাই নারেকপা পুবা নুপা,
খুদৈশেল পুবী লৈশাবী,
কাওশেল পুবী লৈশাবী
ক্কাগোক্ পুবী লৈশাবী,
ঈকৌফু পুবা নুপা,
চোং পুবা নুপা,
লেপশুম-ফিদা পুবী মৌ.

**লাইনিংথৌগী থৌগল্লোই পরেং**

থাং ফানবা নুপা,
হুমাই নারেকপা পুবা নুপা,
খুদৈশেল পুবী লৈশাবী,
কাওশেল পুবী লৈশাবী,
ক্কাগোক্ পুবী লৈশাবী,
ঈকৌফু পুবা নুপা,
চোং পুবা নুপা,
লেপশুম ফিদা পুবী মৌ.

(৭) খুঞ্জাশিং

লাইরেম্মগী পরেংশিংদা নুপী
পরেং অহল-নহা য়েংনা
লেপকনি।।

লাইনিংথৌগী পরেংশিংদসু
নুপা পরেং অহল-নহা য়েংনা
লেপকনি।।

মতৌ অসুন্না মথক্কি পরেংশিং অসি কায়দনা পুং-শেল য়ৈদুনা, পেনা-বাশিন্নচিংবা খোংদুনা লাইবুংদগী ঈকৌফম তান্না চৎকনি।

(২) ঈতাবা ঃ পুখ্রি, পাৎ নৎত্রগা তুরেল হায়বদি ঈশিংদগী লাইগী থঙ্গায় থেমগৎতুনা ঈকৌবগী থৌওং অদুবু "ঈতাবা" হায়না কৌই।

লাইবুংদগী লাকপনা ঈকৌগদৌরিবা মফম অদু হেক য়ৌবগা থৌগল্লোইশিংদু থম্নম্নগা পাঙ্গন্দেম লৈপুন য়াওবা ঈকৌফু পুরিবা নুপা অনি অদু ঈশিং মপাল্ তান্না য়েৎ-ওই কায়দনা পুথরক্লগা অমাইবীশিংনা অউপ্পা লা মচেৎ অনি থারগা খুনেৎশেল অমমম্ হাপ্লগা লাইনিংথৌগী ঈকৌফু পুরিবা নুপা অদু ঈশিংলোমদা মমাই ওনহন্দুনা লেপহনগনি, অদুগা অরোংবা লা মচেৎ অনি থারগা মদুদা খুনেশেল অমমম হাপ্লগা লাইরেম্মাগী ঈকৌফু পুরিবা নুপা অদু লেপহনগনি। মথংদা অমাইবনা "ঈশিং কোম্থারোল" হায়বা লাইশোন্দু শোন্দুনা কোয়াই হুনগনি।

## ঈশিং কোম্থারোল

"হৌ-লো, ঈমদোম্বু ঈম্মহল্লো ঈমুবোল তরুবমক্ ঈঙৌরোল্ মঙামক্ ঈখাবী ঈবাম্বী ঈপোকচনু খংঙোই য়াংঙোইবী, তম্পাক ঈশুক ঈশোই য়াম্বী, নদাইরেম নখুল খুলবুকলেন অচংবনা। (*শাগৈগী লাই ওইরগনা "শাগৈ নংগী নয়েকচা" হায়গনি।*) চীংঙু খোইযুম লাইখিংথৌ (লাইগী মমিং) যোইবু খোইমোম লাইরেম্মা (লাইগী মমিং) অনিগী হবাও শকশেম তমজগে থৌদোক কুম্মৈ শান্নজগে হায়বগী লাইজ ঈবোলনুংদা কোরৌনোং লুপা অঙৌবনা লুপা কোনগচন, মালেম লৈশ্না অঙাংবনা সনা যাইগচন, লাইজ ঈবোলনুংদগী নক্কা ফবিরো. মালেম লৈখারোল তুরেৎমক্তগীসু - কোরৌ নোংথৌবেল মাপল্মক্তগীসু সনা সঙ্গাই নুংঙাইবদা কাবসে। হৌ ঈ-ফৌ।।"

লাইশোন অসিগী "হৌ-ঈ-ফৌ" হাযবকপা মতমদা অমাইবদুগী খুবাক্তগী কোনযাই (সনামচেৎ-লুপা মচেৎ) অনিদু ঈশিংদা থাদগনি।। (*ঈশিং কোম্থাবোলদা শীজিন্নগদবা সনা মচেৎ লুপা মচেৎ অসি ঈশিংদা তাওরবদি ফত্তে, মবম অদুনা পানা য়ৈথোক্লদে থারগ তৌনৈ।*) মসিগী মথংদা অমাইবনা খযোম লাক্কনি। খুৎ য়েৎনা লাইনিংথৌগী খয়োম, খুৎ ওইনা লাইরেম্মগী খয়োম পায়রগা মখাগী লাইশোন অসি শোনগনি ঃ-

## লাইশোন

"হে গুরু ঈরাইলৈমনা য়ায়্দ লৈ, ঈখৈনিংথৌনা খাদা লৈ, ঈতোননিংথৌনা থক্তা লৈ, ঈরেপ্পুংদা লেপ্পীয়ু ঈতাপুংদা তাবীয়ু য়ারা কুরুশিদবা সনা নফমলাংদা তরা চয়োম খয়োম কৎচরিয়ে, নখুন খুনবুকলেন অচংবনা (*শাগৈগী লাই ওইরগদি "শাগৈ নয়েকচচা" হায়না হায়গনি।*) চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ (লাইগী মমিং) য়োইবু

খোইমোম লাইরেম্মা (লাইগী মমিং) গী হরাও-শকশেম তম থৌদোক কুম্মে শান্নজগে চীংঙু নক্কা ফবিরো হায়বগী তরা চয়োম কৎচরিয়ে, হে গুরু।।"

অশুম্না লাইশোন অসি শোল্লগা চপ মান্ননা খয়োম অনিদু ঈশিংদা থাদগনি, মসিবু "লৈথক-লৈখা লাকপা" হায়নসু কৌই। মথংদা লৈবাই-য়ু খাংগনি অমসুং হৈশোই ঈপাল লাংগনি। লাইনিংথৌরোম থংবা লৈরাইদা য়েংথৌ উতোং মাপল, লাইরেম্মরোম থংবা লৈবাইদনা য়েংথৌ উতোং তরেৎ য়ুংলগা পুক্য়ু-ব্বাইয়ু (হৌজিক্তি য়াম চাইরগা ঈশিং হৈদুনা পুকয়ু-ব্বাইয়ুগী মহুৎ শিনলে) হৈবগা কবোক অফাবা হৈবী মনা শিংজু চাইরগা "লৈবাই য়ু" খাংদোকই, ইরোইনন: অমাইবীনা তুরেল হৈরুক কৎকনি।

## * লাইশোন

হে লাইয়িংথৌ অশুপ-ও। থাংজীঙ শরোই ৬১ মক্, মারজিঙ শরোই ৬১ মক্, ব্বাংব্রেল শরোই ৬১ মক্, কৌব্রু শরোই ৬১ মক্, কাচিন পুবা লাই, চান্দেবা খোংদেবা য়ুহাবা যুংচেংবা, পোইরৈ মাইকৈ মরি-শুংদাই ৮ দা লৈরিবা লাই, থক্তা লৈরিবা শোরারেল, খাদা লৈরিবা থোংঙারেল অহনবও! লাইবুংথৌ ৯ লাইনুরা ৭, শরোই ৬১ মক্ য়াখম্লোই ৭ মক্ চীংঙু লাইযামগী হৈশোই ঈপান তমজবি, চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ (লাইগী মমিং) য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা (লাইগী মমিং) অনিমক্কি থৌদোক কুম্মে শান্নজগে হায়বগী নখুন খুনবুকলেন অচংবনা (*শাগৈগী লাই ওইরগনা "শাগৈ নংগী নপাচা, নদু নংগী নহৈরোই" হায়না হায়গনি।*) হৈশোই-ঈপান থাজরিয়ে, হে-গুরু।।"

মথংদা অমাইবীনা লাইনিংথৌগী ঈকৌফু পুরিবা নুপা অদুগী হিগাওফি মনুংগী ঈকৌফু অদু মখুৎ য়েৎনা লৌথোক্কনি, মখুৎ ওইনা লাইরেম্মগী ঈকৌফু পুরিবা নুপা অদুগী হিগাওফি মনুংদগী ঈকৌফুদু লৌথোক্কনি অদুগা ঈপান লাংগনি, হায়বদি চফু অনি অদু ঈশিংদা খুৎকাপ্লি অহুমলক্ কাপ্লগা চফু অনি অদু ঈশিংদা থেংগনি। মথংদা মাইকৈ মরি হায়বদি থাংজীঙ, মারজীঙ, ব্বাংব্রেল, কৌব্রু ওন-ওন্দুনা জগোয় শাগনি, মসিবু "চফু জগোয় নৎত্রগা ঈকুম জগোয় নৎত্রগা চুক্‌ফারোল জগোয়" হায়না কৌই। *(চুক মরিগী মমিং ঃ- শম্বোং পাংবা (থাংজীঙ) "থাংহি ঙাপ্পৈই", চিংখৈ পাংবা (মারজীঙ)*

* হৈশোই-ঈপান অমসুং তুরেল হৈরুক কৎপগী লাইশোন অসি শ্রীব্বাংখেম ওঝা বিধু অমাইবা অমসুং ওইনাম ওংবী ওঝা ধোনি অমাইবী অনিনা তাকপীরকপনি।

*"চেংঙা" মৈরম পাংবা (ব্রাংব্রেল) "য়ুচেং" অমসুং কৌব্রুলাইচি পাংবা (কৌব্রু) "য়ুহা" হায়রিবা অসিনি।)* মাইকৈ মরিদা ওন-ওন্দুনা জগোয় শারিবা অসি মমাংঙৈদা গুরুগী য়াথং মতুংইন্না অশিবনা লাইবুংথৌ মাপল লাইনুরা তরেৎকা লোইননা মালেম লৈশেম্বা মতমদা হরাবনা হৌজ-হৌজ থুগাইদুনা মালেম শেম্বা য়াদ্রবদা গুরুনা নোংথাংলৈমা পুথোক্কুনা নোংথাংলৈমনা হরাববু শুমহৎতুনা পাওশানদুনা লৈরিঙৈদা মালেম লৈশেম্বা লোইহৌই। মতৌ অসুন্না চুক মরিবু ঙাক্কুনা নোংথাংলৈমনা শাখিবা জগোয় অদু ঙসি লাই হরাওবদা শারিবা জগোয় অসিনি, জগোয় অসি শাদ্রবদি লাই ঈকৌখৎপা য়াদে। মথংদা অরোইবা ওইনা লৈথক-লৈখা লাক্কুনা জগোয় শারগা ঈশিংদা খুৎকাপ্পি অহুমলক্ কাপ্লগা লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অনিগী ঈকৌফু অদুদা ঈশিং খুয়া অহুম-অহুম হাপচিল্লগা ঈকৌফু পুরিবা নুপা অনিদুগী হিগাওফি মনুংদা হান্নগুম্না য়েৎ-ওই কায়দনা হাপচিনগনি। ঈকৌফু অনিদুদগী হিরিলং তিংথোক্লগা লৈয়োম অনিমক্তা হিরিলং অদুনা পুন্না অহুম্মক য়েৎলগা কিশি থাদুনা পুনশিনলগা ঈকুম-ঈতাগদৌরিবী অমাইবীগী মখুৎ য়েৎনা পায়গনি, ইন্নফি অমনা মকোক্ খুন্নপ তৌনা ইনলগা মখুৎ ওইনা শরিক্কা কোন্ননা ইন্নফি মচিনগা লোযননা পায়গনি। *( হরাওগদৌরিবা লাই-লাইদুগী মতুংইন্না ঈকুম ঈতাগদৌবিবী অমাইবী অদুনা শরোং ইন্নফি শীজিন্নবা নৎত্রগা শীজিন্নদবা মুন্না খংগদবনি।)* ঈকুম-ঈতাগদৌরিবা ঈশিং মপাল অদুদা চরু থারগা মদুদা নিঙ্গাংননা ফম্লগা শরিক খিংদুনা অমদি লৈয়োমদু ঈশিংদা চুপ-চুপ লুপতুনা "লৈহৌ নোংহৌরোল" হায়বা লাইরোন্দু লোন্দুনা লাই থেমগৎকনি। মতম অসিদসু পুং-শেল য়ৈদুনা পেনা-বাশিনচিংবা খোংগনি, করিগুম্বা অমাইবীনা লাইপাও চেল্লকপা তারগদি য়ৈরিবা খোংলিবশিং অদু মখোল পীকথগনি, মরমদি লাইপাও চেল্লক্লিবা অদু মীয়াম্না তানবগীদমক্তনি। মতৌ অশুন্না লাইগী থবায় ঈশিংদগী থেমগৎতুনা লৌখৎপবু "লাই ঈকৌবা" হায়না কৌই। মথংদা অমাইবনা হিরি লং অদু শিৎকৎলগা অমাইবনা লাইনিংথৌগী লৈয়োমদা হিরিলংদু কোনশিনলগা লাইনিংথৌগী ঈকৌফুদা থেৎচিনগনি, অমাইবীনা লাইরেম্মগী লৈয়োমদা লাইরেম্মগী হিরিলংদু কোনশিনলগা লাইরেম্মগী ঈকৌফুদা লৈয়োমদু থেৎচিনগনি। মথংদা ঈরাংপুন অদু লৌরগা অমাইবীনা মাইকৈ মবি হায়বদি থাংজীঙ, মারজীঙ, ব্রাংব্রেল, কৌব্রু ওন-ওন্দুনা ঈশিং খরা-খরা শোক্লবা মতুংদা ময়াইদা লুপশিন্দুনা পুলদু থন্নবা ঈশিং শোক্লগা ঈশাইফু পুবী মৌ অদুগী মকোক্তা থোনগৎপিগনি। ঈকৌফু পুরিবা নুপা অনিদুগী মখোংদা ঈশিং চাইখৎকনি, মসিবু "লাই মখোং হাম্বা" হায়না কৌই। মথংদা ঈকৌফু পুরিবা নুপা অনি অদু মমাই ওনশিন্নদুনা লৈখৎলক্কনি, মতৌ অশুন্না থৌগল্লোই

পুন্নমকসু মমায় লৈখৎলক্কনি, ঈকৌফু পুরিবা নুপা অনি অদু মখোয়না হান্না লেপ্লম্বা থৌগল্লোইশিংগী মরক্তা পুশিন্দুনা লেপহনগনি। ঈকুম্লকপদা লাকপা থৌগল্লোইশিংগী পরেংদু কায়দনা লেপ্লবা মতুংদা অমাইবীনা থাং ফাল্লিবা নুপা অমদা নৎত্রগা অনিমক্তা চেং খরা পীগনি। থাং ফাল্লিবা নুপা অদুনা চেং অদু ঈকৌফমদগী লাইবুং য়ৌবা ফাওবা চাই-চাইদুনা লাক্কনি। মসিবু "য়াখমলোই চাকথা" হায়না কৌই।

(৩) ঈকাবা ঃ লাই ঈকৌবা লোইরগা "ঈকৌফমদগী লাইবুং য়ৌবা ফাওবা হল্লক্লিবা খোংচৎ অসিবু "ঈকাবা নৎত্রগা হিগাবা" হায়না কৌই।

মতৌ অশুমনা ঈকৌফমদগী লাইবুং য়ৌবা ফাওবা হল্লকপা অসিদা থেংখাঙ্ অহুম্লক লেপ্তুনা অমাইবীশিংনা জগোয় শাগনি। মসিবু "লাই ওকপা জগোয় (লাইওক জগোয়)" হায়না কৌই। মসি ঈকৌদুনা ঈকারক্লিবা লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অনিবু লাইবুংথৌনা অমুক, লাইনুরানা অমুক অমসুং লৈকংলাইনা অমুক জগোয় ওক্লিবনি। হরাওবুংগী থোঙ্গাল (হোজং) য়ৌবকপা মতমদা হরাওরিবা লাই অদুনা পাখংবা, খাগেম্বনচিংবা লাই ওইরগদি খোইজু-লমওক্কনি। মওংদি কম্বী অমদা ৱাই মচং, উচান, খোইজু-লৈখাম মৈ থারগা অমাইবনা "সনা লমওক অমসুং খোইজু লমওক" হায়বা লাইশোন্দু শোন্দুনা কবোক অফাবা চাইদুনা লমওক্কনি।

## সনা লমওক

কোরৌ নোংথৌরেলও লাইরেল লৃবাংবা মৈতেংথৌ সনা মিরেন নমিরেন থৌয়াংববু ঈরেন লমলেন লক্কি ঈমু-ঈঙৌবোনগী থারৈ লেম্লৈলক্কি তুরেল কাওসুম কাওরানুংগী তাইবং চীংউ নোংউমাংবু শায়খৎলক্কে। পুন্সি নুংশাংনা সনা নমিরেন মিরেন থৌয়াংববু তিল্লারেমলে, সনা নংথোংচিনবু পোন্না লিশিল্লক্লে। নরাৎচিনবু কাননা চোংশিল্লকএ, মিকপলাকপু নেৎথুরকএ, মীবাইরেনবু কাননা-চোংনা লাইরেন সনা নথোংজিলবু থোংলেন মরোল য়াম্ববু কাননা চোংনা তুবী নচৎলম লাইরেল নফালশাং থোংনাং লাল্লু চামাশুনা থোংলেন তলমু চনেৎ লম্বু তুবী নচিহেন লাইরেল নরাইলাংনা ৱাহিরোৎলকএ, সনা নমিরেন-মিরেন থৌয়াংববু তিনলারেম্লে নফম্লেন কারালেম্লে। নফাললেন তোংলরেম্লে, মালেম মানারোই থবি মতাং তেন য়াৱা শিম্থোং খাম তরেং খোংফাং লৈদ্না কি কৌবদি তুবিনচি হেন, লাইরেন নরাইলাং হৌরকএ। লাইরেন নংবু ফুবা লাংনা থুঙমদে, ফুবা তোংখম্লাং মিরেন তাংমা লাংনা কাপয়োনলকএ, মোংবা অউপলাং, লাঙ্গোম পাওনম্লাং, ৱাহি ঙাংগোঈ লাং, শনলম ফৈথিংলাংনা



লাই ঈকৌবা কাবকপদা সনা লমওক - খোইজু লমওকপগী শক্তম।

খুঙমদেএ। লবাইমেনগাকক মেনতাংশাং লাংবন হামপোইবা মিরেন লাংতমপা পায়মা লিবি শৎচবনা খোয়মা লাংতোনথক্তা শন লমফৈ থিংনা লাংতম্ববু হয়িং পেংলোইনাই, ন্‌ংনাং চবাবোই অহেনবা, খোইযা লোংচুমচাবু থুগবরা থুদবা লাং, লাংবন কৌজেং চোংথৌচাবু ফাগববা ফাদবা লাং, কুরাক মেন্দংচাবু থুগবরা থুদবা লাং, পাখং মানবা মিশমচিন-লৈবাং অতিংঙাবু খুবৌবা লাংনা ঙমপনঙমদে, তুবী নচিহেন্ লাইবেন নরাই কাংলকএ। নরেন খোইমোম লাইরেম্ম. মোংবা থাঙা য়িমচাও (য়ুমজাও) লাইরেম্মা যাইফবী মানফম লৈযেংবী-কোন্‌ফম লৈতাকপি মাঙশোকলাই থংবদা মৈরা হওন ঙইনা বাওম্বী বানা কাতাংওম্বী হুযেন ওইবমদা (ওইরোমদা) শুবী-খানিকপদা শাংনা ফাবি খোংনোং মযাং চিঁবিখোম্বী, ফিপোন ফাবি লোইবি অনান ঙম্বী, হুয়েন নোংমা তানফবি, শমশোকওম্বী হুযেন শমপেংফাবী নকালানথবিনা লাইরেন ইনোংয়াই নংদি লঙ্গোই শযাংথক্তা করিগী লাক্তরোই নোংথোইবাকো লাকশকও। শরেন যেৎনলাম খুনি কৌবোংশু খুজৌ হংচি লাক্লা খুযা য়েৎ-ওইথুম্বা সনা লমওকফমদা লাইরেন সনা নমিরেন মিরেন থৌয়াংববু তিক্লেরম্লে, য়োইবু নশানৌ কংলৈ মৈতৈলৈমনা লাইরেন, ইনাখী চঙ্গই লৈরিকচিন, মেনম্না বাইরং মেন তোমপোক পানলোই খুনঙম্‌লে, পামেন থেমচা উফৈথক্তা শংলেন লৈপান পুম্না ঙান্না নোংশালৈগুম্বও মালেম মনারোই য়াব্রা শিঙ্থোং খামনা মিকৌবদি হুইচি থেময়ে হায়বগীবু মিকৌদে, যিবেং পুপান থোইনবা খম্লাংবা পামহেন্নবা মিকৌবদি লিরিকাংখুল লাংনা থুঙমদবও, লাইরেন নংদি লাঙ্গোই শয়াংথক্তা করিগী লাক্তরোই, নোংথোইরগা কারক্লো। শরেন য়েৎন লাম খুজেং

হংচিলাক্ খুবি কৌরোংসু খুয়া য়েৎ-ওইথুম সনা লমওকফমদা তুবি নচি হেন্ন-তুবি সনা নমিরেন মিরেন থৌয়াংববু তিল্লেরেমলে, হেপি খুয়োইবু থংতা নোংপাল লাঙ্গোই শয়াং থক্তা ৱাকচিং লৌকোইহনবী, পানবা কৈথিন-হনবি, হুয়েন লানথিন হনবী, উরা পোংমা ওইএ, মেনলোই খুৎশা ওয়বিনা লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ ৱাংবন য়িগাশা তাওচিংখোং পুরিকলাই লিকলাই নৈশংলেনও য়াৱা শিনথোংখাম মালেম মনালোইনা মিকৌবদি হেতৌ তৌঙামখো খ্ৱওই হোইহনবগীবু মিকৌলোই তাম্থামৈ চাওশিন্নবা য়িরেং মানলৈ কোন্চিন্ববু মিকৌবদি থাংতেক খোইয়াংবা লাংনা থুঙমদে, লাইরেন নংবু সনা দোলাইথক্তা করিগী লক্তরোই, নোংথোইলক্নো-লাকশিকও। শরেন য়েৎনা লাম, খুবী কৌরোংসু খুজেং হংজিলাক খুয়া যেৎ-ওইথুম্না সনা লমৱোকফমদা সনা নমিরেন মিরেন থৌয়াংববু তিনলরেম্লে। লোইনাই নপারি লিক্লাই মৈদিংঙু থৌচা লাঙ্গোই শয়াংথক্তা সনা খোকথৈ মরোল-য়াম্বশিংনা লাইরেন্ ইপা মৈদিংঙু পাখং মানবা ইশম্ চিনখোইনৌ মিরাং মৈলাংচেং চারা ঈরুথেংও, মালেম মানালোইনা মিকৌবদি ৱাইর সনাঙম্ হুয়েন লান্না ঙমমে হায়বগীবু মিকৌদে, মৈবী সল্লাম ওই-উরেপ চার ওইনবা কৌরৌ খোংজোমনুবিদুগুম্ববু কুমজা নৌহৌনবা, তোংজেং কাইনৌদুগুম্ববু থাজা ওংহৌনববু মিকৌবদি ৱাবা মানতিংলৌবা শিনহৈলাং উকক্ খুৎনান লাং শংচিং নমিলাংনা থুঙমদে। লাইরেন ইপা মৈদিংঙু নংবু লাঙ্গোই শয়াংথক্তা করিগী লাক্তরোই নোংথোই লাক্নো লাকশিক-ও, খুয়া য়েৎ-ওই থুম্না সনা লমওকফমদা সনা নমিরেন মিরেন থৌয়াংববু তিল্লরেম্লে, নমোম তম্ফা ৱাংঙক্লোন চিংলাই লৈমা সনা কোনখাং মরোন য়াম্বশিংনা লাইরেন ইপা মৈদিংঙু কোরৌ শোইনাইদবা ৱাংবন হেন্নদবা নংবু থুমনাও হেনসোইএ, য়েন্নাও নাহেয়ে হায়বগীবু মিকৌদে, নুংগুম্ববু লেপ্পা য়ুং, চেংচা তু-গুম্ববু লেপ্পা খিন্নববু মিকৌবদি মোংবা তোংখললাং-ৱাচেৎ খাইচালাং-লাঙ্গোম পাওনল্লাংনা থুঙমদে। লাইরেন ইপা মৈদিংঙু নংবু লাঙ্গোই শয়াংথক্তা করিগী লাক্তরোই, নোংথোইরক্ও লাকশিকও, শরেন য়েৎন-লাম খুয়া য়েৎ-ওই থুমনা সনা লমওকমদা সনা নমিরেন মিরেন থৌয়াংববু তিল্লরেম্লে। য়োইবু-য়োইহৈ খুল্লেনবী চেংলৌ শমান লাথেমপি খোংফাং চাম্মনা য়োইথোনবী, লুপাকোন খাং মরোন য়াম্বীশিংনা লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ লিক্লাই তাইবং চিংঙু ঈরানৱাই নংগীদমকপু মোংবা তাশিলহন্দ থাপলৌ মরিল শৎতনা, তরেং খোংফাং নামুংনা মালেম মনারোইনা মিকৌবদি অবাংদা কৌব-কৌনু য়ৌরুইয়ে মিকৌদে, খাদা থারৈ কুমলুইয়ে লেম্লে তারুইয়ে, মিকৌবদি পিশোন-পাশোঙ্গে মিকৌদে, নুমিৎ নশোংচাও-থবানা নঙান্নাই, কুমজা তেকহৌনা থাজ নৌহৌনববু মিকৌবদি নোংয়াই নাওখম্বা লিরৌলাং-ওকশোং

পুমথাংলাং, শঙ্গাই তোম্নৌলাং-লিরেন তাংমলাং, নারক সোইচিনলাং-লফু ফম্চিংলাং, নৱা কোঙ্গোইলাংনা থুমঙদে। লাইরেন নংবু লাঙ্গোই শয়াংথক্তা করিগী লক্তরোই নোংথোইরকও লাকশিকও, শরেন য়েৎন লাম খুবী কৌরোংসু খুজেং হংচিৱাই, খুয়া য়েৎ-ওই থুম্না সনা লমওকফমদা লাইরেন সনা নমিরেন মিরেন থৌয়াংববু তিল্লরেনলে, অরোই নোংনে-লোইন নোংনে, লোইন সনা মিকোন নোংনে, হে কোরৌরেম্নে।

## খোইজু লমওক

কোরৌ নোংথৌরেনও ইক-ইক-ইক, লাইরেন মৈদিংঙু সনা নমিরেন-মিরেন থৌয়াংববু ও-ও-ও, য়িক-য়িক-য়িক। থারৈ লেম্নৈলক্কি ঈমু-ঈঙৌলক্কি, লৈকু-লৈরাইনুংগী-তুরেন কাওশিং কাওরানুংগী তিন্নরকএ য়ে য়ে-য়ে, য়িক-য়িক-য়িক। পল্লেম নমানা তরেং খোংফাং য়ৈনা লাইরেন নংবু মিকৌরকপদি ৱাহি ঙাংঙোই লাংদা থুগবরা হায়ববু থুফদবা লাং, হয়িং পোংলোই লাংদা থুগবরা হায়ববু থুফদবা লাং, মোংব অউপ লাংদা থুগবরা হায়ববু থুফদবা লাং, শল্লম ফৈথিং লাংদা থুগবরা হায়ববু থুফদবা লাং, লাংলোন মরময়াম্বু মিকপলাক-নেৎথু মিলাইরেনতোংনা চরোৎ লাংদোন ৱাইনা লাইরেন নংবু খিং খিং খিঙ্গারক্লেদা ও-ও-ও, য়িক-য়িক-য়িক, তুবি নশোংচা ও-লাইরেন লুনা-ৱাংনা খিং-খিং খিঙ্গারক্লেদা।

-ঃ ঃ-

# লাইবুং য়ৌরক্‌পদা তৌগদবা

খোইজু লমওক্লবা মতুংদা মৈ, ফৌদাং[1], ঙানুখোঙ্গাল, খুনুখোঙ্গাল অমসুং ঙমু খোঙ্গাল[2] নচিংবা কানগনি। কানবগী মওংদি লাইনিংথৌগী কাঙবুনা খোংয়েংনা কানগনি, লাইরেম্মগী কাঙবুনা খোং ওইনা কানগনি, ঈকৌবা য়াওরুবা মীওই খুদিংমক্লা পোৎশিং অসি কানবা লোইদ্রিফাওবা অমাইবীনা শরিক খিংগনি, পেনা খোংবা অশৈবনা পেনা খোংগনি। ঈকারকপদা খোংবা পেনা মরোলদি "হিগারোন" খোংগনি। পোৎ কানবা লোইরগা অমাইবনা লাইনিংথৌগী হিরিলং তিংথোক্লগা লৈয়োম অদু ঈশাইফু মনুংদা হাপচিনগনি, অমাইবীনা লাইরেম্মগী হিরিলং তিংথোক্লগা ঈশাইফুদা হাপচিনলগা ঈশাইফু পুবী মৌ অদুনা ঈশাইফু মপালগা লোয়ননা হিরিলংশিং অদু পায়রগা ঈকৌফু পুরিবা নুপা অনিদুগা লোযননা খোংথাং মান্ননা তপ্পা-তপ্পা লাইশং তান্না চংশিনলক্কনি। ঈশাইফু পুরিবী মৌ অদু "ঝাঙ্গোললৈমা"[3] হায়না কৌই। হিরিলং অদু তৎপা নৎত্রগা লৈবাক্তা তাবা য়াদে, য়াম্না চেকশিনগদবনি। মসিবু "লাই নৈতাবা" হায়না কৌই। কবিগুম্বা লৈপাক্তা তারবদি নৎত্রগা হিরিলংদু তৎলগদি করিগুম্বা লৈতারবদি অমাইবনা কোনয়াই চন্দুনা অমদি অনম-অথৌ কোক্‌থোক্কনি অদুগা অমুক হন্না ঈকৌগনি। লাইশং হেক য়ৌরকপদা ঈশাইফুদগী লাইনিংথৌগী লৈয়োম লৌথোক্লগা অমাইবনা লুচিংদুনা নুপা অহুম নৎত্রগা মঙানা হিরিলংদা পায়গনি, লাইরেম্মগী লৈয়োম্না অমাইবীনা লুচিংদুনা নুপী অহুম নৎত্রগা মঙা (নুপাগা মশিং মান্ননা) না কোক্‌শেৎ শেৎতুনা অমদি খ্বাংচেৎ শেৎলগা হিরিলংদা পায়দুনা তপ্প-তপ্পা ফমদেংলিবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা য়ৌনবা চংশিনগনি। মতম অসিদা অমাইবনা হিরি লাওগনি, অমাইবীনচিংবা মীয়ামনা খুমগনি।

---

ফৌদাং[1] ঃ ফৌ থুমোক অচোনবা অমদা ঙা পবেং, থুম কাগুপ, শেল কাগুপ য়াওবা অদুবু "ফৌদাং" হায়না কৌই।

ঙানুখোঙ্গাল, খুনুখোঙ্গাল অমসুং ঙমুখোঙ্গাল[2] ঃ খোঙনা কান্নবা ঙনু-খুনু অমসুং মৈতৈ ঙমু অদুবু "ঙানু খোঙ্গাল-খুনু খোঙ্গাল অমসুং ঙমু খোঙ্গাল" হায়না কৌই।

ঝাঙ্গোললৈমা[3] ঃ শ্রীমতি ঝাংখৈময়ুম ওংবী ইমা য়ুমশং অমাইবীনা তাকপিরম্বগী মতুংইন্না লাইনিংথৌ-লাইবেম্বী অনিগী লৈয়োম ঈশাফুদা থাদবিবা অদু নাওপুবনি। নাওপুরিবা মবম্না ঈশাইফু পুবিবী মৌ অদু "ঝাঙ্গোললৈমা" কৌরিবনি হায়না তাকপিরম্মী।

## হিরি লাওবা

| অমাইবা | ময়াম |
|---|---|
| ।। ও:-ও: ওলে-ও: | হি-হি, |
| এ-এ ওলে-ও: | হি-হি।। |

মসিবু "হিরি ফানবা" হায়না কৌই। অমাইবী অমনা লাইশং মনুংদা লাইরেম্মরোম থংবদা লা থারগা ঈশাইফু অদু থমগনি। হিরি ফান্দুনা চংলকপা অদুনা ফমদেংলিবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মনাক য়ৌরবদা অমাইবনা লাইনিংথৌগী লৈয়োম্না ফমদেংলিবা লাইনিংথৌগী খোইদৌদা অদুগা অমাইবীনা লাইরেম্মগী খোইদৌদা লৈযোমদুনা শোক্কনি। মসিবু "লাই থরায় হাপ্পা" হাযনা কৌই। অমাইবনা লাইনিংথৌগী ঈকৌফু পুবা নুপাদুগী হিগাওফি মনুংদগী ঈকৌফু অদু লৌথোক্লগা লাইনিংথৌগী য়েত্তা থমগনি, অমাইবীনা লাইরেম্মগী ইকৌফু পুবা হিগাওফি মনুংদগী ঈকৌফুদু লৌথোক্লগা লাইরেম্মগী ওইদা থমগনি। অমাইবীশিংনা থৌগল্লোইশিংনা পায়রুবা শেৎপোৎ-লাইপোৎশিং অদু লৌশিনলগা মফম চানা চানা থমগনি। মথংদা লৈয়োমদা য়েৎলিবা হিরিলংশিং অদু হিবিচৈদা য়েৎশিল্লগা (কোনশিল্লগা) মাগী মাগী ঈকৌফুদা হাপতুনা থমগনি।

## লৈথা (লৈহুন-তম্বা)

মথংদা অমাইবীনা লাইনিংথৌগী লৈয়োম থোক্লগা ফমদেংলিবা লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অনিগী মরক্তা লাংথ্রে লৈপোপ মঙা থমগনি। মসিবু "গুরুগী লৈহুন নৎত্রগা নমঙালে" হায়না কৌই। লাংথ্রে লৈপোপ মাপলনা লাইনিংথৌগী হকচাং শোক্ল মাওলোমদা থমগনি। মসিবু "লাইনিংথৌগী লৈহুনবা" হায়না কৌই। লেমহৌরিবা লৈপোপ মাপল অদুনা লাইনিংথৌগী য়েৎতা খুভম য়ারিবা লাইবুংথৌ মাপলগী লাংথ্রে লৈপোপ অমমম লৈহুন তমগনি। মসিবু "লাইবুংথৌ মাপলগী লৈহুন তম্বা" হায়না কৌই। মথংদা অমাইবীনা লাইরেম্মগী লৈয়োম থোক্লগা লাংথ্রে লৈপোপ তরেৎনা ফমদেংলিবি লাইরেম্মগী হকচাং শোক্লা লৈহুন তমগনি। মসিবু "লাইরেম্মগী লৈহুন" কৌই। লেমহৌরিবা লাংথ্রে লৈপোপ তরেৎ অদুনা লাইরেম্মগী ওইদা খুভম য়ারিবী লাইনুরা তরেৎতা লাংথ্রে লৈপোপ অমমম্ লৈহুন তমগনি। মসিবু "লাইনুরা তরেৎকি লৈহুন" হায়না কৌই। ঈশাইফু অদু ফনেক, খ্বাংচেৎ-নমখাং থোল্লগা অকংবা (ঈশিং ঈতাবদা যাওদবা) লাংথ্রে লৈপোপ্ অহুম লৈহুন তমদুনা ঈরাৎচরবদি "লৈমবেল-ফু"

হায়না খংনবগনি। মতৌ অশুম্না লাংথ্রে লৈপোপশিং মাগী-মাগী তম্ফম থোকপা তম্বু "লৈথা নৎত্রগা লৈহুন তম্বা" হায়না কৌই।

## লৈহুনবগী মওং

*খণ্ডজিনবীগদবা ঃ* ↑ - শুক, ♂ লাইনিংথৌ, ♁ = লাইবেম্মা

মখোক ⅄ মতোন = লাংথ্রে লৈপোপ

মতোন ↓ মখোক = লাংথ্রে লৈপোপ ১




*(যেংবীগদবা ঃ অমাইবীশিংগী শঙ খেন্নবগী মতুংইন্না লৈহুন্দা খেন্নবা খবা লৈ। খেন্নবা লৈহুনশিং অদু মথংগী লাইবিক্তা হাপচবগে।)*

## লাথা

ফমদেংলিবা লাইনিংথৌ-লাইবেম্মা অনিগী ফম্বাল মখা লৈমাইদা লা-লাতোন্ ৩ উপ্পা থাবগা মদুদা চেং, চু হৈ, কবোক-হৈবোক, হৈকল-লৈকন্নচিংবা, হৈ মনম নাইবা অমা, লৈশংলেন অমসুং লফোই লফাং চং থোকপা অমা উপ্পা হাপকনি। মসিবু "চনিং লাথা" হায়না খংনৈ। লাইনিংথৌবোম থংবা ফাংখোং অনিদুগী মনাক্তা লা-লাতোন ১/১ উপ্পা থাগনি, মসিদসু চেং, চু-হৈ, কবোক হৈবোকনচিংবা হাপ্লগা লফোই লফাং চং থোকপা ১/১ উপ্পা হাপকনি, লাইবেম্মবোম থংবা ফাংখোং অনিদুগী মনাক্তসু লা-লাতোন্ ১/১ লোংনা থাগনি, মদুদসু চেং, চু-হৈ, কবোক-হৈবোক্লচিংবা

হাপ্লগা লফোই লফাং চং থোকপা ১/১ লোংনা হাপকনি। মসিবু "ফংখোং-শিংখোং থাবা" হায়না কৌই। ফমদেংলিবা লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী অনিগী মমাঙদা লা অহুম নৎত্রগা মঙা তাইশিন্দুনা থারগা চেং, চু-হৈ, কবোক-হৈবোক, লফোই-লতংনচিংবা হাপকনি। মসিবু "লুকলেন নৎত্রগা লুকমাঙ" হায়না কৌই। লুকমাঙগী নাকল্ লাইনিংথৌগী মমাঙদা লা মচেৎ মাপন উপ্না থাগনি মসিদা চেং, চু-হৈ, কবোক্-হৈবোকনচিংবা হাপকনি, লফোইদি উপ্না হাপকনি। মসিবু "লাইবুংথৌ মাপলগী লাথা" হাযনা কৌই। লুকমাঙগী নাকল্ লাইরেম্মগী মমাঙদা লা তবেৎ লোংনা তারগা চেং, চু-হৈ, কবোক-হৈবোকনচিংবা হাপ্লগা লফোইদি লোংনা হাপকনি। মসিবু "লাইনুবা তবেৎকি লাথা" হায়না কৌই। লাইনিংথৌরোম থংবা শম্বোং পাংবদা লা-লাতোন্ ৩ উপ্না থারগা মদুদা চেং, চু-হৈ, কবোক-হৈবোক, হৈ মনম নাইবা অমা, লৈশংলেন অমসুং লফোই-লফাং চং থোকপা অমা উপ্না হাপকনি। মসিবু "অপোকপগী লাথা" হাযনা কৌই। লৈমবেলফুগী মমাঙদা লা-লাতোন্ ৩ লোংনা থারগা মদুদা চেং, চু-হৈ, কবোক-হৈবোক হাপ্লগা লফোই-লফাং চং থোকপা অমা লোংনা হাপকনি। মসিবু "লৈমবেলগী লাথা" হাযনা কৌই। লাথা খুদিংমক্তসু শেল ময়েক ১/১ হাপকনি।



অমাইবনা অনম অথৌ কোকপগী ফমফম।

*(খণ্ড জিনবীগদবা : উমংলাইশিংগী মবক্তা খোবিফাবা-পুরৈবোম্বনচিংবা লাইশিংদি মৈ চংবা পোৎ কৎনদে। মবম অদুনা কবোকসু মৈ চংবনিনা কৎনদে। লাইনিংথৌ খোরিফাবদি ঙা কৎপা যাদে. ঙা চাদবা লাইনি। মরম অদুনা লাই-লাইগী য়েংনা পোৎ কৎকনি।)* মথংদা অমাইবনা অনম-অথৌ কোক্লবা অমাইবীনা শেম-শাগনি। লা-লাতোন অহুম লোল্লগা লাইমাংদা থারগা ফিরোল অহুম থুপতুনা লাতোন মথক্তা থমগনি মদুদা চেং হৈবগা লাংথ্রেনা লৈহুন তমগনি, য়োৎ খুনেৎ-শেল খুনেৎ নচিংবা হাপকনি। অমাইবনা নিঙ্গাংনা লাইরোমদা মমাই ওনশিন্দুনা

ফন্নগা নাহৈফুদগী ঈশিং অদু তাইরেল-পুংফাই, নাপী-শিংবী, নাশেক-নাপু, লৌদ্রে-চাদ্রে মনাময়াম অসি লুপ্নগা লাইশোনগা লোয়ন্না খিকতোক-চামথোক্কনি। মসিদা শোনবা লাইশোনশিংদি খ্বাইগী ইহান-হানবদা "ঈরু-লাইশোন" শোনগনি। মথংদা "য়ুমদাই -নাকশেং, অনম-অথৌনা হৈরোন, পুরৈরোম্বা নাহৈরোন, হেবুরোন, লম্মিৎলোন, অপোকলোনচিংবা মথং-মথং শোল্লগা অরোইবদা "অতাই-লাইশোন" শোনগনি। তঙাই ফদনা অনম-অথৌ কোক্পদা শোন্দবা য়াদবা লাইশোন খরদং হাপচরি।

## ঈরু-লাইশোন

হা যেং কোরৌ মচি ঈ, ৱাংবন মনাও ঈ, কশা লাইনং ঈ, খাকপা পুরৈরোম্বা পুরাংনাগবা, খোংমরোক্কি ওন্দেবা খোংমরোক্কি ওন্ন হলৱাইবা, থোংনাং মনিরোংবা, ফেঙ্গাই লৈতুম-নুংদুম ঈ, নুংমু-নুংঙৌ ঈ, অৱাং কৌরু অশুপ্পা য়ারক্তগী শীন্থ ঈ, অরাম্বম ঈদি ৱাইচৎ ঈ, কোরৌ অশাংবম ঈদি ৱাইকেম ঈ, নোংথৌ শোবারেন্ অরিবা মরিকপি-মারিকপা শনগোনবী-শনগোনবা ঈবেন পিথ্রাইবী- খোংদ্রাইবী অশেম অশা হৈবী ("ঈবেন পিথ্রাইবী অশেম্বী, ঈবেন খোংদ্রাইবী অশাবী, অশেম অশা হৈবী" হাযনসু হাযনৈ) নংনা শেম্বী ও নংনা শাবীও, হা-য়েং, হা-উং তিনলৈরগনো-লাইরৈরগনো।।

## য়ুমদাই-নাকশেং

মাঙশোক মদংমদা ফঙ্মেন মদাইমদা যাতংদা কোন্দংদা তাক্তু ইদাইমা শেনখোং নবিনমা পরৈ হাওনা মাগী থুনাম্বা-নঙৈবা নফমশেং নখোঙ্গান নবানলি চাশোংফম্ নাওশোংফম মঙ্গোল্লাং ননুংলাং নশুমাং নশেনমাংগী কাওমশুমরোংববু থারৈ লেমলৈমদা তারশনো, হা-উং, হা-যেং।।

## অনম-অথৌ নাহৈরোন

উং-হৈ, উং-হৈ, উং-হৈ-গ য়োইগ-মেনগ য়াইগ থৌরি থৌচনলাংবু থৌরি থবা পোংথৌ তম্মী থবা মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মী নুমিৎ মাবু লানংদে, য়াৱা কোংখাংশাগী পোংথৌ মথং পীজগে, কুমজা পাল্লো থৌগে-নোংজা পাল্লো থৌগে ঙান্নরে-তেন্নরে। নাহালনোং মোংবা তুদেংনোং খোংদেংনোং তুদেং-খোংদেং নোংগীবু থৌরি থৌজাল লাংবু থৌরি থৌয়া লাংবু থৌরি থবা পোংথৌ তম্মী থবা মাবু

লানংদে নুমিৎ পোংথৌ তম্মী নুমিৎ মাবু লানংদে য়াবা কোংখাংশাগী পোংথৌ মথং পীজগে, কুমজা পাল্লো থৌগে- নোংজা পাল্লো থৌগে ঙান্নরে-তেন্নরে। নহালনোং তেকপী মওকচা কাওরেল মশনচা কাইরৈ ময়েনচা পোং খুগাই-শগাইবনা ফিজি ফিনাতোন্না হুন্নম-নন্নম্ববু থৌরি থৌচনলাংবু থৌরি থৌয়ালাংবু থৌরিথবা পোংথৌ তম্মী থবা মাবু লান্নংদে নুমিৎ পোংথৌ তম্মী, নুমিৎ মাবু লান্নংদে য়াবা কোংখাংশাগী পোংথৌ মথং পীজগে, কুমজা পাল্লোথৌগে নোংজা পাল্লো থৌগে ঙন্নরে-তেন্নরে, তিনলৈরগনো-লাইরৈরগনো।।

## পুরৈরোম্বা নাহৈরোন

হা-উং, হা-য়েং, থৌবিতেং লোইবিতেং চক্‌লৈ-ঙন্দং লৈঙান উঙান্‌ঙৈ-বাঙান্‌ঙৈ শিনশুঙৈ-শানশুঙৈ, চরোইনা খোংদমঙৈ-য়াম্বীনা খেকতম্‌ঙৈ, হুইথৌনা চিফেংঙৈ-কৈরেন্না য়াথোকঙৈ, লংমাইনা মৈহনঙৈ-লংমাই হিচিন-হিয়াথৌনা থিনগাই লৌখাইঙৈ, পুরৈরোম্বা অঙক্ অঙাওহৌ-শিগুপ শিগাই হৌরববু অমাইবী তম্পাক লৈহৌ মাইবী অমাইবা তম্পাক লৈহৌ মাইবনা তাইরেন মশা লোংনা লৌ (*"তাইরেন্না-পুংফাইনা, নাপিনা-শিংবিনা, লৌদ্রেনা-চাদ্রেনা, নাশেক্কা-নাপুনা" সু হায়নৈ।*) লাইজা খিকলেন চাইরবদা পুরৈরোম্বা মরোন থোক-মরিন থোক খুম্থন্না-লাম্থন্না খারৌ-লাইরৌকেন্না, চুপচি-লাইজি কেন্নরে-পান্নরে, তিনলৈরগনো-লাইরৈরগনো, হা-উং, হা-য়েং।।

## অতাই-লাইশোন

নোংথৌরেনবু তাইগে শোরারেনবু তাইগে পাখংববু তাইগে পুরাংনাগববু তাইগে মরিকপি-মরিকপা শনগোনবী-শনগোনবা ঈবেন পিথ্রাইবী অশেম্বী, ঈবেন খোংদ্রাইবী অশাবী অশেম-অশাহৈবী নখোয়বু তাইগে, রাত্রে শিলহৈবী-উত্রে শিলহৈবা নংবু তাইগে, রানহৈবী-রানহৈবা নংবু তাইগে, লৈমা-য়োইরেনবা নিংথৌ চরানবা নংবু তাইগে, ওইথাংও-য়েৎথাংও লিরি লিফাংবী নংবু তাইগে। নদাইরেম নখুন খুনবুকলেন অচংবগী বারেম-লানলেম খুনচিন-লানচিন মীচিন-মীপাও ফত্ত-হাওদি রানা ঙৌদোং অরোৎ-অচৎ অরুম-অখং ফুগ্রি-ফুরাং ওকচিন-শৌচিনলাংদি নোংলেম খানা পাংবরমদা হোই-হোই লাওনা হোইথবীরম্মো। খানা চাওবা রাংব্রেনগী কংলৈ মশুমাংদা পাম্বা কৈরেল অঙৌবী মপী-মচানা মথিক্-মথাফনা রাইথুংলুরশনো, তিনমু ফত্তবা-লাইমু ফত্তবা পুন্নমকপু মানা চাখিশনো, পাম্বা কোলোই মমিংথোন্দী কৈথৌরেন চমৃকপি-চমৃকপা কৌই, মপী-মচানা চাখিসনো, অদুদগী অরেম্বা-চোথবা পাথবনা থোংনাংমোনবী

চীংনুংহুত্তা হোই-হোই লাওনা হোইথবীরম্মো। অফবা-নুংঙাইবা, কপয়াংবা- তাংয়াংবা লৈবাক মরা তপ্পা, নিংথৌ পুন্সিবা, চাকহোং-ঙাহোংবদি হাওরে অৱাংপাংনা হোই-হোই হোইগৎপীরকউ, নদাইরেম নখুন খুনবুকলেন অচংবদি, কুরাওফান্না ৱাৎপা নমুপোংনা হেন্নবা, পুন্সি চরৈ নুংশাংবা মপারি শুক্তাবা-মমোম শোইদাববু মোমনু য়ুম্বুম হাংদনা তরেৎ লন্‌খাইবিয়ু, চিংঙু য়াবা পুন্সি লনকাইবীরম্মু। নদাইরেমশিং পুন্নমকপু চিংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ অৱাং কৌব্রু অশুপ্পগী কংলৈ মশুমাংদা য়াঙ্গোই শামু অঙৌবী মপীনা মচা লৈতংলেন অহনববু মনাতোন্না শিৎন-নান্না কোনবগুম নদাইরেম নখুন খুনবুক্লেন অচংববু অয়ুক ঙন্না কোম্থাবিয়ু নুমিদাং ঙন্না কেন্সিনবীয়ু, চিংঙু ঙাংলৌখাদা পুনেমজরিয়ে, হে-গুরু।।

মথংদা পেনাখোংবা অশৈবনা লফুৎ[১]তা ফমদুনা ঈকারক্‌পগী "ফম্মাং-থৌগল"[২] তৌগনি, লোইননা লাই নাওশুম্নমগনি। অমাইবিশিংনা লাইমায় ফি অমনা খুমজিনলমগনি, লুকমাঙসু ফি অমনা কুপশিনলমগনি, অদুগা লাইথোং থিংজিনগনি।

-ঃ ঃ-

---

লফুৎ[১] ঃ চরুনা শাবা, পেনাখোংবা অশৈবনা লাই-হরাওবগী ফম্মাং থৌগল অমদি য়াকাইবা মতমদা ফম্নবা ফিদানি।

ফমাং-থৌগল[২] ঃ হবাওরিবা লাই অদুগী মতিক-মগুণ থাদুনা পেনাখোংবা অশৈবনা পেনা থাদা পমদুনা-চৈজিং য়েত্তা পায়দুনা পেনা খোংদুনা শক্কনি। ফম্মাং-থৌগলগী ময়েক থরদং মথাদা "পেনাগী শরুক্তা" হাপচরি।

# নোংমগী থৌরম্ পরেং



**অমাইবীনা লাইমাং ফম্বগী ফমফম।**

অযুক অঙনবদা অমাইবা, অমাইবীশিং, পেনাখোংবা অশৈবনচিংবা খুদিংমক্ ঈব শমদেংলণা পেনাখোংবা অশৈবনা লাইমাঙদা লফুত্তা ফমদুনা পেনা খোংদুনা অমদি যাকাইরোন শক্কুনা "লাই-যাকৈংনি"। মথংদা অমাইবীশিংনা লাইমাই হাংদোক্কুনা লাইমাই তাগনি। খুদৈশেল-কাওশেল, শনপোৎ-লাইপোৎনচিংবা ফেংদোক-চামথোক্কনি। *মথংদা অমাইবীশিংনা লাইচোই থাগনি। খুল নৎত্রগা লৈকাইদুনা কাবকপা হৈ লৈ পুন্নমক অমাইবনা নৎত্রগা লাই শেল্লুংবনা তাইবেল-পুংফাইনা হাইদোল্লগা অমাইবীশিংনা হৈ-লৈশিংদু ওক্লগা মফম চানা থমগনি। *মথংদা অমাইবনা অনম-অথৌ কোক্কনি। অমাইবীশিংনা নোংমগী লৈহুন তমদুনা, চেং, চু-হৈ, কবোক-হৈবোক্লচিংবা হাপকৎকনি। মথংদা অমাইবীশিংনা লাইমাঙ ফমদুনা লাইপাও চেনগনি। * শবোই খাংদোক্কনি।

---

যাকাইরোন . পেনাখোংবা অশৈবনা শকপা 'যাকাইবোন' দি লাইবিক অসিগী পেনাগী শরুক্তা মতেক খবদং হাপচাব।

* * মথক্তা খুদমশিং অসি যাওবা থৌবমশিং অসি লাই হৌবাওশী তমনি মতানি তরেৎনি মাপললনিনচিংবা লাই খুন্দিন নৈবা নুমিৎশিংদতা পাঙথোক্কদবা থৌবমশিংনি।

নুংথিলগী মতমদা খুল নৎত্রণা লৈকাইদুগী মীয়াম্না লাইবৌ চোংবা য়াবা অশুবা ফি শেত্তুনা লাইবুংদা কারক্রবা মতমদা অমাইবীশিংশু অশুবা ফিজোল শেত্তুনা লাইবুংদা কারক্রগা লাই খুরুম্লবা মতুংদা তিল্লিবা মীয়াম খুকমগনি। লাইনুংদা চংদুনা লাইবৌলা শেমগনি। অমাইবা, পেনাখোংবা অশৈবনচিংবসু অশুবা ফিজোল শেত্তুনা লাইবুংদা কারক্রগা লাই খুরুম্লবা মতুংদা তিল্লিবা মীয়াম খুরুম্লগা মাগী-মাগী ফমফমদা চংদুনা ফমগনি। মথংদা পুং-শেল য়েদুনা, পেনা-বাশি খোংদুনা অমাইবীশিংনা লাইমাঙদা "জগোয় ওক্কনি"। অমাইবীশিংনা জগোয় ওক্লিঙৈদা কনাগুম্বা মীওই অমত্তনা লাইমাঙদা জগোয় শাবা য়াদে। মথংদা ফম্নাইবা-ফম্নাইবীশিং অমদি মীয়াম্না লাইমাঙদা জগোয়, খুৎথেক কৎকনি। মসিবু "জগোয়-অশাঙবী" হায়নসু খংনৈ। মথংদা লৈরোই হঞ্জবা অমসুং লৈরোই হিদংনা লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অনিগী লৈমন্ পোল্লাং পায়দুনা লৈ-লাংগনি।

*লাইমাঙদা শেমদুনা থম্লবা লাইবৌলাগী শক্তম*

*লা লাতোল অহুম লোল্লগা মদুগী মথক্তা ফি অমনা ফিরোল অহুম থুপ্লগা থাগনি, মদুগী মথক্তা লৈহুন তমগনি।*

লৈত্তোল
Y = লাংথ্রে লৈপোপ ৩
লৈখোক



লৈত্তোল
↓ = লাংথ্রে লৈপোপ ১
লৈখোক

(১) গুরুগী লাংথ্রে লৈপোপ্ (অহুম) ৩, (২) লাইনিংথৌগী লাংথ্রে লৈপোপ্ (অহুম) ৩, (৩) লাইরেম্বীগী লাংথ্রে লৈপোপ্ (অহুম) ৩, (৪) থাংজিঙগী লাংথ্রে লৈপোপ্ (অহুম) ৩, (৫) মারজীঙগী লাংথ্রে লৈপোপ্ (অহুম) ৩, (৬) য়াংব্রেলগী লাংথ্রে লৈপোপ্ (অহুম) ৩, (৭) কৌব্রুগী লাংথ্রে লৈপোপ্ (অহুম) ৩, (৮) খুরকলৈগী লাংথ্রে লৈপোপ্ (নিপাল) ৮ পুম্না লাংথ্রে লৈপোপ্ (কুনমাপল) ২৯ চংঙি।

## লৈ-লাংবা

লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অনিগী লৈমন্ মীয়ামদা য়েঙ্খোকপবু "লৈ-লাংবা" হায়না কৌই। লাইনিংথৌগী লৈমন্ পোল্লাংদু লৈরোই হঞ্জবনা পায়রগা লাইনিংথৌগী চোংখোংদা ইহান-হান্না লৈ লাংলগা হরাওপুংদা লৈ লাংগনি। করিগুম্বা হরাওবা অদুদা নিংথৌ লেঙলক্রবদি নিংথৌদা লৈ লাংগনি, মথংদা লোয়শঙদগী লেঙলকপা পণ্ডিৎতা লৈ লাংবগা লোয়ননা নিংথৌগী থৌগল ওইনা লেঙলকপা অঙম্-অথৌশিংদা লৈ-লাংগনি। মথংদা হরাওবা অদুবু পুরিবা অমাইবদা লৈ লাংলগা পেনা খোংবা অশৈবা অমদি অশৈফমদা লৈ লাংগনি। মথংদা খুল নৎত্রগা লৈকাইদুগী ফম্নাইবশিং মথং-মনাও কায়দনা লৈ লাংলগা খুঞ্জাশিং অহল-নহা য়েংনা থক-খা কায়দনা লৈ লাংগনি। অরেম্বা লৈ অদুনা লেমলোই ফমশাংগী মথক্তা হুনগত্তুনা থমগনি। লাইরেম্মগী লৈমন্ পোল্লাংদু লৈরোই-হিদংনা পায়রগা লাইরেম্মগী চোংখোংদা ইহান-হান্না লৈ লাংগনি। করিগুম্বা হরাওবা অদুদা লৈমরেল (মহারাণী) লেঙলকপা তাবগদি লৈমরেল (মহারাণী) দা লৈ লাংলগা মথংখনবীশিং' অমদি লোয়শংদগী লেঙলকপি অমাইবীদা লৈ লাংগনি। মথংদা হরাওবা অদুদা শরুক য়ারিবী অমাইবীশিংদা থক-খা কায়দনা লৈ লাংলগা ফম্নাইবীশিং যমগী মতুংইন্না মথং-মনাও কায়দনা লৈ লাংগনি। মথংদা খুঞ্জানুপীশিংদা অহল-নহা য়েংনা থক-খা কায়দনা লৈ লাংগনি। অরেম্বা লৈমনশিংদু লৈমরেল ফমশাংগী মথক্তা হুনগৎকনি। লৈরোই হঞ্জবা অমসুং লৈরোই হিদংনা লৈমন য়েনলকপা মতমদা লৈ লৌগদৌরিবা ঐখোয়না অপাম্বা লৈশক্ খনবা য়াদে। খুৎ অনি য়াদুনা হন্নফি ফিজি নৎত্রগা রুমালনচিংবা থারগা *"কুমশি কুমজা হরাওবদা লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অনিগী লৈমন লৌবা ঙমজবগুম ওন্নকপা কুমজা হরাওবদসু লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অনিগী লৈমন লৌজবা ঙমজবা পীন্নবীয়"* হায়দুনা খুরুমজরগা লৈরোই হঞ্জবা নৎত্রগা লৈরোই হিদংনা লাংলক্লিবা লৈমন্দু লৌগনি। মরম অদুনা লৈরাংবনা লাংলক্লিবা লৈ অদুবু "পুন্সি ঈয়েনলৈ" হায়না কৌই। মশা শেংদবা মীওইশিংদি লৈমন্ লৌনদে, খুরুম্নগতা তোক্কনি।

*নিংথৌনা খোঙলেংবা মতমদা পণ্ডিৎ লোইশঙদগী পণ্ডিৎ পুন্নমক চৎপা য়াদে, পণ্ডিৎ অচৌবা নৎত্রগা পণ্ডিৎ য়াইমা নৎত্রগা পণ্ডিৎ অতোনবনা নিংথৌগী থৌগল তৌগনি। করিগুম্বা থৌ লৈরবদি তঙাইফদনা পানা পণ্ডিৎনা নিংথৌগী থৌগল তৌগনি। লৈমরেল (মহারাণী) না হরাওবদা খোঙলেংবা তারগসু লোইশঙগী অমাইবী অশুপ্পী নৎত্রগা অমাইবী শঙলাকপিনা থৌগল তৌদুনা খোঙলেংগনি হায়না মণিপুর পণ্ডিৎ লোইশঙগী পণ্ডিৎ অচৌবা ওইবীরম্বা ওজা ঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্রনা তাকপীরম্মী।*

মসিগী মথংদা অমাইবনা লুচিংদুনা লাইবৌ চোংবা য়াবা অশুবা ফিজোল শেৎপা মীওই খরগা লোয়ননা পুঙ-শেল য়ৈদুনা লাইবুংগী খা- নোংচুপ চুথেক শম্বোং পাংবদা "হোই লাওগনি"। হায়বদি অমাইবনা ঈশৈ হল্লগা মীয়াম্না খুমগনি।

## হোই লাওবগী মরোল

হৌ-হো, হোই হাহা-হা, হোই হাহা-হা, হেঁবল্লো - হোই হোরিলা, হোই হোরিলা, হয়ুতে - হে খুলাইতে, হে হয়াহে, সিবু থোইনা হরাওবা লৈবরা লৈবনে, সে-সে ন্‌সেদা শয়ান্‌সেদা। নোংথৌরেলগী শগোলদি মমৈনা গে-গে লাওবনে, অঙৌবা শাগোন্নবরা ? তুম্বী-তুম্বী নাতুম্বী শিংজু শুরম্মু, নংগী শিংজু য়াইনম্বী, নংগীনা শিংজু য়াইনম্বী কন্নানা চাবীনি। খোংনাং-চম্প্রা য়ুবী খুদোপ্‌ পাম্মুবা খুত্তা পান্নন্না পীবা নুংশিদবরা ? অৱাংলোমদা কাখিবা, থাঙজৌ লেঙথোং নাখিবা, কাইরংবু য়ানগে চৎখিবা, কাইরংদি য়াল্লমদে, পাথৌ মচল্‌ তোম্বীদো শামুগী ওইরোম থংবদা, মাগী তাল্লোয়নি হায়দুনা পাচুনবেদা। ঙাপ্রুমনা উকাবা, কাথোক্তনা কাবোইদো, উতোন লোম্মিদা। থরোইনা মীচিকপা, চিকগোক্তনা চিকপোইদা, শক ফংঙদা। উদা কাবা ককচেং-ও, কক্‌চেং নীঙগাংবী। নিংথৌরেম্বী - নিংথৌরেম্বী চাগনু খুনিংথৌ কাঙগনি। শা-কোম্প্রেক চাগনু, শা-কোম্প্রেক চাগনু, নশম্‌ শাঙ্গনি। লফু মকন্না মঙ্গা ওই, মঙ্গানা অঙাং ওই, অঙাংগী মমা, অঙাংগী মমা থোবকউ লাও, লাইনিংথৌ লাইরেম্বী মমাঙদা জগোযদুম শাদোকসে। শে-শে লাওবসু লাওমিন্নশিদা। লৈশু নীঙথিরে-কোঙয়াংসু নীঙথিরে, শাবন্ন লৈবি লৈখোং শাং, কোঙযাং লৈনুংশি। লম্ফেল নবা কোম্বীবে, তাকয়েন্দা শার্থপ কোন্দোল্লে, লৈবাং চুন্নেদা। পোংনবে-হৌনরে, পোংন-হৌনবে। য়েংঙু-য়েংঙু শাৎলিবা লৈশে, য়েংঙু-য়েংঙু শাৎলিবা লৈশে, শাইগী মতেং পাঙনবা লৈনি, নুবা তখেল্লে। পেম্মা লৈহাওনু-পেম্মা লৈহাওনু, লৈহাওবু য়োনগে চৎখিবা, লৈহাওদি যোল্লমদে, মানা পাম্বা নুপাদা, খুদোল তৌবল্লে। নোংনা চুবনে-নোংনা তাবনে, শাবীন লৈবাং হেকখিবা কবম তৌনা লাক্কবা, নোংনা চুবনে। লৌরিদা উপথু - শাবন্দা লোংখ্রাক্‌ অশুম মরাকই। চীংগী পামেল উথম্বাল চীংগীনা পামেল উথম্বাল, তমদা শাৎচরো। মোদোল্লে - মোদোল্লে, মোদোল্লে - মোদোল্লে, পুন্না চিনশি চাওমল্লি, তজ্বায় চিনশি পিকমল্লি, শাবীনা লৈপান্নরিঙে, ননাও কেজগে। ৱারক-হৈজাং নম্বোনবী, হৈজাং উম্বাবী। ঐনা থাগে থাবরা ? লাইনা থাবনি। ইংখোলনু শম্বলনু, নম্বুল ৱাইশেমনু। ( হোই অমুক হঞ্জিনগনি) হৌ-হো-হোই হাহা হা, হেরিল্লো - হোই হেবিলা, হোই হেরিলা, হয়ুতে-খুলাইতে হে হয়াহে সিবু থোইনা হরাওবা লৈবরা-লৈবনে। সে সে নাসেদা শয়া নসেদা।।

মতৌ অসুন্না তাল থুজীল্লক্তুনা অথুবা তালদা থাদোক্কনি। মথংদা লাইবৌ চোংবদা লাই পুগদবা নুপা অনি অদু কৌশিল্লগা লংঙরা ইন্নফি অদু ইনশিনবীরগা ইন্নফি ফিজি অনি অদু থবাক্তা কিশি কিগনি, অদুগা লাইনিংথৌগী মপা লাইমাঙদা অউপ্পা লাচেৎ অনি থারগা শেল ময়েক (খুনেৎ সেল) অমমম হাপ্লগা মদুদা লাইনিংথৌ পুগদবা নুপা অদু লেপহনগনি। লাইরেম্মা মপা লাইমাঙদা অরোংবা লাচেৎ অনি থারগা শেল ময়েক (খুনেৎশেল) অমমম হাপ্লগা মদুদা লাইরেম্মা পুগদবা নুপা অদু লেপহনগনি। মখোয় অনিমক লাইরোমদা মমায় ওনশিন্দুনা লেপকনি। অমাইবীনা লাইনিংথৌ-লাইরেম্মগী লৈহুন্দগী লৈকা অমমম লৌথোক্লগা খুদৈ মচা মচা অমমমদা লৈকা অমমমদু য়োমশিন্দুনা কিশি কিশিন্দুনা লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অনিগী লৈশক খংনা য়েৎ-ওই কায়দনা লাই পুগদৌরিবা নুপা অনিদুগী মঙকশমদা পুনশিনগনি। মসিবু "লাই হাপকৎপা" হায়না কৌই। মসিগী মথংদা থৌগলগী পোৎলমশিং পুগদবা/পুগদবী মীওইশিং কৌশিল্লগা পরেং অনি থোক্লা লেপহনলগা থৌগলগী পোৎলমশিং অমাইবীশিংনা লাইনুংদগী পুথোক্তুনা পীদুনা পায়হনগনি। থৌগল্লোইশিংনা লেপ্পগী মওংদি লাই ঈকৌবা চৎপদা থৌগল্লোইশিংনা লেপখিবা অদুগা মান্নরে। মথংদা অমাইবীশিংনা হান্ননা লাইমাঙদা শেমদুনা থম্লবা লাইবৌলা অদু লাইশং মনুংদগী তুং হন্ন-হন্না থোরক্লগা লাইবৌলা থাফমগী মনিংদা লেপকনি, লাইরোমদা মাই ওনশিন্দুনা লেপ্লিবা লাই পুবশিং অমসুং থৌগল্লোইশিং অদু লাইবৌলা পুথোরকপদুগা ঈরোইননা লাইবৌলা থাফমলোমদা মায় ওল্লক্কনি। লাইবৌলা পুথোকলিবী অমাইবী অদুনা শম্ভোংদা ওন্দুনা থাংজীঙদা লাইবৌলাদু কৎকনি, মথংদা মারজীঙদা চীংখৈ ওন্দুনা কৎলগা মৈবম্ ওন্দুনা বাংব্রেল অমসুং কৌব্রুলাইচি ওন্দুনা কৌব্রুদা কৎলগা অরোইবদা হরাওব্বিবা লাইদুদা ওনশিন্দুনা কৎলগা লাইবুং ময়াইদা রাই তৈথোক্তুনা থম্লিবা লাইবৌলা থাফমদা লাতোন্দু লাইরোমদা ওনশিন্দুনা থমগনি। মসিবু "লাইবৌলা থাবা" হায়না কৌই। লাইবৌলা পুথোক্তুনা থাখ্রবদি লাইগা লাইবৌলাদুগগী মরক্তা শমদুনা নৎগ্রগা লান্দুনা চৎহৈদে, লাই লমলানবা কৌই। শমদুনা নৎগ্রগা লান্দুনা চৎলিবা মীওইদুগী খুত্তে, তৌহৈদে। লাই লমলানলবদি লমলানলিবা মীওইদু অমাইবনা অনম-অথৌ কোক্থোক্কনি অদুগা মীওইদুনা হরাওরিবা লাইদুদা ঙাকপীনবা হৈরুক কাদুনা খুরুমজগনি। লাইবৌলাদগী খুরকলৈ লৌখৎলগা অমাইবী অমমম্দা খুরকলৈ মরি-মরি হায়বদি খুৎ য়েত্তা খুরকলৈ লৈপোপ্ অনি, খুৎ ওইদা খুরকলৈ লৈপোপ্ অনি য়েপশিনগনি। অমাইবী মকোক অদুনা লাইনিংথৌগী মমাঙদা, মথংদুনা লাইরেম্মগী মমাঙদা লাইরোমদা মমায় ওন্সিন্দুনা লাইবৌলাগী নাকন্দা লেপ্লগা লাইচিং জগোই

শাগনি। লাইচিং জগোই শাবা লোইবগা লাইমাঙদা লাই হাপকৎতুনা লৈবিবা নুপা অনিদু পুথোরক্লগা থৌগল্লোইশিংনা লেপলিবা পরেং অদুদা পুশিন্দুনা চোং পায়রিবা নুপা অনিদুগী মমাঙদা লেপহনলগা পেনা খোংবা অশৈবনা লমইন খুৎলোন খোংদুনা খুরকলৈ যেপ্পী অমাইবী অনিদুনা লুচিংদুনা থৌগল্লোইশিং অমদি মীয়ামগা লোয়ননা খুবাক জগোয়না লাইবুংদু অহুম্লক কোয়গনি, চুথেক মরিমক্তা কোক্ নোন্দুনা খুকুমগনি। মতৌ অশুম্না লাইবুং অদু অহুম্লক কোয়রবা মতুংদা খুরকলৈ য়েপ্পী অমাইবী অনিদুনা লাইমাঙ য়ৌরকপদা লেপ্লগা

অমাইবী ঃ "হো-লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী মদাইরেম্শা"

ময়াম : "হাও" হায়না খুমগনি।

অমাইবী ঃ "হোইরৌ-হয়া লাওগদৌরে, নখোং নখুৎ লেঙগনুকো"

ময়াম ঃ "হোয়" হায়না খুমগনি।

পেনা খোংবা অশৈবনা লাইবৌলাগী মতুংদা লাইবোমদা মমায় ওনশিন্দুনা লেপ্লগনি। অমাইবীশিং অমদি মীয়াম্না খোং খুনিং অনি শম্মজিন্নবগা খুদোল খবা ফাক্তোক্নুনা হকচাং চুম্না লেপকনি। হোইরৌ হয়া লাওরিঙৈদা খোং-খুৎ লেঙ্বা যাদে। মথংদা পেনা খোংবা অশৈবনা হোইবৌ হয়া লাওবগা অনোইরোল শকথরক্কনি।


হোইরৌ-হায়া লাওবগী ফিরেপ

**হোইরৌ-হায় লাওবা ঃ**

"আ — হোইবৌ, না — আ — আআআ, হোইবৌ - হোইরৌ- ,না — আ - - আ আ, হোইবৌ হোইরৌয়ে নগেদা আ, লাই নিংথৌও হোইরৌনে সে-নে।। আ— হয়া, আ— আ-আআআ, হয়া — হয়া অঃ, আ —- আআআ, হয়া হয়াহে নগেদা অঃ, য়োইবুবী ও — ওঃ, হয়ানে - সে-নে-শুম।।"

পেনা খোংবা অশৈবনা "হয়া" লাওবকপদা অমাইবীশিংনা লৈয়াগনি। পেনা খোংবা অশৈবনা অনোইরোল শক্লক্কনি, মতাং অসিদা অমাইবীশিংনা খয়োম জগোয শাগনি। "হয়িঙৈদা নোয়বদি মৈনা-ৱায়না নোইয়ে, হে

তাংনে *শমঙৌনিদা* নোয়বদি....।" মতাং অসিদা অমাইবীশিংনা হকচাং-ফৈ নম্লগা খোং য়েৎ থাংগনি। মতৌ অশুম্না খয়োম জগোয়না লাইবুংদু অহুম্লক কোয়গনি, চুথেক-চুথেক য়ৌরকপদা লৈরমগনি। মথংদা লাইমাঙ য়ৌবকপদা অহুম্লক কাপশিনলগা জগোয় খুথেক লৌগনি। মথংদা লাইবৌ খুথেক ৬৪, হকচাং শাবা হায়না খংনবা অদু শাগনি, জগোয় খুথেক অমমম্ খনগনি। মতাং অসিদা পেনা খোংবা অশৈবনা "অনোইরোল" অদুমক শক্কনি।

## লাইবৌ খুথেক ৬৪ (হকচাং শাবা)

১/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খোইদৌ" মমি তম্লশে।
ময়াম ঃ হোই তম্লশে।।

২/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "লৱাই কোক্লেন" শানা নোয়রশে!
ময়াম ঃ হোয় শারশে।।

৩/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "চিরা (চিরাই)" শারশে।
ময়াম ঃ হোয় শারশে।।

৪/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "কোক্চি" শানা নোয়রসে।
ময়াম ঃ হোয় শারে।।

৫/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "লাইবক্" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হোয় শারে।।

৬/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
মযাম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "পীশুম" শানা নোয়রশে।
মযাম ঃ শারে।।

৭/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
মযাম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "মিৎচি" শানা নোয়শে।
মযাম ঃ হোয় শারে।।

৮/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
মযাম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "মিৎ" শানা নোয়শে।
মযাম ঃ হোয় শারে।।

৯/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংতৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
মযাম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "নখাঙ" শানা নোয়শে।
মযাম ঃ হোয় শারে।।

১০/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
মযাম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "নাতোন" শানা নোয়রশে।
মযাম ঃ হো শারে।।

১১/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
মযাম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "নাতোন নাক্চি" শানা নোয়রশে।
মযাম ঃ হোয় শারে।।

১২/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
মযাম ঃ হাও
অমাইবী ঃ "খজাই লেংঙল" শানা নোয়রশে।
মযাম ঃ হো শারে।।

১৩/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "নাতোন শুমাঙ" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হোয় শারে।।

১৪/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "চিম্বাল থক-খা" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হোয় শারে।।

১৫/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "য়ারি খোংজি" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

১৬/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খদাঙ" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

১৭/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "নাকোং (নাপা)" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

১৮/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "নাকোং চক্র" হাপচিনলো।
ময়াম ঃ হাপচিল্লে।।

১৯/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "লুশম" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ শারে।।

২০/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মা মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খৌরি-তোংদম" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

২১/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "লেংজুম" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

২২/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ লেংদোন" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

২৩/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "লেংপাক" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

২৪/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "পাম্বোম" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

২৫/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খুনিং" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

২৬/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খুৎকি খুবোম" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

২৭/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খুজেং" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

২৮/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
মযাম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খুনম" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

২৯/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খুবাক" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৩০/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
মযাম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খুবী-খুৎনাও (খুৎশা য়াৎলশে)" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।। (হো য়াৎলে)

৩১/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ খুৎশাশিংদু "খুজিল" হাপচিল্লো।
ময়াম ঃ হাপ্লে-হাপ্লে।।

৩২/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খুবাক ময়ি" হাপচিল্লো
ময়াম ঃ হো হাপচিল্লে।।

৩৩/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খুদোল চক্র" হাপ্লশে।
ময়াম ঃ হো হাপলে।।

৩৪/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "যাঙ" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ শারে।।

৩৫/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "থবাক মিহুনফম" শারশে।
ময়াম ঃ হো শাবে।।

৩৬/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "থবাক" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৩৭/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইবেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "ঙানফম" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৩৮/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "থজিন' শানা নোযরশে।
ময়াম ঃ হো শাবে।।

৩৯/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "লকা" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৪০/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "চনিং য়াফম' শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৪১/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খ্বাং" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৪২/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "নিঙজোল" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৪৩/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "লৈনুং থোংলোন" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৪৪/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "মীপোক লম্বী" শানা নোযরশে।
মযাম ঃ হো শারে।।

৪৫/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
মযাম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "কময়া" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৪৬/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "ফৈগল" শানা নোয়বশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৪৭/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "ফৈরু" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৪৮/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "ফৈবোম" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৪৯/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খুউ" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৫০/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খুরাই" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৫১/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খুবোম" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৫২/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইবেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ খোঙগী "খুজেং" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৫৩/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইবেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খুমিৎ" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৫৪/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা !
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খুনিং" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৫৫/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খোঙনম" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৫৬/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খোঙপাক" শানা নোয়শে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৫৭/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খোঙদোল (খোংদোল-লম্বুম্বা)" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৫৮/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খোঙশা" য়াৎলশে।
ময়াম ঃ হো য়াৎলে।।

৫৯/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খুজিল" হাপচিল্লো।
ময়াম ঃ হো হাপচিল্লে।।

৬০/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খোঙদোন ময়ি" হাপ্লা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো হাপলে।।

৬১/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!
ময়াম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "খোঙয়া থম্বাল" শানা নোয়রশে।
ময়াম ঃ হো শারে।।

৬২/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মদাইবেমশা।
মযাম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "হকচাং লম্বুম্লশে"।
মযাম ঃ হো লম্বুমলে।।

৬৩/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মদাইবেমশা।
মযাম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ "অতিযা গুরু শিদবদা থবাই নিবশে"।
মযাম ঃ হো নিবে।।

৬৪/ অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মদাইবেমশা।
মযাম ঃ হাও।
অমাইবী ঃ 'থবাই হাপ্লশে"।
মযাম ঃ হো হাপ্লে-হাপ্লে।।

মতং অসিদা লাইবৌ খুথেক ৬৪ (হকচাং শাবা) লোইবে। (নীঙশিং জবা রাফম অমনা "লাইবৌগী হকচাং শাবিঙেদা লাইবুংগী চুথেক-চুথেক যৌবকপা অমসুং হকচাংগী তাং শম্লকপা মতমদা জগোয শাদুনা লৈগদবনি" হাযনা ওঝা-গুরশিংনা তাকপীবম্মী, কাযহৈদে।) মথংদা "নুংনাও জগোয" তাবক্কনি।

অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মদাইবেমশা।

মযাম ঃ হাও।

অমাইবী ঃ হৌজিক্তি পলেম মমাগী খোইজিখাদা তাওজিং মমি তমদুনা তাওজিং মহৈ যানখবে।

ময়াম ঃ হো যাক্লে-যাক্লে।

অমাইবী ঃ নোংমা-নোংমা হৌখিদুনা লোইদাম থাবুম অহুম হৌখ্রে (*খুৎশা অহুম তিংথোক্লুনা তাক্কনি*)।

মযাম ঃ হৌখ্রে-হৌখ্রে।

অমাইবী ঃ লোইদাম থাবুম মঙা ফাবকএ (*খুৎশা মঙা তিংথোক্লুনা তাক্কনি*)।

ময়াম ঃ হো ফাবে-ফাবে।

অমাইবী ঃ (*খুৎশা তরেৎ তিংথোক্লগা*) হৌজিক্তি লোইদাম থাবুম তরেৎ ফারক্লবনিনা রাঙ্গোল-শং শারশে (*খুৎ অনি খুরক উচন চল্লগা য়ুমগী মওং উৎকনি*)।

ময়াম ঃ হো শারে-শারে।

অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবী ঃ (*খুৎশা মাপল তিংথোক্লগা*) নোংম নোংমগী হৌখিবনা লোইদাম থাবুম মাপল হৌখিবা খংহৌদে।

ময়াম ঃ হো খংহৌদে-খংহৌদে।

অমাইবী ঃ থাবুম তরা ফারক্লুনা কুমশিং শুজিনলক্লবনিনা রাঙ্গোলশং মনুংদা কোম তৌরশে (*থাংজৌ লৌদুনা কোম তৌবা উৎকনি*)।

ময়াম ঃ কোম তৌরে-তৌরে।

অমাইবী ঃ রাঙ্গোলশংদা চংলশে।

ময়াম ঃ হো চংলে-চংলে।

অমাইবী ঃ চাওন-নাউওল্লক্লবনিনা সনা লিফক নিরগা সনা লিফক থারশে (*খুৎ অনি থাঙ্গৎতুনা নিরগা, ফক তিংথোকপগী মওং উৎকনি*)।

ময়াম ঃ হো থাবে-থাবে।

অমাইবী ঃ মৈবা চিংদুনা মৈ হৌরশে (*মৈবা চিংদুনা মৈ হৌগনি*)।

ময়াম ঃ হৌরে-হৌরে।

অমাইবী ঃ ঈশিং পুল পুশিন্দুনা ঈশিং শাহল্লশে (*ঈশিং পুল পুশিনবা উৎকনি*)।

ময়াম ঃ শাহল্লে-শাহল্লে।

অমাইবী ঃ হো নাওকল্লবী (মায়োক্লবী) কৌরো (*খুৎ হৎতুনা কৌবা উৎকনি*)।

ময়াম ঃ কৌরে-কৌরে।

অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইবেমশা নাওয়োকপী কৌরো (*কৌবা উৎকনি*)।

ময়াম ঃ কৌবে-কৌবে।

অমাইবী ঃ হৌজিক্তি চাওন-নাউওন্নক্তে তিং-য়াং থেক্তুনা খাংঙে (*তিং-য়াং থেকনি*)।

ময়াম ঃ খাংঙে-খাংঙে।

অমাইবী ঃ হো নাওকনবীদা কোল্লো।

ময়াম ঃ কোল্লে-কোল্লে।

অমাইবী ঃ ফিজি-ফিনা কাঙলে।

ময়াম ঃ কাঙলে-কাঙলে।

অমাইবী ঃ লাইজা তরং হৌরে, ঈশিং য়াবা তারে।

ময়াম ঃ হো তারে-তারে।

অমাইবী ঃ নবা লু-থোংলে, মকোক্ উরে।

ময়াম ঃ উরে-উরে। (*হরাওরিবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী লাইমাং যৌরকপা মতমদা*)

অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা।

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবী ঃ (*লাইমাঙ্দা অঙাং কোনখৎপা উৎলগা*) হো নবা অঙাং পোক্লে।

ময়াম ঃ পোক্লে-পোক্লে।

অমাইবী ঃ নাওফমদগী থবাই মঙামক মিগা-থানা তরুকমক্ নবা অঙাং তম্না শিৎচিল্লো।

ময়াম ঃ শিৎচিল্লে-শিৎচিল্লে।

অমাইবী ঃ খোইরি কিশি থারো।

ময়াম ঃ কিশিল্লে-কিশিল্লে।

অমাইবী ঃ বাকথৌ লৌরগা খোইরি কক্লশে।

ময়াম ঃ কক্লে-কক্লে।

অমাইবী ঃ চফুদা নাওফম হাপচিল্লগা নাওফম চফু মখুম খুমজিল্লো।

ময়াম ঃ খুমজিল্লে-খুমজিল্লে।

অমাইবী ঃ হো বাং খুদেং পুশিল্লো।

ময়াম ঃ পুশিল্লে-পুশিল্লে।

অমাইবী ঃ ঈশিং হৈরো।

ময়াম ঃ ঈশিং হৈরে।

অমাইবী ঃ নবা অঙাং ঈরু-শমদেংবীরশে।

ময়াম ঃ ঈরু-শদেংলে।

অমাইবী ঃ ফদি শুম্লগা মচুম তৈথোকসে।

ময়াম ঃ তৈথোক্লে-তৈথোক্লে।

অমাইবী ঃ নিংথা লৌরগা নবা অঙাংদা কোনশিনলো।

ময়াম ঃ কোনশিনলে।

অমাইবী ঃ পম্বৌ মপাবু নাকোং থোংলেন অনিমক্তা মিংলেন পীহনলো

ময়াম ঃ হো পীরে-পীরে।

অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবী ঃ নাওফম ফুম্নবা থাঙজৌ লৌরগা কোম তৌরো।

ময়াম ঃ তৌরে-তৌরে।

অমাইবী ঃ লৈপাক খোৎকৎলো।

ময়াম ঃ খোৎকৎলে।

অমাইবী ঃ কোমদা নাওফম চফু হাপচিনলগা লৈবাক শিজিন্নো।

ময়াম ঃ হো শিজিন্নে।

অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবী ঃ নবা অঙাংদো লৌখৎলগা খোল্লাং মায়ওক্লরশে।

ময়াম ঃ খোল্লাং মাইওক্লরে।

অমাইবী ঃ ওইরোমদা অমুক শীনলো।

ময়াম ঃ শিনলে-শিনলে।

অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!

ময়াম : হাও।

অমাইবী : নৱা অঙাং অসি 'পাগী পারেপ ফংনবা, 'পুগী পুরেপ ফংনবা, নৱা অঙাং অসে চোংলশে।

ময়াম : হো চোংলশে।

*মথক্তা হায়জখিবা থৌওংশিং অসি মওং-মতৌ তমদুনা উৎকনি। থৌওং অমগা-অমগগী মরক্তা জগোয় খুথেক অমমম্ খনগনি অমসুং খোংনা তালদা নেৎতুনা তাল কায়হন্দনা থৌওংশিং অসি পাঙথোক্কনি। অঙাং চোংবগী মওংদা অমাইবীশিংনা হান্না হায়রগা মীয়াম্না খুমদুনা অঙাং চোংগনি।*

শোরারেলগী মপারি, থবিনা কারিঙৈদা কহৌরো,
নুমিৎনা ৱাংলিঙৈদা ৱাংহৌরো, ইপা মচুম তারো,
ইপু মচুম তারো, তিং-তিং চাওরো, চাওরো-শাংঙো।।

*(মথক্তি ৱাহৈশিং অসি হায়বগা অঙাং চোংগনি)*

অমাইবী : হো লাইনিংথৌ লাইবেশ্মগী মদাইরেমশা!

ময়াম : হাও।

অমাইবী : হৌজিক্তি নৱা অঙাং অসি নোংম-নোংমগী হৌখিদুনা নৱা লেপতম ফারক্লে, 'পাগী শরেপ ফারক্লে, 'পুগী পুরে তাল্লক্লে, চাওরে-শাংলে, অকে-অমৌ খঙলক্তুনা ঈরু শমদেংলগে হায়রক্লে।

ময়াম : হায়রক্লে-হায়রক্লে, (ঈরু শমদেংবগী মওং উৎকনি)।

অমাইবী : ফদি শুম্লগা মচুম তৈথোক্লসে (ফদি শুমদুনা মচুম তৈথোকপা উৎকনি)।

ময়াম : তৈথোক্লে-তৈথোক্লে।

অমাইবী : ঈরু শমদেংবা লোইরবনিনা চরৈ অহনবা হোংলশে।

ময়াম : হোংঙে-হোংঙে (ফি হোংবগী মওং উৎকনি)।

অমাইবী : খুগা নানবী ৱা শমচেৎ লৌরগা শম্লাং ভোইহাৎনরো।

ময়াম : হাৎলে-হাৎলে (শম হাৎপগী মওং উৎকনি)।

অমাইবী : কেবা লোইরবনিনা ফৈরা য়ৈনা য়া-য়া চোংলশে।

ময়াম ঃ চোংলশে-চোংলশে।

*( অমাইবীনা হায়রগা ময়ান্না খুমদুনা য়া-য়া লাওদুনা চোংগনি।*

য়ায়া লাওবা ঃ য়ায়া - হো - য়া,
য়ায়া - য়ায়া - য়া
হো ময়য়া - হো - য়া।।

মতৌ অশুম্না ফৈরা য়েনা য়ায়া লাওরবা মতুংদা অমাইবীনা ঃ "হো লাইনিংথৌ-লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!" ময়ান্না ঃ "হাও" হায়না খুন্নবা মতুংদা "য়ুমশারোল" তারগনি।।

## য়ুমশারোল

| অমাইবীনা লাওবা | ময়ান্না খুম্বা |
|---|---|
| হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা! | - হাও। |
| ১) গুরুদগী পরিংথৌরি নিরগা লাংশং হুনলো, | - হুনলে-হুনলে। |
| ২) য়ুমফম খঙনবা উচুক য়ুংলো, | - য়ুংলে-য়ুংলে। |
| ৩) য়ুমফম থোন্ননবা য়োৎপাক্ লৌরগা লৈপাক তৌরো, | - তৌরে-তৌরে। |
| ৪) য়ুমফম থোক্লো, | - থোক্লে-থোক্লে। |
| ৫) য়োৎপাক লৌরগা কুপ্না য়ান্দুনা য়ুমফমদু লৈমায় তেম্লো, | - তেম্মে-তেম্মে। |
| ৬) লৈয়ৈ থারো, | - থারে-থারে। |
| ৭) পরিং হুনলো, | - হুনলে-হুনলে। |
| ৮) কা য়াৎলো, | - য়াৎলে-য়াৎলে। |
| ৯) পরিং থৌরি কোনশিল্লগা গুরুদা লানখৎখ্রো, | - লানখৎলে। |
| ১০) থাং লৌরগা উমাই তাদুনা তেঙ্গা শারো, | - শারে-শারে। |
| ১১) থাংজৌ লৌরগা উখুল তৌদুনা লৈপাক খোকৎলো, | - খোকৎলে। |
| ১২) উহৌ য়ুংলশে (যত্রা হুনবা), | - য়ুংলে-য়ুংলে। |
| ১৩) উরেপ তম্লগা (যত্রা পাবা) য়ুংলশে, | - য়ুংলে-য়ুংলে। |
| ১৪) খাংঙেল হাপ্লো, | - হাপ্লে-হাপ্লে। |

১৫) লোইবী-লোইরক (য়ুম্বীরেল অৱাৎপাশিং) য়ুংলশে,- য়ুংলে-য়ুংলে।
১৬) খাংঙবু চিংখৎলশে, - চিংখৎলে।
১৭) সনা-য়ুম্বী হাপচিল্লো, - হাপচিল্লে।
১৮) হুমদাং য়াল্লো, - য়াল্লে-য়াল্লে।
১৯) য়াং হাপ্লো, - হাপ্লে-হাপ্লে।
২০) উরা থারো, - থারে-থারে।
২১) য়ুম কুপ্পবা ই হুনগৎলো, - হুনগৎলে।
২২) ই কুপলশে, - কুপ্লে-কুপ্লে।
২৩) থাঙ্গোল লৌরগা শাই কক্‌লশে, - কক্‌এ-কক্‌এ।
২৪) ফক্লাং খারো, - খারে-খারে।
২৫) ফক্লাং ৱাই তৈনবা য়োৎপাক লৌরগা লৈপী তৌরো, - তৌরে-তৌরে।
২৬) লৈপাকতু কুপ্না য়ানলশে, - য়াল্লে-য়াল্লে।
২৭) ঈশিং হৈজিনলো, - হৈজিনলে।
২৮) হো! লৈপাক থিৎলো, - থিৎলে-থিৎলে।
২৯) অথিৎপা লৈপাক্তো তাশিনলগা ফক্লাং ৱাই তৈরশে - তৈরে-তৈবে।
৩০) ইমাংথোং-ইনিংথোং পাল্লশে, - পাল্লে-পাল্লে।
৩১) মিহুৎথোং (থোংনাও) হাপচিল্লশে, - হাপচিল্লে-হাপচিল্লে।
৩২) ঙানুবোন-খুনুবোন শারশে, - শারে-শারে।
৩৩) নৈমরেল চফু থাংজিল্লো, - থাংজিল্লে।
৩৪) মৈবা চিংলগা মৈ হৌরশে, - হৌরে-হৌরে।
৩৫) চিরেল-লাইরেল (চিরোং) হাপ্লগা লাইদা কৎলশে, - হো কৎলশে - কৎলশে।

*মতাং অসিদা "য়ুমশারোল জগোয়" লোইরে য়ুমদু লাইদা কৎকনি।*

চিংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ,
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা,

নখুল খুনবুক্রেন অচংবনা,
সনা শঙলেন (শঙ্গাই) শাবা লোইজরে,
চীংঙু নখোঙখাদা কৎচরি,
নখুল খুনবুক্রেন অচংবগী,
নমু য়ুমথুংদবা খৈবিকপু,
নমু য়ুংথুংনবা য়েনবীরম্মু,
চিংঙু ঙাকলৌ খাদা,
নদাইরেম ওইবা ঐখোয়না,
হন্ন-হন্না পুনেমজরিএ।।

*তংঙাই ফদ্রগদি মতাং অসিদা অমাইবীশিংনা য়েপ্পিবা খুরকলৈ থাগনি।*

-ঃ ঃ-

# পান্থোইবী জগোয়



পান্থোইবীনা নোংপোক নিংথৌ খিনকপদা হাওবে নোংপোক পাঙবা শন্থোই লংমাইচীঙ। নোংমাইজিং চাঙ) দা উন্নবগা নোংপোক পান্থোইবী অনিনা ঈশৈগা লোয়ননা জগোয় শাদুনা পাওশানখিব। অদুবু লাই হৰাওবদা "পান্থোইবী জগোয়" হায়না যাওবি।

অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মদাইবেমশা।

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবী ঃ থৌজিং সনা শঙলেন (শঙ্গাই) শাবা লোইদুনা চিংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ, যোইবু খোইমোম লাই বেম্মা অনিদা সনা শঙলেন (শঙ্গাই) কৎলবনিনা খুঞ্জাও-লৈচাওনবা নংথৌ পুন্সি নুংশাঙনবা, লৈপাক মবা তপ্পবা, ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিমক্ পাচুন্নবা "পান্থোইবী জগোয়" শাবশে।

অসুম্না অমাইবীনা লাওববা মতুংদা অমাইবীশিংগা পেনা খোংবা অশৈবগা অৱাই-অখুম তৌদুনা তঙাইদনা মখাগী ঈশৈ অসি শক্লুনা "পন্থোইবী জগোয়' শাগনি। পুঙ-শেলসু যৈগনি। শৈশক অসিবু লাই হৰাওবদা শীজিন্নবা শৈশকশিংগী "পান্থোইবী

শৈশক্" হায়দুনা শীজিন্নগনি হায়না গুরুশিংনা তাকপী। *অতপ্পা তালদা ফৈ নমদুনা জগোয় শাগনি।।*

লাইমাঙদা ঃ আ ..........., হা ................,
নুমিদাং রাইগীনা মতমদা
নুমিৎনা চীঙয়ানা থাঙলক্লে,
চীঙগী মৈনবু তময়াথেং,
তমগী মৈনবু খোঙমৈনেম,
চীঙগী পামেলনা নীঙথিবী,
তমগী পামেলনা নাপুঙবী,
শাবী মাঞ্জনা পাম্মুবা,
থংলেনগী চেঙলৌনা উবরা ?
মাঞ্জগী কায়দোং-মাঞ্জ কায়দোংফম্বু তাকপীয়ুদা।।

থাংজীঙদা ঃ আ ..........., হা ................,
কেগেনিদিনা কশারেল,
মোইরাং লাংবুমনা অরিবা,
মোইরাং থাংজীঙনা কোইরেনলাই,
লোক্তাক ঈশান মাপল্না,
চেংলৌ শক্য়েংনবা লাইনিংথৌ,
ঈশাবী মাঞ্জনা পাম্মুবা,
নোংপোক মালংনা হুমওইবা,
কাওরেন্ শন্বোইনা থিববু,
কেগেনা মাইকৈ কেগে মাইকৈমক্তুবু পাঙলকপরা ?

রাংব্রেলদা ঃ আ ..........., হা ..... .........,
খানা চাওবনা রাংবুবেল,
লমলেন্ শুগ্নুনা ঈরাযতা,
খমনুং শরানা য়াঙদৌরম,
থোংনাঙ মোনবীনা চীঙনুংহুৎ,
লাইজা ঈথোংনা লোল্লিবা,
লেমলৈ ঙাথোংনা থিঙলিবা,

ঙাচিক কোনগুম্না কোম্বাবা,
ঙারেল কোনগুম্না কোল্লিবা,
পাম্মুগী লমদম — পাম্মু লমদমমক্তবু তাকপীয়ু।।

নোংপোক ঃ আ ............, হা ...... .......,
নোংপোক মালংনা হুমমোইবা,
হাওরৈ নোংপোক্কা পাঙবদা,
কাওরেন্ শনবোইনা থিবগুম,
চরৈ মচু নাইবা শেত্তুনা,
কোয়েৎ তোল্লোকনা নাইদুনা,
কাঙহু লেংদবু থোংদুনা,
ময়ুম শেল্লোইনা তুংওইনা,
য়াংদৌ খোঙদোইনা হুক্লক্লে,
ইকাইনা চরৈ-ইকাই চরৈমক্তবু লমখুমনৌ।।

অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ-লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবী ঃ হাওরৈ নোংপোক পাংবদা চরৈ চোনজোন শেৎ, কোয়েৎ তোল্লোক নাই, কাঙজৈ কাঙহু লেংদা থোং লেঙলক্লিবা অসিবু নবুংঙো নত্তবরা য়েংঙু।

ময়াম ঃ (*খুৎ খন্দুনা য়েংলগা*) য়েংলে, মান্নি-মান্নি ইবুংঙোনি।

অমাইবী ঃ নবুংঙো লাকপা উবদা নবেম্মদি হুমাং-লৈরিক কারে।

ময়াম ঃ (*খুৎ অনিনা মালং ঈচিক থেল্লগা*) হো কারে-কারে।

অমাইবী ঃ হো খুগা নান্বী ৱা-শমচেৎ লৌরগা শন্নাং তোইহাৎনরশে।

ময়াম ঃ (*শম হাৎপগী মওং উৎকনি*) হাৎলে-হাৎলে।

অমাইবী ঃ নবুংঙো য়ৌশিল্লক্লবনিনা ইকাই চরৈ খুমদুনা নবুংঙোবু ওক্লশে।

ময়াম ঃ (*চীন খুল্লগা*) ওক্লে-ওক্লে।

অমাইবী ঃ নবুংঙোসে লমশাঙ খোঙদোয় হুক্লকপদা ৱাররিনি, অৱা হুইজোং লাংবা কোক্লবা হুমাই থৌগল তৌরো।

ময়াম ঃ (*হুমাই হুম্বগী মওং উৎলগা*) তৌরে-তৌরে।

অমাইবী ঃ হৈরাং লৈরাং অরৈবা পুশিন্দুনা নবুংঙোদা কৎচরো।

ময়াম ঃ (হৈরাং-লৈরাং পুশিনবগী মওং উৎলগা) হো কৎলে-কৎলে।

অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবী ঃ ইবুংঙো-ইরেম্মা অনিমকসে মৈহৌবোলগী ৱারী নীঙশিংনা খুদোল-খুদোল পায়নরে।

ময়াম ঃ পায়নরে-পায়নরে।

অমাইবী ঃ হো খুবাক-খুবাক পায়নরে।

ময়াম ঃ পায়নরে-পায়নরে।

অমাইবী ঃ খুজেং-খুজেং পায়নরে।

ময়াম ঃ পায়নরে-পায়নরে।

অমাইবী ঃ পাম্বোম-পাম্বোম পায়নরে।

ময়াম ঃ পায়নরে পায়নরে।

অমাইবী ঃ লেঙবান-লেঙবান পায়নরে।

ময়াম ঃ পায়রে-পায়নরে।

অমাইবী ঃ মৈহৌরোলগী ৱারী নিঙশিংনা খ্বাং-খ্বাং পায়নরে

ময়াম ঃ পায়নরে-পায়নরে।

*মথংদা অথুবা তাল হোংলগা অমাইবীনা হায়রগা মীয়াম্না খুমদুনা নোংপোক পাম্ভোইবী অনিগী পাওশা ঈশৈ শক্নি।*

পাওশা ঈশৈ ঃ য়ায়া - হো - য়া,
য়ায়া - য়ায়া - য়া,
শনম্ খোকশে মখোকশে,
শনম হনশে মহনশে
পাখং শাম্মে ৱাইনশে,
নুরা শাম্মে চুন্নশে,
চুন্নরে চুন্নরে,

যায়া - হো - য়া,
যায়া - য়ায়া - য়া।।
উচি চি-চি চি-চি,
খরুং মপান খৌশাবা,
শেন্দাই লাকই ফ্রং,
য়ায়া - হো - য়া,
হো য়ায়া - য়ায়া - য়া।।
তিংকোং - কাংকোং,
তিংকোং কাংকোং
তিংকোং - কাংকোং
য়ায়া - হো - য়া,
হো য়ায়া - য়ায়া -য়া।।

মতাং অসিদা পাম্বোহৈবী জগোয় লোইরে, মথংদা "পামযানলোন জগোয় শাগনি।

ঃ ঃ-

# পাময়ান্‌লোন

তাইবং মীওইবা ঐখোয় অসি চান্নবা মহৈ-মরোং থাবা হৈরমদে অফং-অফংবা উহৈ-ৱাহৈ, শা-ঙা ফাদুনা চারম্মী। অঙৈং-অশাদগী ঙাকথোকচনবা ফি শাদুনা শেৎলমদে, লৈকু-লৈরাইদা লৈদুনা উকু নৎত্রগা শা-ঙাগী মউন শেৎলগা য়াম্না ৱানা লৈরম্বদগী চাওখৎপগী মঙাল খরা-খরা ফংলক্লুনা লৌ-শিংউদুনা চান্নবা মহৈ-মরোং লীদুনা অমদি লশিং থারগা মদুদগী লং নাইদুনা ফি শাখিবনচিংবা চাওখৎলকপা অদু লাই হরাওবনা ঙসি ফাওবা উৎলি। ইবেম্মা পাম্থোইবীনা লৌ-উদুনা চান্নবা চিঙ্গাক থাখিবা অমদি লশিং থারগা লং নাইদুনা ফি ইহান-হান্না শাখিবগী ৱারীসু "পাম্থোইবী-খোঙ্গুল"দা নীঙথিজনা পনলি। মতৌ অশুম্না পাম য়ান্দুনা মহৈ-মরোং থাবা অসিবু "পাময়ান্লোন" হায়না খংনৈ।

অমাইবী : হো, লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!

ময়াম : হাও।

অমাইবী : হৌজিক্তি থিংবাই পাম য়ান্দুনা, শিন্নৌ লশিং থারগা চরৈ ফিবু শাদুনা, লৈবাক খুঞ্জাও-লৈচাওনবা, নিংথৌ পুন্সি নুংশাংনবা, লৈবাক মরা তপ্নবা, চিংঙু মঙোন্দা কৎন্নবা, পাম হাইবা হৌরশে।

ময়াম : হৌরশে।

অমাইবীশিংনা লুচিংদুনা লাইবৌ চোংবা য়াওরিবা মীয়ামগা লোয়ননা পাময়ানলোন শাবা হৌরগনি। পুঙ-শেল য়ৈগনি, পেনা খোংবা অশৈবনা পেনা খোংদুনা "পাময়ান ঈশৈ" শক্কনি। অমাইবীনা হায়রকপা (লাওরকপা) গা লোয়ননা থবক থৌরমশিং অদু মতৌ তমদুনা মীয়ামগা লোয়ননা পাঙথোক্কনি।

| অমাইবী | ময়াম্না |
|---|---|
| হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা! | - হাও। |
| ১) উপী-উরেং থাংদোক্রুশে, | - থাংদোক্রে, |
| ২) থাঙলেন্ লৌরগা থিংবাই পাম হাইশে, | - হাইরে-হাইরে, |

৩) পামথি খোমজিল্লগা পৈশিল্লশে - পৈশিল্লে-পৈশিল্লে,

৪) মৈবা চিংদুনা খাম্বী মৈ হৌরগা থিংবাই পাম মৈ,খাম্বী মৈ চুরশে, - মৈবা চিংলে, হো হৌরে, মৈ চুরে,

*(মতাং অসিদা জগোই শারগা লৈগনি)*

৫) উৎথি-ৱাইথি চাইথোক্লে। - চাইথোক্লে,

৬) য়োৎপাক খুত্তা পায়দুনা থিংবাই (লৈপী তৌবা) পাম যাল্লশে - হো য়াল্লে-য়াল্লে

৭) হো লৈকুপ তানাবা কুপ্না য়াল্লো - য়াল্লে-য়াল্লে

৮) ফি লৌরগা কিশি কিদুনা খাও শারগা লশিং মরু লৌবগা খাওদা হাপচিল্লগা মরু তারশে (মরু-হুল্লশে) - খাও শারে, মরু লৌবে, মরু হুল্লে।

৯) য়োপাক লৌবগা মরু ওম্লশে - ওমলে-ওমলে

*(মতাং অসিদা জগোয় শাদুনা লৈগনি)*

১০) খুমু হুল্লে (মতোন্ চোংলে) - হুল্লে-হুল্লে

১১) মানা অনি পাল্লে, - পাল্লে পাল্লে

১২) খুজেংমুক্ ৱাংলে, - ৱাংলে-বাংলে,

১৩) খুউমুক্ ৱাংলে - ৱাংলে-বাংলে

১৪) খ্বাঙমুক ৱাংলে - বাংলে-ৱাংলে,

১৫) লৈপাল মপুং ফারক্লে, চাওরে - চাওরে-চাওরে,

*(মতাং অসিদসু জগোয় শাবগা লৈগনি।)*

১৬) লৈরাং পোমলে - পোমলে-পোমলে

১৭) লৈরাং লৈশাৎ তমলে, শাৎলে - শাৎলে-শাৎলে

*(মতাং অসিদসু জগোয় শারগা লৈগনি।)*

১৮) ফি লৌদুনা খাও শাবগা শিনৌ লশিং হেক্লশে - হেক্লে-হেক্লে

১৯) লশিং পোল্লাং/পোন পুথোক্লশে - পুথোকলে,

২০) খাওদগী লশিংদু পোল্লাং/পোনদা হাপচিল্লো - হাপচিল্লে

২১) পোল্লাং/পোনদা লশিং নমশিনলো - নমশিল্লে,

২২) পোমাই লৌরগা পোল্লাং/পোন মখুম খুল্লগা পয়া পরৈ থাদুনা পুনশিল্লগা ইম্বুরম্মো - পুনশিল্লে হো ইম্বুরে

২৩) লশিং পোল্লাং/পোনদু পুরশে - পুরশে

২৪) লশিং পোল্লাং/পোন থারশে - থারে-থারে।।

*মতাং অসিদা পাময়ানলোন জগোয় লোইরে, মথংদা "ফিশারোল" তারগনি। নীঙশিংজনিংবা অমনা থৌ-অমগা অমগগী মরক্তা জগোয ১/১ খনগনি, পামযানলোনসু ফিশারোলসু।*

## ফিশারোল

| অমাইবী | | ময়াম্না |
|---|---|---|
| ১) | লশিং পোন থাঙদোক্লগা পোনমাই হাংলশে | - হাংঙে-হাংঙে |
| ১) | লা (ফৌবা) পুথোক্লসে | - পুথোক্লে |
| ৩) | পোন্দগী লশিং লাদা থিদোক্লশে | - থিদোক্লে-থিদোক্লে |
| ৪) | শিনৌ লশিং শন্দোক্লগা ফৌবশে | - শন্দোক্লগা ফৌবে |
| ৫) | শিনৌ লশিং মকু খোক্লশে | - মকু খোক্লে |
| ৬) | কপ্‌ত্রেং পুথোক্লো | - পুথোক্লে |
| ৭) | কপ্‌ত্রেংদা লশিং তক্লসে | - তকএ-তকএ |
| ৮) | লশিং মরুগা লশিংগা তোঙান-তোঙান ইম্থোকও | - ইম্থোকএ |
| ৯) | কপ্‌ত্রেং থাংদোক্লশে | - থাংদোকএ |
| ১০) | কাপোন পুথোক্লশে | - পুথোকএ |
| ১১) | লশিং নাচল অমা কাপোন্দা হুঞ্জিক্লো | - হুঞ্জিক্লে-হুঞ্জিক্লে |
| ১২) | ওইদগী হুইদ্রি লৌরগা কাপোন মনুংদা থিংজিল্লগা লশিং কাপ্লশে | - কাপ্লে-কাপ্লে |
| ১৩) | লশিং মথক-মখা ওল্লগা অমুক কাপশে | - কাপ্লে-কাপ্লে |
| ১৪) | হুইদ্রি শত্তোক্লগা হুইদ্রিদা পকপা লশিংদু কাপোন্দা হাপচিল্লগা হুইদ্রিদু হান্নগী মফমদা থমলো | - থম্লে-থম্লে |

১৫) কাপোন্দো যেৎলোমদা থাংদোক্লো - থাংদোক্লে

১৬) ফান লৌবশে - লৌরে

১৭) কাপোন্দগী কাপথোক্লবা লশিংদু লৌবগা ফান্দা শীন্দোক্লো - শীন্দোক্লে

১৮) ওইদগী লাঙ্গোম লৌবগা মোইথাপ তাবো - তাবে তাবে

১৯) মোইথাপ্তগী লাঙ্গোম শৎলগা, মোইথাপকা লাঙ্গোমগা তোংঙান তোংঙান থম্মো - থম্লে-থম্লে

*(নং ১৭ তগী ১৯ ফাওবা হঞ্জিন-হঞ্জিন তৌগনি)*

২০) মোইথাপ থুপ্লগা মোইথাপ মপুল শাবশে শাবে-শাবে

*( মোইথাপ মপুল অমা হাযর্বসি মোইথাপ মনা মাপল থুপ্লগা তবাশুবা মনাদুনা পুক্সনবা অদুবু "মোইথাপ মপুল অমা" হাযনা কৌই।*

২১) ফাল থাংদোক্লশে থাংদোক্লে,

২২) তবেং পুথোক্লশে - পুথোক্লে,

২৩) কোক্কাই পানশিল্লশে পানশিল্লে,

২৪) (ক) মোইথাপ মপুল লৌবগা মপুল থোক্লগা মোইথাপ মনা অমা লৌহৌবগা অবেম্বদু পুনশিনলগা থমেখ্রো - থমখ্রে থমখ্রে

(খ) মোইথাপ মনাদু খুৎ ওইদা শীন্নবগা লংলা মবা চিংথোক্লো - চিংথোক্লে

২৫) খুৎযেৎনা শিন্নজৈ লৌবগা লং নাইবশে, - নাইবে-নাইবে।

২৬) মকি লংদুম ফাববনিনা তবেংযোক্তগী লংদুম শৎলগা পজেং থিংজিনলগা থম্লো - থম্মে থম্মে

২৭) তবেং থাংদোক্লশে - থাংদোক্লে

২৮) তওৎ লৌবগা লং হল্লশে - হল্লে-হল্লে

২৯) তওৎতগী লংখাইদু লৌথোক্লগা খুদাংদা যানশিল্লগা তওৎতু হান্নগী মফমদা থমখ্রো - থমখ্রে থমখ্রে

৩০) খুদেং পুশিল্লো - পুশিল্লে

৩১) খুদাংদা লংখাইদু হাপচিল্লো - হাপচিল্লে

৩২) চাক হাপচিল্লো - হাপচিল্লে

৩৩) ঈশিং পুল লৌবগা ঈশিং হৈজিল্লো - হৈজিনলে

৩৪) খোংনা নেত্তুনা লংদু চাক মেৎশে মেৎলে-মেৎলে

৩৫) (ক) চাকমিং কন্থবগা পিৎ-পিৎ মেৎলগা লং শুমশে শুমলে
(খ) লং কত্থোক্লগা খুদাংদা যানশিল্লো - য়ানশিল্লে

৩৬) শেঙ্গম তাকও - তাকএ-তাকএ

৩৭) 'পোল্লাংখোদ হাপচিল্লগ'। পোল্লাংখোঙ্গা লং হাপচিল্লো হাপচিল্লে

৩৮) যেপ্পু লৌবগা লংখাইদা থিংজিল্লো থিংজিল্লে

৩৯) লং শান্দোক্লগা তাঙবোম নাইদনবা লং কল্লম্মো কল্লে
হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মদাইবেমশা গাও
জগোয় খুৎথেক লৌবগা লৈবশে লৈবে লৈবে

৪০) লং কংলবনিনা। যেং শৎলগা থমখ্রো থমখ্রে

৪১) লং লোক্লশে লোকএ

৪২) মশা পশিল্লো - পুশিল্লে

৪৩) মশাদা লং পানশিল্লগ। লংজিন থিবো - থিবে

৪৪) তবেং পুশিনলক্লশে পুশিনলক্লে

৪৫) লংচাক পানশিল্লশে পানশিল্লে

৪৬) (ক) শিন্নজে লৌবগ লংচাক চাক্লশে লংচাক চাকএ
(খ) লংচাক থল্লবনিনা লংচাক শৎলো শৎলে

৪৭) তবেং থাঙদোকখ্রশে, মশা থাঙদোক্লসে - থাঙদোকএ

৪৮) ফিহৌগ্রাক পুশিল্লক্লশে - পুশিল্লক্লে

৫০) ফিহৌগ্রাক্তা লংচাক পানশিল্লো পানশিল্লে

৫১) ফিহৌগ্রাক্তগী লং লৌবগা লংদম শেম্মো শেম্লে

৫২) কনাইবা তাকও - তাকএ

৫৩) কনাইবদা শনম পানশিল্লো - পানশিল্লে

৫৪) শুনাজৈ তাকও - তাকএ,

৫৫) উতোং তাকও তাকএ,

৫৬) নায়েৎচৈ তাকও - তাকএ

৫৭) লংদম থারো - থারে

৫৮) ফিহৌগ্রাক্তগী লং লৌরগা কনাইবদা কিশি কিশল্লো - কিশিল্লে

৫৯) শুনা লংচাক লৌরগা শুনাচৈদা শুনা
পানশিল্লগা ফিহৌবশে - ফি হৌরে

*(ফি হৌবগী মওং উৎকনি, হাযবদি লং ফিহৌগ্রাক্তগী লৌবগা শুন্না মখা থংবা লংদু কোৎলগা উতোংদা লংদু খায়দুনা হাপ্লগা নায়েৎচৈদা য়েৎতুনা ফি হৌরগা শুনাচৈদা শুনা হাপকৎকনি। মতৌ অসুম্না হঞ্জিন-হঞ্জিন তৌগনি)*

৬০) হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মা মদাইরেমশা। - লং কন্দুনা
ফিহৌবা লোইববনিনা লং শন্দোক্লবা লংদু কনলো শন্দোক্লে

৬১) শুনাচৈ, উতোং, নায়েৎচৈ পুল্লপ পাযরগা নিক্লশে - নিক্লে

৬২) শদু লৌরগা লং হাৎলশে - হাৎলে

৬৩) তেম নাম্বোক্লগা লাইজি থোংদুনা ফি শারশে - শারে-শারে

*লাইজি থোংবা মতমদা উতোং কারলদা হান্না ইকা ফেন্দুনা লাইজি থোংবা হৌগনি, শুনা কাওদুনা শুনা কারলদা তেম হুনগনি অদুগা অতোপ্পা ইকা অমা অমুক ফেন্নলমগনি, শুনা কাওলবদি তেম থিনখা লোইবগা শনম্ নমথবগা শুনাচৈ, ইতোং, নায়েৎচৈ পুন্না পায়শিল্লগা নিকশনলমগনি। পাঙ্গন্দেম হুনবা মতমদসু শুনা কারলদা য়েৎলোমদগী ওইরোমদা হুনগনি, উতোং কারলদনা ওইরোমদগী য়েৎলোমদা হুন্দুনা ফি শাগনি। শুনা কারলদা ফি কক্কনি।।*

হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা - হাও

৬৪) চরৈ ফি শাবা লোইরবনিনা ইহোং শমদিং
কক্লনবা কাতি লৌরগা চরৈ ফি কক্লশে - কক্এ

৬৫) তেম শৎলো - শৎলে

৬৬) শুনা তাশিল্লগা শুনাচৈ লৌথোক্লে। - লৌথোক্লে

৬৭) উতোং শৎলগা থমখ্রো - থমখ্রে

৬৮) নায়েৎচৈ চিংথরগা লৌথোক্লুনা থমখ্রশে - থমখ্রে

৬৯) লং মতু মল্লশে - মনলে

৭০) লংখুম কক্লো - কক্লে

৭১) চরৈ ফি চিংথরো - চিংথরে

৭২) য়েতুম্ লৌরগা লং লেংলগা চরৈ ফি মরাক তাইরশে - তাইরে

৭৩) ৱাং-খুদেং পুশিল্লো - পুশিল্লে

৭৪) চরৈ ফি হাপচিল্লো - হাপচিল্লে

৭৫) উতি লৌবগা হাপচিল্লো - হাপচিল্লে

৭৬) লাইজা ঈশিং হৈজিল্লো - হৈজিল্লে

৭৭) চরৈ ফিদু খোংনা নেৎলো - নেৎলে,

৭৮) চরৈ ফিদু লৌখৎলগা মগাই থেকচিন্দুনা
খুৎপাইফম শেম্লগা চাইদুনা শুবশে - শুরশে

*অমাইবীনা হাযরগা ময়াম্না খুমদুনা ফি শুগনি।*

*"ৱাং খুদেং মায়পাকপি,*
*লাইজা থন্না হাপচিল্লে,*
*চরৈনা পোপ-পোপ্ শুদোক্লে।।"*

৭৯) চরৈ ফি শুম্লগা পোল্লাংখোক্তা ফি লংখৎতুনা ফৌরো - লংখৎতুনা ফৌরে

৮০) মরাক ফাক্লগা নম্থদুনা চরৈ ফিদু শেমলো - শেমলে
(মতাং অসিদা জগোয় শাদুনা লৈগনি)

৮১) চরৈ ফি লোক্লগা থুপচিনলশে - থুপ্লে

৮২) চরৈ ফি থুপ্লা লোইরবনিনা লৈয়ে থারশে - থারে
লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা - হাও

৮৩) চরৈ ফি লৈয়ে থাবা লোইরবনিনা
লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অনিদা চরৈফি কৎলশে - কৎলশে

*অমাইবীশিংনা লাইবৌলা শোক্লম্লগা লাইনুংদা চংদুনা ফিদু লাইদা কৎকনি। পেনা খোংবা অশৈবসু ফি কৎপা অসিদা য়াওগনি। মথক্তা ইজরিবা ফিশারোল অসিদি*

*পোইরৈতোন্না খুম্বোক্রবা মতুংদা তরেং শীজিন্নদুনা শাবা ফিশাবোলনি। মসিগী মমাঙদদি ফৈবাক লং নাইদুনা ফিশাবা "ফিশাবোল" মখল অমসু লৈবি, ৱাংখৈময়ুম ওংবী লৈখিদ্রবী ইমা যুমশং অমাইবীনা তাকপীবস্বনি মসিনা মথংগী লাইরিক্তো হাপচবগে।।*

## ফি কৎপগী মরোল

চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ,
যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা,
নখুন খুনবুকলেন্ অচংবনা,
চবৈ ফিশাবা লোইজদুনা,
চবৈ ফিশু তম্লগা,
খুঞ্জাও-লৈচাওনবা চাকহোং ভাহোংনবা,
লৈপাক মথা তপ্পবা,
নিংথৌ পুক্তি নুংশাংনবা,
চবৈ ফি কৎচবিযে।
লাইনিংথৌ লাইবেম্মা অনিগী,
চবৈ ফিমন অদুনা
নখুন খুনবুকলেন অচংবগী
চবৈ ফি-থুংদবা খিবিক্তা,
চবৈ ফিবু যেনবীবম্মো,
লাইনিংথৌ লাইবেম্মা।।

*মথক্তি "কৎপগী মরোল" অসি মণিপুর পণ্ডিৎ লোইশঙগী সনা লৈখম শঙলাকপা ওইবিবিবা পেনা অশৈবা খাংঙেম্বম ওঝা মঙ্গি সিংহনা তাকপীবনি।*

ঃ ঃ-

## খুঞ্জাও-লৈচাও জগোয়

অমাইবী ঃ হো, লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইবেমশা।

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবী ঃ হৌজিক্তি ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক্কা চবৈ অহনবা থোল্লবনিনা খুঞ্জাও-লৈচাওনবা, চাকহোং-ঙাহোংনবা, লৈপাক মরা তপ্পবা, নিংথৌ পুন্সি-নুংশাংনবা "খুঞ্জাও-লৈচাও জগোয" শাবশে।

ময়াম ঃ শাবশে।

জগোয অসি অতপ্পা শাথেক্তা শাগনি, পুং-শেল যৈদুনা পেনা-বাশিনচিংবা খোংগনি। হৌবা ওবিবা লাইনিংথৌ-লাইবেম্মা অনিগী মতিক-মগুণ থাদুনা ঈশৈ শক্তুনা থৌনিজগনি।

মথংদা লোং খোন্দুনা "থবায-মি" খোনজিনগনি।

### লোং-খোনবা

চসাইমখৈ অমাইবীশিংনা লাই চিংথোক্লুনা লাইরৌ শান্নরকপা অদু মতাং অসিদা "থবায-মি" কোনশিন্নবা লোংখোনবগী থৌবম পাংথোক্কনি।

অমাইবী ঃ হো, লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইবেমশা।

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবী ঃ খুঞ্জাও-লৈচাওনবা, চাকহোং ঙাহোংনবা, লৈপাক মবা তপ্পবা, নিংথৌ পুন্সি নুংশাংনবা জগোয় খুৎথেক কৎলবনিনা হৌজিক্তি থবায-মি খোনগৎলশিকো।

ময়াম ঃ হোয।

অমাইবী ঃ হৌজিক্তি পয়া চেপশিলোং, শঙ্গাই য়াইনপলোং, ফুমদি হামৎলোং, চোম্লাং খোংথিললোং, মবেন লাইসনা চেপকোৎলোং, নবুধৌ নোংদা লাইবেল পাখংবা খোনগৎলোং, লোংলেন খুত্তা পায়দুনা

মাইকৈ চুথেক মরিমক্তা তিনমু ফত্তবরু হোইদোকশি, খানা চাওবা বাংব্রেলগী কংলৈ মশুমাঙদা হোয়থরশি, পাম্বা কৈরেল মপী - মচাগী মথিক-মথা ফনা ৱাইথুংলুবশনো। অফবা-নুংঙাইবা, কপয়াংবা-তাংয়াংবদি চিংঙু লাইকোন্নুংদা থৱায় মঙামক মিগা থানা তরুকমক্তি খোঞ্জিনলশিকো।

ময়াম হোয় খোনগৎলশে।

মতাং অসিদা পেনা খোংবা অশৈবনা "অয়াংলৈমা শৈশক্তা" পেনা খোংদুনা লোংখোল ঈশৈ শকনি, পুং-শেলশু যৈগনি। অমাইবীশিংনা খ্বাংচেৎ মচি পায়খৎলগা লাইমাঙদগী খোং শিৎ-শিক্তুনা চৎলগা লাইবুংগী চিথেক মরিমক্তা লোং খোনগনি। অরোইবদা লাইবৌ-লা থাফমদা লোং খোনগনি।

## লোংখোল ঈশৈ

পয়া চেপশি লোংনিদা
শঙ্গাইনির্দি যাইনপলোং,
ফুমদিনির্দি হামৎলোং,
চোম্লাংনির্দি খোঙথিনলোং,
মবেল লাইসনা চেপকোৎলোং,
মশাবী নোংদা লাইরেল পাখংবা,
যাইবী থবাযনা খোনগৎলোং
হো খোনগৎলোংনে।।

*(মখা তাবা ঈশৈশিংদি পেনাগী শকক্তা ওইনা হাপচরে।)*

লাইবৌলাদা লোং খোনবা লোইববা মতুংদা ঙসাইমখৈ খোল্লক্লিবা থৱায়মিশিং অদু লাইবৌলাদা খল্লগা লাইনিংথৌ পানাদগী নুপা অহুম/মঙা/তরেৎ কৌথোক্কনি, লাইরেম্মা পানাদগীসু নুপী অহুম/মঙা/তরেৎ কৌথোক্কনি। মশিং মান্ননা কৌথোক্লগা নুপা-নুপীশিং অদু লাইবৌলাগী নাকলদা লেপহনগনি। অমাইবীনা ফিজি পায়রগা,

অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!

ময়াম ঃ হো।

অমাইবী ঃ লাইনিংথৌ-লাইরেম্মগী কংলৈ মশুমাঙদা পয়া চেপশিলোং, শঙ্গাই য়াইনপলোং, চোম্লাং খোংথিললোং, ফুমদি হামৎলোং, মবেন লাইসনা চেপকোৎলোং, মশাবী নোংদা লাইরেল পাখংবা খোনগৎলোং, লোংলেন খুংতা পায়দুনা, কুমশি কুমজা অসিগী ফত্তবা হাওথিবা, ৱানা ভৌদোংলাই, পুকচৎ-ঈফাই, তিনমু-লাইমু, ওকচিন শৌজিন পুম্নমক্তি হাওরৈ খা পাঙ্বদা হোইথরশি, খানা চাওবা ৱাংব্রেলগী কংলৈ মশুমাঙদা পাম্বা কৈরেল মপি-মচাগী মথিক-মথা ফন্নবা পাম্বা খয়াত্তা তারসনো, অরেম্বা চোথবা পাথবদুনা থোংনাং মোম্বী চীং নুংহুত্তা হোই-হোই লাওনা হোইথরম্লশে।

ময়াম ঃ "হোইথরে-হোইথরে" হায়না খুম্বগা লোয়ননা অমাইবীনা পায়রিবা ফিজি অদু অহুম্লক হাওরৈ খা পাংবদা হোইথগনি। মতুংদা মখাগী ৱাহৈশিং অসি অমুক হায়গনি।

অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবী ঃ ইবুংঙো ইবেম্মগী কংলৈ মশুমাঙদা হৱাও শকশেম তম্, থৌদোক কুম্মৈ শান্নবা অসিদা লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অনিগী থৱায মঙামক মি-গা থানা তরুকমক থৱায় নোংবুম অচংবদি থবায় হামচৎনদনবা মিরেল হামফোইনদবদি সনা সঙ্গাই নুংঙাইবদা হোইশিল্লশিকো।

ৱাহৈশিং অসি হায়বা লোইবগা অমাইবীশিংনা খ্বাংচেৎ ফিজি পায়দুনা লাইরোমদা অহুমলক খোঞ্জিল্লগা "শ্বা" থাগনি। মতাং অসিদা লাইবৌলাগী মনাক্তা লৈরম্লীবা লাইনিংথৌগী পানা ওইরিবা নুপাশিং অমসুং লাইরেম্মগী পানা ওইরিবী নুপীশিং অদু লাইশঙ য়ৌবা হানবা তান্নদুনা চেনশিনগনি। লাইনিংথৌ পানানা থোইরগনা "লাইনিংথৌনা থোইরে, য়ায়া-হো-য়া" হায়গনি, লাইরেম্মগী পানানা থোইরগনা "লাইরেম্মনা থোইরে, য়ায়া-হো-য়া" হায়গনি লোয়ননা খুবাক খুগনি। মথক্কী থৌওংশিং অসি কায়দনা তৌরবা মতুংদা হায়বদি অহুম্লক চেনশিনবা তারগনা অনিরক চেনশিনবা লোইবগা

অমাইবী ঃ হো লাইনিংথৌ মদাইরেমশা!

নুপাশিং হাও।

অমাইবী ঙশাইমখৈ লোং খোনবদি কবি পাত্তা খোল্লি, কবি ঙা ফাবগে?

নুপাশিং শাখোংদা খোল্লি, ঙানেই ফায।।

অমাইবী হে। লাইবেম্মগী মদাইবেমশা।

নুপীশিং হাও।

অমাইবী নখোয়না ঙশাইমখৈ লোং খোনবদি কবি পাওা খোল্লি, কবি ঙা ফাবগে?

নুপীশিং লাইখোংদা খোল্লি ঙনু ফায।।

অমাইবী নখোয় নখোয়না ফাবগা প্রশিংদো হযে। চীং ঙু লাইতোন লোম্নগা শীজিন্নবা নীংথিনা চেৎনা থম্মুকো।।

মযাম : "হোয" হায়না খুমগনি।

মথংগী তৌখিবগুম অমাইবীশিংনা খাংচেৎ ফিজি পাম্বগা ফজনা হাওথিনবা হাওবৈ থা পাংবদা অগুম্লক। হাইত্রগা অফবা-শুংঙাইবা খিবিক্কা লোইননা খবাম মি অচংবনা লাইনুংদা অহুম্লক হোইজিনবগা লোইননা শু। থাদুন নুপা-নুপাশিং লাইশংঙ তান্না চেনশিনবগা ঈবোইননা অমাইবীশিং দু লাইশংঙ মনুংদা চংশিলক্ত্রু। "চং" ঈপুংলো খোইমোম লাইবেম্মা চিংঙু নংগী কংলৈ নগুমাঙদা নাদাইবেম থাবানা খুবক সনালেগা যেপত্তুনা ইবুংঙো ইবেম্মা আনমু চিংথোক্লুনা। কোরৌ চুম্না, শান্নবা, নাংবল চুপ্না শান্নবনুং হঞ্জিনবিরো। নদাইবেম থাবানা কংলৈ নংগী নগুমাঙদা লোংলেন খুত্র পায়দুনা খোনবদি, লেমলৈ ঙাবু খোন্দেদো, লাইরায় থৌ লাইবেম্মী অনিগী থমায মঙামক্ মি গা গানা ৎকংকমকপু খোঞ্জিনজবনি, লেঙবীগনু ইবুংঙো, লেঙবীগনু ঈবেম্মা।" মতৌ অগুম্না হবাওবিবা লাইগী থরায়-মি হাঞ্জিনগনি।

## পাতোন জগোয়

অমাইবীশিংনা লাইবৌলাগী মতুংদা লাইশওলোমদা মমায ওনশিন্দুনা যেৎকি খোং থীন্দুনা মাওদা কাখৎকনি, মতা অসিদা খুবাক অনিবক খুগনি ওইগী খোং থীল্লগা তুংদা হম্বা মতমদনা খুৎ অনিমক লোংথোকনি। মতৌ অগুম্না অহুম্লক হঙ্গৎ-ইন্দা তৌববা মতুংদা অমাইবীশিংনা জগোয শাবগা খোং শিৎ-শিত্তুনা নাচল খোংচত্তা

মখাদা য়েক্লিবা লিরৌ অশুম্না চৎকনি। পেনা খোংবা অশৈবনা "লমইন" খুৎলোন অথুবা খোংগনি, পুং-শেলশু য়ৈগনি।




পাতোন চৎপা অসি লোইবগা লাইবৌলা ফুক্কনি অদুগা ফিবুল জগোয় তাগনি।

## ফিবুল জগোয়

লাইবৌলা ফুক্লগা লৈহ্নশিংদু লৌখৎলগা থমগনি অদুগা লাইবৌলা লাতোন অগ্ম অদুনা মচেৎ-মচেৎ শেগাইরগা মখারোমদা লাইশুমাঙগী ৱাংমদা হুন্দোকখিগনি। থৌগল্লোই পবেং লেপ্লিন্দুদা যাওবিবা লাইনিংথৌ অমসুং লাইবেম্মগী চোং অমসুং হুমাই নারেকপা পুথিবা নুপা মরি অদু কৌশিল্লগা লাইবৌলা থাফমদা যেৎ-ওই কাযদনা লেপফনলগা ফি মরাক হাইবা অমা পুথোক্লুনা তিংথোক্লগা ফিজিশিং অদুনা চোং অমসুং হুমাই নারেকপদা পুনশিনগনি। লাইবৌলাদগী লৌখৎখিবা লৈহ্নশিং অদু

তিংথোকলিবা ফি মরাক তাইবদুগী মখাদগী হাপকংলগা ফিগী মথক থংবদা পুনশিনগনি। থৌগল্লোই নৈশাবীশিংনা পুবিবা খুদৈশেলদগী অমাইবীনা ফিবুল অনিদু (লাইনিংথৌগী ফিবুল অমসুং লাইরেম্মগী ফিবুল) লৌবগা খল্লিবা ফিদুদা হাপচিনগনি। লাইরোমদা তুং ওনশিন্দুনা হবাওবা অদুগী অমাইবী অহল অদুনা লেপকনি, মহাক্না লাইযিংথৌগী ফিবুল পাযদুনা শান্নগদৌরিবি অমাইবীনি। অশোম ব্রাংমদা লাইরোমদা মমায় ওক্সিন্দুনা লেপ্লিবী অমাইবী অদুনা লাইরেম্মগী ফিবুল শান্নগদবী অমাইবীনি। অমাইবী অনিমক খোং য়েৎ থিনলগা মাঙদা খোং য়েৎ থাঙ্গৎকনি, মতম অসিদা খুবাক অনিরক খুগনি, খোং ওই থিনলগা তুংদা খোং ওই থাংদুনা তুং হন্থগনি, মতাং অসিদনা খুৎ অনিদু খুবাক লোংথোক্কনি। মতৌ অশুন্না অহুমলক অকা-অকুম তৌরবা মতুংদা খুৎ যেৎনা ফিবুল অদু লৌবগা নৈগনি, খুৎযেত্তগী-ওইদা, খুৎ ওইদগী-য়েত্তা শিন্নরবা মতুংদা ফিবুল অনি অদু ফি মবাক তাইবা অদুগী মথক্তা ওষ্ঠোক্লবা হন্নগনি। মতৌ অসুন্না অহুমলক শুববদা লাইনিংথৌগী অমাইবীনা লাইনিংথৌগী ফিবুলদু পায়রগা খাল্লিবা ফি অদু লিৎলগা লাইনিংথৌরোম থংবা নাকলদা চংকনি, লাইরেম্মগী অমাইবীনা লাইরেম্মগী ফিবুলদু পাযরগা খল্লিবা ফিদু লিত্তুনা লাইরেম্মরোম থংবা নাকন্দা চৎলগা ফিবুল অদু ফি মথক্তা হাপচিনগনি অদুগা অমুক হন্না মমাঙদা তৌখিবগুন্না খোং য়েৎ থিনলগা মাঙদা খোং য়েৎ থাঙদুনা খুবাক অনিরক খুবা খোং ওই থিনলগা তুংদা খোং ওই হন্থদুনা খুৎ লোংথোকপা অদুগুন্না অমুক হন্না তৌগনি। মসিবু "ফিবুল অহাবী" হায়না কৌই। মতাং অসিদা পুং-শেল য়ৈগনি, পেনা শকপা অশৈবসু পেনা খোংগনি। ফিবুল অহাবীদা শকবা ঈশৈ ঃ-

"নুরান ফিবুল ঙাইরোইচীঙ,
লাইবুংথৌ মাপলনা হুক্লগা,
লাইনুরা তরেৎনা ওকলৌচীঙ,
লাইনুরা তরেৎনা হুক্লগা,
লাইবুংথৌ মাপলনা ওকলৌচীঙ।" অসিনচিংবা

মথংদা চোংখোং য়েৎকনি, মখাদা চোং অমসুং হুমাই নারেকপা পুরিবা নুপা মরিগী লেপফম, ফিবুল অহাবী শান্নবদা অমাইবীশিংগী লেপফম অমসুং চোংখোং য়েৎপগী মওংনচিংবা য়েক্কুনা উৎচরি।

"চোং অমসুং হুমাই নারেকপা পুবা নুপা মরিগী লেপফম তাকপা"







ফিবুল অহাবীদা অমাইবীশিংনা লিংথোকখিবগী তুথেক।




অহুল্লক-অহুল্লক য়েৎকনি।









অহুম্রক-অহুম্রক যেৎকনি



।াংজীঙগা বাংব্রেলগা যেৎকনি

কৌব্রুগা মারজীঙগা য়েৎকনি



থাংজীঙগা কৌব্রুগা অহুম্রক য়েৎলগা
থাংজীঙলোম থংবদা লেপকনি



কৌব্রন্দগী মরজীঙ লাক্রগা মারজীঙগা বাংব্রেলগা
অহুম্রক য়েৎলগা থাংজীঙলোমদা লাক্কনি

মথংদা চোংখোং ঈশৈ শক্কুনা চোংখোংদা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিগী ফিবুলদু চুন্নগনি।

থাংজীঙলোম থংবা চোংখোংদা শকপা ঈশৈ ঃ

লাইনিংথৌ ঃ আ........ হা,
থং-থং থংনরো (২)
রোশো থংনরো
রে রেবৈ রে রেরৈ,
রে রেরৈ রে রেহৈ রে।।

লাইরেম্মা ঃ আ ............. হা,
নোংমাইজিঙদা উয়ানলে, (২)
খোংদনা য়ুহা হারারে,
রে রেরৈ রে,
রে রেরৈ রে রেরৈ
রে রেরৈ রে রেহৈ রে।।

মারজিঙলোম থংবা চোংখোংদা শকপা ঈশৈ ঃ

লাইনিংথৌ ঃ আ ............. হা,
পাম্ভোইবীগী শুমাঙদা (২)
লৈচেংবু ফানা চাইরম্বা,
কনানো - দে ?
রে রেরৈ রে রেরৈ,
রে রেরৈ রে রেহৈ রে।।

লাইরেম্বী ঃ আ ............. হা,
লাইয়িংথৌ নোংপোক নাহানা (২)
পাম্ভোইবীবু পাম্বগী,
লৈচেংবু ফানা চাইবনি,
চাইবনি-দা,
রে রেরৈ রে রেরৈ,
রে রেরৈ রে রেহৈ রে।।

ৱাংব্রেললোম থংবা চোংখোংদা শকপা ঈশৈ ঃ

লাইনিংথৌ ঃ আ ............. হা,
পুরুম নুপী চেঙদাইবী (২)
নখুৎনা পাম্বা তিংথোকও,
খুদোপ শিবিগে,
রে রেরৈ রে রেরৈ,
রে রেরৈ রে রেহৈ রে।।

লাইরেম্বী ঃ আ .............. হা,
মাই-মাই পামজদে (২)
নখোয়না পুরুম নুপাশে,
পাওশানবা য়াম্মিদা,
ঐনদা হয়েং চাওরগা,
চাওবনা লেপতম ফারগা,
লাইফিন খোইদোম্নরগা,
ফিমুনা কোক্‌শেৎন্দুনা,
হাওশম্না তুংথাংনদুনা,
মৈতৈনা পোৎফম চণ্ডদুনা,
অপাম-পামদা য়েংদুনা,
অচা-চাদ য়েংদুনা,
লৈদুনা শিদোকে,
রে রেরৈ রে রেরৈ,
রে রেরৈ রে রেহৈ রে।।

কৌব্রুরোম থংবা চোংখোংদা শকপা ঈশৈ ঃ

লাইনিংথৌ ঃ আ .............. হা,
নুংবাল পুন্সি ঈরাইলৈ (২)
ফত্রবসু শীন্নরৈ,
যামদ্রবসু চাইশিল্লে,
শীংঙেলনা লৈপুল শাবালৈ,
লৈরাংনা খয়োম লৈনৌবা,
চিনমিন্নশিদা,
রে রেরৈ রে রেরৈ,
রে রেরৈ রে রেহৈ রে।।

লাইরেম্বী ঃ আ .............. হা,
পাখং কুমশিংলোমদদি (২)
খোংগীনা মপাল তানফংলৈ,
নিংঙোল কুমশিং লোমদদি,

খোংগীনা তরেৎ তানফংলৈ,
পশ্নৌ পুন্সি ঈখাইলৈ,
পলেম পুন্সি ঈখোমলৈ,
পারিনা শুক্তাবা লৈরাংনে,
ঈমোম্না শোইদাবা লৈরাংনে,
পীবীয়ু - খাইবীয়ু,
লাইনিংথৌ লাইরেম্মা,
রে রেরৈ রে রেরৈ,
রে রেরৈ রে রেহৈ রে।।

অশুম্না ঈশৈ শক্তুনা থাংজীঙ, মারজীঙ, ৱাংব্রেল অমসুং কৌব্রুগী চোংখোংদা ফিবুল অনিদু "চুই-চুই" হায়দুনা চুন্নরবা মতুংদা খল্লিবা ফিদুগী য়েৎ-ওইদা হায়বদি লাইনিংথৌগী ফিবুল পায়বী অমাইবীনা লাইনিংথৌরোম থংবদা লাইরেম্মগী ফিবুল পায়বী অমাইবীনা লাইরেম্মগী মপাদা লেপ্লগা খল্লিবা ফি অদুগী মখাদা লিৎলগা মযায়দা চুন্নগনি।



মতৌ অশুম্না পুন্না লাইশঙলোমদা অমাইবী অনি কাখৎমিন্নবগা লাইনিংথৌগী ফিবুল পাযবী অমাইবীনা লাইনিংথৌবোম থংবা নাকলদা চৎলগা খল্লিবা ফি অদুদা ফিবুলদু হাপচিনগনি, লাইরেম্মগী ফিবুল পাযবী অমাইবীসু লাইরেম্মবোম থংবা নাকলদা চৎলগা খল্লিবা ফি অদুদা লাইবেম্মগী ফিবুল অদু হাপচিনগনি, অদুগা লাইনিংথৌগী অমাইবীনা চোংখোঙ মবিদা খল্লিবা ফি মবাক তাইবদু খোমজিল্লগা লাইবেম্মগী অমাইবীগী মঙকশমদা খাও শানা মাঙদা ফিবুলশিংদু লৈহন্দুনা তুংদা ফিজি অনিদু কিশি কিবগা লাইবোমদা ঈশৈ শক্লুনা কাখৎকনি। মসিদসু হকচাংগী ঈপোম কাযদনা জগোয় শাগনি।

লাই কাবকপগী ঈশৈ ঃ নকুইখে নকইহোং,
মাই লৌ হৈ,
ইবাং মণা লংগুতাও,
হে মেলো লংগু তাও,
অখম মেলো গুতাও
অনুখাই খাই খাই-খাই,
তেবা কোহিং কোই-কোই
কচিবা কোহিং কৌই-কোই,
হে - লৌ মাই।।

অমাইবী "চীংঙু ইবুংঙো, খোইমোম্ লাইবেম্মা,
কংলৈ নংগী নশুমাঙদা,
কোবৌ চুপ্পা শান্নবা,
ব্রাংবল চুপ্পা শান্নবদি,
অহিং ইনুং শোইযাইমদা,
নদাইবেম নখুঙ্গং অচৌবগী
নমু মীপুম থুদিংমক্কি,
থবাই মিবেল চংখোনববু,
চেৎন-চান্না কোনশিনবীযু,
শীংঙেল লৈকাথক্তা তেথবশি,
লৈবাং লৈযোলনুংদা হজ্জিনবীবো।।"

অসি হাযদুনা খুরুমজরগা খুবাক অনিরক খুরগা খুবাক অনিবক তিংথোক্কনি, অদুগা খুৎ য়েৎনা লাইনিংথৌগী ওইথংবা লেংবান মপাদা তিংথোক্কনি, খুৎ ওইনা লাইবেম্মগী য়েৎথংবা লেংবান মপাদা তিংথোক্কনি। খুৎ য়েৎ তিংথোকপা মতমদা ওইগী খোংনা য়েৎকি খুমিৎ মপাদা খুনিং কাঙলগা খুদোন লৈতাগনি, খুৎ ওই তিংথোকপা মতমদনা ওইগী খুমিৎ মপাদা য়েৎকি খুদোন লৈতারগা খুনিং কাঙগনি। মগংদা অমাইবীনা পুশিল্লক্লিবা ইন্নফি (ফি মরাক তাইবা) অদু কিশি থোক্লগা লৈহ্নশিং অদু লৌথোক্লগা লাইদা কৎকনি। ফিবুল অনি অদু পুথোক্লগা খুদৈশেল পুবী লৈশাবী অনিদুদা য়েৎ-ওই কায়দনা হাপচিনগনি। ফি মবাক তাইবা ইন্নফি অদুনা চোং অমসুং হুমাই নারেকপা পায়দুনা লেপলিবা নুপা মরি অদুদা তিংথোক্নুনা পায়হনলগা লাইরেল মথেক (যুমজাও পাফল) চৎকনি।

ঃ ঃ



অমাইবীনা ফিবুল অহাবী শান্নবগী শক্তম।

# লাইরেল মথেক

## (য়ুমজাও পাফল)

ফিবুল জগোয় লোইব্রবা মতুংদা "য়ুমজাও পাফল" হায়বা পাফল অসি অমাইবনা লুচিংদুনা চৎকনি। পাফল ৩৬৪ (চহুম হুমফু মরি) গী মনুংদা "য়ুমজাও পাফল" হায়বসিসু পাফল অমনি। মসিবু "খুঞ্জাও-লৈচাও পাফল" হায়রগসু খংনৈ। পাফল অসি চৎপা হৌদ্রিঙৈদা লাইনিংথৌগী থৌগল্লোইশিং লাইরেম্মগী থৌগল্লোইশিং তোঙান-তোঙান্না পরেং অনি থোক্লা লেপ্লিবা অদু লাইরেম্মগী থৌগল্লোইনা মাঙ থারগা লাইনিংথৌগী থৌগল্লোইনা তুং থংদুনা পরেং অমদা লেপ্লগা অমাইবনা লাইমাঙদগী লুচিংদুনা "য়ুমজাও পাফল" চৎকনি।




(অন্ত্রক কোয়গনি)




(কাইরং ভুথেক)



(লয়ঙাক ভুথেক)



(লয়রৌ ভুথেক)



(থেকলোঙ তুথেক)

থেকলোঙ তুথেক অসি হেক লোইবগা চোং অমসুং হুমাই নারেকপা পায়দুনা লেপ্পল্লিবশিংদগী মরাক তাইবা ইন্নফি অদু লৌথোক্কনি, অদুগা চোং অমসুং হুমাই নারেকপা পায়রিবা থৌগল্লোইশিং অদু হান্নগী মাগী-মাগী লেপফমদা চংশিন্দুনা লেপকনি। মসিবু "চোংখোং ফুকপা" হায়না কৌই।



(লয়কোয় য়াঙবী)



(তিংথোকপা)

তি থোকপা মতমদা লাইবেল মথেক চৎপা য়াওরিবা মীওইশিং অদু য়াম্লবদি অহুম্লক, মঙারক, তরেৎলক কোইনা চৎকনি।

তিংথোকপা অসি হেক লোইবগা লাইমাঙদা লাইনিংথৌগী থৌগল্লোই পরেংনা মপাল্লোম থংনা লাইরেম্মগী থৌগল্লোই পরেংনা মনুংলোমদা পরেং অনি থোক্লা লেপহল্লগনি। অদুগা থাংজীঙ, রাংব্রেল, মারজীঙ অমসুং কৌব্রু ওন-ওন্দুনা য়ায়া লাওগনি।

খঙজিনবীগদবা ঃ ♁ – লাইনিংথৌগী থৌগল্লোই পরেং
♁ = লাইরেম্বীগী থৌগল্লোই পরেং,
*** = য়ায়া লাওরগা ওথোক্লবা।।




## য়ায়া লাওবগী মরোল খরা

অমাইবা ঃ হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মগী মদাইরেমশা।

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবা ঃ হৌজিক্তি কেগেনিদি কশারেল,
মোইরাং লাঙবুম অরিবা,
নুংবি শিদবা খুদানবা,
নুংনাঙ নাদবা খোংনেৎবা,
লোক্তাক্লা মিংশেল ওইনরিবা,
চরাংনা পোমাই তুরিবা,
হৈকক্লা শৌজিন শারিবা,

মশানৌ ইবেম্মা কোইরেল লৈমগা,
থোইনা হেন্না পানফরিবা,
কেগে থাংজীঙ মরমখৈরোমদা ওল্লগা,
থাংগা থাংগা, খুদৈশেল-কাওশেল,
শেনপোৎ-লাইপোৎ, হুমাইগা-হুমাইগা,
চোংগা-চোংগা, লাইগা-লাইগা,
লেপশুমগা-লেপশুমগা, খুবাক্কা-খুবাক্কা
নপা-নপা য়ায়া লাওশিকো।

ময়াম ঃ হোয়।।

য়ায়া লাওবদা থৌগল্লোইশিংনা পায়রিবা থৌগলগী পোৎশিং অদু কন্না থেংনবা য়াদে, মৈ হৌবসু য়াদে তপ্প-তপ্পা থেংনগনি।

অমাইবা

ময়ামসু মপা-মপা ওঙ্গিন্নদুনা য়ায়া খুমগনি।

| | |
|---|---|
| য়ায়া হো য়া। | য়ায়া হো য়া। |
| যায়া য়ায়া য়া। | যায়া য়ায়া য়া। |
| হো ময়ায়া হো য়া।। | হো ময়ায়া হো য়া।। |

অমাইবা ঃ য়ায়া লাওবা লোইরবনিনা লাইরেম্বীনা মাঙ থারগা নপা-নপা লাপ্পোক্লরগা খানা চাওবা ৱাংব্রেলগী মরমখৈ তান্না চৎলশে।

ময়াম ঃ চৎলে।

অমাইবা ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী মদাইরেমশা!

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবা ঃ হৌজিক্তি খানা চাওবা ৱাংব্রেল,
পিশুম য়েকপা - খোংজি য়ানবা,
মুনা য়েকপা - মুনা লাংবা,
তাল্লোই লুমলেন মাপল্মকপু,
থোইনা হেন্না পানফরিবা,
খানা চাওবা ৱাংব্রেলগী
টীংঙু মরমখৈরোমদা ওল্লগা
থাংগা - থাংগা, খুদৈশেল-কাওশেল,

শেনপোৎ - লাইপোৎ, হুমাইগা - হুমাইগা,
চোংগা - চোংগা, লাইগা - লাইগা,
লেপশুমগা - লেপশুমগা, খুবাক্কা - খুবাক্কা,
নপা - নপা য়ায়া লাওশিকো।

ময়াম ঃ হোয়।

| অমাইবা | ময়ামসু খুমগনি। |
|---|---|
| য়ায়া হো য়া। | য়ায়া হো য়া। |
| য়ায়া য়ায়া য়া। | য়ায়া য়াযা য়া। |
| হো ময়ায়া হো যা।। | হো ময়ায়া হো য়া।। |

অমাইবা ঃ লাইরেম্বীনা মমাঙ থারগা নপা-নপা ওহ্মোল্লরগা মারজীঙ মরমখৈ তান্না চৎলশে।

ময়াম ঃ চৎলে।

অমাইবা ঃ হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মদাইরেমশা!

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবা ঃ মাব থাংমাই হনবা,
নোংপোক ৱাইরম অতোনবা,
শরেন তাংখম য়াদা চিকপা,
হৈঙাং পাত্তা চাক্তবা,
লাঙ্গোই'ঙৌবা অহেনবা,
মশা মরি পানববু খোংনেৎনবা,
চীংঙু মরমখৈরোমদা ওন্দুনা,
থাংগা - থাংগা, খুদৈশেল - কাওশেল,
শেনপোৎ - লাইপোৎ, হুমাইগা - হুমাইগা,
চোংগা - চোংগা, লাইগা - লাইগা,
লেপশুমগা - লেপশুমগা, খুবাক্কা - খুবাক্কা
নপা - নপা য়ায়া লাওশিকো।

ময়াম ঃ হোয়।

অমাইবা ময়ামসু খুমগনি।

য়ায়া হো য়া। য়ায়া হো য়া।

য়ায়া য়ায়া য়া। য়ায়া যায়া য়া।

হো ময়ায়া হো য়া।। হো ময়ায়া হো য়া।।

অমাইবা ঃ লাইরেম্মনা মাঙ থারগা নপা-নপা ওম্থোক্লরগা কৌব্রু মরমখৈ তান্না চৎলশে।

ময়াম ঃ চৎলে।

অমাইবা ঃ হৌজিক্তি অৱাং কৌব্রু অশুকপা,
লাইয়াম খুন্দা অহানবা,
নোংহৌ মরু লিংলকপা,
শন্নরিক মপান থাবিবা,
য়ারক্তগী শীম্থরকপা ঈশিংনা,
চীঙয়া-তময়া পানফরিবা,
চীংঙু কৌব্রু মরমখৈরোমদা ওল্লগা,
থাংগা-থাংগা, খুদৈশেল - কাওশেল,
শেনপোৎ - লাইপোৎ, হুমাইগা - হুমাইগা,
চোংগা - চোংগা, লাইগা - লাইগা,
লেপশুমগা - লেপশুমগা, খুবাক্কা খুবাক্কা,
নপা নপা য়ায়া লাওশিকো।।

ময়াম ঃ হোয়।

অমাইবা ময়ামসু খুমগনি।

য়ায়া হো য়া। য়ায়া হো য়া।

য়ায়া য়ায়া য়া। য়ায়া য়ায়া য়া।

হো ময়ায়া হো য়া।। হো ময়ায়া হো য়া।।

অমাইবা ঃ লাইরেম্মনা মাঙ থারগা নপা-নপা ওম্থোক্লরগা চৎলো।

ময়াম ঃ চৎলে।

*লাইমাঙ য়ৌরকপা মতমদা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনি খাইনগনি।*




লাইনিংথৌ লাইরেম্মা খাইনবগী খোঙচৎ

**অহুম্লক খাইদোক্লুনা চৎকনি, অমাইবনা হায়রগাময়াম্না খুমগনি।**

"খাইবীবে - খাইবীবে,
লাইনিংথৌনা লাইরেম্মদা খাইবীবে
খুদৈশেল - কাওশেল খাইবীবে
শেনপোৎ - লাইপোৎ খাইবীবে,
খুঙ্গাও লৈচাও খাইবীবে,
চাকহোং - ঙাহোং খাইবীবে,
পুন্সি নুংশাং খাইবীবে,
খাইবীবে - খাইবীবে।"




লাইনিংথৌ লাইরেম্মা পুনশিনবগী খোঙচৎ

**মথংদা পুনশিনগনি, মসিদসু অমাইবনা হায়রগা ময়াম্না খুমগনি।**

"পুনশিনলে - পুনশিনলে,
লাইনিংথৌ লাইরেম্মা পুনশিনলে
খুঙ্গাও লৈচাও পুনশিনলে,
চাকহোং ঙাহোং পুনশিনলে
পুন্সি - নুংশাং পুনশিনলে
খুদৈশেল - কাওশেল পুনশিনলে,
শেনপোৎ লাইপোৎ পুনশিনলে,
পুনশিনলে পুনশিনলে।"

মতৌ অসুম্না পুনশিনলগা কাখৎলকপদা অমাইবীশিংনা লাই ওক্লগা লাইনুংদা পুশিনগনি, থৌগল্লোইশিংনা পানবদা লাইপোৎশিংস অমাইবীশিংনা ওক্লগা লাইনুংদা মফম চানা-চানা থম্লগা লাইমাঙদা অমাইবনা লুচিংদুনা লাইরেম্বী চাংবা থাংকনা মীয়ামগা লোইননা লাইমাঙদা রাকোল লাওগনি, থাংশেলসু যৈগনি।

ঝাকোল্লো - ঝাকোল্লো,
ঝাকোলনা কাপ্পা লিকাপ্পা,
ঝাকোল তনোয - নোয।
থোইদিং-ও থোইদিংও,
থোইদিং মকেরে।
হঙ্গামও - হঙ্গামও,
হঙ্গাম মকারাম।
কবোকও - কাবোকও,
কবোক মকারাম।
ঝাকোল্লো - ঝাকোল্লো,
চীঙদগী ঝাকোলনা,
তমদা তাগে হায়রেদো,
ঝাকোলনা ফাসে লিফাশে,
ঝাকোল কনোয় - নোয়।
ঝাইনু-ও - ঝাইনুও
তমদা পাইবা বাইনুনা
চীঙদা পাইগে হায়রেদো
ঝাইনু ইনেম-নেম
ঝাকোল্লো - ঝাকোল্লো।

অশুম্না লাওরগা অথুবা তালদা খুবাক খুদুনা অমদি পুং-শেল য়ৈদুনা থুজিল্লগা থাগনি। অমাইবীনা "ঝাকোল মচিঞ্জাক" তমগনি।। *নুমিৎ খুদিংগী লাইবৌ চোংবা লোইরগা ঝাকোল লাওবগা লাইরোই নুমিৎকী ঝাকোল লাওবগা খেন্নবা ঝাহৈ-ঝাতা খরা লৈ। লাইরোই নুমিত্তদি "ঝাকোলনা ফাসে লিফাসে" হায়বগী মহুত্তা "ঝাকোলনা থাসে লিথাসে" হায়গনি। শন্না হায়রবদা নুমিৎ খুদিংগীদি ঝাকোল থাবা য়াদে, ঝাকোল ফাগনি। লাইরোই নুমিত্তদি ঝাকোল ফাবা য়াদে, ঝাকোল থাগনি হায়বশিনি। অদুগা অতোপ্পা অমনা "কনোই নোই" হায়বগী মহুত্তা লাইরোই নুমিত্তদি "তনোয়-নোয়" হায়গনি; করিগুম্বা হায়রিবা অসি কায়রবদি হরাওরিবা খুল নৎত্রগা লৈকাই নৎত্রগা শাগৈদুগী ফত্তে হায়না মাইচৌ/পণ্ডিৎশিংনা লৌনৈ। মরম অসি লৈবনা য়াম্না চেকশিন্নৈ।* মথংদা চৎনবীগী মতুং ইন্না পেনা খোংবা অশৈবনা লাইমাঙদা লফুত্তা

ফমদুনা লাই নাওশুমগনি অদুগা অমাইবীশিংনা লাইমায খুমজিনগনি, লুকমাঙ-লুক্রেনশু ফি অমনা কুপশিল্লগা লাইথোঙ থীংজিল্লগা নোংমগী থৌবম পরেং লোইশিল্লি।

য়েংগদবা ঃ "লাই ঈকৌবা নৃমিত্তগী হুমনি, মঙানি, তরেৎনিনচিংবা তুম্মা শুদবা লাই খুন্দিন লৈবা নুমিৎশিংদদি লাইবৌ চোংবদা চোংনিংবা খোঙজোং চোংবা অকায়বা লৈতে। অদুবু নিনি চনবা, মবিনি চনবা, তককি চনবা তুম্মা শুবা নুমিৎশিংদদি খুদোল লুক্কা লাইবৌ চোংগনি। খোঙ থাঙ্গৎতবা য়াদবা মতাংদসু খোঙদি থাঙ্গৎলগা ঈপোম খরদং পীগনি, খোঙ চোংবগী ঈনিল নাইহৈদে হায়রিবা নুমিৎশিং অসিদা ঈনিল নাইনা চোংলবদি লৈবাক ইবাং হৌই" হায়না পণ্ডিৎ অচৌবা ওইবীরম্বা ওঝা ভাবিয়াম্বম কুল্লচন্দ্র অমসুং লৈখিদ্রবী ইমা পাংখৈময়ুম ওংবী য়ুমশংবী অমাইবীনা তাকপীবম্মী।

ঃ ০

# লাই হরাওরিৈঙদা মী শিরকপা

খুল নৎএগা লৈকাই অমগী লাই হরাওরিৈঙদা মী শিরকপা তারগদি মী অদুনা শিফার্থত্রিৈঙদা হায়বদি মাইবনা অনাবা অদু য়ারোইদৌরে হায়রকপগা মীওই অমনা লাইবুংদা লাক্তুনা পাও পীগনি. পাও অসি হেক ফংবগা অমাইবা অমাইবীনচিংনা লাই শান্নরম্বা তারগসু থুনা লোইশিলগা লাইশং অদুগী থোঙ থীংজিল্লগা তাইরেল মনানা লাইশং অদু কোয়শিন্দুনা থমগনি। শিরিবা মী অদু পোৎলোইবা লোইরগা (মশা তুল্লবা) মতুংদা তাইরেল মনাশিং অদু হাইদোক্লগা লাইথোঙ হাংগনি, অদুগা অমাইবনা অনম-অথৌ কোক্থোক্লগা মখা তাবা লাইগী মথৌ মঙম পাওথোক্কনি। হরাওবিবা লাই অদুনা শাগৈগী লাই ওইরগদি শাগৈ অদুনা য়ুম শেংলবা মতুংদা লাই হরাওবা অদু লোইশিনগনি। য়ুম মাঙলিৈঙদা শাগৈগী পীবা অদুগা মাগী নুপীগনা পিবালেল জগোয় অমসুং ঔগ্রী হঙ্গেল চোংবদসু শরিক কিগদৌবা অমদি শাগৈগী মীওইশিংনা লাই পুগদবনচিংবা শাগৈগী মীওইশিংনা তৌগদৌরিবা মথৌ কয়ামরুম লৈ। মখম কয়া অসি লৈবনা শাগৈগী লাই-হরাওবদি লোইশিন্নদে। অমাইবা, অমাইবী অমসুং পেনখোংবা অশৈবনা নোংমগী তৌদবা য়াদবা মথৌ মঙমশিং অদুদং তৌরগা য়ুম শেংলবা মতুংদা লাইবৌ চোংদুনা লাইরোইগী থৌবম পাওথোক্কনি হায়না গুকশিংনা তাকপি।

অতোপ্পা বাফম অমনা শাগৈ অদু "পু-অহুম" চংনা লাইফম অমত্তদা হরাওবা লাই ওইরগদি করম তৌগদগে হায়বা অসিদা তোঙান-তোঙানবা মত অনিখক ফংজে। অহানবা মোতনা ঃ শাগৈ অদুগী শিবিবা পু অদুনা য়ুম মাংদুনা হরাওবা য়াওদ্রগসু লেমহৌরিবা অতোপ্পা পু-অনিদুনা হরাওবা অদু মপুং ফানা পাওথোক্তুনা লাই লোইশিনগনি হায়বা অসিনি। অনিসুবা (অতোপ্পা) মোতনা ঃ শাগৈ অদুগী পু অহুম্মক চফু কায়নদ্রবসু হায়বদি য়ুম মাংনদ্রসু পুংথোক্তুদি অমত্তা ওইবনা য়ুম শেংলবা মতুংদা লাইরোইগী থৌরম পাওথোক্কনি হাযবা অসিনি। অমবু ওইরবসু -অমবু ওইরবসু শাগৈ অদুগী পু অহুম্মক্কি অহল-লমনশিং অমসুং পাণ্ডিৎশিং /মাইচৌশিং অখং-অহৈশিং তান্নরগা শাগৈ-শাগৈদুগী অহল-লমনশিংনা অপাম্বগী মতুং ইন্নসু লাইগী থৌরম মখা চত্থবা নৎত্রগা লেপ্পগী মওংসু চৎনৈ।

## লাই হরাওরিবৈঙদা য়ুহা হারক্পা

খুল নৎত্রগা লৈকাই অমগী লাই হরাওবিঙেদা খংহৌদনা য়ুহা হাবক্পা তারগদি করি-করম তৌগদবগে হায়বদুগী মরমদা শুকশিংনা তাকপীবা অমদি থেংনজখিবা খরদং নীঙশিংজগে। লাই হরাওরিবৈঙগী অযুক্তা নৎত্রগা নুংথিলদা য়ুহা হারক্লবদি খুদক্তা চনিং, ফংখোং-শিংখোং, লুকমাঙ লুকলেননচিংবা হৈথা-লৈথা পুন্নমক ফুক্তোক্লগা লাইশঙ মনুং অমসুং মপাল অদু ব্রাই তৈথোক্কনি। শেনপোৎ লাইপোৎনচিংবসু ফেংদোক-চামথোক্কনি। অনৌবা লাইফি, চফুশিং অমদি ঈকৌবদা চংবা পোৎচংশিং লৈরগা ইনৌ-নৌনা লাইফি শেৎতুনা লাই ঈকৌগনি। তৌবতবু নাহাল লাই ঈকৌবদা লাইপোৎ-শেনপোৎ পুখিবশিং অদুনা মানা-মানা পায়খিবা শেনপোৎ-লাইপোৎশিং অদুমক পায়গনি, অসিদসু নত্তনা ঈকুম-ইতাখিবী অমাইবী অদুমক্লা ঈকুম-ঈতাগনি অদুগা মখা তানা লাইগী থৌরম চত্থগনি। নুমিদাংগী মতমদা য়ুহা হারগনা মথং নুমিৎ নোং হেক ভানবগা মথক্তা পঙ্গরিবা থৌওংশিং অসি কায়দনা তৌগনি।

নৌনা লাইফি শেৎলবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিবু হরাও ফম্বাল মথক্তা লেঙখৎতুনা ফমদেংলবা মতুংদা ঈকৌবদা চংবা পোৎচং খুদিংমক্ হায়বদি ঈকৌফু, হিরিলং, লৈয়োম, খয়োম, লৈরাইয়ু খাংনবা মচাকশিং, তুরেল হৈরুক্কচিংবা অমাইবা-অমাইবীশিংনা শেমগৎ-শাগৎকনি। নহাল ঈকৌবা নুমিত্তা ঈকৌফু পুখিবা নুপা অনি অদু কৌশিল্লগা য়েৎ-ওই কায়দনা অমাইবীশিংনা লাই হাপকৎকনি। থৌগল্লোইশিংসু হান্নগী ঈকৌবদা লেপখিবা পরেংদু কায়দনা লেপ্লগা মানা-মানা পায়খিবা থৌগলগী পোৎলমশিং পীদুনা পায়হল্লবা মতুংদা হান্নগী ঈকৌফম তান্না চৎলগা ঈকুম-ইতানবা শেম শাগনি। ঈকৌফম হেক য়ৌবগা অমাইবীশিংনা লা মচেৎ মরি থারগা খুনেৎশেল হাপকনি মদুদা ঈকৌফু পুরিবা নুপা অদু লেপহনলগা, অমাইবনা ঈশিংদা কোনয়াই থারগা, খয়োম লাক্কনি, লৈরাই য়ুসু খাঙদোক্কনি হৈশোই ইপাম থাগনি। অমাইবীনা তুরেল হৈরুক কৎকনি। চফু জগোয় শারগা লাই থেমগৎকনি, ঈশাইফু ঈশিং শোক্লগা লাই মখোঙ হাম্লগা ঈকৌফু পুরিবা নুপা অনি অদু মমায় লৈখৎলক্তুনা অমদি থৌগল্লোইশিং অদুসু মমায় লৈখৎলবা মতুংদা ঈকৌফু পুরিবা নুপা অনি অদুসু মাগী-

মাগী মফমদা চঙশিন্দুনা লেপ্লবা মতুংদা অমাইবীশিংনা থাং ফাল্লীবা নুপা অনিদুদা য়াখমলোই চাকথাগী চেং পীরব্বা মতুংদা ঈকারক্কনি। থেনখাং অহুম্লক লাইওক জগোয় শারনি। পাখংবা, পুরৈরোম্বা খাগেম্বনচিংবা লাই ওইরগসু য়ুহা হারক্তুনা অমুক হন্না ঈকৌবগী ঈকারকপা অসিদদি খোইজু লমওক্লদে ( *হৌখিবা শোক ১৯৯৭ কী ডান্স একাডেমিগী ইবুধৌ চখাবা হরাওরিঁঙৈদা য়ুহা হারক্তুনা নৌনা ঈকৌবগী থৌরম পাঙথোকপদা মতম অদুগী পণ্ডিৎ অচৌবা শ্রী ঙারিয়ানবম ওঝা কুঁল্লচন্দ্র য়াওনা ঈকৌবগী থৌরম অদুদা খোইজু লমওকপা য়াওবা য়াদে হায়না তাকপীদুনা য়াওখিদে*)। মৈ, ফৌদাং, ঙানু খোঙ্গাল-খুনু খোঙ্গাল, ভমু খোঙ্গালনচিংবা কাব্রগা ঈশাইফুন্দা লৈয়োম অনিদু থাদরগা লাইশঙ তান্না চংশিল্লক্লগা হিরি ফান্দুনা লাই থব্রাই হাপ্লগা হৈথা-লৈথা তৌরবা মতুংদা অমাইবনা অনম-অথৌ কোক্লগা পেনা খোংবনা ফমাঙ থৌগল তৌগনি। অমাইবীশিংনা লাইমাঙদা জগোয় ওক্লবা মতুংদা লৈরোই-হঞ্জবা অমসুং লৈরোই হিদংনা লৈ লাংলগনি। অমাইবনা লুচিংদুনা মীয়ামগা লোয়ননা লাইবুং খা-নোংচুপ চুথেক শঙ্গোং পাঙবদা হোই লাওগনি। লাইবৌ চোংবদা লাই পুগদৌরিবা নুপা অনি কৌশিল্লগা অমাইবীশিংনা লাই হাপকৎকনি, থৌগল্লোইশিংসু কৌশিল্লগা লাইমাংদা পরেং অনিথোক্লা লেপহনলগা অমাইবীশিংনা থৌগলগী পোৎলমশিং হায়বদি থাং, খুদৈশেল-কাওশেল, শেনপোৎ লাইপোৎনচিংবা পুন্নমক পীদুনা পাযহনগনি। লাইমাংদা হান্ননা শেমদুনা থম্লবা লাইবৌলা অদু অমাইবীনা পুথোক্তুনা লাইবৌলা থাফমদা থারবা মতুংদা লাইবৌলাদগী খুরকলৈ লৌখৎতুনা য়েপ্লবা মতুংদা লাইচিং জগোয় শাগনি। মথংদা অমাইবীনা খুবাক জগোয় শারগা লুচিংদুনা থৌগল্লোইশিং অমসুং মীয়ামগা লোয়ননা লাইবৌ কোয়গনি। পেনা খোংবা অশৈবসু লমইন খুৎলোন খোংদুনা লাইবৌ কোইবা য়াওগনি। মতৌ অসুন্না লাইবুং অদু অহুম্লক কোয়রবা মতুংদা পেনা খোংবা অশৈবনা লাইবৌলাগী মনিংদা লাইরোমদা মমায় ওন্দুনা লেপ্লগা হোইবৌ-হয়া লাওরগা অনোইরোল শক্লক্কনি। অমাইবীনা হয়া লৈয়ারগা খয়োম জগোয় শাদুনা লাইবুংদু অহুমলক কোয়গনি, চুথেক-চুথেক খুদিংগী লৈরমগনি, লাইমাং য়ৌরকপদা অহুম্লক্ জগোয় কাপশিল্লগা জগোয় খুথেক লৌরগা লাইবৌ খুৎথেক ৬৪ হায়না খংনবা হকচাং শাগনি, মথংদা নুংনাও জগোয় শাদুনা অঙাং পোক্কনি। অঙাং অদুনা নোংম-নোংমগী চাওরক্তুনা অকে-অমৌ খঙলক্তুনা ঈরু-শানদেংলগা মফি হোংদুনা ফৈরা য়ৈনা য়াযা লাওগনি। মথংদা য়ুমশারোল জগোয় শাদুনা য়ুমদু লাইদা কৎকনি। তঙাই ফদ্রগদি মতাং অসিদা খুরকলৈ থাবা য়ারে। মথংদা পঙ্গোইবী জগোয়, পাময়ানলোন, ফিশারোল শাদুনা ফি অদু লাইদা কৎকনি।

মতাং অসিদদি খুরকলৈ থাদবা য়াদ্রে। মথংদা খুঞ্জাও-লৈচাও জগোয় শারগা লোং খোনগনি। মথংদা অমাইবীশিংনা পাতোন চৎলগা লাইবৌলা ফুক্কনি। মথংদা ফিবুল জগোয় তাগনি ফিবুলদু লাইদা কৎকনি। মথংদা অমাইবনা লুচিংদুনা য়ুমজাও পাফল চৎকনি, লাই কাখৎলকপদা অমাইবীশিংনা লাই ওক্কনি, শেনপোৎ-লাইপোৎনচিংবসু ওক্লগা য়েৎ-ওই কায়দনা লাইনুংদা মফম চানা-চানা থল্লবা মতুংদা অমাইবনা লুচিংদুনা লাইমাঙদা মীয়ামগা লোয়ননা য়াকোল-লাওগনি, অমাইবীনা বাকোল মচিঞ্জাক তমগনি। পেনা খোংবা অশৈবনা লাই নাও শুম্লগা অমাইবীশিংনা লাইমায খুমজিনগনি অমদি লুকমাঙনচিংবসু ফি অমা কুপশিল্লগা লাইথোং থিঙজিনগনি।

মতৌ অশুম্না লাই হরাওবিঙেদা য়ুহা-হাবক্লবদি লাই অদু অমুক হন্না ঈকৌবগা নোংমগী থৌরম পবের্গশিং অসি কাযদনা পাঙগোক্কনি।

-ঃ ঃ-

# লাই লম থোকপা



ওঝা গুরুশিংনা তাকপীবম্বগী মতুংইন্না হবাওবিবা লাইনিংথৌ লাইবেম্মা অনিবু লাইচা তিনজা ফবা, নুমিৎ তেক্তবা থবা চেংজংদবা নুমিৎকি নুংথিলগী মফমদা নীঙথিনা লৈতেংলবা দোল্লাই অমদা অমাইবা-অমাইবীনা লাইনুংদগী লাইথংথৌ। লাইবেম্ম লেঙথোক্লগা অমাইবা, অমাইবীশিং, পুং-শেল যৈবা, পেনা-বাশি খোংবা থৌগল্লোইশিং মীযামগা লোয়নবা দোল্লাইবোইশিংনা মফম চাবা লমহাং নংত্রগা লমপাক অমদা পুথোক্লুনা নুংথিলগী থৌবম পাঙথোকলুবগা লাই বুংদা অমুক হল্লক্লগা হবাও ফম্বালদা লেঙশিনবগী থৌবম অসিবু "লাই লম থোকপা নৎত্রগা শাবল্ লমথোকপা-কোংবা লমযেংবা" হায়না কৌই।

লাই হবাওবিঙেদা হুমনি, মঙানি, তবেৎনি, মপালনিনচিংবা লাই খুন্দিল লৈবা, তিনজা-লাইচা ফবা নুমিৎকি নুংথিলগী মফমদা নীঙথিনা লৈতেংলবা দোল্লাই অমা লাইমাঙদা লাচেৎ মবিদা শেল মযেক অমম হাপ্লগা মদুদা দোল্লাই মখোঙ মবি তাহন্দুনা থমগনি। অমাইবা-অমাইবীনা হবাও ফম্বালদগী লাইনিংথৌ লাইবেম্মা অনিবু দোল্লাইদা লেঙশিনগনি, হোবেল চেনবা-চোংলকপদা তাদনবা চেকশিন্না পুনশিনগনি।

খুল নৎত্রগা লৈকাই অদুগী মীওইশিংনা লাইবৌ চোংবা যাবা অশুবা ফিজোল শেত্তুনা লাইবুংদা কারক্লবা মতমদা অমাইবা, অমাইবী, পেনাখোংবনচিংবসু অশুবা ফিজোল শেত্তুনা লাইবুংদা কারক্লগা লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা, ফম্নাইবা-ফম্নাইবী অমদি মীয়াম খুরুম্লবা মতুংদা পুং-শেল য়েদুনা, পেনা-বাশি খোংলগা অমাইবীশিংনা লাইমাংদা জগোয় ওক্কনি। মথংদা থৌগল্লোইশিং কৌশিল্লগা লাই হাপকৎকনি অমসুং থৌগল্লোইশিংনা পায়গদবা শেনপোৎ-লাইপোৎশিং পুথোক্তুনা পায়হনগনি। লাই লম থোকপদা চঙগদবা পোৎচংশিংসু মীওই ২/৩ কৌশিল্লগা পুহন্নবা শীনগনি। দোল্লাইরোইশিংনা লাইনিংথৌ - লাইরেম্মা হাপকৎলবা দোল্লাইদু মরেংবান্দা থোঙ্গৎলগা অমাইবা, অমাইবী পুং-শেল য়েবা, পেনা বাশি খোংবা, থৌগল্লোইশিং, দোল্লাই, পে থৌগল, লাইনিংথৌরোম থংবদনা নুপা পরেং, লাইরেম্মরোম থংবদনা নুপী পরেং অহল-নহা কায়দনা লেপ্পবা মতুংদা লাইবুং অদু অহম্লক কোয়রম্লগা লাই লম থোক্কদৌরিবা মফমদু তান্না চৎকনি।

"লাই লম থোকপদা থৌগল্লোইশিং অমদি মীয়াম্না লেপ্পগী মওং"

১) অমাইবা অমনা নাহৈফু পায়রগা তাইরেল-পুংফাইনা ঈশিং চাই-চাইদুনা খ্বাইগী মাঙদা চৎকনি।

২) পুং-শেল যৈবা, পেনা বাঁশি খোংবা চৎকনি।

৩) অমাইবীশিং চৎকনি (অমাইবী অমদি শরিক খিংগনি)

৪) থৌগল্লোইশিং চৎকনি।

| লাইরেম্মগী থৌগনলোই পবেং | লাইয়িংথৌগী থৌগনলোই পরেং |
|---|---|
| থাং ফানবা নুপা, | থাং ফানবা নুপা, |
| হুমাই নারেকপা পুবা নুপা | হুমাই নারেকপা পুবা নুপা, |
| খুদৈশেল পুবী লৈশাবী, | খুদৈশেল পুবী লৈশাবী, |
| কাওশেল পুবী লৈশাবী, | কাওশেল পুবী লৈশাবী, |
| কাগোক্ পুবী লৈশাবী | কাগোক পুবী লৈশাবী, |
| *লাইরেম্মা পুবা ময়ুম মকৈ-পাল্লবা নুপা, | *লাইনিংথৌ পুবা ময়ুম মকৈ-পাল্লবা নুপা, |

* লাইনিংথৌ নৎত্রগা লাইবেম্মা পুবা ময়ুম মকৈ পাল্লবা নুপা অসি যেক লৌদবা, শাইরুক-তিন্নবা লৌদবা, তুমন্ লৌদবা, মচা-মশু তেক্ত কাইদবা হৈজিং খবাই পুদুনা লুহোংলবা নুপাশিংনা লাই পুবগী চৎনবী লৈ। লেপশুম ফিদা পুবী মৌসু মথক্কি গুণশিং অসি চেনগনি।।

চোং পুবা নুপা, চোং পুবা নুপা

লেপশুম ফিদা পুবী মৌ, লেপশুম ফিদা পুবী মৌ,

৫) নুপা মরিনা লাইগী দোল্লাই পুগনি।

৬) পে পুবা নুপা,

৭) খুল নৎত্রগা লৈকাইদুগী মীয়াম্না অহল-নহা য়েংদুনা মথং-মনাও শেম্লগা মখাগী **অশুম্না চৎকনি।**

নুপী পরেং নুপা পরেং





লম থোক্কদৌরিবা মফম লমহাং নৎত্রগা লমপাক অদু য়ৌবগা দোল্লাই থাগদৌরিবা মফম অদু অমাইবনা নাহৈফুদগী ঈশিং চাইথোক্লগা শেল ময়েক অমা থাদদুনা লম লৈরগা অমাইবনা "লৈকং কোস্থারোল" শোন্দুনা সনা-লুপা কোনয়াই চনগনি।

## লৈকং কোস্থারোল

"হৌ-লো কংলৈবু লমহল্লো, লমনেম্বু অনি থোকউ, তুনেমবু অহুম থোকউ, লৈমুরোল তরুকমক্ - লৈহৌরোল মঙামক, লৈখাবী-লৈরাম্বী অপোক চনু খংঙোই - য়াংঙোইবী, তম্পাক লৈশুক লৈশোই য়াম্বীও, ঐবু শিজবা ইবুংঙো নোংথৌরেল অথৌবদি মপাথোই - মপুথোই, কবোলাক-ময়াংলাক, মিৱাইরেন-তোংৱাইহৈ, মপুক্সি নুংশাংনা পাঞ্জগে হায়বগী নদাইরেম নখুল খুনবুকলেন অচংবনা (শাগৈগী লাই ওইরগনা "শাগৈ নংগী নয়েকচা' হায়গনি) চীংঙু সনা নখোং-খাদা কোরৌনোং লুপা অঙৌবনা লুপা কোনগ-চন, মালেম লৈস্না অঙাংবনা সনা য়াইগা চঞ্জরিয়ে, হৌ - ই - ফৌ।।" মসি হায়না অমাইবনা "কোন-য়াই" থাগনি।

*(য়েংগদবা ঃ— লম-লম খেন্নবগী মতুং ইন্না "কংলৈবু-লমহল্লো।" হায়বগী মহুত্তা "থংৱাইবু লমহল্লো" "ৱাইরমংবু লমহল্লো", "শেল্লোইবু লমহল্লো" "থারৈবু লমহল্লো", "লেমলৈবু লমহল্লো', থোংনাংবু লমহল্লো", "লোইবু লমহল্লো" হায়বনচিংবা হায়গনি।)*

মথংদা অমাইবীনা লা মচেৎ মরিদা শেল মযেক অমমম হাপ্লগা দোল্লাই মখোং মরি তাহন্দুনা দোল্লাইদু থাগনি। চনিং, ফংখোং-শিংখোং, লুকমাঙ-লুক্রেল, য়েৎ পাম্বোম - ওই পাম্বোম্নচিংবা থারবা মতুংদা দোল্লাই মমাঙদা লাইবৌ লা অমসুং থাং থান্নবগী পোৎলমশিং শেমগৎতুনা থল্লবা মতুংদা অমাইবনা অনম-অথৌ কোক্কনি। মথংদা লৈরোই হঞ্জবা অমসুং লৈরোই হিদংনা লৈ লাঙলগা অমাইবনা লুচিংদুনা মীয়ামগা লোয়ননা লমপাক্তুগী খা- নোংচুপ চুথেক (শম্বোং) দা হোই লাওগনি। মথংদা অমাইবীনা লাইবৌলা পুথোক্তুনা লাইবৌলা থাগনি। অমাইবী অনিনা লাইবৌলাদগী খুরকলৈ লৈঙ্গল লৌখৎলগা খুরক্তা য়েপতুনা লাইচিং জগোয় শাগনি। মথংদা অমাইবীনা লুচিংদুনা থৌগল্লোই অমসুং মীয়ামগা লোয়ননা খুবাক জগোয়না লাইবৌ অহুল্লক কোয়গনি, চুথেক-চুথেক খুদিংগী কোক্ নোন্দুনা খুকল্লমগনি, পেনা খোংবা অশৈবনা "লমইন" মরোল খোংদুনা লাইবৌ কোয়বা য়াওগনি। অহুল্লক কোয়রবা মতুংদা দোল্লাই মমাঙদা লেপ্লগা অমাইবীনা মীয়ামদা "হোইরৌ-হয়া লাওগদৌরে, নখোং-নখুৎ লেঙবা য়াদে" হায়না লাওগনি। মতাং অসিদা পেনা খোংবা অশৈবনা লাইবৌলাগী মতুংদা লাইরোমদা মমাই ওনশিন্দুনা লেপ্লগা হোইরৌ-হয়া লাওদুনা অনোইরোল শরুক্কনি। অমাইবীশিংনা হয়া লৈয়ারগা খয়োম জগোয়না অহুল্লক কোয়গনি, চুথেক-চুথেক খুদিংগী লৈবমগনি। লাইমাঙ য়ৌরকপদা অমাইবীশিংনা অহুল্লক কাপশিল্লগা জগোয় খুথেক লৌগনি অদুগা লাইবৌ খুৎথেক ৬৪ (হকচাং শাবা হায়না খঙনবা) শাগনি। মথংদা নুংনাও জগোয় শাদুনা অঙাং পোক্লগা অঙাংদু চাওরক্তুনা ইরু শানদেংলগা মফি মরোল হোংলগা ফৈরা য়ৈনা য়ায়া লাওগনি। মথংদা য়ুমশারোল শাদুনা য়ুমদু লাইদা কৎকনি। তঙাই ফদ্রগদি মতাং অসিদা খুরকলৈ থাগনি। মথংদা পাম্বোইবী জগোয়, পাময়ানলোন, ফিশারোন জগোয় শাদুনা ফিদু লাইদা কৎকনি। মতাং অসিদদি খুরকলৈ থাদবা য়াদ্রে। মথংদা খুঞ্জাও লৈচাও জগোয় শারগা লোংখোন জগোয় শাগনি, মথংদা অমাইবীশিংনা লাইরেল মথেক "পাতোন" চৎলগা লাইবৌলা ফুক্কনি। মথংদা ফিবুল জগোয় শারগা ফিবুলদু লাইদা কৎকনি। মথংদা অমাইবনা লুচিংদুনা য়ুমজাও পাফল (লাইরেল মথেক) চৎকনি। য়ুমজাও পাফল চৎপা লোইবগা লাইনিংথৌগী থৌগল্লোইশিংনা লাইনিংথৌরোম থংবা দোল্লাইগী নাকলদা অদুগা লাইরেম্মগী থৌগল্লোইশিংনা লাইরেম্মরোম থংবা দোল্লাইগী নাকলদা পরেং কায়দনা লেপকনি। মতাং অসি য়ৌরক্লবদি লমপাক্তুগী খা-নোংচুপ চুথেক শম্বোং পাংবদা চরু খরা চাইথোক্তুনা থমগনি। অমাইবীনা থৌগল্লোইশিংনা পায়রিবা লাইথাং অনিদু লৌরগা হান্ননা দোল্লাই মমাঙদা শেমদুনা থল্লবা থাং থাবগী লৈঙ্গ য়াওবা লাদুদা হাপ্লবা মতুংদা খুরুম্লগা মদু পুথোরক্তুনা

শঙ্গোং পাংবদা থারিবা চরু অদুগী মথক্তা থমগনি। চুথেক মরি মৈ থাদুনা অমাইবীশিংনা "থাঙ জগোয়" শাগনি। থাং জগোয় লোইরবা মতুংদা অমাইবীশিংনা থাং - লৈহুলনচিংবা য়াওবা লাদু পুশিল্লক্তুনা লাইদা কৎকনি। মখংদা শরোই খাঙদোক্কনি। থাংশিং অদু থৌগল্লোইশিংদা য়েৎ-ওই কায়দনা পীদুনা পায়হল্লগা দোল্লাইরোইশিংনা লাইগী দোল্লাইদু মরেংবান্দা থাঙ্গৎলগা ঙসাই লম থোকপা লাকপা পরেংদু কায়দনা শেম্লগা লমপাক্তু অহুম্লক কোয়রম্লগা লাইবুং তান্না হল্লক্কনি। হরাওরিবা লাই অদুনা পাখংবা, খাগেম্বা, পুরৈরোম্বনচিংবা লাই ওইরগদি হোজং য়ৌরকপদা অমাইবনা "খোইজু লমওক"কনি। মথংদা মৈ, ফৌদাং, ঙানু খোঙ্গাল, খুনু খোঙ্গাল, ঙমু খোঙ্গাল কাল্লগা লাইমাঙদা অমাইবীশিংনা লা মচেৎ মরিদা শেল ময়েক অমমম হাপ্লগা মদুদা দোল্লাই মখোঙ মরি তাহন্দুনা দোল্লাই থাগনি। অমাইবনা অনম-অথৌ কোক্লবা মতুংদা অমাইবা অমসুং অমাইবীনা লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অনিদু দোল্লাইদগী হরাও ফম্বালদা লেঙশিনগনি। মথংদা অমাইবীশিংনা লাই পুরিবা নুপা অনিদুদগী লাই, থৌগল্লোইশিংদগী থৌগলগী পোৎলমশিংনচিংবা লৌশিন্দুনা লাইনুংদা মফম চানা-চানা থম্লবা মতুংদা লাইমাঙদা অমাইবনা লুচিংদুনা মীয়ামগা লোয়ননা ৱাকোল লাওগনি। অমাইবীনা ৱাকোল মচিঞ্জাক তমগনি। মতৌ অশুম্না "লাই লম থোকপা"গী থৌরম পাঙথোক্কনি।।

-ঃ ঃ-

# কংলৈ থোকপা

## (লাই নুপী থীবা)



লাই হবাওবা অমগী হুমনি, মঙানি, তবেৎনি, মাপলনিনচিংবা লাই খুন্দিল লৈবা তুমা শুদবা নুমিৎকি নুংথিলগী মতমদা "কংলৈ থোকপা (লাই নুপী থীবা)" হাযবা থৌরমসি পাঙথোকই। হায়রিবা থৌরম অসি কোরৌ সোবাবেলগী মপারি লাইয়িংথৌ খোরিফাবনা তাল্লোই তুথি তমখিবা অদুগী মওং-মতৌ কায়দনা অমাইবীশিংনা মতৌ তমদুনা পাঙথোকপা থৌরমনি।

### শল্লপ্পা বারী

লাইয়িংথৌ খোয়রিফাবনা পলেম মমা থিবা মালেমদা খোঙ্গুল্লক্লুনা পলেম মমা কোন্থৌজম লাইরেম্বী (কোন্থৌজম নিংঙোল তম্ফা) উন্নরবা মতুংদা শেল্লোয় লংমাইচিং (নোংমাইজিং চীঙ্) দা চীংঙু লাইয়াম খিবিক্লা খুন্থক মনিল নাইনা, খুনখা মরাং হৌনা, পুঙগী পুঙখোল নাইনা, হরাও মথোই কানা চীংঙু লাইয়াম হরাওরম্মী। মতম অসিদা লাইয়িংথৌ খোয়রি ফাবসু উগী উতোন্দা কাদুনা হরাওবদু য়েংলম্মী। খোয়রিফাবনা উদা কাদুনা য়েংলিবা অসি মহাক্তি (খোয়রিফাবদি) ঙা চাদে মরম অদুনা ঙা চাবা মলেমগী লাইয়ামগা থেংনগনি খনবদগী য়ারিবমখৈ থাপতোক্লবনি।

মাগী চুং-ফিরাল চাবা, মতিক-মগুণ উবদা চীংঙু লাইয়াম্না কনাগী মচানো হংলকপদা নোংথৌ সোরারেলগী মপারি নৱা খোযরিফাবনি হায়না খুম্লবদা চীংঙু লাইয়াম্না মাবু হরাওবা য়াওহনবা য়ান্নরম্মী। মতৌ অশুম্না লাই হরাওবা অদু য়াওবকপা মতমদা লাইযিংথৌ খোয়বিফাবগী কনবা থৌবা, মুক্লাদা - লমজেলদা, কাঙজৈ শান্নবদা হৈ-শিংবদা লোইয়াবারকপগুম্না তৌবম্মী। লোইযারাকপগা খোযবিফাবগা মখোয় অনি নাম্বা পাবা মতমদসু অমনা অমদ্ হোঞ্জরবা যাদনা মওংদো কন-থৌরম্মী। চীংঙু লাইযাম্না খোয়বিফাববু ফমথোল কাহন্নবা নারেপ লৌরকপদা চৎনবীগী মতুংইন্না ময়ুম-মকৈ পান্দবশিংদি ফমথোল কাবা যাদবা অমদি লাই হবাওবা মপুং ফানা যাওবা যাদবা লেবনা ময়ুম মকৈ পান্দুনা (নুপী থিনবা) লাই হবাওবদ মপুং ফানা যাওনা যান্নবা হোংনবম্মী। লাইযিংথৌ খোযবিফাবনা পামজবা নুপীদি কৌব্রগী মচানুপী নুংথেলনৈমনি। অদুবু নুংথেল নৈমদি মাবজীওগী মজাইবুংদো লোহারাকপা তাক্লোংখোম্বা (লোইযারাকপা) গী মতম কযাগী মমাঙদগী হাযন শীঙদুনা লৈবনা মরম ওইদুনা চীংঙু লাইযাম্না খোযরিফাবা অমসুং লোইযারাকপা অনিগী মরক্তা অচৌবা থাথোক অমা থোকঙ্কদৌবা অদুসু উরম্মী। মবম অসিনা চীংঙু লাইয়ামগা লাইয়িংথৌ খোযবিফাবগগী মবক্তা য়ান্নবা অমা পুরক্লুনা হাববদি লাইয়িংথৌ খোযরিফাবগী মমিৎতা ফিনা পুনশিল্লগা মানা মালেমদা নোঙ্গম্লকপা মতমদা পায়রকপা কাংজৈ কাংহু হিংজনবা অদুনা হবাওবিবা লাইবুং অদুদা নৈবা নুপী অমা কোক্তুনা তাক্লোই-তুথি তমদুনা ময়ুম-মকৈ পানবা হায়না য়ান্নবম্মী। লাইয়িংথৌ খোযরিফাবদা মমিৎ ফিনা খুমদুনা পুনশিনখিবগা চীংঙু লাইয়াম্না হবাওবা যেংদুনা ফল্লিবী নুংথেল নৈমবু মানা ফল্লিবা মফমদুদগী থৈদোক্লুনা থমখি। লাইযিংথৌ খোয়রিফাবনা মানা পায়বা কাংজৈ কাংহুদুনা হাই-হুমদুনা নুংথেল নৈমবু থিরকপদা হবাওবদু য়েংদুনা ফল্লিবী মৌ হল্লকপি লোক্লাও নৈমবু কাংজৈ কাংহুদুনা থেংদুনা কোৎখিবনা মরম ওইদুনা হায়নখিবা (য়ান্নখিবা) গী মতুংইন্না লোক্লাও নৈমা ইবেম্মাবু লাইয়িংথৌগী তাক্লোয় ওইখিবা অসিবু "কংলৈ থোকপা নৎত্রগা লাই নুপী থীবা" হায়না খঙনরি।

হায়রিবা পৌওংশিং অসিবু মতৌ তমদুনা লাই হরাওবদা অমাইবীশিংনা লাই নুপী থীবগী থৌরম পাঙথোকই। মমাংঙৈদদি হরাওরিবা খুল নৎত্রগা লৈকাই অদুদগী নুপী কোৎপগী চৎনবী লৈরম্মী, অদুবু কাংঙবম লৈকাইগী যুমজাও লাইরেম্বী হরাওবগী লাই নুপী থীবগী থৌরম পাঙথোকপদা ফি শেগায়বা-লিক তৎপনচিংবা থৌদোক - রাথোক কয়া থোক্লকপদগী পণ্ডিৎ লোইশংদা রাকৎনরক্লুনা পণ্ডিৎ ময়াম্না পুয়া

ফাক্তোক্লুনা য়েংনরবা অমদি কুপ্না খন্ন-নৈনরবা মতুংদা মতম অদুগী পণ্ডিৎ অচৌবা শ্রীযুক্ত মোইরাংথেম ঁচন্দ্রসিংহনা তাং ৫/৫/১৯৫৮ ইংদা প্রজানা পামদবা খুন-নৎত্রগা লৈকাইদুদগী নুপী কোৎপগী মহুত্তা অমাইবীশিংদা ওইনা কোৎপগী চৎনবী অসি হৌদোকখি হায়না পণ্ডিৎ লোইশংগী পণ্ডিৎ অচৌবা ওইবীরম্বা শ্রী ঙারিয়ানবম ওঝা ঁকুঞ্জচন্দ্রনা ইবা "মৈতৈ লাই হবাওবা" কৌবা লাইরিক্তসু য়াওরি। লোয়ননা কাংঙবম লৈকাইগী থৌদোক অদুগী মতাংদসু ঙ্খারী লীবীরম্মী।

## কংলৈ থোকপগী মওং

নুংথিলগী মতমদা অমাইবীশিংনা জগোয় ওক্লবা মতুংদা হান্না লাইমাঙদা শেমদুনা থমখ্রবা কাংজৈ-কাংহু, কাংদ্রুম, লাইয়িংথৌ-লাইরেম্মা অনিগী অশুবা ফিজোল অমসুং মাইখুমফিনচিংবা লুকমাই নৎত্রগা খরাইদা হাপতুনা থল্লিবদু পুথোরক্তুনা লাইবৌলা থাফমদা থল্লগা পুং-শেল য়ৈদুনা, পেনা খোংদুনা অমাইবীশিংনা লাইচিং জগোয শাগনি। লাইচিং জগোয় শারিঙৈদা অমাইবী অমা লাই তোংলকপা মতমদা পুং-শেল য়ৈবা অমদি পেনা খোংলিবা অদু মখোল পিকশিন্না য়ৈগনি অমসুং খোংগনি, লোয়ননা অমাইবী অমনা মাইখুমফি অদু লৌরগা লাই তোংলিবী অমাইবী অদুদা মমায় খুমজিনবিদুনা হোরেল চোংলকপা-চেল্লকপা মতমদা নাম্থোক্তনবা ফিদু কিশি কিগনি নৎত্রগা ফাজিনগনি। মতম অসিদা লাই তোংলিবী অমাইবী অদুনা লাইয়িংথৌ খোয়রিফাবা লেঙলক্তুনা হরাওবা অদুদা লাকএ তাক্লকপগা লোয়ননা লাইপাও পীরকপসু য়াই।

## অমাইবীনা খোয়রিফাবা লাক্লে হায়বগী পাও পীবা

হো খোইয়ুম লাইও!  
নোংখোং নোংনাংখোং  
খা-কংখোং মরোল তরাতরেৎমক্তগী .... ই,  
য়াইবীদনা নুংঙৌ পীমাবা,  
নুংনাংদনা ঐবু মহারাবা-ও,  
তরংদনা খোঞ্জেল য়াইবীরেল শিদবা,  
নয়ুদনা খোইয়ুম শিদবা ঐদি,  
চীংঙু নোংথৌ শোরারেল,  
অৱাং য়োইরেন পাখংবা,

কোরৌ নোংথৌরেনগী মপারি,
অহিং লৈশং খয়োম নানৌবা
নোংয়াইদনা কাংদ্রেন লৈনৌরকপা,
খোয়রিদনা খোইদাং শিৎলকপা,
নৱা খোয়রিফাবা ঐবু লাকইয়ে ... ।।

মতৌ অশুন্না অমাইবীদুনা হায়রক্লবা মতুংদা লাইপাও চেল্লকপসু য়াই - চেল্লক্তবসু য়াই। মসিগী মথংদা মার থাঙমায়হনবগী মপারি নাহারাকপা তোম্লোংখোম্বা (লোইয়ারাকপা লানজিন থৌবা) গা মুক্না শান্নবগী মওং উৎকনি। মথংদা লাইতোংলিবী অমাইবী অদুদা কাংজৈ কাংহু অমসুং কাংদ্রুম পীগনি অদুগা শম্বোং (থাংজীঙ), চিংখৈ (মারজীঙ), মৈরম (ৰাংব্রেল) অমসুং কৌব্রুলাইচিদা "হন্ত্রে" হায়দুনা কাংজৈ কাংহুনা কাংদ্রুমদু থোল্লবা মতুংদা অরোইবদা লাইনুংদা কাংদ্রুমদু থোমজিনগনি, অদুগা কাংজৈ কাংহুদু লেংবান্দা থোনগৎলগা মখাগী ঈশৈ অসি শক্কনি। ঈশৈ শকপা হৌরক্লবা মতমদা অতোপ্পা কাংজৈ কাংহু অমা শীনগনি হায়না গুরুশিংনা তাকপিরম্মী।

ঈশৈ ঃ
তুবী চীঙলাইলৈমা,
য়া কদেংঙানবীদি ঈশানৌ,
শানৌদনা তম্ফা ঈনেম্মচা পাম্মুবী,
ঙসিদনা কোরৌ নুমিত্তা,
শানৌদনৈ মার খোঙ্গুলমক্তবু লীরকপা,
উরক্তরেনে ঈশানৌ।
শানৌদনৈ তম্ফা ইনেমমচা - ও,
লৈকাইদনৈ পম্বালমক্তবু লান্দুনা
খাম্বীদনৈ মৈরৌববু চৎখিবরা ?
উরক্তরেনে ঈশানৌ।
মপল্দনৈ তুরেল চেংলৈ মপালদা,
উতিদনা শমখোং শেংখিবরা ?
চেঙহিদনা শম্বাল লাঙখিবরা ?
উরক্তরেনে ঈশানৌ।
পম্বৌগী মোংবা য়ুংজাওনুংদা,
শম্লাং তোয়না নান্দুনা,

শমজেৎতনৈ তোন্নানবীবু তোইহাৎনরিবরা ?
উরক্তরেনে ঈশানৌ।
শনৌদনৈ ঈনেমমচা নাহাকপু,
লৈকাইদনৈ পম্বাল লান্দুনা,
কৈরোয়দনৈ নবুংলক্তা থেৎতুনা,
শানৌদনৈ নতাবোইশিংগা তিন্নদুনা,
চেকফৈদনৈ কাংমিমক্তবু তমখিবরা ?
লমথাদনা পানজলমক্তবু লৌখিবরা ?
উরক্তরেনে ঈশানৌ।
লানশোনবীগী লময়ায়দা,
নুরাদনৈ খ্বাংচেৎ মচিনাই,
ফৈজা পোপ্তেকপু লৈদুনা,
লোইমোমদনা ফৌমিমক্তবু লাংখিবরা ?
উরক্তরেনে ঈশানৌ।
খোইনৌদনা চান্নথোইবী - ও,
তম্ফাদনৈ ঈশানৌ ঈনেমমচাদুবু,
চেংলৌদনা শকউখিবরা ?
কোলোয়দনা পাওদম্বীয়ুগবা।।

মতাং অসিদা ময়াম্না "উদে-উদে" হায়না খুমগনি। মথংদা চৈতেক তবেৎ পায়দুনা কাংজৈ কাংহুদুনা থোমদুনা শিঙ্গাই হুন্দুনা খুৎলৌ যেংগনি, অদুগী কাংজৈ কাংহুদুনা নুপী কোৎপগী থৌরম পাঙথোক্কুনা লাই নুপী থীগনি। মথংদা অমাইবীদুগা কাংজৈ কাংহ্না কোৎলবী নুপী অদুগা জগোয় শাদুনা লাইদা খুকমগনি। ৮।ইরেম্মগী অশুবা ফিজোল অদুগা লোযননা লাইদা কৎপা হৈরুক্কচিংবা পীরবা মতুংদা অমাইবনা নুপী অদু অনম-অথৌ কোক্থোক্কনি।নুপী অদুগী অহল-লমনশিংনা নুপীদুগা লোয়ননা ঙমজবা হৈরুক লাইদুদা কাজগনি। মতৌ অশুম্না কংলৈ হরাওবদা কংলৈ থোকপা (লাই নুপী থীবা) গী থৌরম পাঙথোকনৈ।।

-ঃ ঃ-

# শরেল কৎপা



ইমোংবা লাই অদুগা শরেল চানা লাই [illegible]দি হৌরকপা। নুমিত্তগী হৈমান [illegible] নি, [illegible], মপান্নি, অমাখোইগীনচি [illegible] ইখুন্দন লৈবা নুমিৎশিংদা তিনজা [illegible]চা মনা [illegible] অমুক্তা শরেল কৎপগী। থোবম অসি পাঙথোক্লি। নুমিৎ খুদিংগী চাক কৎপা লাইশিংগীদি মসি য়েংলোই।

শরেল কৎপদা চঙবা পোৎশিং হায়বাদ চফু-উযাল অদু শেংনা চামথোক্লগা উতং [illegible]যানা মঙক্তা পুনশিনগনি। মমাংঙৈদদি শরেল শাশু ওক্তা চিংবনা কৎনবগী। হৌজিক্তি অয়াম্বনা শরেংনা মহুৎ শীন্নরে। শরেং অমা, ঙাপাং, মনা-মশিং মরোই মপাংনচিংবা পুম্নমক শেংনা চামথোক্লবশিং অদু লা মচেৎ অমমম থারগা চফু-উয়ান অদু য়েৎ-ওই কায়দনা থমগনি। চফু অদুগী মাইওন খংনবা (দাক) থাংফম হক্লবা মতুংদা চেং হৈজিনগনি। উয়ান অদুদনা মনা-মশিং, মরোই-মপাংনচিংবা হাপ্লগা মৈতৈ থুম মপাক অমদা উয়ান্দু মথক্তা থমগনি। লা-লাতোন অমদা চামথোক্লবা শরেং অমসুং ঙাপাং ঙা অদু লাইরোমদা ওনশিন্দুনা থম্লগা অমাইবনা অনম-অথৌ

কোক্থোক্কনি অদুগা অমাইবনা শরেল কৎপগী লাইশোন শোন্দুনা অমাইবীনা শরিক খিংদুনা থোংদনা শরেল কৎকনি। মীয়ামসু শরেল কৎপা য়াওগনি।

**শরেল কৎপগী লাইশোন**

চীংঙু ইবুংঙো, নশানৌ ইবেম্মা (লাইগী মমিং হায়গনি) গা ফমফম ৱায়েনবিরিবা, নদাইরেম নখুন-খুনবুকলেন অচংবগী অঙম-অথৌশিং, নচা-ননাই ওইবা খ্বাই খিবিক্লা শেকমাই চফু অপাবা, থোংজাও চফু উয়ান খোইনিংনপ্লা অনিনা চফু ৱাংদোন তমজরে, খানা চাওবা ৱাংব্রেলগী লেমলৈ ঈকাঙা শরেং শমশাংবীচা, ঙারেল কোক্ফাবা, চীংঙু ইবুংঙো খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা লিংখৎলম্বা, অরাম তম্পাক লৈকোই পুংময়োল মৈদিংঙু সনা কৈথেলদগী তরেৎ শেনজা মাইঙৌবী মাবু পুরে হায়রগা, তাওজীং খুফাং শাবনা হৈরুক পুংগা থোন, লৈরাং অনৌবনা লৈহুন তম্, তাওজীং লুকলেন পানা-চোন্না তাওফমজরগা শরেল লৈনা, শংনা চাবা মরম চামা, মুন্না চাবা মরম চামা, চহাও-চজাক অসে লুকলেন পামনা হাবীয়ো, খুবীগা-খুনাওবীগা লৈগা-য়াগা পক্লা, মিৎস্না থম্বাল অনিমক্লা শাংলৌ মিৎয়েংবীরে হায়রগা, চপ্পে হায়রগা শংনা মরম চাবসে কুমশি কুমজাদগীনা ওল্লকপা কুমজা ফাওবদা ওকচিল-শৌজিল্লাই, অথিল-অবেং, অপাৎ-অনোম, ফুগ্রি-ফুরাংলাই, অওক-অচৎলাই, লোক্লাই-তিল্লাংলাই, উদা তাদুনা শিখিবা, থৌরি য়ান্দুনা শিখিবা, য়োখোক্তা-তেনখোক্তা, থাংদা-টাদা চৎখিবা পুন্নমকশে, লাইবুংথৌ মাপল্-লাইনুরা তরেৎ, হুল্লগা চাবা লাই, চীংঙু লাইয়াম পুন্নমক্লা চাবা লোইরে হায়রগা মখোয়গীসু শরুক তম্বীয়ো। নাদাইরেম পুন্নমক্লা ময়াদা নাপিচিক, ঙক্তা চরৈ ফিদি য়েৎ, কোংয়াং ৱাশাং তাবগুম নুংগীলৈ-পানগী লৈ, মঙাং ইয়ু পুল্সিবনা চহি ৭০০ (চাতরেৎ) পুল্সি, লুবাং ইয়ু পুল্সিবনা চহি ৫০০ (চামঙা) পুল্সি, খুমন্ ইয়ু পুল্সিবনা চহি ৩০০ (চহুম) পুল্সি, ইঙা কুমদমলৈ-ইঙেল কুমখাইলৈ, শুরোল তরেৎ তানফংলৈ, চরোল তরেৎ তানফংলৈ, ফেঞ্জিবৈ ফেঞ্জিরৈ ফেঞ্জি নোংখুমলৈ, য়াৱা পুল্সি অসে য়াদা নাপিচিক, ঙক্তা চরৈ ফি য়েৎলে হায়রগা কোংয়াং ৱাংশাং তাবগুম, চীংঙুবা ঙাকলৌ খাদা হন্না-হন্না পুনেমজরগা কৎচরিয়ে।।

মীয়াম্না হায়বদি খুঙ্গাশিংনা খুরুমজদুনা লাইদা শরেলদু কৎকনি। শরেলদুবু থোংগদৌরিবা মীওই অদুসু ইবুধৌ-ইবেনধৌ অনিগী শরেল থোংজরুগে হায়না খুরুমজরগা শরেল থোংনবা হোৎনগনি। শরেং-ঙাপাং, মনা মশিংনচিংবা মীওই খরনা শেম শাগনি। লাইমাংদগী চেং য়াওবা চফু অদু পুথোরক্লগা ঈশিং হৈজিল্লগা লারোল

তরেৎ লোন্দুনা মখুম খুম্নগা থোংগনি, চফু মহি চিথোকপা অমদি খাবৈ থাদুনা হায়বদি ওৎতুনা চাক থোংবা চৎনদে। য়েনশাং থোংবদসু থাও ঙৌবা, মচু থাজ্জুনা থোংনদে। করিগুম্বা শরেল থোংলিঙৈদা মৈ মুথখিবা তারবসু শ্বরনা কামনদে, শরেল থোংলিবা নুপা অদু য়াম্না চেকশিন্না ফিশেং শেত্তুনা মচিন ফি অমনা খুমদুনা শরেল থোংনৈ। মতৌ অশুম্না থোংবা লোইরবা চাক-য়েনশাংশিং অদু লাইমাঙদা য়েৎওই কায়দনা লাইনিংথৌগী মমাঙদনা অউপা লা মচেৎ অমা থারগা মদুদা চাক চফু থমগনি, লাইরেম্মগী মমাঙদনা অরোংবা লা মচেৎ অমা থারগা য়েনশাং থোংবা উয়ান অদু থম্নগা চাক থোংলিবা নুপা অদুনা লাইদা খুরুমজগনি। মথংদা অমাইবনা লাইশোন শোন্দুনা অমাইবীনা শরিক খিংদুনা অথোংবা ওইনা লাইদা কৎকনি, মীয়ামসু য়াওগনি। মথংদা চাকমায় য়েংদুনা চহি অসিমগী অফ-ফত্তা য়েংগনি, চাকমায় অদুদা ফত্তবগী খুদম-চাংদম ফংলবদি চফু মখুম অদুদা ফত্তবা চাকমাইশিং অদু কোৎখৎলগা হাপকনি, উয়ান্দগী য়েনশাংনচিংবসু হাপ্লগা লাইবুংগী বাংমদা থাদোক্কনি। মথংদা লাইমাঙদা লা থাবগা লাইনিংথৌ-লাইরেম্মগী চাক য়েনশাংনচিংবা হাপকনি, লাইনিংথৌগী য়েৎ থংবদা লা মাপল উপ্না থারগা চাক য়েনশাং হাপতুনা লাইবুংথৌ মাপলগী শরুক তমগনি, লাইরেম্মগী চাকলুক্কি ওইরোম থংবদা লা তরেৎ লাইবুংথৌ মাপলগা মায়ওন্না থারগা মদুদসু চাক য়েনশাং হাপ্লগা লাইনুরা তরেৎকি শরুক তমগনি। মতৌ অশুন্না হরাওরিবা লাই অদুদা শরেল কৎপগী থৌরম পাঙথোক্কনি।

-ঃ ঃ-

# লাইরোই নুমিৎ

অয়ুক অঙনবদা অমাইবা, পেনাখোংবা অশৈবা, অমাইবীনচিংবশিং পুম্নমক ঈরু-শানদেংলগা পেনাখোংবা অশৈবনা লাইমাঙদা লফুত্তা ফমদুনা লাই য়াকাইগনি। অমাইবীশিংনা লাইমায হাইদোক্তুনা লাইমায় তাগনি। খুদেশেল কাওশেল, শেনপোৎ-লাইপোৎনচিংবা ফেংদোক-চামথোক্কনি অমসুং লাইনুং তকথোক নাম্থোক্কনি। লাইরোই নুমিৎ অদুনা হুমনি, মঙানি, তরেৎনি, মাপল্লনি, তরামাথোইনিনচিংবা নুমিৎশিং ওইরগদি অমাইবীশিংনা লাইবৌলা থাফমদা ''লাইচোই'' থাদোক্কনি। খুল নত্রগা লৈকায়দুগী মীওইশিংনা কারকপা হৈ-লৈনচিংবা পুম্নমক তাইবেল-পুংফাই হাইদোক্লগা অমাইবীশিংনা হৈ-লৈশিং অদু ওক্তুনা মফম চানা লাইমাঙদা থমগনি। হরাওরিবা লাই অদুনা শরেল চাবা অদুবু নহালমখৈ হরাওরিঙৈদা শরেল কৎহৌদ্রবদি তঙাইফদনা শরেল কৎনবা অমাইবীশিংনা শেম শাগনি। অমাইবনা অনম-অথৌ কোকথোক্লগা শরেল কৎকনি। অমাইবীশিংনা নোংমগী লৈহুন, চেং, চু-হৈ, লফোই লতং, কবোক-হৈবোক, শেলনচিংবা হাপকক্কনি। মথংদা অমাইবীশিংনা সাইমাঙ ফমদুনা লাইপাও চেনগনি, শরোয-খাংদোক্কনি। শরেল অথোংবা অদু লাইদা কৎকনি।

নুংথিলগী থৌরমদা খুল-লৈকাইগী মীয়াম্না অশুবা ফিজোল শেত্তুনা লাইবুংদা কাবক্লবা মতমদা অমাইবা, পেনাখোংবা অশৈবা, অমাইবীশিংশু অশুবা ফিজোল শেত্তুনা লাইবুঙদা কারক্লগা অমাইবীশিংনা লাইবৌলা শেমগৎলবা মতুংদা লাইমাঙদা জগোয় ওক্কনি। নহালমখৈ হরাওরিঙৈ মনুংদা কংলৈ থোকহৌদ্রবদি (লাই নুপী থীহৌদ্রবদি) তঙাইফদনা কংলৈ থোক্কনি। মথংদা ফম্নাইবা-ফম্নাইবীশিং অমসুং খুঞ্জাশিং লাইমাঙদা জগোয় শাগনি। পুং-শেল য়ৈগনি, পেনা-বাশিনচিংবা খোংগনি। মথংদা লৈবোই হঞ্জবা অমসুং লৈরোই হিদংনা লৈ লাংলগা লাইবুঙগী খা-নোংচুপ চুথেক শম্থোং পাংবদা অমাইবনা লুচিংদুনা মীয়ামগা লোয়ননা 'হোই'

লাওবা হৌগনি, পুং-শেলনচিংবসু য়েগনি। 'তুম্বী-তুম্বী নাতুম্বী শিংজু শুরম্মু, নংগী শিংজু, য়াইনম্বী কনান চাবীনি' হায়না ঈশৈ শরুকপা মতমদা অমাইবা অদু মমায় শম্বোং ওল্লম্বদগী চীংখৈরোমদা মমায় ওন্দুনা মখা তানা হোই লাওগনি। হোই লাওবা লোইফাত্রিঙৈদা অমাইবনা *'*শন্নরেম্বী থোরক্লো, নহুম পোন্দেন শাবীগে, লাই খুবাক খুবীগে'*, হায়বা ঈশৈ অসি শরুগা মথংদা লাই নাক্কা থেংগনি। লাই নাক্কা থেংবা অসিদা অমাইবীশিংনা লাইনুংদগী শেনপোৎ লাইপোৎ পুথোক্তুনা শরিক খিংগনি। পুং-শেল য়েগনি, অমাইবনা ঈশৈ শরুগা ময়াম্মা ঈশৈ খুমগনি।

*(* কংলাগী ইবুধৌ পাখংবা হরাওবা ওইরগদি হায়রিবা মতাং অসিদা নিংথৌ অমসুং লৈমরেল (মহারানি) অনি কৌথোক্লগা জগোয় শাগনি হায়না লৈখিদ্রবা পণ্ডিৎ অচৌবা ঙারিয়ানবম ওঝা কুঞ্জচন্দ্র সিংহনা তাকপীরম্মী)*

লাই নাক্কাথেংবগী ঈশৈ ঃ

য়াম্বা ময়ুম চংলুশি,
নাক্কা থেংলুসি।
লৈতে-নুংদে হায়গনু,
তরেৎ শেঙ্গাও 'নুংদগী
শে-শে লাম্বোকউ।

মতৌ অসুম্মা নাকাথেংবা লোইরবা মতুংদা ঙসাইমখৈ হোই লাওবা অমদি নাকাথেংবদা য়াওরুরিবা মীয়ামদুগা লোয়ননা অমাইবনা লাইমাঙদা লাইরোমদা মমায় ওনশিন্দুনা লেপ্পগা হোই হঞ্জিন্দুনা হোই থাগনি। মথংদা খুন-লৈকাইগী ওইরগনা লাই শেল্লুংবা অমসুং মাগী নুপী কৌথোক্লগা লাইমাঙদা মতৈ-মনাও জগোই শাগনি। মসিবু 'ফুঙ্গারেল জগোয়' হায়না কৌই। শাগৈগী লাই হরাওবা ওইরগনা শাগৈদুগী পীবাগা-মাগী নুপীগনা লাইমাঙদা জগোয় শাগনি। মসিবুনা 'পীবারেল জগোয়' হায়না কৌই। মথংদা লাই পুগদবা মীওইশিং কৌশিন্দুনা লাই হাপকৎকনি, মথংদা থৌগল্লোয়শিংসু লাইমাঙদা পরেং অনি থোক্লা লেপহনলগা অমাইবীশিংনা শেনপোৎ-লোইপোৎ পুথোক্তুনা হাপকৎকনি। অমাইবীশিংনা লাইমাঙদা হান্নমা শেমগৎতুনা থমত্রবা লাইবৌলা অদু তুং হন্ন-হন্না পুথোরক্তুনা চুক মরি ওন-ওন্দুনা খুরুম্লবা মতুংদা হরাওরিবা লাইরোমদা ওন্দুনা খুরুম্লগা



লাইমাঙদা ফুঙারেল জগোয় শাবগী ফিরেপ।

লাইবৌলা থাফমদা লাইবৌলাদু থাগনি। লাইবৌলাদগী খুরকলৈ লৌরগা অমাইবীশিংগী খুরক্তা য়েপশিনলগা লাইচিং জগোয় শাগনি। লাইনুংদা লাই হাপকৎলবা নুপা অনিদুসু পুথোরক্তুনা থৌগল্লোয়শিংগী মরক্তা পুশিন্দুনা চোংপুবগী মমাঙদা লেপহনগনি। মথংদা খুরকলৈ য়েপ্লী অমাইবীশিংনা মাঙ থারগা থৌগল্লোইশিং অমদি মীয়ামগা লোয়ননা খুবাক জগোইনা লাইবুঙদু অহুমলক কোয়গনি, চুথেক-চুথেক খুদিংগী খুরুম্লমগনি। মতাং অসিদা পেনা খোংবা অশৈবনা অমাইবীশিংগী ওইরোম থংবদা 'লমইন' খোংদুনা লাইবৌ কোয়বা য়াওগনি। লাইমাঙ য়ৌরকপদা অমাইবীনা মীয়ামদা 'হোইরৌ-হয়া লাওগদৌরে, নখোং-নখুৎ লেঙবা য়াদে' হায়না লাওগনি। মতাং অসিদা পেনা খোংবা অশৈবনা লাইবৌলা থারিবদুগী মতুংদা লাইরোমদা মমায় ওন্দুনা লেপ্লগা হোইরৌ-হয়া লাওদুনা অনোইরোল শকথরক্কনি। অমাইবীশিংনা হয়া লৈয়াদুনা খয়োম জগোয়না লাইখুঙদু অহুম্লক কোয়গনি, চুথেক-চুথেক খুদিংগী লৈরম্লগা লাইমাঙ য়ৌরকপদা জগোয় অহুম্লক কাপ্লগা জগোয় খুথেক লৌগনি অদুগা লাইবৌ খুথেক ৬৪ হায়না খংনবা হকচাং শাগনি। মথংদা নুংনাও জগোয় শাদুনা অঙাং পোক্কনি, অঙাং অদুনা নোংম-নোংমগী চাওরক্তুনা অকে-অমৌ খংলক্তুনা হৈরু-শাংদেংলগা ফৈরা য়ৈনা য়া-য়া লাওগনি। মথংদা যুমশারোল শাদুনা যুমদু লাইদা কংকনি, তঙাই ফদ্রগদি মতাং অসিদা অমাইবীশিংনা খুরকলৈ থাগনি। মথংদা পাঞ্জোইবী জগোয়, পাময়াল্লোন, অমসুং ফিশারোল শাদুনা ফিদু লাইদা কৎকনি। মথংদা খুঞ্জাও-লৈচাও জগোয় শারগা লোংখোন জগোয় তাগনি, লোংখোন জগোয় লোইশিন্দনা হায়বদি থাঙজীঙ, ৰাংব্রেল, মারজিঙ, কৌব্রু অমসুং লাইবৌলা থাফম মফম মঙা অসি লোং খোনবা লোইবগা হোইবৌ হঞ্জিন্নবা শেম শাগনি।

*মভাং অসিদা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিগী অশুবা ফিজোল লাইনুংদগী পুথোরক্তুনা লাইবৌলা থাফম ময়াদা থমগনি। খুল্লাকপা, লুপ্লাকপা, লাই শেলুংবনচিংবা নুপা ৩ নত্রগা ৫, নত্রগা ৭ না লাইনিংথৌবোম থংবদা লাইবৌলা শোক্লা লেঙদনা লৈগনি, লাইরেম্মাবোম থংবা মাইকৈদসু নুপা মশীংগা মান্ননা নুপী ৩ নত্রগা ৫ নত্রগা ৭ না লাইবৌলা শোক্লা লেঙদনা লৈগনি। পেনা খোংবা অশৈবনা লাইবৌলাগী মনিঙদা লাইরোমদা মমায় ওনশিন্দুনা লেপ্লগা হোইরৌ-হয়া লাওরগা থৱায় অচংবা-মিরেল হামফোইদবা খিবিকপু ৱাকগৈ হিদা হাপ্লগা লমলেন চীংনুংহুত্তগী তুরেল লুখাযগী মতুংইনা হোনগংলক্তুনা পুরক্লগা হবাওরিবা লাইনিংথৌ-লাইবেম্মাগী হিদেন তাফমদা হি খাম্লগা হিদুদা পুরক্লিবা থৱায়শিং অদু হরাওরিবা লাই অদুগী লাইবুঙ তান্না পুখংলক্তুনা থৱায়-মি কোনশিনবগী থৌরম অসিবু "হোইরৌ-হঞ্জিনবা" নত্রগা "হোইরৌ-হয়া হঞ্জিনবা" হায়না খঙনৈ।*

মসি হেক লোইবগা অমাইবীশিংনা ফিজি পায়দুনা ফত্তবা-হৌথিবা খিবিক্লা হাওরৈ খা পাংবদা হোইথরগা অফবা-নুংঙাইবা থৱায় অচংবা মিরেল হামফোইদবাবুনা চীংঙু লাইনুংদা হোইজিন্দুনা লোং খোনবগী থৌবম লোইশিনলগা পাতোল চংতুনা লাইবৌলা ফুকই। মথংদা ফিবুল জগোয় শাদুনা ফিবুলদু লাইকা ঈশৈ শক্তুনা লাইদা কায়। মথংদা অমাইবনা লুচিংদুনা যুজাও পাফল চংলি, লোইরগা অমাইবীশিংনা লাই ওক্তুনা লাইনুংদা পুশিন্দুনা থম্লগা, থৌগল্লোইশিংনা পায়রুবা শেনপোং-লাইপোং খুদিংমক লৌশিন্দুনা লাইনুংদা মফম চানা-চানা থম্লবা মতুংদা অমাইবনা লুচিংদুনা লাইমাঙদা মীয়ামগা লোয়ননা ৱাকোল লাওগনি। লাইরোই নুমিৎ ওইবনা "ৱাকোল ফাবা য়াদে, ৱাকোল থাদোক্কনি"। অমাইবীনা ৱাকোল মচিঞ্জাক তমগনি।

নুমিদাংগী থৌরমদা হরাওরিবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিগী মমাঙদা থারিবা লুকমাঙ, য়েৎ-পাম্বোম, ওই-পাম্বোমনচিংবা ফুক্তোক্লগা ৱাই তৈথোক্কনি, ফি ময়াক তাইবা অমা লাইমাঙদা থারগা লাইরোইগী থৌরমশিংদা চংগদবা পোৎচংশিং হায়বদি থাঙ জগোয়গী লৈহুন, থাঙ-ফিরাল য়াওবা লা, লৌতারোলগী য়োৎপাক, শম, চয়োম-যুয়োমনচিংবা, ঔগ্রী-হঙ্গেলগী থৌরি লিশাং, হুইথি-য়েনথি য়েপ্লবা লাচেৎ, লাইফিনা মখ্বাংদা কিশি কিরবা শরিকনচিংবা, হিজিং-হিরাওগী নৌ ওইনবা লম অমমখায়মুক শাংবা য়েংথৌশিং, নোঙ্গা ফৌদাং-নোঙ্গাফিনচিংবা পুম্নমক ফি

মরাক তাইবদুগী মথক্তা থম্লগা অমাইবনা অনম-অথৌ কোকথোক্লনি। মথংদা লাইবুংগী খা-নোংচুপ চুথেক্তা (শঙ্খোং-পাঙবদা) চরু খরা চাইথোক্লগা অমাইবীশিংনা লাইনুংদগী অনম-অথৌ কোকথোক্লবা থাঙ-ফিরাল, লৈহুল য়াওবা লাদু পুথোরক্লুনা চরু মথক্তা লাতোন্না শঙ্খোং ওন্না থাগনি, চুথেক মরিমক্তসু মৈ হৌগনি। অমাইবীশিংনা থাঙ-ফিরাল অমসুং লৈহুল য়াওবা লাদুগী মতুংদা মমায় শঙ্খোং ওন্না লেপ্লগা লাইচিং জগোয় শাগনি, পাতোন চৎকনি, অদুগা থাঙ-ফিরালদু লৌখৎতুনা পায়রগা হকচাং শাগনি। অহানবদা শঙ্খোংদা, অনিশুবদা চীংখৈদা, অহুমশুবনা মৈরমদা অমসুং মরিশুবা অরোইবদা কৌব্রৌলাইচি ওন-ওন্দুনা হকচাং শারবা মতুংদা থাঙগা-থাঙগা, ফিরালগা-ফিরালগা চুন্নরবা মতুংদা থাঙ-ফিরাল হঞ্জিন্দুনা লাইদা কৎকনি। মথংদা অমাইবীনা লাইথাঙ নামা পায়রগা লাইমাঙদা লাইরোমদা মমায় ওনশিন্দুনা লেপ্লগা হরাওরিবা লাই অদুদা নহালমখৈ হরাওরিঙৈ মনুংদা শোয়খি-ঙামখিবা খুদিংমকপু ঙাকপীনবা থৌনিজরগা লংমাই খুলং তরেৎকা লোইননা লৌ য়ান্দুনা নোংমাই লৌতারোল তাগনি। মথংদা ঔগ্রী হঙ্গেল চোংগনি, হিজিং-হিরাও তারগা হিরোয় চাকখাঙদুনা কম্বোঙবী চাইনগনি। মথংদা লাই নোঙ্গারগা লাই তেথগনি। অনৌবা লৈহুন তম্লগা কোনয়াই চনগনি। অমাইবা, অমাইবীশিংনা শরোই খাংদোক্লগা লাইথোঙ থীংজিন্দুনা লাইরোই নুমিৎকি থৌরম পরেং লোয়শিনগনি।

*য়েংশিনবীগদবা ঃ হরাওরিবা লাই অদুনা চয়োলগী নত্রগা থাগী ওইনা লাইথোং হাংদুনা সেবা তৌবা লাই ওইরগদি লাই নোঙ্গানদে। কম্বোংবী চাইনরবা মতুংদা শরোই খাংদোক্লগা লাইথোঙ থীংজিন্দুনা লাইরোই নুমিৎকি থৌরম পরেং লোয়শিনগনি।*

-ঃ ঃ-

# থাঙ জগোয়

লাইরোই নুমিৎকি থাঙ জগোয়দা শীজিন্নবা থাঙ-ফিরাল, লৈহুন্নচিংবা অদু মতৌ করম্না শেম শাগদবগে হায়বগী মতাঙদা খরদং থমজগে। লাইমাঙদা ফি মরাক তাইবদুগী মথক্তা লা লাতোল অহুম লোন্দুনা থারগা মদুগী মথক্তা খুদৈ




অমা ফিরোল অহুম থুপ্পগা থাগনি, মদুগী মথক্তা (১) গুরুগী লৈপোপ অহুম, (২) লাইনিংথৌগী লৈপোপ অহুম, (৩) লাইরেম্মাগী লৈপোপ অহুম, (৪) থাংজীংগী লৈপোপ অহুম, (৫) মারজীংগী লৈপোপ অহুম, (৬) ৱাংব্রেলগী লৈপোপ অহুম, (৭) কৌব্রুগী লৈপোপ অহুম (৮) লাইবুংথৌ ৯গী লৈপোপ ১/১ (৯x১) পুন্না লৈপোপ মাপল, (৯) লাই নুরা ৭ কি লৈপোপ ১/১ (৭x১) পুন্না লৈপোপ তরেৎ, *লাইবুংথৌ ৯ অমসুং লাইনুরা ৭ কি লৈপোপ তরাতরুক অসিবু "চুবা লৈহুল" হায়না খংনৈ।*, (১০) লাইনিংথৌগী থাঙনা লাইনিংথৌগী লৈহুল

মথক্তা নন্দুনা থমগনি, (১১) লাইরেম্মাগী থাঙনা লাইরেম্মা লৈহুল মথক্তা নন্দুনা থমগনি, (১২) লাইনিংথৌগী ফিরালনা লাইনিংথৌগী থাঙগী নাকলদা থমগনি, (১৩) লাইরেম্মাগী ফিরালনা লাইরেম্মাগী থাঙগী নাকলদা থমগনি। মতৌ অশুম্না থাঙ থানবা থাঙ-ফিরাল, লৈহুলনচিংবা শেম শাগনি।

লাইবুঙগী খা-নোংচুপ চুথেক শন্থোং পাংবদা চরু খরা চাইথোক্তুনা থম্লবা মতুংদা অমাইবীশিংনা লাইনুংদগী থাঙ জগোয়গীদমক্তা শেমগৎতুনা থম্লবা অনম-অথৌ কোথোকখ্রবা থাঙ-ফিরাল, লৈহুল য়াওবা লা অদু পুথোরক্লগা চুথেক মরি হায়বদি থাংজিঙ, মারজিঙ, ৱাংব্রেল, কৌব্রু ওন-ওন্দুনা খুরুমজরগা হরাওরিবা লাইদুদসু খুরুমলগা চরু মথক্তা লাতোন্দু শন্থোং ওন্দুনা থাগনি। চুথেক মরিমকসু মৈ হৌগনি, থাঙ জগোয় লোইদ্রিঙৈদা মৈ মুৎহৈদে, মদু খঙনা মৈ থাগনি হায়না গুরুশিংনা তাকপী। অমাইবীশিংনা থারিবা লা অদুগী মনিংদা মমায় শন্থোং ওন্না লেপ্লগা লাইচিং জগোয় শাগনি, মথংদা পাতোন চৎকনি। অমাইবী মকোক অদুনা থাঙ, মথং অমাইবীনা ফিরাল অদুদা লাইবক অহুমলক কৎলগা থাঙ-ফিরাল অদু লোখংলগা থারিবা লা অদুগা মৈ থারিবা অনিদুগী মরক্তা থাঙ-ফিরালদুনা হকচাং শাগনি[১], হকচাং লাংবুম্বা হেক লোইবগা খোংজোংগা লোয়ননা থাঙ-ফিরালদু পায়দুনা খুজেং লৈগনি, লোয়ননা মাইকৈ ঙাকপা লাই তাইনরমগনি অদুগা পনলান্দবী থম্লমগনি। অমাইবীশিংনা থাঙ-ফিরাল পায়দুনা লাই তাইনবা মতমদা মৈ থারিবা অদুগী ৱাংমদা লাম্নদে অমসুং থাঙ-ফিরাল পায়রিবী অমাইবী অনিদুসু ৱা ঙাঙবা যাদে হায়না তাকপী। মথংদা মারজীঙ, ৱাংব্রেল, কৌব্রুদসু থাঙ-ফিরাল পায়দুনা অমাইবী অনিনা হকচাং শাদুনা লাইতাইনগনি অমসুং পনলান্দবী থম্লমগনি। মথংদা অমাইবী মকোকনা পায়রিবা থাঙ অনিদুদগী লাইরেম্মাগী লাইথাঙ অদু ফিরাল পায়রীবি অমাইবীদুদা পীরগা, ফিরাল পায়রীবী অমাইবী অদুনসু লাইনিংথৌগী ফিরাল অদু অমাইবী মকোক অদুদা পীরক্কনি। মখোয় অনিমক থাঙনা খুৎ য়েৎনা পায়গনি, খুৎ ওইনা ফিরাল পায়রগা লাইনিংথৌগী লাইথাঙ-ফিরাল পায়রীবী অদুনা শন্থোংলোমদা লেপকনি, লাইরেম্মাগী লাইথাঙ-ফিরাল পায়রিবী অমাইবী অদুনা মারজীঙলোমদা লেপ্লগা চংশিনরক্তুনা লাইবৌলা থাফমদা

---

হকচাং শাগনি[১] : থাঙ-ফিরাল অদুনা হকচাংগী মফমশিংদা মথং-মথং শোক্লা থেংদুনা হকচাং শাগনি। থৱায়নিবা অমসুং থৱায় হাপ্লদি য়াওরোই।

থাঙগা-থাঙগা, ফিরালগা-ফিবালগা চূন্নগনি। মতৌ অশুন্না মাইকৈ ওন্থোক্লদুনা অহুমলক চূন্নববা মতুংদা লাইনিংথৌগী লাইথাঙ-ফিবাল পাযবীবী অমাইবী অদুনা ব্রাংব্রেললোমদা চৎখিগনি, লাইবেম্মাগী লাইথাঙ-ফিবাল পায়বীবী অমাইবী অদুনা কৌব্রুলোমদা চৎলগা মমাই-মমাই ওনশিন্নদুনা লেপ্পগা মখাগী ঈশৈশিং অসি শক্লে।

## ঈশৈ

লাইবেম্মাগী থাঙ ফিবাল পাযবী অমাইবী ঃ

নোংপোক মালং হুমওইবা, নোংপোক মালং হুমওইবা,
নকোক্তা চিবোং থেৎচিল্লে, নাদা চোল্লাং যানশিল্লে,
খুবোমদা যাইশি লোনশিল্লে, খুদাংদা হাইচৌ শীজিল্লে,
তাংখুলগী শকফম হোংদেকো, হো হলহৌবো-হলহৌবো-দে।

লাইনিংথৌগী থাঙ-ফিবাল পাযবী অমাইবী ঃ

হল্লবোইনে নুবাবী, হল্লবোইনে নুবাবী,
নুংশিৎপু লাংদা থুববা ? লিনবু শৌনা যুববা ?
ঈশিংবু শাযদুনা যোৎপবা ? তুমিৎপু লম্বুনা থিনববা ?
কৌজেংবু তেন্না পানববা ? হো হল্লবোই-হো হল্লবোই-দে।

লাইবেম্মাগী থাঙ ফিবাল পাযবী অমাইবী ঃ

নোংপোক মালং হুমওইবা, নোংপোক মালং হুমওইবা,
নংনা ঐবু পাল্লগা, পন্থৌগী কোঙযাং ব্রাখোঙদা,
ষণ্ডংগী লাবা তবেৎকা, পৃখম শেনজা তবেৎকা,
ঐপু পোকপা পন্থৌগা, নীংঙোলবু পোকপী পলেমগা,
ফম্নীঙৈগী মতমদা হায়জবো, হো হায়জবো হো [illegible]জবো,
লৈবিগে-দা।

লাইনিংথৌগী থাঙ ফিবাল পাযবী অমাইবী ঃ

হল্লবোইনে নুবাবী, হল্লবোইনে নুরাবী,
নংনা ঐপু পাল্লগা, নংবু পোকপা পন্থৌগা,
নীংঙোনবু পোকপী পলেমগা, হো হায়হল্লো-হো হাযহল্লো,
লৌবিগে-দা।

অশুম্না অন্নাই-অখুম তৌদুনা ঈশৈ শক্লরগা হান্নগুম্না থাঙগা-থাঙগা, ফিরালগা-ফিরালগা চূন্নগনি। মতৌ অশুম্না মাইকৈ ওছোক্লদুনা অহুমলক চূন্নরবা মতুংদা থাঙ-ফিরালশিং অদু লৈহুল য়াওবা লাদুদা থমগনি। অদুগী মথংদা থাঙ-ফিরাল, লৈহুন্নচিংবা অদু লৌখৎলগা লাইনুংদা হনজিনগনি। মতৌ অশুম্না থাঙ জগোয় নত্রগা থাঙ থাবগী জগোয় লোইশিনগনি। চেকশিনগদবা ন্নাফম্না থাঙগা-থাঙগা চূন্নবা (থেংনবা) মতমদা মৈ হৌবা য়াদে, শুপ্নতংগী থেংনবতনি। থাঙ জগোয় লোইবগা থাঙ থারম্লিবা মফম অদু শেংনা শেংদোক্লগা নাহৈফুদগী ঈশিংনা তাইরেল-পুংফাই হাইদোক্লন।

মসিগী মথংদা অমাইবীনা লাইথাঙ নাম্মা পায়রগা লাইমাঙদা লাইবোমদা মমায় ওনশিন্দুনা লেপ্লগা হরাওরিঙৈ মনুংদা লাইগী থৌগল তৌরপদা অশোয়-অঙাম য়াওখিবা খিবিকপু ঙাকপীনবা, হরাওরিবা খুল নত্রগা লৈকায় অদুগী য়াইফনবা, লৈবাক মরা তপ্নবা, নিংথৌ পুন্সি নুংশাঙনবা, হরাওরিবা লাই অদুদা য়াইফবা পীবিনবা থৌনিজদুনা ঈশৈ ওইনা শক্লনি, অদুগা লৌতারোল তাগনি। মতাং অসিদা নুবাবী শাগদৌবীব অদুনা হাওফি* অমা শেৎলগা ঙসাই লাইমাঙদা অনম-অথৌ কোকথোকপদা য়াওখ্রবা শম (মনুংদা চয়োম-য়ুয়োম,লা-লাতোন থিগেৎচৈনচিংবা য়াওরবা) অদু য়ানগনি, মখুত্তা যোপাক পায়গনি, লংমাই খুলং তবেৎ শাবী নুপী তরেৎ অদুসু কোক্তা কোকশেৎ শেৎলগা, খ্বাংদা খ্বাংচেৎ শেত্তুনা য়েংথৌ লম অমা মখায়মুক শাংবা অমমম পায়রগা পরেং অনি থোক্লা লাইমাঙদা লেপ্লগনি। লাইবুঙগী চীংখৈ পাংবদনা উশা অমা য়ুংলগা লফোই লফাং চং থোকপা অমা পুন্সিন্দুনা খোইরা শাদুনা থমগনি। ময়াম অসি শেম শাবা লোইরক্লবা মতমদা লাইথাঙ নাম্মা পায়বী অমাইবী অদুনা থৌনিজদুনা ঈশৈ শকপা হৌরক্লনি।

## ঈশৈ (শী.কপলোন)

চীংগু ইবুংঙো, হা খোইয়ুম লাইনিংথৌ (হরাওরিবা লাইগী মমিং) নশানৌ ইবেম্মা (লাইগী মমিং) য়োইবু খোইমোম লাইরেম্ম আ-ইবুংঙো নদাইরেম খুঙ্গং অচৌবা, তলা নংগী উয়োককোল, হা-পামেল নংগী উথাকোল, ফমদৌ নংগী নঙাইরোঈ, নদু নংগী নপাচা খুদিংনা, ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিগী হরাও শকশেম

---

হাওফি* ঃ হাওফি হায়রগা শরম নুপীগী ফিজেৎপু খঙনগনি।

তম্, থৌদোক কুম্মে শান্নগে হায়দনা, আ ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী, নকুম-কুমদি কুমগাওদা, নথা-থাদি থাগাওদনা, খুম্বক মনিল নাই, খুনখা মরাংমক্তবু হৌরদনা হরাও নংগী শকশেম তম্ থৌদোক নংগী কুম্মে শান্নবকপবু লাইনিংথৌ, ঙসিগা থানা নুমিৎ শীংবুম (নুমিৎ মশিং পল্লগা) য়াইগমক্তবু চল্লক্রে, ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা, হা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা, চীংঙুবা লাইতোন লোম্লগে, ঈয়োংবা শংদিং কক্কেবু হায়রক্লেনে এ এএ লাইনিংথৌ। আ ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিনা ঈয়োংবা শংদিং কক্ত্রিঙৈ, চীংঙু লাইরোই তাব্দ্রিঙৈগী মতমদা, নদাইরেম খুনবুকলেন্ অচংবা, তন্না নংগী উয়োককোল্, পামেল নংগী উথাকোলদা লৈরিবা, পারি-ইমোম খুদিংমকপু খুঞ্জাওববু থম্বীরম্মু-লৈচাওববু থম্বীরম্মুনে এ এএ লাইনিংথৌ। আ - ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা, নদাইরেম খুনবুক্লেন অচংবা, পারি-ইমোম খুদিংমক্তা পারি শুক্তাদববু পারি শুক্তাহনবীরম্মু, ইমোমগী নৌদাদববু ইমোম নৌদাহনবীরম্মুনে লাইনিংথৌ, মপল পঙ্খৌ শেৎনদবা, পলেম মমা কায়নদববু থম্বীরম্মু, য়ুময়াই কাইথিন তোইহনবীগনু, থাঙ্গ মৈখু খুহনবীগনুনে লাইনিংথৌ। আ-ইবুংঙো হা খোইয়ুম লাইনিংথৌ, নদাইরেম খুঙ্গং অচৌবসি. কুয়াও ফান্না বাৎ - নমু পোংনা হেন, খুলহোং-লৈহোংববু থম্বীরম্মু নদাইবেম খুনবুক্লেন অচংবা, আ ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী হয়েং ইনুংভৈনা ঙাল্লগা ইপলগী পঙ্খৌ অশৈবা, পেনা থাদা পম্, চৈজীং তুঙ্গোয় য়েৎনা পায়, লুরু-লুরু য়াণা কৈবসু, চীংঙু ইবুংঙো -হা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা, হয়েং মখৈদি তোক্লরনি, নদাই অমাইওইবী ঐখোয়সু, অয়ুক্কি য়েন্দা অঙনবা, পঙ্খৌগী হিদেন মতাফবদা, চিংদি পামেল নাং, ঈরুগী শানদেংমক্তবু লুরদুনা, পলেম-পঙ্খৌ অনিগী, চীংঙুবা নখৌ খনবসু খনলরোই - খনলরোই লাইনিংথৌ। আ-ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা, কুমগী নুংগী কুমজানুংদগী, মথংগী কুমজা কুমওল্লক্ত্রি ফাওবদি, নদাইরেম খুনবুকলেন অচংবগী, মপারি-মমোম খুদিংমক্কি, থবায় য়াইবী অচংববু, থবায় মঙা মিগা [illegible], মিরেলগা (লোয়নবগা) থানা তরেৎপু থবায় হামচৎনদবা - মিবেল হামফোইদনববু থম্বীরম্মু উ-উ-উ লাইনিংথৌ। চীংঙু ইবুংঙো - হা খোইমোম লাইরেম্মা, চীংঙু অনিনা লাইতোন লোমদ্রিঙৈ, ইয়োংবা শমদিং কক্ত্রিঙৈগী মতমদা, নহান্দনোং নপারি নমোম কয়ানা, পঙ্খৌ পলেমগী মফমদা হৈরাংমক্তবু তমজনিং, চীংঙুগী লৈরাংমকপু তমজনিংববু, তরেৎ শেনজানদি লৈত, চরৈ মাগী মঙ্গ নদি লৈখিদবনা, চীংঙু নখৌ খনবা ঙমখিদবা, খোইয়ুমগী লাল্লুপ কাবা ঙমজখিদবা, মথং কুমজা

কুমওল্লকপদদি, চবৈ ফিথুংদবসু ফিথুংবীযু, তবেৎ শেঞ্জা লৈতবসু, তবেৎ শেঞ্জা পীবীবম্মু তবাগী চাকনিং খাকনা চাকশৌবীযু, তবাগী য়েন্নিং খাক্লা-মক্তবু যেনশৌবীযু, যেনশৌবীযু উ-উ-উ লাইনিংথৌ। চীংঙু ইবুংঙো হা যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা, ঙসি চীংঙু লাইবোই ভাললমদাই, ইযোং শমদিং কক্লমদাই অসিদা, চীংঙু ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী নকাইফমদা, ইপা ইচা শঙ অহুম্মা, য়াদা নাপি চিক, চবৈ ঙক্তা য়েৎলগা, মালেম লৈপক্ননা থৌনিজবিনে এ-এ-এ লানিংথৌ। চীংঙু ইবুংঙো ইবেম্মা আনৈনা, চীংঙু লাইতোন লোমগদৌববা, ইয়োং শমদিং ক্কদৌববা, ব্রাংলেন মিকুপ খবদং মঙাইবক্লবা অসিদা, নদাইবেম খুনবুকলেন অসিগী, তিনমু ফত্তবা-লাইমু ফত্তবা, তিঞ্জা ফত্তবা পুন্নমকপু, খানা চাওবা ব্রাংব্রেন মাগী কংলৈ মশুমাঙ, থবৈ লেমলৈমদবু হোই-হোই হাযনা হোইথবীবম্মু উ-উ-উ লাইনিংথৌ। চীংঙু ইবুংঙো হা যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা নদাইবেম খুনবুক্লেন অসিনা, চাক্নী-লনগী মপু ওই, তবাগী চাকনিং খাক্লা চাকশৌবীবম্মু, তবাগী য়েন্নিং খাক্লামক্তবু যেনশৌবীবম্মু, ফৌগৈ চেংগৈ, ফৌকোৎ-ফৌমং ফৌখিন্না, চেংগৈ-লনগৈ চেংচোনববু থম্নীবম্মুনে এ এ এ লাইনিংথৌ।। *লৌতাবোল মখল মবি হাযবদি ১। নোংমাই লৌতাবোল, তাংখুল নুবাবী লৌতাবা, ২। শৌবোল লাইবেপ্পী লৌতাবোল, নুমিৎ লৌতাবোল, ৩। পোইবৈতোন লৌতাবোল অমসুং ৪। অকোংজাম্বা ফৌওইবী লৌতাবোল হাযবিবা .লৌতাবোল মখল মবি লৈবিবা অসি হবাওবিবা লাই অদুগী লাইশক অমাইবীশিংনা মশক খঙনা লৌতাবোল শকনৈ। মতাং অসিদা হাযজনিংবা অমনা ঙাবিযানবম ওঝা কুল্লচন্দ্রনা তাকপীবম্বগী মতুং ইন্না হবাওবিবা লাইফম অমদা তঙাইফদনা লৌতাবোল মখল অনি শকপা লাইফমদদি লাইদুগী মতুংইন্না অহানবদা লৌতাবোল অদু শকপ্পবা মতুংদা লোইশিনলকপদা নোংমাই লৌতাবোলনা লোইশিনগান হায়না তাকপীবম্মী। লাইবিক আসদদি "নোংমাই লৌতাবোল" লৌতাবোল অদুতমক লৌখৎচবগে।* চীংঙু ইবুংঙো হা য়োইবু খোইমোম লাইবেম্মা, চীংঙু ইবেম্মা অনিগী, লোইদাম কুমদমলৌ অসিবু, নোংমাই কাইনৌ চীংশোম্বগী মমোমলোই, নোংমাই নুবাবীনা নোংমাই খুলং তবেৎ পুবদনা খাল্লে লৌদা লৌতা হৌবক্লেনে, এ-এ-এ লাইনিংথৌ।

-ঃ ঃ

# নোংমাই লৌতারোল

মখাগী লৌয়ান ঈশৈ অসি নুরাবী শাবীদুনা ঈশৈ হল্লগা নোংমাই খুলং তরেৎনা "হে য়ানশে" হায়না খুমদুনা পাম যানবগী মওংদা তৌগনি।

**লৌয়ান ঈশৈ ঃ**

চীংগু খোইয়ুম লাইনিংথৌগী খালে মরৌচানে য়াল্লুহে - হে য়ানসে,
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মাগী খালে মবৌচানে য়াল্লুহে - হে যানসে,
ইপা লৌনি য়াল্লুহে - হে য়ানসে,
ইপু লৌনি য়াল্লুহে - হে য়ানসে,
লৈপাক ময়া তপ্পবা লৌনি য়াল্লুহে - হে য়ানসে,
নিংথৌ পুক্সি লৌনি য়াল্লুহে - হে য়ানসে,
খুঞ্জাও-লৈচাও লৌনি য়াল্লুহে - হে য়ানসে,
মহৈ-মরোং চুম্ন লৌনি য়াল্লুহে - হে য়ানসে,
পুক্সি নুংশাং লৌনি য়াল্লুহে - হে য়ানসে,
চজাক-চয়িল লৌনি যাল্লুহে - হে য়ানসে,
শৌগ্রী-ময়াংবা লৌনি য়াল্লুহে - হে য়ানসে,
পানফম-পানফোই লৌনি য়াল্লুহে - হে য়ানসে,
লোম্বা-তেক্তা লৌনি য়াল্লুহে - হে য়ানসে,
ফৌরেল-ফৌজাও লৌনি য়াল্লুহে - হে য়ানসে,
ফদিগোম-পাখোল লৌনি যাল্লুহে - হে য়ানসে,
শিংখা-শিংথুম লৌনি য়াল্লুহে - হে য়ানসে,

মুস্তি লাইফৌ লৌনি য়াল্লুহে - হে য়ানসে,

হো য়াল্লো - হে য়ানসে,

হো যাল্লো - হে য়ানসে,

হো য়াল্লো - হে য়ানসে।

মতৌ অশুন্না লৌয়ান ঈশৈ শক্লিঙৈগী মতমদা তাংখুল শাবা অদু চীঙ্খৈরোমদগী "হৌ" হায়না থোরক্কনি অদুগা মাইকৈ ঙাক্লিবা চুথেক মরিদা তেন কাপতুনা লাই তাইনরল্লবা মতুংদা "উই" লাওদুনা লৈথক-লৈখা তাইবমগনি। মখাদা ঈশৈশিং অসি অৱাই অখুম তৌদুনা শক্কনি।

তাংখুল ঃ চীংশাংগীদি অশুকপা, আ নাবলনিদিসু উ-উ-উ অৱাঙবী, তাম্নাগী নায়েনিবু খোংগুম্বী ই-ই-ই, লৈবাং মানবী খোইনৌ নতা ময়ামদা পাওদম্মক্ত শাববু, চীঙলওদা অরেম্বী তম্ফা কনা ওইববনোনে এ-এ-এ ইবেম্মা?

নুবাবী ঃ চীংশাংগী অশুকপা - হা নাবলনিদিবু অৱাংবা, তাম্না নয়েখোলনা মালংমক্তবু পাওদম্বদি ই-ই-ই, কোরৌনা খাক্কুম-খাক, ৱাংবলনা লাওদুম লাওবাদ শবাওখোল, চীঙলওদা অরেম্বা হা তম্বা নহাকপু কনা ওইরবনো নহাকপু?

তাংখুল ঃ চীংশাং খুনুনিদবু লমলৈমা, আ-লমগী খুনুনিদ মৈপোংবী, চেক্লনা তলা উফৈ থক্তবু তোংঙগা, খোনথাং অহুম নাইনমক্তবু খোংবদি, লাংহৈওদা কুমশীঙ কুমগাওপ্রবীগী, নুবাওদা মপাও পোরকপরা? চেক্লাওদা নংনা ঐঙোন্দা, পোম্বী নপাও শেংনা অমুক্তা তম্মুগবা - ঐঙোন্দা।

নুরাবী ঃ ইতা ইবেম্মা, পঙ্খৌগী পামনিবু পাম্মন্দা, পামেলগী শহি থেঞ্জা মথক্তবু তোংলগা, চেক্লানা খোঙ্বাং নাইন-নাইনমক্তবু খোংবদি, লাংহৈনা কুমশিং কুমগাওখ্রবা থাজনা থাশিং থাগাওপ্রবা, পাম্মুবা মাগী মপাওবু পুরকপরনে ইতারোই, চেক্লাওদা নংবু পোম্বী নপাও শেংনা তম্মু-তম্মু, ইতারোই।

তাংখুল আ-ইবেম্মা, নীংঙোল নপাও তাদববু নত্তে, লমগীনদি লল্লোং য়াম্বনা, অৱাং পাংনা কাশি কাঙমদে, খাদা কুমশিমক্তবু কুমঙমদে, নোংপোক পাংনা চৎশি চৎঙমদে, নোংচুপ পাংনা কুমশি কুমঙমদে ময়ায়নি শুং তোংপান কোইরেনদি লৈকোয়নুং, পাখংও ইদোম লেপ্তনা লৈববু, নুরাওদা লমজীংবীবা ওইদ্রিবরা - ইবেম্মা ?

নুরাবী আ ইবুংঙো, অৱাংগী পাংবা মরমখৈশু খোঙ্গুম্বীরুনুনে, চীংঙু লাইয়াম খুন্দা হানবা তারুগনি, শাম্বানা নয়েং তাগনিনে, আ ইবুংঙো খানা চাওবগী মরমখৈসু য়াংদৌ খোংদোইবীরুগনুনে, তিনমু ফত্তবনা লৈবা মায়কৈ, লাইমু ফত্তবনা লৈবা, চীংঙু তিন্দাইনফম্বু তাগনিনে, আ-ইবুংঙো থাঙজীঙ মরমখৈসু খোঙ্গুম্বীরক্কনুনে, মায়কৈ ঙাকপা চীংঙু মাগী মরমখৈমক্তবু তাগনি, আ-ইবুংঙো নোংপোক-চীংখৈ পাংবসু খোঙ্গুম্বীরক্কনুনে, মায়কৈনা ঙাকপা চীংঙু মাগী মরমখৈমক্তবু তারুগনি। হা-ইবুংঙো, ময়ায়গী শুংদোংপান - কোইরেলগীদি লৈকোয়পুঙ, চীংঙু ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী হরাওগী শকশেম তম্মীবা থৌদোক্কী কুম্মৈ শান্নরিবগী লমদমলেন, ময়ায় শুংদোকপান, কোইরেল লৈকোইপুঙ, ময়ায় চুম্নমক্তবু খোঙ্গুম্বীরক্লবদি, ননাওশু ঙাইজরল্লগেনে এ-এ-এ ইবুংঙো।

তাংখল আ-ইবেম্মা, নিংঙোলনা তাকপশু লম্বীদা, পাখং ওইবনা খোংদোয হুল্লক্লে হায়বগা, নুবা চেংলৌ নশক-ইশক উন্নরগদি, হৈরাংনা চাম্মিনবা য়াবা মতাং থোক্লগা, হৈরাং-হৈশুং খায়না চাম্মীন্নশি, লৈবাং লৈচা শেৎনা চীনমিন্নবা য়াবা মতাং থোক্লগা, লৈরাংনা লৈচা শেৎনা চীনমিন্নশি, নুংগী পরৈ-কিশি হন্নশি, পাখংওদা খোঙদোই হুল্লক্লগেনে ইবেম্মা। *(লাপ্পা শক্তি উন্নরক্কবা মতমদা)* আ-ইবেম্মা, চীঙয়ায় লাকপা চীঙশোম্বা, ৱাখালাকপা পনলুম্বা, দারি লাকপবু নাম্মোইবা, আ-অদ্রো লাকপসু পনম্বা, নোংমাইনা লৌদি লৌচিনতুম, শেল্লোয় লৌদি লৌখাফাক, নিংঙোলনা খোয়নৌ নতা তরেৎকা লোয়নরদনা, য়োৎলৈ লেঙগা থোং, তুমু লৈকলমক্তবু তৌবদি, হাওনা পান্দোংমক্তবু ফুক্তনা, তেমপাক লাল্লু শোইবন্নু, নুবাওদা য়োৎলৈ মশিং কয়া শুরবগেনে, ইবেম্মা ?

নুরাবী : হা ইবুংঙো, তাংখুল শাবমসু হাও পাখং, ঈপনগী শেল্লোয় চীঙজাওনিদিবু অৱাঙবা, মঙালনা তরং হৈয়াইৱাঙববু, চীঙদগী, অয়ুঙ্গি থ্রেন্দা অঙনবা, তরাগী চাকঙনমক্তবু চারগা, খুবোম্না য়াইশিনমক্তবু লোনশিনলে, খুদাংদা হাইজৌমক্তবু শীজিনলে, নাদা চোল্লাংমক্তবু যানশিল্লে, ননমদা তেন্দোংমক্তবু পোরে হায়বগা, হাওদৈ অয়াকপা-ৱাংলৈ অফিংববু থক্লগা, য়াংদৌ খোঙদোইরকপবু, খোঙকাপ মশিং কয়া শুববগে ? নীংঙোলদা পাওদম তশ্নীয়ুনে, ইবুংঙো ।

তাংখুল : হা-ইবেম্মা, পাখংনা ঈপলনা মঙাল তরংনিবু চীঙদগী, তবানা চাকঙন চাবেমক্তব্ হায়রগা, খোঙকাপ নাহুই থাঙ, খুদোন লাবা লোকলৌ কাল্লকপগা খোঙথাং মশিংগা, নীংঙোল ওইবীনা তুম্মু লৈকল তৌ, মালেম লৈথিন তোযবগী য়োংলৈ মশিংগা, নুরাওদা মান্নকবে, হৈগুম্না হৈগুং নায়নরগুমশি, লৈগীওদা লৈচা শেংনবগুর্মশি, ইবেম্মা ।

তাংখুল : হে নুবাবী।

নুরাবী : হো ইবুং ।

তাংখুল : আই ! ঐগী ইপাগী ইপুগী মরৌচা কবিগী যানপবা ?

নুরাবী : ইপাগী ইপুগী খালৈ মরৌচা য়ানপনে, ইবুং ।

তাংখুল : হে ! মীগী ম পাগী মপুগী খালৈ মবৌচা য়াল্লগা, মানা ঐগীসু ইপাগী ইপুগী খালৈ মবৌচানে হায়যে, হায়: হৈ! মদুদি নংগী নপাগী নপুগী খালৈ মরৌচা নত্তে, ঐহাক্কী ইপাগী ইপুগী খালৈ মরৌচানি, য়ানপা য়াবোই য়ানগনু, হায়বিবা অসিনি ।

নুরাবী : হো-ইবুং ! ঐহাক্কিশুনে ঐগী ইপা-ইপুনা থল্লম্বা খালৈ মরৌচা য়ানবনে । (*'হো য়াল্লো - হে য়ানশে'* হায়দুনা ময়াম লৌ য়ানলি, তাংখুলনা *'তানা থিনগে - তেন্না কাপকে'* হায়দুনা লৌ য়াল্লিবা ময়াম অদু লৌ য়ানগনু হায়দুনা কোয়তান তান্নে ।)

নুরাবী ঃ হো ইবুং।

তাংখুল ঃ হাইস! করি হায়বা ইচন?

নুরাবী ঃ কোইতান তানগদৌবগী শরুক্তি, নুংশি ৱারী শাবা ওইশে, ইবুং।

তাংখুল ঃ করি! অশুক য়াম্না কোইতান তানহল্লে হায়রগা, মানসু অমুক নুংশি ৱারী শাশে হাযে, লৈশানা পাখংদা ৱারী শাশে হায়বু করি য়াবোই? নংনা শানিংবা ৱাবি শাও-ও ইচল।

নুরাবী ঃ হো-ইবুং! ইবুংনা পোইবৈ অতাম্বা কোরৌদগীনে অশুম-অশুম য়াংদৌ খোঙদোই হুল্লকপদা, ইবুংননে করি-কবি উবিবকপগে? তাম্বা শাশিনে ইবুং।

তাংখুল ঃ অস! অদুগী ওইরবদিকো, নংগী নশক অসি উকতৌবশিনা ওইরমাল্লে হে ইচল, উচেক অনি থেংনৈনে ইচল, মাগী নুপাতুনা পুংয়েয়ে, মাগী নুপীতুনা ঈশৈ শকএ-চগোযশু শাইযে।

নুরাবী ঃ হো ইবুং! অদু তম্বা শাশে।

তাংখুল ঃ এ: অদু তম্মু হাযবরা ইচন?

নুরাবী ঃ আ ইবুং! তম্বীয়ুনে ইবুং।

তাংখুল ঃ এ: অদুতি, ঐদি য়েংপর্তনি, শাবদি তমপা নত্তবনিনকো, মখোয় অনিনা শাবা-শকপা অদো ঐ ঙহাক তম্বীগেকো ইচল।

নুরাবী ঃ তম্বা শাশে ইবুং।

তাংখুল ঃ অশ: মাগী নুপা অদু য়েংলগা মাগী নুপী অদুনা করি হায়বগে হায়ববু 'আ: কত-কত-কত কত' হায়য়ে অদুদগী মাগী নুপাদুনা অসোমদা কবি হায়না অমুক খুম্বগে হায়ববু 'ধো-ধো-ধো' হায়নেকো, অদুদগী মাগী নুপীদুনা অসোমদা চকোই অসি লৈদনা শাবকপদদি মাগী নুপাদুসু পুং কন্না য়ৈকো।

নুরাবী ঃ অদু তম্বা শাশিনে ইবুং।

তাংখুল : মখোঙ অনিদু থোংখোঙ শাদুনা লেপ্লগা 'ধোৎ-ধোৎ ধোৎফ্লাং-ধোৎফ্লাং' হায়তনা য়েবনি, মাগী নুপী অদুনা অসোমদা অমুক 'তিঙফ্লাং-তিঙফ্লাং, তিং-তিং তিঙফ্লাং, তিং-ফ্লাং তিং-ফ্লাং, তিঙ-তিঙ তিঙফ্লাং, তিঙফ্লাং-তিঙফ্লাং তিঙ' হায়দনা শাবনিনে ইচল। করি তৌবনো খঙদেনে ঈশৈ শোয়বরা ? চকোয়দা শোয়বনি খঙদে মাগী নুপাদুনা চোঙশিলক্লগা মাগী নুপীদুদা ফুবনি, অদুদা ঐনা শাওদুনা 'এ: চকোয়সু ব্রানা শাবা-ঈশৈসু ব্রানা শকপিবা, মানসু অমুক চোংশিন্দুনা ফুবিবা হায়দনা তেন্না কাপকে তৌবদগী তু (মখুৎ থিন্দুনা) থাঙজীঙ মায়কৈ অশোমদা পাইখিবনি।

নুবাবী : হো ইবুং, অদু ওইববদিকো চেক্লা অসিনা পাইরিবা মায়কৈশি যেংলুরবদি ইদাইবেম খুনবুক্লেন অচৌবা, হবাও তৌদোই তল্লীবা, থৌদোক কুম্মৈ শান্নবা অসিগী খুঞ্জাওবা-লৈচাওবা, পারি-ইমোম পান্নাও- শিংনাও তাদনা যাইফবা ওইবগী খুদম-চাংদমনিকো ইবুং।

তাংখুল : যাম্না ফৈহে অদু ওইরবদি ইচল।

নুবাবী : হো ইবুং! ঐহাকশুনে ইবুং উগদৌবদুনা ওইরমাল্লেনেকো ইবুং, ঐগীনে উনবীনুংশিদনে মরাঙ-মবাঙবা হৌবনিনে ইবুং।

তাংখুল : অস: নংদি কবিগী মবাঙ-মবাঙব্রা ? ঐহাক উবগী মরাঙব্রা ? অদুগা উদ্রিঙৈ হান্না লাঙথোকপ্রা ?

নুরাবী : ইবুংকো! ইবুংননে অশুম লাকপদনে, অশুম-অশুম য়াঙদৌ খোঙদোই হুল্লকপা মতমদা ইবুংনা অশুম যাব্রা মতেক খরা-খরা অশুম তাবদগীনেকো নচল ওইবী ঐগী থম্মোয়দা অশুম-অশুম মরাঙ-মরাঙবা হৌবনিনে ইবুং।

তাংখুল : অস: ইচন হায়য়ু।

নুবাবী : অসিতসু নত্তেকো ইবুং, ঙসি কোরৌ নোংলেন অসিগীনে অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা ঈপন পক্টৌগী হিদেন মতাফবদা নচন ওইবী ঐহাক্লানে পুল অমা পাযবে হায়রগা অশুম-অসুম য়াংদৌ খোঙদোই

হুন্দুনা, ঈপন পন্থৌগী হিদেন মতা ফৎদা চিংথং শম্বাল লাঙ্গে-ঈমু ময়োল শংকে, উতি শমখোং শেংগে, লাইজা ঈপাল লাঙ্গে হায়দননে ইবুং, অশুম-অশুম খোঙদোই হুলকপা মতমদা ফুবি-ফুরাং থুংবা খবা চাওবা অমননেকো যেংথংবগী অদোমদনে অদুম লৈবা, ফুবি-ফুবাং থুংবা খরা পিক্তক তৌবা অমননেকো ওইথংবা অদোমদা অদুম লৈবনিনে ইবুং।

তাংখুল : উম: হায়য়ো ইচন।

নুরাবী : ঐহাক্কনেকো উতি শমখোং শেংবদি কাওথোকপা শারেকো ইবুং মতম অদুদা ঐহাক্না পাকথবগা অনি অদো অশুম-অশুম যেংবনিকো ইবুং, ঙাইহাক লৈরগদিকো ইবুং অনি অসে ঈযাযদা ফল চোঙশিল্লগা চূপ লুপ্পনিনে, ইবুং।

তাংখুল : অ: মখোয অনি চূপ লুপ্পা, অদুদগী কৈদৌবা?

নুবাবী : কবি শাববা হায়দনা অশুম-অশুম পাকথবগা যেংবদা ইবুংকো, ঙাইহাক লৈবগদি মবানিদো অশুম ফাওগংলক্লগনে নাক নাক্তা লৈরেকো ইবুং, মবানিনা হান্নগী লৈফম-লৈফমদা।

তাংখুল : মখোয অনিগী লৈফম-লৈফমদা, হাযযো ইচন।

নুরাবী : অদুগনে ইবুং, (মখুৎ তম্লগা) অশুক চাওবনে, মকম-মকম ওইনা তৌবা অচৌবা অমা থনম্মীনে ইবুং।

তাংখুল : (মখুৎ তম্লগা) অশুক চাওবা! ঙৌশ্রোক ঙৌব্রা?

নুরাবী : ঙৌশ্রোক ঙৌবা মকম-মকম যাওবা অমা চাওবা অমা ঈয়াই অদুদা থম্লম্লে ইবুং।

তাংখুল : হো ইচন, অদুদি মাগী (মখুৎ তম্লগা) অশুক চাওবা ঙৌশ্রোক ঙৌবা অদুগী মনুংদা কৃ-কৃ য়াওই ইচন?

নুরাবী : হো ইবুং (মখুৎ তম্লগা) অশুক চাওবা ঙৌশ্রোক ঙৌবদুগী মনুংদনে ইবুং, মচা মচা অমু-অমুবা য়াম্না চকুংনা য়াওবনে ইবুং।

তাংখুল : ওই ! অদুদি কবি মাবৈ চৎপবা ?

নুবাবী : ও ইবুং অদুদিকো ঐনা খবা-খর-খর চিংথোক্লগা ঐগী লমশিদা তম্বদকো ইবুং, তম্বা ঙমদেনেকো ইবুং, তম্বা ঙমদরে ঐগী লমদগী য়াম্না শাংবা হেনগীবনে ইবুং ।

তাংখুল : অদু নংগী মবিদুদা থুংনা যাওবা মকমলা ?

নুবাবী : মনুং শদুদা মকম-মকম অদো অশুম অশুম য়াওবা ইবুং ।

তাংখুল : অদো কুংনা পানববা, লন্না পানববা ইচল ?

নুবাবী : ও ! অদুশুনেকো ইবুং, নচন ওইবী ঐননেকো, (লম তিংথোক্লুনা) অশুম হাযনা লম তম্বদা অসিবু কনিনো হায়দনা য়েংবদকো মকম অদু মশিং থীগে হাযদনা মশিং থিবসু য়াদবনি, মরুমদু য়াম্না কুংনা কুংনা লৈবনে ইবুং ।

তাংখুল : অস: কুমশি কুম অসিদি নখোয়গী খুল অসিদি য়াম্না ফৈহে ।

নুবাবী : কবি ওইবনা তাকপা শাশিনে ইবুং ।

তাংখুল : নখোযগী মৈতৈ অহল-লমনগী পাওবৌদকো মদুগী মরুম অদুনবু মবিদুনা শাংনা চৎলবা, অহল লমন পুক্সি হায়বা তাকপনি, অদুদগী মকম অদুনবু কুংনা পাল্লবদিকো, নখোযগী খুল অসিগী কুমশি কুম অসিগী মহৈ মবোং চূম্মে, লেইনু ফৌবান চাওএ, চাক-ঈশিং মপুং ফানা ফংঙে, কুমজা অসিগী অৱাৎ-অপা লৈতে হায়বনি ইচন । নখোযগী অহন-লমন্না তাকপীবম্বগী মতুংইন্না ফুরি-ফুরাং থুংবদুগী মমিংদি 'ইঙা কুমদম চেক - ঈঙেল কুমখাই চেক, হঙোই পোন্দে নুবাবী, লৈকু-লৈবাই শৈশক হৈবী' হায়না কোল্লোয় তেংগানর্বানিনে ইচল । কুমজা অসিদিকো অস: যাম্না ফৈয়ে, মরি অদুনা শাংবা - মরুম অদুনা কুংনা পানবদি অহন-লমন পুক্সি শাংঙে, খুঞ্জাও লৈচাওয়ে, মহৈ-মবোং চূম্মীহে ইচন কুমশিদি ।

নুরাবী : অদু ওইবর্বাদকো ইবুং, ঈদাইবেম খুনপুক্লেন অচংবা অাস ঙসি কৌবা কোরৌ নোঙলেন অসিদগীদিকো পান্নাও-শিংনাও তাদুনা

পারি-ইমোম পুন্নমক য়াইফদুনা, মহৈ-মরোং চুমদুনা, তরা মচা তিন্নবদা মীমান্ননবা শাবা ওইবেকো ইবুং।

তাংখুল : অস: ইচন য়াম্না ফখবে। *(মতাং অসিদা মীয়াম নুংঙাইনবা অচম্বা ফাগী খরা হাপনৈ অদুবু লাইবিক অসিদদি হাপচদবে।)*

নুবাবী : হো-ইবুং।

তাংখুল : হায়য়ো ইচন।

নুরাবী : ইবুংনা অশুম য়াংদৌ খোঙদোই হুল্লকপদি কবি থাদা খোঙদোই হুল্লকরা?

তাংখুল : হে ইচন ঐ হায়বীগে, ঐদি থবানগী মমৈদা কুল্লকপনিকো ইচন, ঐগী মযুমদা নুপী-অঙাংসু নাদুনা লৈরে, ঐগী ইমাসু নাবে পম্বৌসু নাবে। অদুদি ঐদি কদায়দা চৎকনি, কবি তৌগনি? অনাবা ময়ামশিগী হোৎনবদি চানিংঙাই-থকনিংঙাই লৈররোই হায়দনা মৈতৈ তমদা কুমগে, মৈতৈ লাংখোং শুগে তরেৎ-শেঙ্গা ফংলকপদুনা মখোয়গী অচা-অথক লৈগে, হুইপি হুইনাও খরসু লৌগে. চফু অমন-অকায় খরসু লৌগে হায়দনা কুল্লকপনিনে ইচন।

নুরাবী : হো ইবুং, নচন ওইবী ঐগীসু খুদোলপোৎ খবা তপ্পা শাগেনে ইবুং।

তাংখুল : করি-কবি তপকেরা? তপ্পুনে ইচন।

নুরাবী : হো ইবুং, চনুরা ওইবী ঐখোয়গীনেকো ফনেক ফিবান্দা হাপ্পা 'কুহি-কুন্নং' হায়বদুসু লৈবীবা শাশিনে, অদুগনে লাংওন-লংদাই ·ান্নদুনা লৈহৌবা 'চক-খুদোপ' অদুসু লৈবা শাশিনে ইবুং।

তাংখুল : ও: ইচন, নংনা হায়বা খুদিংমক হয়েং কাওদনা সৈবীরক্কে ই.ন, অদুদি নংশু লৈহৌরো ঐসু মৈতৈ তমদা কুল্লগা লৈরক-লাংখোং শুরুগে, চৎলুখিগে নং ঐগী ইপাগী-ইপুগী লৌশি য়াল্লমগনুকো, নং লৈহৌরোকো ইচন।

নুরাবী ঃ হো ইবুং, য়ানগনি-য়ানগনি, ঐগীসু ইপা-ইপুগী খাল্লে মরৌচানিনা অশুম-অশুম য়ানগনি।

তাংখুল ঃ ঐনা হল্লকপদা য়াল্লল্লবদি য়ারোই হায়রিবসিনি, য়ানগনু ঐ চৎলেহে ইচন। *(তাংখুল চৎখি)*

নুরাবী ঃ হো ইবুং চৎলো, ঐসু অশুম য়ানগনি, চৎলো-চৎলো। *নুরাবীনা খুলং ৭ কা লোযননা লৌয়ান ঈশৈ শক্ননা লৌ য়ানহৌই, তাংখুলনা মৈতৈ তম য়ৌবগা।*

তাংখুল ঃ হো ইপা - হো ইপা লমগী মপু লৈতবরা? *(অহুম্লক কৌই)*

খুনপুবা ঃ কৈদৌনোংগীদমক্তা শালাও-লাল্লও তমদুনা খরাই থোঙ্গাল অসিদা লাওবিবা তন্বা ওইবা কনা ওইবনো?

তাংখুল ঃ এ: ইপা ঐনি, ঐনা অশুম লাকপদা ইপাদি খুন অসিগী খুনসু পুই হায়ে অদুনা চাবা থকপশু মরাং কায়না য়াম্না নুংঙাই-য়াইফনা লৈ হায়য়ে, নহাক্কিদা চংলবদি থবক-ইনখাঙ শুবসু ফংগনিয়ে, লৈত-লাইরসু তানবা যাগনি হায়দনা অহল অমনা হায়বদগী নংগী নাক্তা চংলকইনি ইপা, নংগী থবক লৈরবদি থবক শুবিগেনে ইপা।

খুনপুবা ঃ লৈবক-লাংখোং খরা থোনগদবা-তোগদৌবা লৈরিবসে তৌননবা লৈপাকখোং[১] য়াওরকপবা? পারি মদম [illegible]নবা?

তাংখুল ঃ এ: ইপা! ঐ[illegible] অদুদি কদায়দগী য়াওরক্কনি, নখোয়গী [illegible]মদা কুম্লকপদি ঐদি ইশা[illegible] [illegible]ক্তা কুম্লকপনি, নখোয়গী অবৈবা পীয়ু ইপা।

খুনপুবা ঃ অদুদি তৌবো, খুন্নীঙা[illegible]গী-খুনমাঙ ফাওবা, খুছক্তগী খুনথা ফাওবা ঐগী লমখৈ অসে লৈ[illegible]ক-লাংখোং পাক্লা চা[illegible]না লাওনা তৌরগা থোল্লুকো।

তাংখুল ঃ অদুদি ইপা! অৱাংলোমদনা ইপাগী লম [illegible]ায় ফাওবদা থেংঙে, মখারোমদনা কদায়না খৈবরা, নোংচুপ-নোংপোক্তি কদায় ফাওবরা?

লৈপাকখোং[১] ঃ য়োংপাক

খুনপুবা লমখৈ তাক্কনি (*হরাওরিবা লাই অদুনা লমদুগী খা-ৱা, নোংপোক-নোংচুপকি লমখৈ তাক্কনি।*) শিদপুঙ-নাদপুঙ থোল্লম্মু, ইরম-খোংলমসু তেংলম্মু, অশিথোং-অচংথোং, পাম্ব্রাখোং-লুম্ব্রাখোংসু কুৎপ্রা যেংলম্মু।

তাংখুল ওঃ অদুদি ইপা! নংগী লৈবক লাংখোংসে ফজনা তৌবীগে, ঐগী তরেৎ শেনজা মশিং য়াম্না পীযুকো ইপা।

খুনপুবা হোবেন লোইবগা পীগে, (*য়োৎপাক পীবগা*) সে-সে, নংগী য়োৎখোৎ য়াওদে হায়বদো লৌবো-লৌবো।

তাংখুল ইপা নংনা লৈপাকখোৎ পীরবনিনা ঐ নংগী লৈরক-লাংখোং অসে তেংবীবগেকো ইপা।

খুনপুবা তৌবো-তৌরো চৎলো।

তাংখল (য়েংলগা) অসঃ ইপাগী লমশিসু চাওএ, শিদপুঙসু থোল্লম্মু হায়বা, নাদপুঙসু থোল্লু হায়বা, ইরম-খোংলমসু তেংঙম্মু হায়বা, অশিথোং-অচংথোঙসু থিংঙম্মু-ফাৎলম্মু হায়বা, পাম্ব্রা োং লুম্ব্রাখোংসু কুৎপ্রা যেংঙ যুসু হাযবা, লোইনমক যেংবীগে-লোইনমক থোনবীগে, অফবা লোইনা থমবীগে। (যো ংপাক পায়বগা য়েংবা) ওঃ ঐনা হৌগদৌবিবা অসি থাঙজীঙ মব ৈখেদগী মখোয়গী লৈপাকখোৎশি পায়রগা হৌবীগে। (লৈবাক য়ো ৌ অহুম তৌরগা) থাঙ ঙগা য়োৎলৈ অহুম অসি হান্না তৌ গা লৈপাক অসি কদাইদা পুশিগে? এঃ থাঙজীঙদগী লৈপাক সিদ লৱাইদা পুবিগে (হে -হা হোয় হায়দুনা লৈপাক পুবকপা) অসিদা কোক্তা পুবকপা লৈবাক অসি নুংতি নুমিৎ খুদিং া চাংঙু মথৌ খল্লিবা, খোইযুম লাল্লুপ কারিবা, ময়ায শুংতো পান্দী দায়দা ওইববা? সিদা ওইরে, খুল অসিগী ময়ায ওইবদি সিদা ওইয়ে, অসিদা থোনবীগে, থোনবীরে। (লাইবৌলা থাফমদা থোনলে)। মথংদি মারজীঙদা চৎপিগে, মারজীঙদগী লৈপাক য়ে ল অহুম তৌরগা লেঙবান্দা পুবীরককে (লৈপাক তৌরগা লেঙবান্দা দুনা

"হৌ-হা-হোয়" হায়দুনা পুবক্লগা লাইবৌলা থাফম ময়ায় শুংতোংপান্দা থাগনি)। মথংদি ব্রাংব্রেন্দগী লৈপাক য়োৎলৈ অহুম তৌরগা থবাক মপাদা পুবগা হান্নগী মফমদা থোনবিগে (হৌ-হো-হোয় হাযনা পুবক্লগা থোল্লি)। মথংদা কৌব্রু মবমখৈদগী লৈপাক য়োৎলৈ অহুম তৌবগা খোইদৌ মপাদা পুদুনা থোনবীগে (হৌ-হা-হোয় হায়না পুরক্তুনা হান্নগী মফমদা থোল্লগা, তাশিন খোমজিন্দুনা পুঙ শেল্লে)। "শিদপুঙ-নাদপুঙ" থোনবা লোইয়ে। অদুদি কিশি কিদবা যাদে (কৌব্রু ফিজিন্দগী থাঙজীঙগী ফিজিন ফাওবা, মথন্দা থাঙজীঙ ফিজিন্দগী ব্রাংব্রেন ফিজিন ফাওবা, ব্রাংব্রেন ফিজিন্দগী মাবজীঙ ফিজিন ফাওবা, মাবজীঙ ফিজিন্দগী কৌব্রু ফিজিন ফাওবা "হোই হা-হোয" হাযনা যাল্লগা কৌব্রুদা কিশি কিগনি)।

অচংথোঙ ফাৎপীবমগে, অচংথোঙ হাযবদি মৈবমগী অব্রাংথংবদা লাওনা ফাৎপীরমগে (যান্দুনা ফাৎলি), মৈরম চপ-চানা অশিথোঙ থিংবীবমগে[১]। মথংদা ফুল্লিবা খোঙলম অসি তেংবীগে, ঈরম ফুল্লিবসিসু তেংবীগে (হোই-হা-হোয হাযনা লৈপাক তৌরগা ঈবম-




১ - শিদপুঙ-নাদপুঙ,
২ - কৌব্রুদা কিশি কিবা,
৩ - অচংথোঙ,
৪ - অশিথোঙ,
৫ - খোংলম,
৬ - ঈরম,
৭ - পম্ব্রখোং,
৮ - লুম্ব্রাখোং।

থিংবীরমগে[১]ঃ অশিথোং অসি লোয়না থিংনদে, মখুল য়াম্না খুনা থারমগনি, অচংথোংদ লাওনা ফাৎলমগনি।

খোঙলম তেংঙি)। ঈরম-খোঙলমসু তেংবা লোইরবনিনা কবি ব্রাংলি (য়েংলগা), এ: পাম্বাখোংসু কুৎলিনা, লুম্বাখোংসু কুৎলিনা মসিসু থোনবীগে (লৈপাক তৌদুনা পাম্বাখোং-লুম্বাখোংসু তোঙনা থোনলি)। পাম্বাখোং-লুম্বাখোংসু থোনবা লোইরবনিনা ঐনা থোনগদবা-তেংগদবা লোইরবনিনা (লমগী মপু) খুনগী মপু কৌরগা য়েংহনগে। হো ইপা! খুনগী মপু।

খুনপুবা ঃ কদায়-কদায় পারি মদম মানবা, থবক শুবা লোইরব্রা?

তাংখুল ঃ ইপা! ঐনা থবক শুবসে ইপানা ননিং থুংব্রা-থুংদব্রা অমুক্তং য়েংবীয়ু, কদায়দা অসোয়-অঙাম য়াওবগে য়েংবীয়ু ইপা।

খুনপুবা ঃ হৌজিক্তি শিদপুঙ-নাদপুঙসু থোল্লে, মায়কৈ চিথেক মরিসু কিশি কিবে, অচংথোঙসু লাওনা ফাৎলে, অশিথোঙসু থিংলে, ঈরম-খোংলমসু তেঙলে, পাম্বাখোং-লুম্বাখোংসু তোঙনা থোল্লবনিনা য়াম্না ফরে পারি মদম মানবা ইচা। ঙাইখো-ঙাইখো পারি মদম মানবা হাওবা নপাও তারগা য়াইবী ইনুং হৌই, তিল্লাং মখোয় শাওই, খোঙদগী তোনফাওবা তুজুংবা পোকই, পোইবৈ কৈদা পানবনো, চীঙ্গোই নপাও শেংনা তম্মু, পঙ্খৌগী কোল্লোয় শেংনা হায়য়ু, পলেমগী কোল্লোয় শেংনা হায়য়ু, হাওবগী কোল্লোয় শেংনা তাকউ হাওবা।

তাংখুল ঃ (শিংকপলোন শৈশক্তা) হা ইপা ইবুংঙো, হা পঙ্খৌ-পঙ্খৌ কৌগেনে অপোকপা, ইপা ইবুংঙো শজিক মতুং ইনখ্র[illegible]কমৈমক্তবু য়ায়খ্রবা, ইপা ইবুংঙো পঙ্খৌ, ঙসি কোরৌ নুমিত্তা পঙ্খৌগী কোল্লোয় পন্দবা য়ারোইদৌরে, পলেমগী কোল্লোয় পন্দবা য়ারোইদৌরেনে নচানা, শজিক মতুং ইনখ্রবা থবা মব[illegible] য়ায়খ্রবা, হা পলেম পঙ্খৌ অনিগী কোল্লোয় মিংলেনমক্তবু হংলক্লে, নপারি ওইবনা পলেমগী কোল্লোয় পনবা ঙমদরে, পঙ্খৌ ইপাগী কোল্লোয়বু পনবা ঙমদরে, পন্দবদি য়ারোইদৌরে নপারিনা, পলেম-পঙ্খৌগী কোল্লোয় পনবদা পায়মনুংগী নুংওনবীগনু, তিল্লাংগী খোয়জংদববু তৌবীগনু

হাযদনা, 'ইপা ইবুংঙো পলেম-পষ্ছৌ অনিবু নপাবি ওইববু ঐহাক্না, পলেম-পষ্ছৌ অনিমক্তা থৌনিজেয়ে অপোকপা। ইপা ইবুংঙো নপাবিবু পোকপা পষ্ছৌ ইপাগী কোল্লোয় মিংলেন্ন, হা ''হুন্দুং লাম্বা'' হাযনা কোল্লোম মিংথোন্নে হাযনে অপোকপা পলেম ইমাগী মমিংনা হা ''হুন্দুংগী লাম্বী'' হাযনা কোল্লোয় মিংথোন্নে হাযনে অপোকপা, নপাবি ঐগী মিংলেন্না, পলেম-পষ্ছৌ অনিনবু থোনবীবন্নদি, ''নম্বা চকবেল'' হাযনা মিংথোনবীবন্নে নচাবু।

খুনপুবা ঃ কদায়-কদায, হুন্দুং খুল্লাকপা খুল্লাকপি অনিগী মপাবি নম্বা চকবেল কৌই অসিবা পাবি ?

তাংখুল ঃ ইপা। ঐদি পষ্ছৌ ইপাগী হৈনা মতুং ইন্না পষ্ছৌগী মযুমদা লাক্লম্লবনিনা, পষ্ছৌগী ইপানা শুবম্বা ঈবম-খোঙলম, শিদপুঙ-নাদপুঙ, পাখ্রাখোং ওখ্রাখোং লৈহৌবা পুম্নমকপু পষ্ছৌগী মতুং ইনলম্বনিনা খঙবনিনা, ইপাগী শিদ পুঙ মযেং তাবল্লগানি, নাদপুঙ মযেং তাবল্লগানি, ঈবম খোঙলম ফুনলল্লগনি হাযদনা পষ্ছৌ। পষ্ছৌ ইপানা শুবম্বা লোইনমক তুদেং খোংদেঙ্গে হাযদনা নচা লাকপনিনে পষ্ছৌ।

খুনপুবা ঃ নুংঙাইবেদা পাবি মদম মানবা। নিংথৌনা ঙাইথিদে শামুনা ঙাইখংদে হায়বদু ইপাদা থোক্লে, যাইবী ইনুং হৌবম্বা তিল্লাং খোইশাওনবম্বা পুম্নমক খোঙদগীনা তোন ফাওবা তুজুংবা-মানজুংবা পোকখিবা পুম্নমক পাবিগী শক খঙলবনিনা ইপাশু নুংঙাইবে, চিংনবা পুম্নমকসু কোক্লে পাবি। (শেল পীবগা) সে সে পাবি, য়াম্মি-যামদে থিগনু, ওবেৎ শেঙ্গা খবা অসিনা পাবি নংগী খুশুমন ওইবো। কবি কথি অপাম্বা লৈবি পাবি ?

তাংখুল ঃ ইপা। ঐদি হুইবী-হুইনাও খবসু পাম্মে, চফু-উযান খবসু পাম্মে, মৈতৈগী তমদা কুল্লক্লবনিনা উমংলাই মাপলনা কৈথেল কাবা অদুসু কানিংঙি অদু মাযকৈদি খঙদে, ইপানা তাকপীযু।

খুনপুবা ঃ ইপাগী হুইবী-হুইকোন্দা চংলগা অপান্বা হুই খনলুরো, চফু-উয়ানসু পুক্কে-লনগৈদা চংলগা খঞ্জরুরো। কুমশিদি ফৌ-চেঙনা ফত্তবনিনা মরল য়াম্না পায়দ্রে, ওল্লকপা চহিদদি কুমজা তেহৌননা-থাজা নৌহৌননা ওল্লকপা কুমজা-কুমজা খুদিংদা পঙ্খৌ নপাগা মঙাই শান্নরম্বদৌনা মথং চহিদসু উন্নশিকো, উমংলাই মাপলনা কাবা কৈথেল হায়বদি (চীংখৈরোমদা মখুৎ থিন্দুনা) তু অসোমদা চৎলো-চৎলো, নংনা মপান্বা পোৎ খুদিংমক ফংগনি।

তাংখুল ঃ অদুদি ইপা, ঐনা পান্নিবা পোৎ অসে থীবা খঙদ্রবদি কনা কৌরগা থীবা খঙগনি ইপা?

খুনপুবা ঃ নবেন কোনশবী কৌ। মঙোন্দা নংনা পান্বা পোৎ খুদিংমক লোইনা ফঙ্গনি।

তাংখুল ঃ ও: ঐনা পোৎ লৈবা ফংদদনা কোয়চৎ-চৎপদা খঙলক্রুবদি ইবেন কোনশবী হায়না কৌরবদি পোৎ লোইনা ফঙ্গনিকো ইপা।

খুনপুবা ঃ লোইনা ফঙ্গনি।

তাংখুল ঃ এ: নচাসু চৎলুখিগে, পঙ্খৌসু নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়না, পুক্সি-নুংশাংনা, লৈপাক অসি খুঞ্জাও-লৈচাওনা পান্নবা নখুঙ্গং অসিগী শিদপুঙ-নাদপুঙ থোনবীরম্লবনে ইপা. লৈপাক মরা তপ্না লৈহৌরো ইপা। উমংলাই মাপলনা কাবা কৈথেলদা চৎলগা নপারিনা পান্বা পোৎ লৈরগা ঐসু চীঙদা কাগে ইপা, লৈহৌরোকো পঙ্খৌ।

খুনপুবা ঃ চৎলো-চৎলো, নংগী অপান্বা পোৎতু লৈরগা মোংবা নরালনাইদা নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়না, তাঙ্খোং ময়ুং কুই, পাগী-পারেপ তম,পুগী পুরেপ ফংদুনা পারি শুব্বতা-ইমোম শোইদাদুনা নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়না পাল্লুরোকো ইচানুপা।

তাংখুল ঃ অদুদি ইপা! ঐসু চৎলে পঙ্খৌসু লৈহৌরো।

খুনপুবা ঃ চৎলো-চৎলো ইচানুপা।

(খুনপুবা লৈহৌই, ঙসাই খুৎ থিন্দুনা তাকখিবা উমংলাই মাপলনা কৈথেল কাবা অদোমদা তাংখুল চংখি। কোনশবীসু মৈরা য়াওনা লুকমায়া কোকথোং নাদুনা থোবক্লগা লাইবুঙগী অৱাং চীংখৈ পাঙবদা পোৎফম ফম্মী।)

তাংখুল ঃ হো-ইমা কোনশবী (অহুমলক কৌগনি)।

কোনশবী ঃ পাবি মদম্মানবা নহাকপু কনানো ?

তাংখুল ঃ ঐনি ইমা! পোৎ লৈগে হায়বনি ইমা, নখোয়গী কুহি ঙাঙশং হায়বদো যাওব্রা ইমা ?

কোনশবী ঃ পারি মদম্মানবা, নহাক্কি যাৱা খোঞ্জেল অসি তাবদা ঐহাক্তি খোঙদগী তোন ফাওবা তুজুংবা পোকইদা, নংবু পোকপা পলেম-পম্বৌগী কোল্লোয় মিংলেন্দু শেংনা তাকউ।

তাংখুল ঃ এ: কবিনোনে! ঐনা পোৎ লৈগে হায়বগা, ঐগী মশক উরগা খোঙদগীনা তোন ফাওবা তুজুংবা পোকএ হায়, ঐগী পলেম-পম্বৌগী মমিংসু হায়যু হাযযে, করি হায়বিবনোনে ? হো ইমা ঐদি চীঙদা তোংবা হাওবনে।

কোনশবী ঃ পাবি মদম্মানবা, ইচাগী য়াৱা খোঞ্জেল অসি হেক তাবদা, ঐগী উনবীনুংদগী খোঙ ফাওবা তুজুংবা ফাওরকপা লৈরিবসিগী য়াৱা হান্না পাওদম্মুনে, পারি মদম্মানবা।

(ঈশৈ অৱাই-অখুম তৌদুনা শিংকপল্লোন্দা শরুপা)

তাংখুল ঃ হা পলেম-পলেম ইমাবু ইবেম্মা, কুমজা অমনবু কৈথেল ময়াম্মক্তবু কাবম্মে, কুমজা অমনবু লুমাং শঙ্গু ঙৌরদনবু লৈবম্মীকো ও-ও-ও ইমাদি, কুমজা অমনবু কৈথেল মচী অমদবু ফল্লে হায়রগা খুবাক লাইখনমক্তবু তাদুনা, খুনিং কাঙলে হায়বগা কুমশি-কুমজা অসিদা পলেম্মা খুবাক লাইখনবাদুনা মায়বৈ ওম্ন ওন্নমক্তবু য়েংববু ইমাও, পলেম ওইবী নহাকপু কনা ওইরবনো, নপারি ওইববু ঐঙোন্দা ইমাগী কোল্লোয় মংগাও শেংনা অমুক্তা তম্মীরকউনে নচাদা ?

কোনশবী পারি ইবুংঙো, পলেম নমা ঐগী কোল্লোয মিংলেনদি "য়ুমজাও লাইরেম্বী" হায়না কৌই, পাবি ইবুংঙো নংগী যাৱা খোঞ্জেল তারগা ইমাগী খোঙদগী ভোনফাওবা তুজুংঙি, শিংলি-পাফল ঈহৌরকই, পাবি ইবুংঙো নংবু পোকপা পম্বৌগী কোল্লোয় মিংলেন্দি করি হায়না কৌবগে ? নংবু পোকপী পলেমগী কোল্লোয় মিংলেন করি কৌবগে ? কোল্লোয় নপাও শেংনা তম্মু-তুম্মু, ইমাদা।

তাংখুল ঃ হা-পলেম, ঐবু পোকপা পম্বৌ ইপাগী মমিংনা হুন্দুং লাম্বাবা হায়নবু কোল্লোয় তেংথানৈ, ঐবু পোকপী পলেম ইমাগী মমিংনা হুন্দুং লাম্বাবী হায়না কোল্লোয মিংগৌনৈ। নপারি ঐগী মিংলেন্না নম্বা চরুবেন হায়নবু মিংগৌনৈ। নপারি ঐবু কাওববরা ? হা পলেম নপারিবু কনা মানবগে হায়দনা অমুক্তা য়েংবীয়ুগবা ইমানা।

কোনশবী ঃ পারি ইবুংঙো নহাল নোংগী যাৱাবু ইমা না খংনিঙদুনা পারি নংঙোন্দা ইমানা য়াৱা পাওহংবনি, চহি কুমজা অমতা কায়দনা, লাংহৈ কুমজা কুমগাওদনা ইমাগা-ইচাগা উন্নশি হায়না, পাবি ইবুংঙো ইমানা উমংলাই মাপলনা বাবা কৈথেলদা ইমানা-ইচাবু উন্নশি হায়দনা, ইমানা নংবু ঙাইরমনি ই-ই ই পারি।

তাংখুল ঃ ইমা ইবেম্মা পলেম, নপারিগা পলেম ইমাগা উন্নবা য়ারবনিনা, নপারিবু লাংহৈ কুমশিং শুরবরা ? হা পলেম কৌবী ইমানা অমুক্তং ভাকপীয়ু-তাকপীয়ুগবা ইমানা।

কোনশবী ঃ পারি ইবুংঙো, হা পারি-পারি কৌগেনে ইমানা, লংহৈ কুমশিং শুরক্লে, থাজা মশিং শুরক্লে হায়রদনা শিংলি-পাফল ঈহৌনরক্লে এ-এ-এ পারি।

তাংখুল ঃ হো ইমা।

কোনশবী ঃ পারি ইবুংঙো।

তাংখুল ঃ ফনেক ফিবালদা হাপ্পা নখোয়গী কুহি কুম্লং ঙাংশং হায়বদু য়াওরিব্রনে ইমা ?

কোনশবী : পারি ইবুংঙো ! ইমাগী অসিদা য়াওরিয়ে, পারি নংনা অশান্বতা হায়য়ু ?

তাংখুল : ও-ইমা ! অদুদি লংজু কয়া য়াওই ইমা ?

কোনশবী : পারি ইবুংঙো ! ইমাননে ফৈবাক তাবুলংদনে তাদনা-তাদনা লাংলৈ কুমশিং কুমগাওনা, লোইদাম থাশিং থাগাওননে নাইরকপা মশিং শুনা য়াওরিয়ে, লংলা লংজু মরি য়াওরিয়ে ।

তাংখুল : ও-ইমা ! অদুদি ঐনা পাম্বা মচু চক্ মবি শবনিনা ইমা, চক্ মরি শুই-শুইদে হায়বসিদি ইমানা হায়বা ঙমবরা ? কনাদা হংকনি ইমা ?

কোনশবী : পারি ইবুংঙো অদুদি ইমানা হায়বা য়াদেকো, নংবু পোকপা পছৌদা হংঙুরো ।

তাংখুল : নখোয়গী 'চক্ খুদোপ' হায়বদুদি য়াওব্রা ?

কোনশবী : য়াওবি-য়াওবি পারি ইবুংঙো. ইমাগীদনে ইচানা লৈনিংবা পোৎলম পুম্বা লোয়না য়াওরি ।

তাংখুল : কুহি কুম্লং ঙাংশংসু পীবো, চক্ খুদোপশু পীরো ইমা, তরেৎ শেলদি কয়া লৌগনি ইমা ?

কোনশবী : ইমাগী ইবুংঙো ! ইমাগীদি মমল নাইদে, ইচানা পীনিংবদু হেক পীয়ু ।

তাংখুল : তরেৎ শেল অসিনা য়াবরা (ঙসাই খুনপুংনা খুৎশুমন ওইনা পীরকপা তরেৎ শেনজা অদু লৌথোক্লুনা পীবা) ?

কোনশবী : পারি ইবুংঙো ইচানা পীরম্লীবা অদুনা ইয়া-য়াই (কুহি কুম্লং ঙাংশং অমসুং চক্ খুদোপ পীদুনা) সে-সে, মসি পুরগনে নপল্ পছৌ মনাক্তনে খোঙদোয় হুল্লগা হেন্না য়াইফবা ওইদুনা নুংঙাই য়াইফনা পাম্মু, পারি ইবুংঙো নংনা পীরম্লিবা তরেৎ শেনজাসিননে নমু য়ুমথোং-য়ুমথোং খুদিং চংদুনা চাওবা-লৈচাওবা, খুনহোংবা-লৈহোংবা, নারি পুন্সিবা, ইমোম পুন্সিবা ওইদনা, তরেৎ শেঙ্গাও ময়োন চোংবা, মোইনু ফৌবাল চাওদননে ইমাননে তরেৎ শেনজা অসিনা চরৈ লানময়েন তাইরুরগেকো, পারি ইবুংঙো ।

তাংখুল হো ইমা, ইমাসু পুন্সি নুংশাংনা লৈহৌরো, কুমজা খুদিংমক্কি ইমা-ইচা উন্নসে, নপারিসু চৎলগেকো ইমা।

কোনশবী পারি ইবুংঙো কুমজা খুদিংগী উন্নশি, খুঞ্জাও-লৈচাওবা ওইয়ুকো।

*(কোনশবী শাবীদুনা কৈথেল কুম্লকপদা লাইশেল্লুংবা নত্রগা শাগৈগী পীবা অদুনা লাইশঙ অদুদা মমায় অৱাং ওন্দুনা খুরুখুদক কুন্দুনা লৈগনি, তাংখুলনা কোনশবীদগী পোৎ লৈখিবগী মমল ওইনা পীরম্বা তরেৎ-শেনজা অদু শিন্নগনি, লাইশেল্লুংবা নত্রগা শাগৈগী পীবা অদুনা ফিগাও শানা য়াজনা তরেৎ-শেনজা অদু খুরুমজদুনা লৌশিনগনি।)*

*(তাংখুল শাবদুনা শেল্লোয় লংমাইজীঙদা হনলকপা মতমদা নুরাবীনা লংমাই খুলং ৭ কা লোয়নদুনা লৌয়ান ঈশৈ শক্কুনা লৌ য়াল্লি।)*

লৌয়ান ঈশৈ

ইপা লৌনি য়াল্লুহে - হো য়াল্লো,
ইপু লৌনি য়াল্লুহে - হো য়ানশে,
------------ - -- -----।।

তাংখুল ঃ হাইস! ঐগী ইপাগী-ইপুগী খালৈ মরৌচাসে অমুক য়াল্লে, হোই-নুরাবী! মীগী মপাগী-মপুগী খালৈ মরৌচাবু য়ানবা, তেন্না কাপকে, তানা থিনগে, মীগী মপাগী-মপুগী খালৈ মরৌচা য়ানশিবা য়ানপা য়াদে - য়ানপা যাদে, হুইস। *(তাংখুলনা লৌয়ানলিবিশিং তাননৈ, ময়ামসু কোইচেন চেল্লি)*

ঃ হো ইবুং! কোইতান তানগদৌবগী শরুকপুদি ঐনা খুদোনপোৎ তপখিবা লৈবিবা শাবরা ইবুং?

তাংখুল ঃ অঃ ইচল! নংনা তপ্লিবা খুদোনপোৎ লোয়না লৈপিপনি, সে (পীরগা) 'সিনা নখোয়গী ফনেক ফিবালদা হাপ্না কুহি কুলুং ঙাংশং হায়বদুনি, সে (পীরগা) অসিমনা চক্ খুদোপনি।

নুরাবী ঃ অতু ওইরবদি ইবুং চক্ খুদোপশি চাবরা-চাদবরা য়েংবা শাশিরা ইবুং।

তাংখুল ঃ এ: অদু চাবা-চাদবা য়েংশি ইচল, অদু য়েংদ্রবদি চাদা-নাওদারোই, চাবা-চাদবা য়েংশে ইচল, (অচা-চাদা য়েংবা) হৌ-হা-হৈ, হৌ-হা-হৈ, অসিগী চক্ খুদোপ অসিদি চপ-চারেকো ইচল।

নুরাবী ঃ অ: ইবুং চপ-চারে।

## ঈশৈ (শীঙকপলোন)

ইপা ইবুংঙো! পন্থৌগী লেংমক্তবু তিল্লক্লে, পলেম মানবী ইমাশিং লেঙ্গামক্তবু ফম্বীরে, কাইনৌগী ৱাইরোকপ চনুনে, চনম্বা ৱাংখে কায়দোমসু নিংঙোলনে, খুরাইগী খোইমুনিসু খ্বাংজেংবা, ৱাংখৈনবু খোইমু খ্বাংনৌবা, লৈপাক খ্বায় তরামক্তবু তিনবীরে। ঙসি চীংঙু মথৌ খনবা নুমিৎ, খোইযুমদনবু থৌদোন লোম্বা নুমিৎনিবু অসিদা তাংখুল শাবম-নুবাবীগা তাংখুলগী শারমনিবু হাওপাখংগা, চক্ খুদোপ চাব্র চাদব্রামক্তবু য়েংবদি, পলেম-পন্থৌ পুন্নমক্লা পারি-ইমোম অনিসি থৌওইদে-ৱাৱোইদেমক্তবু তাকপীগনুকো - ইপলশিং। চক্ খুদোপসিনা চান্নদবা মতাং থোক্লবদি পারি শুক্তারবোইনে, ইমোম শোইদাররোই হায়বগীদমক্তা চক্ খুদোপশিবু চান্নরবদি ইখুন্না খুঙ্গং অসিদি পাবি শুক্তারগনি - ইমোম শোইদারগনি, পলেমও-পন্থৌ পুন্নমক খ্বাই তরানা নুংওনবীরুগনু ও-ও-ও ইপলশিং।

তাংখুল ঃ হো নুরাবী! হৌজিক্তি চক্ খুদোপগু চারবনিনা, ইখুন-ইখুঙ্গং অসিসু খুঞ্জাও-লৈচাওরগনি, কুমশি পোৎমা পোক-নোংমৈ পোৎনিপোক, পোৎনিদগী মথং-মথং পোক্তনা পারি মথং মথং পোক, ইমোম মথং-মথং শাত্তনা, পারি শুক্তারনি-ইমোম শোইদারনি, খুঞ্জাও লৈচাওবনি। হোয় নুরাবী।

হো ইবুং।

তাংখুল এস! ঐদি মৈতৈ তমদগী কুম্লকপদা অস: ঐগী মপুক অসে করিমত্তা য়াওদ্রে, ঐ চাক খরা লামলে, নখোয়গী য়াওরবদি খরা খজিক চাগেনে ইচল।

: হো ইবুং! নহাক্না ঐগী চয়োম চাগেসু অশুম-অশুম হায়বা, ঐগী নোংমাই খুলং তরেৎকি চান্নবদি য়াওরিয়ে, নংগী চান্নবদি য়াওদে।

তাংখুল : নখোয় তরেৎকি তরা চয়োম য়াওরিবদুদগী ঐহাক্কি শরুক খরা চাথোক্লগা নখোয় ময়ামসু চাবা য়াই। অদু নত্রগা ঐহাক্না পুল্লপ তোৎপিরগা ঐখোয় ময়াম লোইনা চামিন্নবসু য়াই। নখোয় ময়ামগী শরুক্তুদগী ঐগী খরা পীয়ো ইচল।

(তাংখুলনা কোইতান তান্নদুনা নুরাবীদগী চয়োম মুল্লগা)

নুরাবী : হো ইবুং! লোইনদি চাবা শাগনুকো ইবুং।

তাংখুল : হে! ঐ তোৎপীগে, নখোয় ময়ামশু চাও (চয়োম থোক্লগা তোৎলি)

নুরাবী : ঐখোয়গীসু খরা খাকপা শাশে, নহাক্না লোইনা-লোইনা চাথোকখিগদ্রা হায়না ঐখোয় ময়াম্না শুম পাখৎপনিনে ইবুং।

তাংখুল : (চয়োম চানা-চানা) ঐস ইচল! নখোযদসু খরা ইনবীগেসে (চাক অতোৎপা ইন্ননবা কোইতান তাল্লি)।

নুরাবী : চানিংদে-চানিংদে (কোইচেন-চেন্লি)।

তাংখুল : চাদবা য়াদে চাও, ইনবীগে, (নুরাবীদা কোইতাল তান্নদুনা চাক অতোৎপা ইনবী) অদু ওইরবসু নমদুনা ইল্লে, চাদবা য়াব্রতো, হো ইচল।

নুরাবী : ইবুং।

তাংখুল : মপুকশু থল্লে, ময়েং তাদ্রে, ঈশিং খৌরাংবনা শীগদৌরে, নখোয়গী করি - ময়ু য়াওদবরা? খরা খজিক থক্কেনে ইচল।

নুরাবী : হো ইবুং য়াওরিকো, অদুম্নদি ওইরগনে, নহাক্কনে লৌরগনে লোইন-লোইনা চাথোক্লগা অরেম-অপানা মীঙোন্দা ইনগে-ইনগে হায়দুনা অশুম তান্নবদুদি য়ারোই, ইবুং।

তাংখুল : য়াওরবদি খরা থকপিগে ইচল।

(নুবাবীনা য়ুয়োম পাযদুনা কোইচেল চেল্লি, থাংজীঙ, মাবজীঙ, ব্রাংব্রেল, কৌব্রু অমসুং লাইমাঙদা খব-খবা হৈ, তাংখুলনা মদু লেকই। মমৈথংদা তাংখুলনা মুন্দুনা য়ুদু থকই অমসুং তাংখুল য়ু ঙাওই।)

মযুসিদি মযাক ফৈ-এ, যাকএ। হেস: ইচল! ঐগী মকোক্ অসে ঙাওএ কাবিগীবা? অস· মনা শাইএ।

নুবাবী : নোংমাই খুলং তরেৎমক তাংখুলসে মনা শাইযে, চেল্লো-চেল্লো। (তাংখুলনা নোংমাই খুলং তবেৎ কোইতাল তান্নে, ময়ামসু চেল্লে. মমৈথংদা লাইমাঙদা নুবাবীগা ফর্মদিন্নরে)

নুবাবী : হো ইপা মৈতৈ লম্বূ, হো ইপা মৈতে লম্বু, হো ইপা মৈতৈ লম্বূ! (াতৌ অশুম্না অহুম্লক কৌনবা মতুণ্দা মৈতৈ লম্বু থোবকই।)

মৈতৈ লম্বূ : কদায কদায ইমোম মদমমানবী, নোংমাই লৌদি লৌচিন তুম, ্যে ্ পোকপি মবম লম্লেন লমনুংশি, কৈদৌনোংগীদমক্তা শালাও-ানলাও তম্লিব না ?

নবাবী : ০ ইপা মৈতৈ লম্বূ, তাংখুল অমা লাকএ হাযবগনে ঐগী ইপা ইপগী খালৈ মবৌচা অশ ম অশুম য়ানজবদা তেন্না কাপকে তানা াথনগে হাযা দন ঐখোযদা কোয়তান কোইতান তাল্লিবনিনে।

মৈতৈ লম্বূ : দায-কদায়! স্না ওইব দি কদাযদা লৈ? পৃথবই

নবাবী : হো ইপা! পু কপা পাগেকো ইপা। (নোংমাই খুলং তবেৎকা াযনা নু া। তাংখুল চিংদুনা পুবকই) সে-সে ইপা সদা লৈ , ঐনা নো মাই খুলং তবেৎকা লোয়ননা অত্তম চিংলক্লবনি ইপা।

মৈতৈ লম্বূ : হাওবা! কৈদৌনোংগীদক্তা শেল্লোয লৌদি লৌতোনপাক, ক্ষ্যাই-পোকপী মবম লম্লেন লমনুংশগী মীগী মপাগী-মপুগী খবি মবৌচা যানবদা কেদৌনোংগী তাল্লি হায?

নুবাবী : হো ইপা মহাক্তিকো, ঐখোযনা ঙাঙবসে শুকতা তাদে, মানা ঙাঙদুনতা লৈবা অদুগা ঐখোযদা কোয়তান-কোয়তান তানবনে

ইপা। যাব্রা অদো খরা কন্না যারা প ওদর্মীযু, নত্রবদি মহাক্তিনে শুকতা তাদবনি মাগী মনাসে।

মৈতৈ লম্বূ (খোনকলপ্না) যা হাওবা!

তাংখুল অ: ইপা! ঐঙোন্দা ওইববা ?

মৈতৈ লম্বূ ঙসাইমখৈ হাযবিবসে তাদ্রা ? মনা হুত্রা ?

তাংখুল : কবি ওইব্রা ইপা ?

মৈতৈ লম্বূ : নোংমাই লৌদি লৌচিনতুম, শেল্লোই লৌদি লৌতোনপাক, মবম লল্লেন লমনুংশি, চনুবাগী খালে মবৌচা য়ানজববু, নংগী নবৌচানি যানগনু হাযদুনা কোইতান-তাল্লি হায়বসি চুমব্রা ?

তাংখল : এ: ঐগী মপাগী-মপুগী খালে মবৌচা যানকনো হাযবগা মখোয মখোয মযাম ৭-৮ চংদুনা যানকনি-যানকনি, ঐখোযগীসু ইপানী ইপুগী মবৌচানে হাযযে। অদুদা ঐহাকা ভেল্লা কল্লিগে তানা থিনবীগে হাযদনা কোইতান তানবীবনিনে ইপা।

মৈতৈ লম্বূ ঃ হাওবগী খালে নবৌচানি হায়বগী কদি ফুম চাং া লৈ ? হাযযু হাওবা ?

তাংখুল ঃ ওই ! ঐগী ইপানা-ইপুনা উক্রোং হোংঙেদা, শগুংগী লাবা মচি তবেৎনে, ইবোই লাবগী মচি তবেৎনে, পুখম শেঙ্গা তবেৎনে অসিদগী মথক্তা চোৎ চোৎ লাওনা লৈবিবা তোংলপ লৈরিবা ফম অসিদা ফুম্বানি, ইপানা থাজদ্রগা যেংগে হাযববসু যে ঙুসে (ঐাবাক তৌবগা) তু! লৈবিবা অসিনি যেংঙুসে। (মৈতৈ লম্বূনা যেংলবা মতুংদা)

মৈতৈ লম্বূ ঃ ইযোম মনবী!

নুরাবী ঃ ইপা!

মৈতৈ লম্বূ নোংমাই লৌদি লৌচিনতুম, শেল্লোই লৌদি লৌতোনপাক ক্যাই পোকপী লমনুংশি, নংগী ইপাগী-ইপুগী খালে মবৌচানি হায়বগী

কবি খুদম-চাংদম লৈবগে ইমেম মদম মানবী ? খুদম চাংদম মফম তাকউদনা ইপাদা।

নুবাবী : ইপা ঐগীসুকে। নঙালনোংদনে ঐবু পোকপা ইপা পচ্ছৌনা উক্রোং হোংঙৈদা খবা তোংলপ তৌবসগী ওইবোম অসিদনে ইপা, অসিদা চোং-চোং লাওবা কুংতক তৌবা মফম অসিদা ইপা ঐগীসুকো, পুখম শেঞ্জা তবেংনে, শঙংগী লাবা তবেংকি মচিনে, ইবোই লাবা তবেংকী মচিনে (লৈপাক তৌই) "ঐ" অসিদা লৈবিবা খুদম চাংদমসিনি যেংবাযু ইপা।

মৈতৈ লম্বূ : ইমোম মদম মানবী হৌজিক্কি নহাক্কি খালে নবৌচাসু হাওবগী খালৈ মবৌচাসু লৌশোন্নবম্লে - লৌথংনবমলে। হৌজিক্তি কবি-কাব খুদম চাংদম কবি কাব লৈবি হাওবা ?

তাংখুল : ইপা ঐনৈকো শেবোং পাই, খোংদম থাই, মাগীদা অশুম অশুম মবি ভুনা পাঙ্গে, মানা হেক হেক্কুনা চাই, মদুসু ঐদি মাবু নুপীনি হন্দুনা থম্মন্দ্রা হাবাদবনে ইপা। মাতনা হেক্কুনা চাবনি, মাতনা হেক্কুনা লৌবান ইপা।

নুবাবী : ইপা ঐগীসুকো যেন থমুবা অমোম অচৌবা অমা লোইচবনে ইপা, মহাক্কি কোংখাদনে অশুম অশুম মকম কোক্লগা ইপা, মানা অশুম অশুম চাবনে, ইপানা চুম্না পায়েন-খৌদা তম্লীযো ইপা, ঐগী উনবীনুং অসে যাম্না নংঙোল্লে ইপা।

তাংখুল : এ: অদু হায়রবদি মাগী যেনবীনা ঐভোন্দা চংলবদি, ঐগী ওকলাবানা মভোন্দা চংদনা নুংতিমক্কি মাগী মযুমদা লৈদনা চাবদি ঐদি কাবসু হায়রবীদে, মাগী যেনবীনা ঐগীদা মতম কাক্লবদি মানা যাম্না থি, ঐনীসু মাগীদা চত্তনা পানবনি, মাঙিলসু পানবনি, খোংক্রমসু পানবনি, শেবোংসু পানবনি, মানা হেক্কুনা-হেক্কুনা চাবনি, ঐগী ওকলাবসু মাগীদা চংলগা মকম থুবনিনে ইপা।

নুবাবী : গো ইপা।

তাংখুল ঃ (নমহৎলগা) ঐগী মরুম তরেৎসু মাগীদা লৈবনি ইপা, হংবিয়ো।

নুরাবী ঃ হো ইপাকো। মাগী ওকলাবদুনা লাক্লগা ঐগী হেঞ্জাং-নাপি লৈরিবা ময়াম পুম্নমক লৌ-শিংকদো লোইনা নৈখাইবনিনে ইপা। মহাক্লনে অদুম য়েংদনা-য়েংদনা লৈবনে ইপা, ইপাননে চুম্না ৱায়েন থৌদা তৌবীয়ো ইপা।

মৈতৈ লম্বু ঃ মাগী মরুম তরেৎ নঙোন্দা লৈ হায়রিবশে পীখোদনা ইমোম মদম মানবী।

নুরাবী ঃ ইপা ঐঙোন্দা অমত্তা লৈতে।

তাংখুল ঃ লৈবনি-লৈবনি, ইপা।

নুরাবী ঃ হো ইপা অমাননেকো, ইবুধৌ থাংজীঙগী মরমখৈরোমনে পাইখরে ইপা, ইবুধৌ থাংজীঙগীনে পোইরৈ মায়কৈ ঙাকপদা চূকফারোল ওইরুনি হায়দনা অদুম পাইখরেনে ইপা।

তাংখুল ঃ অদু ওইরবসু তকক লৈবি।

নুরাবী ঃ অমাননেকো, ইবুধৌ মার থাঙমায় হনবা পোইরৈ মায়কৈ ঙাকপগী মকায়ফমদনে লৈঙাক্লোন লৈঙাক-লৈথিন ওইরে হায়রগা থৌরম লৈনা তেংবাঙনি হায়দনা পাইখরেনে ইপা।

তাংখুল ঃ অ: অদু ওইরসু মঙা লৈরি।

নুরাবী ঃ অমাননেকো, খানা চাওবা ৱাংব্রেনগী কংলৈ হংগুমাঙদা লৈঙাক-লৈথিনা ওইবদা শাস্ত্রা পাঙ্গল ময়েং তাববু থৌরম লৈনা তেংবাঙ্গনি হায়দুনা অমসু পাইখরেনে ইপা।

তাংখুল ঃ অ: অদু ওইরসু মরি লৈরি।

নুরাবী ঃ হো ইপা অমাননেকো, অৱাং কৌব্রু অশুকপা, টিংঙু পুন্দা হাল্লকপা, খোইয়ুম লাইয়ামগী খুম্বোকফম ওইরকপা মরমখৈদা চুকফারোল ওইরুনি, লৈঙাক-লৈথিন ওইরুনি হায়দুনা অমসু পাইখরেকো ইপা।

তাংখুল ঃ অ: অদুসু অহুম লৈবি।

নুবাবী ঃ ও: অমাননেকো কোবৌ কাখবেকো ইপা।

তাংখুল ঃ অদুসু অনি লৈবি।

নুবাবী ঃ অমাননে মালেম লৈবোন্নুংদা লৈতাই-শুংদাইকনি হায়দনা লৈখবে ইপা।

তাংখুল ঃ অদুসু অমা লৈবি।

নুবাবী ঃ ও: অমাননেকো, নোংপোক-চীংখৈ পাঙবদনে লাঙলোন-লঙদায় শান্নবগনে খোইবী-খোইবা শল্লাই তবেৎ পুথোক্কনি, মপা থিকগনি হায়দুনা চীংখৈ মায়কৈদা পাইখবে ইপা, ঐঙোন্দা মাগী মরুম অমত্তা লৈতে ইপা।

তাংখুল ঃ [illegible] হেক তৌদনা মানা আ অদুদা অমা নাম্বুহৌরে, অদুদা অমা তা[illegible] [illegible]দুদা অমা লৈহৌরে হায়দনা ঐগী মরুম তবেৎসিসু অশুম [illegible]ঙহনবনি ইপা, অদুনা ইপানা ব্রাযেনবিযো।

মৈতৈ লম্বূ ঃ পাবি মদ[illegible] [illegible]নবা ইমোম মদম মানবী নখোয় অনিনা তিল্লাং মখোয় শাওনবগনো, য়াইবী ইনুং হৌনবগনো। নহালনোংগী ব্রাবু ব্রাকাওদনা [illegible]স কোবৌনোংদা হাওবা পন্থৌগী কোল্লোয় মিংলেন শেংনা তাকউ পলেমগী কোল্লোই মিংলেন শেংনা তাকউ, হাওবা কোল্লো[illegible]দো নপাও শেংনা পাওদম্মো।

তাংখুল ঃ ঈশৈ ([illegible])
হা পন্থৌ-পন্থো কৌগেনে নচানা. ঐবু পোকপা পন্থৌ ইপাগী মমিংনা "হুন্দুংগী লাম্বাব" বু হায়না মিংগৌনৈ, ঐবু পোকপী পলেম ইমাগী কোল্লোয়না "হুন্দুংগী লাম্বুবী" হায়নবু মিংগৌনৈ, নপারি ঐগী কো[illegible]োয় মিংলেন্না "নম্বা চকবেল" হায়না কৌইনে এ-এ-এ ইপাও।

মৈতৈ লম্বূ ঃ পাবি মদম মানবা! হুন্দুং খুল্লাকপা-খুল্লাকপী, পন্থৌ পীথাংশীনবা-[illegible]ীথাংশীনবী অনিনা পোকপা 'নম্বা চকবেল' কৌই অসিবা?

তাংখুল : ইপা।

মৈতৈ লম্বূ : পাবি মদম মানবা তিল্লাং মখোয় শাওগনো, যাইবী মনুং হৌবগনো। ইমোম মদম মানবী। পঙ্খৌগী কোল্লোয, পলেমগী কোল্লোয, নুবাগী কোল্লোয মিংলেন অদো টাঙ্গোয় নপাও শেংনা তম্মো, নপা লম্বূ ঐখোন্দা।

নুবাবী : ঈশৈ (শীংকপলোন)
ইপা ইবুংঙো, হা পঙ্খৌ পঙ্খৌ কৌগেনে নমোম্মা, ঐবু .পাকপা পঙ্খৌগী কোল্লোয মিংলেনদি "নোংমাই কাযনৌ চীংশোম্বা" হাযনা হাযনা কৌইনে ইপা ও' ঐবু পোকপী পলেমগী মিংলেনদি "নোংমাই কাযনৌ চীংশোম্বী" হাযনা কৌইনে ইপা ও' নুবা ঐগী কোল্লোয মিংলেনদি 'চীঙগী মচা হেনৌবী-তমগী মচা নানৌবী উমা সনা চেংজোইবী" হাযনা কৌই কৌই ই ই ইপা ও'

মৈতৈ লম্বূ : নোংমাই নিংথৌ কাযনৌ চীংশোম্বা চীংশোম্বীগা ম মাপ্লোই চীঙগী মচা হেনৌবী তমগী মচা নানৌবী কৌই, অসিবা?

নুবাবী : ইপা।

মৈতৈ লম্বূ : ইমোম মদম মানবী যাইবী ইনুং হৌকবগনো, তিল্লাং খোইশ ওকবগনো। নহালনোং মদুঙৈগী বাবু বাকাওদনা ঙসি কোবৌ নোংদা ইমোমগী পিশুম অনিগী কাবক্তা থুর্ণলিবা শমব্রুনো হাযবদো ইপানা মূম্না যেংলুবদা নহালনোংগী বাবু বাকাওদনা ঙসি কোবৌদা নৌহৌননা নীঙশিংলক্লে, যাইগী মনুং হৌকগনো, তিল্লাং মখোয শাওবগনো। হাওবা চীংঙু থৌদোনলোম্বা খোইযুম লাইতোন লোম্বা নুমিৎ অসিদা খুঞ্জাও লৈচাওনবা পাবি ইমোম অনিনা চীংঙু খালৈ লৌযান লৌতম্লগা লোইনু ফৌবাল লোক্তুনা ইবুধৌ-ইবেঙ্গৌগী কংলৈ মথৌবং অসিদা খুঞ্জাও লৈচাওনবা লৈনম্মো অদুগা শঙ্খোং চুংমাই লেপ্পা-লৈপাক ফাল্লু হনবা, ঙৌববেল সনা ফুদোংবা হাযনা লাইনিংথৌ ইবুংঙো সনামহি ওইবে হাযবগা নমু তাইবং মীগী নমু যুমথোং খুদিংদা চংলে হাযবগা শঙ্গোং

অপানবা-অপানবী ওইদুনা খুঞ্জাওনবা-লৈচাওনবা যুমঙাকলুরো-লৈঙাকলুরো হায়বসে পারি মদম মানবা কবি হায়নিংঙি ?

তাংখুল : ইপা ! ইপানা হৌজিক তাকপীববু ঙসি চীংঙু থৌদোনলোম্বা নুমিৎ-খোইযুম লাইতোন লোইবা নুমিৎ অসিদা খুঞ্জাও-লৈচাওন্নবা চীংঙু খালৈ মরৌচা অসিবু খোইযুম খালৈ মরৌচাবু লৌঙাক-লৌতল্লগা নোইনু ফৌবাল লোক্কুনা পুখৎলক্লে হায়বগা ইবুধৌ-ইবেম্ধৌগী কংলৈ মথৌপুং অসিদা হৈরম্মো, খুঞ্জাও-লৈচাওনবা। অদুগা শম্থোং পুংমাই লেপপু, মাক্লুং নুংশাদা খাঙঙু, অসিরা, পম্বৌনা তাকপীববো ?

মৈতৈ লম্বূ : হো ! অদুনি পারি মদম মানবা।

তাংখুল : ও: ! অদুদি ইপা, ইপানা পীবীবা থৌদাগী মতুং ইন্না তাংখুল-শারম নুবাবীগা-তাংখুল শারম পাখং ঐগা খালৈ লৌতাবগে। অদুবু পম্বৌ ! নচানা হংনিংবদিকো ঙসাইমখৈ ঐনা থেম্বদা য়াদ্রবা লৈশাবী অসিবু পম্বৌ ইপানা নখোয অনি লৌ যানমিন্নবো, নখোয অনি লৈমিন্নরো হায়বসি পম্বৌ যাব্রা-যাদবলা মপুকশে অমুক্তদি পম্বৌনা হংবীয়ো।

মৈতৈ লম্বূ : ইমোম মদম মানবী

নুবাবী : হো ইপা !

মৈতৈ লম্বূ : যাইবী ইনুং হৌকগনো, তিল্লাং মখোয় শাওগনো, নহানলোংগী খুদম চাংদমবু পিওম অনিগী কারক্তা থুংলিবা শমব্রু অসিনা শাখিনি, শম্থো, পুংমাই লেপ্পা, লৈপাক ফাল্লু হনবা-ঙৌবরেল শম্থোং অপানবা ওইনা হাওবা মানা শায়োলশনু। চীংগী মচা নানৌবী-তংগী মচা হেনৌবী উমা সনা চেংজোইবী ওইনা শায়োল্লে হায়বগা, [illegible] মীওইববু পুয়োকলুবো-নাওযোকলুরো হায়বসে করি হায়নিংঙি ইমোম মদম মানবী ?

নুবাবী : ইপা ! ইপাগী য়াব্রাদি কোরৌদসু কাফদে - মালেমদসু তাফদে, ইপাগী য়াব্রাবু চরৈ ফিগাও শানা নমোয়া পুজরে হায়রগা খুঞ্জাও-

লৈচাওদুনা পান্নাও-শিংনাও তাদুনা য়াইফবা ওইনবা ইপাগী য়াৱা অদু লৌজরগা অশুম হৈনা মতুং ইনজরগে।

মৈতৈ লম্বূ ঃ সে-সে! হৌজিক্তি খালৈ মঙম তম্মো, খালৈ লৌয়াল্লো, খুঞ্জাও-লৈচাওনবা, মহৈ মবোং চূন্নবা নোইনু ফৌবাল অদো ফৌগারে হায়রগা চীংগু ঈয়োংবা শংদিং কক্লশি, খোইয়ুম লাইরোই তাল্লশিকো হাওবা।

তাংখুল ঃ অদুদি পঙ্খৌ! ঐখোয় অনিবু থৌশিৎ-থৌদা তম্বীরিবা পঙ্খৌদি কনা ওইরবনো? নচা ঐখোয়দা অমুক্তা তাকপীয়ু পঙ্খৌ। পঙ্খৌনা থৌশিৎ-থৌদাবদি য়াজবগে, পঙ্খৌবু কনানো - পঙ্খৌবু মশক খংনা অমুক্তং তাকপীয়ো, নপাবিনা উন্নবা য়াববা-য়াদবরা চক্ মশিং শুরবরা পঙ্খৌনা অমুক্তা তাকপীয়ুনে।

মৈতৈ লম্বূ ঃ "ক-হংকো, পোই হংকো, থোই হংকো, তযো হংকো।" দা চক্ মরি শুরে, হৌজিক হয়চক লাইগী চক্ লোইরবনিনা নমু তাইবংমী মীশেল্লে হায়রগা নমু তাইবং মীবু মখুৎমক্তা শেমজবে হায়রগা নমু তাইবং মীগী থৌশিৎ-থৌদাগদৌ[illegible] অসিদি ঐনা নপা[illegible] মপু ঐনা উহৌ-উবেপ উখোংদা উতম্লগে, লৈমরেল কাজাও যারিবী, ফম্মেল লুখায় ফম্বীবিনা চীংগু মাঙশোক্তা কাজাও য়াদুনা উতং কাংফৈদা কায়দোংলশনু, [illegible]হৈজা ঈবেনফুনা য়াতারে হায়বগা মাঙশোক্তা লৈবা ওইরশনু, [illegible] নমা ও [illegible] কোনশবীনা [illegible]সিদগী চাদা নাওদাবগা পুয়োক-নাওযোক্তুনা, [illegible]ঙ্খৌ নপা ঐনা [illegible]য়বসে অদুঙৈসু ইনখিদবা, পঙ্খৌ নপা ঐবু শক[illegible]ংদনা অকাও মাঙ[illegible]ইনখিবা পুন্নমকপু তিল্লাং মখোয় শাওদনা-য়াইবী মনুংহৌদনা [illegible] শা-চৎলো খালৈ মঙম তানজক্লরো।

তাংখুল ঃ ঈ[illegible]। ([illegible])

[illegible] পঙ্খৌ-পঙ্খৌ [illegible]পাবু ইবুংঙো, নপারিনা ঙসাইমখৈ পঙ্খৌগী চেংলৌ শকখংগুদবনা হায়গদৌবা য়াৱানবু হায়হৌদা- হায়রোইদবা য়াৱানবু মাঙওইনখিবা পুন্নমক অশোয়-অঙম, অরান-অহুই য়াওখিবা

পুম্নমক পছৌ ইপানা ঙাকপিয়ো, পছৌ ইপাগী থৌদা মতুং ইন্না থৌরম-থৌদা পাঙথোকচরুরগে নে এ-এ-এ নচানা।

মৈতৈ লম্বূ ঃ চৎলো-চৎলো পারি (মৈতৈ লম্বূ চংখিবা)।

তাংখুল ঃ হো নুরাবী!

নুরাবী ঃ হো ইবুং!

তাংখুল ঃ ইপানা তাকপিবগী মতুংইন্না ইখুং-খুঙ্গং অসি খুঞ্জাও-লৈচাওনবা, চীংঙু খালে মরৌচাবু খালে ঙমথুং তানশে ইচলশা, পাম হাইবা হৌশে।

(তাংখুলনা ঈশৈ হল্লগা ময়াম খুমদুনা পাম হাইবা)

| তাংখুল | | খুলং ময়াম্না খুম্বা |
|---|---|---|
| হো য়াল্লো | - | হো য়ানশে, |
| ইপা লৌনি য়াল্লোহে | - | হো য়ানশে, |
| ইপু লৌনি য়াল্লোহে | - | হো য়ানশে, |
| ফৌরেল ফৌজাও লৌনি যাল্লোহে | - | হো য়ানসে, |
| মুর্বাশ লাইফৌ লৌনি যাল্লোহে | - | হো য়ানসে, |
| পান্নাও শিংনাও লৌনে য়াল্লোহে | - | হো য়ানসে, |
| হো যাল্লো | - | হো য়ানসে, |
| হো য়াল্লো | - | হো য়ানসে। |

(মতৌ অসুম্না পাম হাইরকপদা চীংখৈ য়ৌরকপদা খোইনা চিকপা)

তাংখুল ঃ খোইনা চিকএ, খোইনা চিকএ অসঃ (তাংখুল কোয়চেন চেনবা) শিরে-শিরে..., হো ইচল খোইনা চিকলে।

নুরাবী ঃ হো ইপুং! করি ওইবা শাবরা?

তাংখুল ঃ ইচলকো, নখোয়গী নাপি মরক্তা শাবা কৃ... উনাখোই হায়ব্রা করিনো অদুনা চিক্লেনে ইচল।

নুবাবী : উনা খোইনা চিক্লে হাযবা, মফম কদাযদা চিক্লে ইবুং ?

তাংখুল : (মফম তাক্লগা) অসিদা চিকপনিনে ইচল।

নুবাবী : অদুদ কবি ওইবা শাশিবা ইবুং ?

তাংখুল : অমুক্তা শোনবযে হৈববা ইচল ?

নুবাবী : নচল ওইবী ঐবু শোনবা শাবিবা ওইযবনে ইবুং ?

তাংখুল : শোল্লো ইচল।

নুবাবী : অদুদিকো ইবুং, নচল ওইবী ঐনা শোনবা শাবিবা ওইগেকো ইবুং, হো ইবুং নাবদি ফবা ওইবো, চাওবদি অশুম-অশুম হেনবা ওইবোকো ইবুং।

তাংখুল : অস: মানা শোনবসিদি নাবাদ ফবে চাওবদি হন্থদেনে, হো ইচল।

নুবাবী : হো ইবুং।

তাংখুল : খোই লোক্কে, খোই মচা চসে।

(খোই লোকপা অাপ লম লমদ। হনবীগী মতং ইন্না মৈ থাদনা খোই লোকপা অদুগা খোই মচা চাই। অদুগা অতোপ্পা অমনা মে থাদনা লোক্লগনা খোইহি চাই।)

ইচল নখোয শ্বাইদা লৈয়, নখোযদসু অমুক চিক্লক্কনি, ঐ লোকপিগে। (যেংলগা) এ মসিদি কবিনো ? কবি খোইনো ?

এঃ মাসদি নখোযগী উনা মযক্তা শাবা পোই যাম্না নাবদু নংঙনে শিদি, এ. অসিদ হযি খোইনে, এং হযিংখোই়গদি মংঙক্দা ঐনা যেংহ্নবদুদা মখোযনা শাওদুনা চিকপাদনা, এদি খঙদবনিনা পাাব থিগে ইযোম থিগে তাযদনা লাকপনি অদ পাাব নখোযনা ঐবু মশক খঙল গাবদগী নখোয তম্না-অনি ইপানা যাইবা লৌখবে, অদুগীদমক্তা ইপাবু নুংঙোনগনুকো, অদুনা নখোযগী যাইফনবগীদমক্তা হনুধো হবেক্কো অনিগী হনাও মথোই কাবিনা - থৈদোক কই য় শান্নিবসিদা নাবাযগীনে নচা-নশু নুমন যাইফনি। ক না কং লম্লগো, নখে যনা থল্লবা মহৈ মথোং দাদ

ইবুধৌ-ইবেন্ধৌদা ইপানা কৎথপিগে, সে-সে নখোয়বু লোকপিগে ইপানা লৈতাই-শুংদাইবীগে খোইগী খোইরম শীন্দোক্লমগে। (খোই লোক্লগা কৎপা) চীংঙু ইবুংঙো (লাইগী মমিং), খোইমোম লাইরেম্মা (লাইগী মমিং হায়রগা) ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিমক্তা ঙসি তাংখুল হাও শারম পাখংনা খোইবী-খোইবা লোক্লক্লুনা কৎচবা অসিদা খুঞ্জা ওজগে-লৈচা ওজগে।

ঈশৈ (শীংকপলোন)
চীংঙু ইবুংঙো খোইমোম লাইরেম্মা, নদাইরেম তাংখুলগী শারমনিবু হাও পাখংনা খালৈও ঙমথুংমক্তবু তানবদা চীংখৈনিবু পাঙবা নরমখৈদা খোইবীনবু খোইরা শারম্মে, চীংখৈনবু পাঙবা মরমখৈদা খোইবীনা খোইরামক্তবু শারবদি চাক্কি মপু ওই, লনগী মপু ওইনা, তাম্থোং ময়ুং কোইনা-লেংথোং মফৈ পাকই হায়নে ইবুধৌ-ইবেন্ধৌ। খাগী মাইকৈদবু পাঙবদা খোইবীনা খোইরা শারবদি অহল-লমন মরি শোকই হায়নবু তাকপিয়ে, মখানবু পাঙনা শাবদি ফত্তে, অরাং পাংনা শাবদি ফৈ হায়নবু তাকপিয়ে, ঙসি ইবুধৌ-ইবেন্ধৌ অনিমক্কী চীংখৈনা পাঙবা নরমখৈদা খোইবীনা খোইরামক্তবু শারম্বদি তাংখুলগী শারম হাও পাখং ঐনা খোইবী-খোইরা মবু লোক্লগা ইবুধৌ-ইবেন্ধৌ অনিমক্তা খোইবী-খোইবা কৎপদি, খোইবী-খোইবানা মথোল-মথোলমক্তবু য়ানবগুম কুমশি পোৎমা পোক, নোংমৈ পোৎনিপোক, পোর্থনিদগী পোৎহুম পোক, পারি মথং-মথং পোক, ইমোম মথং-মথং শাওনা পারি মশিং হেনববু থন্বীবম্মো, ইমোম মশিং হেনববু থন্বীরম্মো হায়দনা ইবুধৌ-ইবেন্ধৌ অনিমক্তা পলেম-পম্থৌ পুম্নমক পুক্নি নুংশাং পীবিয়ু, খুঞ্জাও লৈচাওবা পীবীয়ু হায়দনা নদাইরেম তাংখুল শারম হাও পাখংনা খোইবী-খোইরা কৎচরিয়ে এ-এ-এ, লাইনিংথৌ।
(রাইহেনা) ইবুধৌ-ইবেন্ধৌ অনিমক্তা খুঞ্জাও-লৈচাওবা পীবিয়ু, খোইবী-খোইরানা মথোল-মথোল য়ানবগুম ইপারি মথং-মথং পোক, ইমোম মথং-মথং শাৎনা খুঞ্জাও-লৈচাওবা পীন্নবীয়ুকো ইবুধৌ (খুরুমগনি)।

তাংখুল ঃ হো নুরাবী!

নুরাবী ঃ হো ইবুং!

তাংখুল ঃ উনাখোই ওইরল্লবদি খোই মচা চাসে হায়রমগদবনি, অহানবদা উনাখোই ওইরবোই নিংলুরে, উনাখোই ওইরমদরে। হৌজিক ঐনা লোক্লিবা অসিদি হয়িংখোই ওইরে। হয়িংখোইদি ঐগী ইচানে, মখোয়বু থিগে হায়না লাকপদা মখোয়বু থেংনবনে, হৌজিক্তি হয়িংখোইগী খোইরা অসে থল্লে হায়রগা মথক্তা লৈরিবা অথুব্বা মহি অসে থকশে। খোইহি থকশে - খোইহি তংশে, নখুত্তা খর-খরা হাপ্লিগেসে, খোইরা মথক্কি খোইহি য়াওবশিমখৈ নখোয়দা মচেৎ-মচেৎ পিগেকো ইচল। সে-সে (য়েনগনি)

নুরাবী ঃ হাপ্পা শাবীয়ো ইবুং।

তাংখুল ঃ অস: মসি চাবদিকো য়াম্না ফবনিকো। ময়ুম পানবা খংদবসু ময়ুম পানবা খংগদি হায়বনি, অদুনা মসি চাও, অহল ওইবসু নাহা ওইথোকই হায়, চাশিল্লু নখোয়শু। (তাংখুলসু খোইহি চাই) অস: ইচল!

নুরাবী ঃ হো ইবুং করি তৌরে?

তাংখুল ঃ খোইবী-খোইরা চাবদা করিনো ঐগী মপুক অসি... হুম: করিনো অমা তৌই, মপুক য়েকই, ঐতমক মপুক য়েকপরা, নখোয়দি য়েক্তবরা? এ: এ: মথী ফায়নিংঙে, মথী ফায়নিংঙে (কোয়চেন চেনলি)

নুরাবী ঃ হো ইবুং! অশ্বাইদদি তিনখুন-লাইখুন লৈবনে ইবুং।
(মতৌ অশুম্না কোয়চেন চেল্লবদা নুরাবীনা লাইমাঙ মপা চপ চানা লা থারগা মদুদা তাংখুলনা লাইরোমদা মমায় ওনশিল্লগা মথী ফায়হনগনি।)

তাংখুল ঃ অশুবাইদা ফাইবীরগে খাঙবা ঙমদরে।

নুরাবী ঃ ফায়বীয়ো ইবুং।

তাংখুল ঃ অস: অসি থোকখিবদা মপুক অসে ইযাং য়াংঙিহে, অসি লৈবদি মবুক য়াই চিল্লিনা, হৌজিক্তি মপুক যাংঙে। মখোয় মৈতৈ তমগিদি ঈশিংনা চাম্মে, ঈশিং লৈতবনিনা থুন অসে নাপিদা তকথোকপিগে। (মথুন নাপিদা তকথোক্লগা) হো ইচল।

নুবাবী ঃ হো ইবুং।

তাংখুল ঃ মথুন তকপা লোইববনিনকো ঐগী মথুন্দা তৈথোকপা থিগেৎচৈ অসে যোনগে, হো কনা-কনা লৈবগে চৈখেৎ লৈগেবা, থিগেৎচৈ লৈগেরো, থিগেৎচৈ লৈগেবো। (মচা পোকচদবশিংনা থিগেৎচৈ অদু লৈনৈ) অসিদি চাদাবনে-নাওদাবনে, যাম্মা ফবনে অদু লৈহৌবো। ইচল, চৈখেৎসু লৈস্রবনিনা খুঞ্জাও-লৈচাওনবা ঐখোয় ইবুধৌ-ইবেম্মৌগী খালৈ মবৌচাসে খালৈ ঙমথুং তানশে ইচল।

(লৌযান ঈশৈ শক্তুনা লৌ যানগনি, ফৌ হুনগনি, লৌ মখোং পেংগনি, লৌ মুল্লক্লগা খাওগনি, ফক থাদুনা ফৌবোন খোমদুনা লৌ যৈবগী মওং উৎকনি "হৌ-হা-হোই, হৌ-হা-হোই" হায়দুনা। লৌ যৈবা লোইবগা তাংখুলনা ফৌইনতোক পাযদুনা ফৌ কোৎপগী মওং তৌবগা নুবাবীনচিংবা লংমাই খুলং তবেৎনা হুমাই হুম্বগী মওং তৌদুনা ফৌ হুমগনি।)

তাংখুল ঃ হো ইচল, নখোয়গী পুন্নবা খাও শেম্মো, ঐ ফৌ হৈবক্কে।
(খাও শেল্লগা নুবাবী অমসুং খুলং তবেৎনা খাও মচিন ফাক্তোক্তুনা পাযবগী মওং উৎকনি, তাংখুলনা "হৌ-হা-হোই হৌ-হা-হোই" হাযদুনা ফৌ কোৎতুনা খাওশিং অদুদা হাপ্লগী মওং উৎকনি।)
নখোয-নখোযগী খাওদা ফৌ থল্লবনিনা মচিন পুনশিনলো, হৌজিক্তি চীংঙু লাইকোন্নুং যৌনা খোইযুম থৌদা পুরশিকো, ফৌ অসে থোংগৎলশে (ফৌ থোংগৎপগী মওং) "হৌ"। হৌ-হা-হোই, হৌ-হা-হোই (লাইগং তান্না চংজল্লগা লাইমাঙদা) "ওই-উই" (হায়দুনা যৌ হৈগনি)।
ইবুধৌ-ইবেম্মৌ অনিমক্তা, নদাইরেম নখুন খুনবুকভোন অচংবা, তাংখুল শবম হাও শাখংগা তাংখুল শবম নুবাবীগা লংমাই খুলং

তরেৎকা লোয়ননা খুঞ্জাও লৈচাওনবা, চাহোং-ঙাহোংনবা চীংঙু খালৈ নরৌচাবু খালৈ ঙমথুং তমদনা, নোইনু ফৌবু পুবক্লুনা ইবুধৌ-ইবেন্ধৌগী কংলৈ নশুমাঙদা হৈবদি খুঞ্জাওনবা-লৈচাওনবা, চাকহোং-ঙাহোংবা, বাত্তবা পাদবা পীবিযু হাযদনা নাইবেম ঐখোয পুন্নমক্লা ইবুধৌ ইবেন্ধৌদা "ফৌকোৎ-ফুহিং" কৎচরিযে, ইবুধৌ ইবেন্ধৌ কুমশি চাহ কুমজ্জাগী, নদাইবেম খুঙ্গং অচৌবগী, খালে মবৌকোন্দা, মতিন মকাঙ তাদবা, লোইমোম ফৌবান চাওবা, মহৈ-মবোং চুম্বা পীন্নবীবম্মু লাইনিংথৌ।

থৌবম অসিদা য়াওরুবা মীওই খুদিংমক জগোয় খুৎথেক তম্লগা ইবুধৌ-ইবেন্ধৌদা খুরুমজগনি। অমাইবনা নাহৈফুদগী ঈশিং তাইবেন পুংফাইনা চাইথোক্লগা "মী ওনজরগে" হায়দুনা খুরুমজগান।

ঃ ঃ

অমাইবীনা নুপীশিংদা "হুইথি য়েপশে, য়েনথি য়েপশে" হায়দুনা পীগনি, মীয়ামশিংদুনা "ময়েপশে-ময়েপশে" হায়না খুমগনি। নুপাশিংনা মখুৎ য়েৎনা লাচেৎশিং অদু থৌরিগা কোন্ননা পায়গনি, নুপীশিংনা মখুৎ ওইনা লাচেৎশিং অদু থৌরিগা কোন্ননা পায়শিনগনি। মসিবু "হুইথি-য়েছি য়েপ্পা" হায়না কৌই। মথংদা অমাইবা অদুনা থৌরি পায়দুনা কোয়শিল্লিবা অদুগী ময়াইদা চংদুনা লাইরোমদা মমায ওনশিন্দুনা লেপ্লগা "হো লাইনিংথৌ-লাইরেম্বীগী মদাইরেমশা" ময়াম্না "হাও", অমাইবনা "হৌজিক্তি ঔগ্রী লিরোল শক্কদৌরে নখোঙ-নখুৎ লেঙবা য়াদেকো।

মতাং অসিদা ঔগ্রী চোংবা য়াওরিবা মীওইশিং অদু লেঙবা য়াদবনিনা মীওই ৪-৫ (মরি-মঙা) না কাঙ-তুমিৎনচিংবা হুম্লবা থোরক্কুনা ফি পায়দুনা হুমগনি। কাঙ-তুমিৎ হুমলিবা মীওইশিং অদুনা কনাগুম্বা মীওই অমত্তনা ঔগ্রী চোংলিবা মফম অমসুং লাইদুগী মরক থৎনা লান্দুনা চৎপা য়াদে। কংলৈ হরাওবদা শক্লিবা ঔগ্রী লিরোল অসিগী মমিংনা "খুঞ্জাও লৈচাও ঔগ্রী" হায়না কৌই। অমাইবনা হোইরৌ হয়া লাওরগা ঔগ্রী লিরোল অসি তারক্লনি।

হোইরৌ হয়া য়ে, হোইরৌ হয়ায়েদং-য়ে, হোইরৌ হয়া য়ে, হয়া শো, হয়া শো, হয়া শো য়েদংয়ে, ইংশো, ইংশোয়েদংয়ে, ইংশো, হে-হুপ, হে-হুপ, হে-হুপ।

অমাইবনা ঔগ্রী লিরোল পরেং অমমম শক্লকপা লোইরকপদা ময়াম্না "ঙক্সেল কোল্লো" হায়না খোং খুৎ অর্মদি হকচাং লেঙদনা খুমগনি। হোইরৌ হয়া লাওবা হৌবদগী থৌরি লোক্তি ফাওবা ঔগ্রী য়াওরিবা মীওইশিংনা থৌরি থাদোকপা য়াদে।

## খুঞ্জাও লৈচাও ঔগ্রী লিরোল

ঔগ্রী ওদবু কোল্লো ও-য়ে, ঔগ্রী ওদংবু আ কোল্লো ও-য়ে, ঔগ্রী যেদংয়ে এ কোল্লো ও-ও-য়ে, লম অসিবু কোল্লিবা লাইবু চৈবী চৈনমদনা শৈথাজরক্কে এ-এ-এ কোল্লো ও য়ে, লমলোন মদাইমদা- মদংমদবু-উ কোল্লো ও-য়ে, কংলৈয়োন্দা পুঙময়োন্দবু কোল্লো ও-এ, য়োইময়াইবু-তাউদনববু কোল্লো ও-ও-য়ে, তাওরোয়নাইবু অঙানববু কোল্লো ও-য়ে, মালেমখৈবু লাংজখৈববু কোল্লো ও-য়ে, সনাতোনববু খোম্মদোনববু কোল্লো-ও য়ে, থবিয়েংবু শেংগোইরেংদবু কোল্লো ও-য়ে, খোইবুংশেন্নবু কোল্লোয়ে অপানববু চারংশেনবু কোল্লো ও-য়ে, নোংশামৈবু

নোংপোক লৈমচাবু তৌরিং-লৈমচাবু কোল্লো ও-য়ে, মালেমহৌ লৈরাইপানগা নিংথৌমীচনুবু কোল্লো ও-য়ে, পায়মগগিদি-লিনগোয়গিদি কোল্লো ও-য়ে, পলেমশিংনা পীথাংশিংনা নাওয়োকমৈবু কোল্লো ও-য়ে, মপললোনবু কোরৌখোমবা চনুবু কোল্লো ও-য়ে, নোংবু খোনবা চনুবু মালেমলুম্লবা চনুবু লৈবুলুম্লবা চনুবু কোল্লো ও-য়ে। সনাগীদি লিনগোইগীদি য়োয়ময়ায়দি তাওদনবদি কোল্লে ও-য়ে, নুমিৎ ওল্লবদা ঈমি ওল্লবদা কোল্লো ও-য়ে, থবি চায়রবদা দোল্লাই চায়রবদা কোল্লো ও য়ে, মিরেল লৈরবদা চেপ্প লুরবদা কোল্লো ও-য়ে, হেম্পা থারবদা মতাং থারবদা কোল্লো ও-য়ে, লোইচীঙ লুম্লবদা চীঙজাও লুম্লবদা কোল্লো ও-য়ে, য়োইময়াইদি তাওদনবদি থবি হুলথিশুনোয়ে হয়িঙৈবু কোল্লো -ও-য়ে। মালেমহৌঙৈদগী লৈগহৌঙৈগীদি কোল্লো ও-য়ে, পোইরৈ শেমঙৈগী লৈগা শেমঙৈগীবু কোল্লো ও য়ে, ওংলৌতোন্না লৌথিবনা কোল্লো ও-য়ে, পুকনুং থাগী হুব্রাই থংপাক থাগীবু কোল্লো ও-য়ে, শাংলৌ লেক্লবদা মনা লেক্লবদা কোল্লো ও-য়ে, য়েল্লাং লাম্লবদা মতাং লাম্লবদা পুকনুং ওল্লবদা মিতম ওল্লববু কোল্লো ও-য়ে, মহৈ অংগো পাল্লববু কোল্লো ও-য়ে, শমদোল অয়াঙববু পুরিববু হুরাইববু কোল্লো ও-যে, মবিরেদা নেৎথৎলেদা মরাব্রাইগী নেৎথৎব্রাইগীবু কোল্লো ও যে, ওংলৌতোন্না লৌথিবনা কোল্লো ও-য়ে, য়াইবী হৌরে-মনুং হৌরে কোল্লো-ও-য়ে, তিল্লাং শাওরে মখোয় শাওরে কোল্লো-ও-য়ে, শামদোন অয়াঙবগা ওংলৌতোনগা লৌথিবগা কোল্লো-ও-য়ে, হাওমুক্লা লেংফাংচল্লে মোংবা য়েৎলে তাজিল য়েৎনা কোল্লো ও-য়ে, মোংবা খুরৌয়েৎনা তাজিল য়েৎহল্লবদা কোল্লো ও-য়ে, শামদোল অয়াববু হুন হুন্দুনা কোঙ্গোই থুরেদা কোল্লো ও-য়ে, লাঙজল-লৌরে লীগা লৌবে কোল্লো ও-য়ে, শামদোল অয়াঙববু মশা কক্লা-মরেং কক্লা ব্রারকথৌগাও তর্মাখয়েদা কোল্লো ও-য়ে, মতু ফোয়রকলেদা মমান ফোয়রেদা কোল্লো ও-য়ে, মকোয় ফোযরে-মরাং ফোযরেদা কোল্লো ও-য়ে, খোইনৌমৈবু-মরাংমৈবুদা কোল্লো ও-য়ে, লাঙজেং শৎন-কোংবা শৎনদা কোল্লো ও-য়ে, লৈশৎচীঙদা-চীঙলাংমৈদা কোল্লো ও-য়ে, শব্রচীঙদা-তুগেচীঙদা কোল্লো ও-য়ে, মরাঙচীঙদা-কোইফোইচীঙদা কোল্লো ও-য়ে, থাঙমৈহনগা-মারহনগা কোল্লো ও-য়ে, ওঙজাবগা-চীঙমাংবগা কোল্লো ও-য়ে, মমোশ্বীগা-অব্রাংবীগা কোল্লো ও-য়ে, ঔগ্রী থারক্লবদা থাঙমৈ থারক্লবদা কোল্লো ও-য়ে, লাঙজল ব্রায়না-লিতোল ব্রায়না কোন্নবম্মে কোল্লো ও-য়ে, মকোঙ্ঘোক্কিবু কোল্লো ও-য়ে, অব্রাং মায়কৈবু

ঙাকপা লাই চীংঙু হনু-হনুবীন লৈখমলেনবু কোল্লো ও-য়ে, নোংচুপ মায়কৈবু ঙাক্লিবা লাইরেম্বী লাইরেমজাম্বা মথৌঙাঙোম্বনা ঙমনা ঙমদাইনা কোল্লো ও-য়ে, খ্য-মায়কৈবু ঙাকপা লাই তুহনবা-পশিতোম্বনা চীংঙু অনিমক্লা ঙাকপা লমবু-তূবু কোল্লো ও-য়ে, থেম্বী লাইরেনজাম্বা-অথৌঙাঙোম্বনা নোংপোক মায়কৈবু ঙাকপা লাইবু চীংঙু ঙম্বু ঙমদায়ননা কোল্লো ও-য়ে, ইরম অসিবু তাইনা খনলিবা লম্মাবা-তুম্মাবা লমশেম্বা-তুশেম্বা লৈফুৎথোক-লৈয়াথোকপু কোল্লো ও-য়ে, (লাই লাইদুগী মমিং হায়বগা) মকেছোক্কী কোল্লো ও-য়ে, হঙ্গেল কোল্লো, হঙ্গেল কোল্লো, হঙ্গেল কোল্লো।

মতাং অসিদা ঔগ্রী লিরোল শকপা লোয়রে। মথংদা অমাইবনা ঔগ্রী চোংবা য়াওরিবা মীওইশিংদুদা "খোঙ-খুত্তি লেঙবা য়ারে, খুৎনা পায়রিবা থৌরিদুদি থাদোকপা য়াদে" হায়না খঙহনগনি। অদুগা অমাইবনা ঈশৈ হনলগা ময়াম্না ঈশৈ খুমদুনা থৌরিদু পায়রগা কোয়না খোঙ থাঙ্গৎতুনা থাবল চোঙগনি, খুৎ হাইবা অমদি খোঙনা লৈবাক্তা চোঙবগী ইনিল নাইনা চোঙবদি তৌহৈদে। খোঙজোঙ মচাদা থাবল চোংবগুম চোঙগনি।

## ঈশৈ

*লিকশারি-লিকশারি, লিক্ত-লিকশা কুন্দো পরেং, লৈরেল খুজি সনা চোম্লাং, লিক্ত-লিকশা কুন্দো পরেং, কাওথেম্বী-কাওনশে, কাওনা মতোল ব্রাইনৌসে, ব্রাইনৌশে-ব্রাইনৌশে, চবোৎ লাংমৈ ব্রাইনৌশে, শং-শংদ্রো শংদ্রোবী, শংদ্রোবীনা শংদ্রোফাই, ব্রাইনৌশে-ব্রাইনৌশে, চরোৎ লাংমৈ ব্রাইনৌশে, ক্রেক ক্রেক কে - মো-মো, য়াঙ্গোই শম্বা শাও-শাও, তোকপগা-কাম্বগা, কৈগা য়েনগা হৌ-হা, য়েনখোং ফত্তে চাশিল্লো, লাইগী য়েন্নি চাফদে, ক্রেক-ক্রেক কে মো-মো।*

মথংদা অমাইবনা ঔগ্রী য়াওরিবা মীওইশিং অদু হান্নগী মাগী-মাগী লেপফমদা লেপহনলগা "নখোঙ-নখুৎ লেঙবা য়াদে, মিকোল থাগোনগদৌরে।" হায়না খঙহল্লগা "মিকোন থাগোনগনি।" লমলেন চীংনুংহুত্তগী থব্রায় মঙামক মিগা থানা তরুকমকপু কোনখৎলক্কুনা হরাওরিবা লাই অদু ফাওবা তুরেল-লুখায়গী মতুংইন্না কোনখৎলককনি। তুরেল লুখায়শিং অতৈনা উচুক খোংফৈ য়ৈদুনা থিংলমগনি, চীংঙু লাইকোন য়ৌরগা থব্রাই মাবু খোইদৌ মখা খুদোল অনি মখাই

চথুবা অচিকপনসু য়ৌদবা, অশাবনসু য়ৌদবা মফমদা মিকোন-থাগোনগনি। লাইফম খুদিংমক্কি হিগারম খেৎনবনা মরম ওইদুনা মিকোন থাগোনবা অসি ইজদ্রে।

মথংদা অমাইবনা লাইনিংথৌ পানা মকোক অদুদগী হৌরগা, অমাইবীনা লাইরেম্মা পানাগী নুপী মকোক অদুদগী হৌদুনা ঃ-

অমাইবনা ঃ হুইথি লোকশে — ময়াম ঃ মরোকশে,
যেনথি লোকশে — ময়াম ঃ মরোকশে

হায়না খুমদুনা অমাইবা-অমাইবীনা হুইথি-য়েনথি লোক্লগা লাইদা "মশিং অমত্তা ৱাত্রে" হায়দুনা লাইদা কৎকনি। অমাইবীনা শরিক থোক্লগা অমাইবনা থৌবি অদু কোনশিনগনি। তৌবতবু থৌরি অদু কোনশিনলকপদা থংনা-থংনবিবা মীওইশিং অদু মথং মথং খুজেং-খুজেং পায়নগনি, থাদোক্লবা য়াদে। শরিক অমসুং থৌরি লিশাং কোনশল্লবা অদুসু লাইদা কৎলগনি। মথংদা শরিৎ লিংকনি-শরিৎ হুনগনি। শরিৎ লিংপগী মওংদি অমাইবনা মকোকচিংলিবা নুপাদুগী মাঙদা অদুগা অমাইবীনা মকোক চিংলিবীদুগী মাঙ থাদুনা নুপা-নুপীগী মতোল অনিগী কাবক্তগী চপ মান্ননা লিংপা তৌবগা মকোক থংলিবা নুপা-নুপী অনিদু লিংপা লোইশিনগনি। মসিদা অমাইবনা "শরিৎ লিংশে" হায়বগা ময়াম্না "মরিৎশে" হায়না খুমদুনা মথং মথং লিংকনি। মতৌ অশুম্না শরিৎ লিংপা লোইরবা মতুংদা হায়বদি মীওই খুদিংমক ময়াযদা মমাই ওনশিন্নদুনা লেপ্লম্বদগী লিংপা লোয়রক্লবা মতমদদি মতুং-মতুং ওনশিন্নদুনা লৈবগনি। মমাংঙৈদদি "লাই-কিশি" হায়দুনা অমুক হন্না মকোক চিংলিবা নুপা-নুপীদুদগী মথং-মথং হন্দোক্লগা মমৈ থঙলিবা নুপা-নুপী অনিদুগী কাবক্তা অরোইবা ওইনা লিংলিবা অদু হন্দোক্লরম্মী। মসিবু "লাই-কিশি" হায়না খঙনরম্মী। অদুবু হৌজিক্কি মতমদদি নুপাগা-নুপাগা জুবা-জুবা, নুপীগা-নুপীগা জুবা-জুবা খুজেং-খুজেং পাযহন্দুনা লেপ্লবা মতুংদা অমাইবনা "শরিৎ হনসে" হায়বক্লবদা ময়াম্না "মহনশে" হায়না খুমদুনা খুজেং-খুজেং পায়নদুনা লৈদুনা হন্দোকনরে। মতৌ অশুম্না শরিৎ লিংপা - শরিৎ হনবগী থৌবম পাঙথোক্কনি। মথংদা ঔগ্রীচোংবা যাওরিবা নুপামখৈনা লাইনিংথৌগী মপাদা মথং-মনাও কায়দনা পরেং চুম্না, নুপী মখৈনা লাইরেম্মাগী মপাদা মথং-মনাও কায়দনা পরেং চুম্না, পরেং অনি থোক্না লাইরোমদা ময়ায ওনশিন্দুনা লেপ্লগা অমাইবনা "খৈনচো পাওশা ঈশৈ শক্কনি, মতাং অসিদা ময়াম্না খুবাক খুদুনা, তাল খোঙনা নেৎতুনা চোংদুনা ঈশৈ খুমগনি।

## খেনচো ঈশৈ

খেনচোরে-খেনচোরে, খেনচো ৱাংমৈ খেনচোরে, অচি চিরোং চিচিরোং, হামেং খেনচো মখেনচো,খুয়োল-ও লৈখোঙ্ কায়, মোরিও লৈৱানবী, চেঙলোই লিক্লাং ৱাইরংখু, কোক্কাই মোইদাং অয়াংঙা, হিথা থাংমৈ অচোংঙা, থোয়দিং -ও মকেরে, কবোক-ও মকারাম, হঙ্গাম-ও মকারাম, হঙ্গাম মূবা লিও-লিও, ইপুরোই চনিংলোই, নকা-ইকা খোঙথিল্লোই, খোইনিঙ-ও তুথবো, হে নৌৱা খুমজগে, হে নৌৱা নশমদোল, পুরুম-পুরুম লিখাও-খাও, কাক্য়েল খুজিল চূপ-চূপ, শগোল তোংবা কাইরঙবা, নঙবু তোংবদা য়াঙদেদো,লম্গী পানা খোঙশাঙবী, নংবু শায়বা ঙাঙদেদা, ঈমিং-ঈমাঙ হাইরৌনা, ইখুৎ খুবাক হাইরৌনা, থিংকোরে-থিংকোরে, থিংকো লাংমৈ থিংকোরে, লাইরেল্ কোক্পা থিংকোরে, কোক্লে কোক্লে মকোক্লে।

মথংদা "লাইরেম্মা পাওনা ঈশৈ" শক্তি।

অমাইবনা ঃ হে হৌ হে - নে নে নে, ময়াম ঃ নে নে নে,
হে হৌ হে - নে নে নে, ময়াম ঃ নে নে নে,
হে হৌ হে - নে নে নে, ময়াম ঃ নে নে নে।

মসিগী মখা তাবা ঈশৈশিংদি অমাইবনা হল্লিবা ঈশৈ অদুমক ময়ামসু অমুক হন্না ঈশৈদুমক খুমগনি।

নহাশিংখোয়-পোংখুখোয় হয়া লিখোয় খোয়, ঈতাখোয়-মুৱাখোয় হৌনসে-হৌনসে, য়োয়বু ৱাংঙম শুমাঙদা-য়োয়বু ৱাংঙম শুমাঙদা শিংগ্রেং মপাল শারেদো-শারেদো, শিন্নৌনা ময়াই কাবেদো-কাবেদো, পাসি লাংলোই অঙম্বা নোংয়ায় চরিক ৱায়েনবা হা-কৈদা তাগবা-তাগবা-আ, য়োয়বু ৱাঙম্ শুমাঙদা তাররে-তাররে, সনা-কৈথেল নিংথৌবা থৌদু নুঙপাক ৱায়েনবা হা-কৈদা তাগবা-তাগবা-আ, নোংপোক লৈমা চঙৈগী য়োয়বু ৱাঙম শুমাঙদা তাররে-তাররে, হে-হে লাইরেম্মা চরৈ ফিগাওশানা য়াররো-য়াররো, হে-হে লাইরেম্মা হে-হে কমাং লেংগমানসে অঙৌবা-খোইমা তরেংগা হৌনসে-হৌনসে, হে কংদালিহৌবা হৌনসে-হৌনসে, লিরি-লিরিরি পাওথেম্মী লিরি খুবী শুনও লিরি-লিরিরি, কৌরোং শুনা লিরিরি, খুজেং ৱায়না লিরিরি, হংজি ৱায়না লিরিরি, শরেল ৱায়না লিরিরি, য়েৎ-ওই ৱায়না লিরিরি, শানা ৱায়না লিরিরি, লংজল ৱায়না লিরিরি,

লাংশঙ-কুমশঙ লাক্‌মদোনবা-ও খালৈ মরৌমাদা অকুবা কুবিয়ো-কুবিয়ো, পিমারোইবী পীজসো লিরি খুম-খুম পাওথেম্বী হে-হৌ লিরি খুম খুম্বীও-খুম্বীও।

## পাওশা তিল্লুক

থিংকোরে-থিংকোরে থিংকো লাংমৈ থিংকোরে, লাইবেল পোকপা থিংকোরে, কোক্লে-কোক্লে মকোক্লে, নিংথৌ খুৎশা মুন্নারে, থেঙ্গু নম্বোল নোয়-নোয়, চীংগী লোইয়া মবোইযা, হন্নায় থাঙ্‌পাক্ মথাঙপাক, চেংবী লোইয়া মরোইয়া, লম্‌লোই খারোই খাজিকএ, খাজিক খাচাক্ খাচম্-চম, হুইথী য়েপসে-ময়েপসে, হুইথী লোক্‌সে-মবোকসে, য়েন্‌থী য়েপসে-ময়েপসে, য়েনথী লোক্‌সে-মরোকসে, গোগী শানো-য়াংকোক শানে, কনানা ফায় - ময়াম্না ফায়ে, খোইরুক লুরুক, ফদি খোৎচিন্ মফোৎচিন্, য়েতুম হঞ্জিন-মহঞ্জিন, হা নৌবা মখুনজা, ললাহম্বুঙগী (ললামবুঙগী) ফাক্‌ফেনা মনা হুমাই শাদ্রিয়ে, তোকফম্‌দগী ঙমুনা খোইজু তোল্লোক শাদ্রিয়ে, থাবৌদগী শগোইনা মটি কেক্রু থোক্রিয়ে, কোংবদগী ঙখানা পোল্লাং কানক্ নক্রিযে, হে পেম্মা নীঙথিবী খিং-খিং লৌজসে, পায়না খুদাপ্ পীন্নসে, শাবি-শানৌ পুন্নমক, ইনুং খাঙপোক্ ইয়াশঙ্, মিৎকি মখৈ য়েংনবা, চীনগী মখৈ হায়নবা, ঙসি মখৈ কোক্লবে, কোক্লে-কোক্লে মকোক্লে, থিংকোয়ে-থিংকোরে, থিংকো লাংমৈ-থিংকোরে, লাইবেল পোক্‌পা-থিংকোরে, কোক্ত য়াদে কোক্-কোক্ কোক।

খুবাক চপ্ মান্ননা থাবগা লারেম্মা পাওশা লোইশিনগনি। অদুগা,

অমাইবা : হো লাইনিংথৌ-লাইবেম্মাগী মদায়রেমশা!

ময়াম : হাও

অমাইবা : ঙসাই ফাখিবা শা অদু চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ (লাইগী মমিং) য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা (লাইগী মমিং) ময়াম চংদুনা হিংনা কৎলগা য়াইফ-নুংঙাইনবা থৌনিজদুনা শরেল্ লৈন কৎতুনা শরেল্ লৈন শাতুবগে।

ময়াম : শাতুরে।

অমাইবানচিংবা ঔগ্রী চোঙবা য়াওরিবা মীওই পুন্নমক লাইদা খুরুমজদুনা থৌনিজগনি। মথংদা হিজিং-হিরাও তাগনি।

-ঃ ঃ-

# হিজিং-হিরাও

নহাল লাই ঈকৌবা নুমিত্তা লাই পুখিবা অমসুং থৌগল্লোইশিং হাযবদি খুদৈশেল কাওশেল, শেনপোৎ-লাইপোৎ, থাঙ, চোং হুমাইখোকশাংবী, লেপশুম-ফিদা পুখিবা-পুখিবী খুদিংমক কৌশিল্লগা মানা-মানা পাযখিবা পোৎলমশিং পীদুনা লাই হাপকৎকনি। যুমাং-কৈমাংবা-মশা শেংদবা যাওবগদি নহাল ঈকৌবদা মানা শেৎখিবা মফি-মবোল অদু অতোপ্পা মীওই অমনা শেৎলগা য়াওগনি। মতৌ অশুম্না লাইনিংথৌ লাইবেম্বী অনিগী পবেং অনিথোক্লা লেপহনলগা লাই হাপকৎপা লোইববদা খুঞ্জা নুপা নুপীশিংনা মশিং মান্ননা লাইবৌলা থাফমদা নুপানা লাইনিংথৌগী নাকললোমদা, লাইবেম্মা নাকল্লোমদনা নুপী লেপকনি। নুপা-নুপী মশিং মান্ননা লেপ্লবা মতমদা অমাইবনা নহৈফুদগী ঈশিং তাইবেল-পুংফাইনা হাইদোক্তুনা শেংদোক্কনি। ঙসাই লাইমাঙদা অনম-অথৌ কোক্থোক্তুনা থল্লবা যেংথৌ নৌ শাবিবা অদু লৌথোনক্লগা নুপা নুপীশিং অদুদা অমমম পীদুনা খ্বাঙ মপাদা যৈনা পাযদুনা হিগী মওং মান্না লাইনিংথৌগী নৌনা মথক থংনা নন্দুনা লাইবোমদা মমায় ওনশিন্দুনা লেপ্ল গনি। অমাইবা অদুসু নৌ অমা পাযবগা লাইবোমদা মমায ওনশিন্দুনা লেপ্লগা "লাইনিংথৌ লাইবেম্মাগী মদাইবেমশা হৌজিক্কি নখোং-নখুৎ লেঙবা যাদ্রেকো" হায়না লাওগনি। (মমাংগী ঔগ্রী চোংবদা তৌখিবগুম মীওই ৪-৫ না কাঙ হুম্নবা শেম শাগনি)। মখাগী ঈশৈ অসি অমাইবতনা শক্কনি, মীযামদি খুমলোই।

হযিযে আ হযা, হযিযে হযা, হযিযে আ হযা, আ: চীংঙু খোইযুম লাইনিংথৌ ও, আ: খোইযুম যাযবী যেলহৌগৈ, অমম লৈশা হাল্লক্পা ইবংঙো, যাযবী ওংথি হুম্মোইনা, খেবে নুংনাং তগুপহৌ পোইদংঙু নোংথাঙ তবংলেন, তবং লাইজা ইপোকপা, চীংঙু লিন্দাও তাওবী ঈবোয্নাই, লাইবেল তাংবোযনাই, নুঙমুশিদবা-হা নুঙগাং মহাবাবা, যাযবী নুঙঙৌ পীমাবাও, চীংঙু কোবৌ অযেংবা, ব্রাঙবা নিংথৌ পঞ্জুম্বা, হুপ্পা মপান্ থা-হাবা মউবু লিংবিবকপা, মি-শেম্লোং কাইবী মহুমনুং

পরিং লাংশঙ হুন্, উকা মায়থোং য়ান্না, মালেম লৈশেন্নকপা, কোরৌ নোংহৌরকপা ইবুংঙো, কোরৌ নোংমদোন নুংনাং কাওখঙনুংদগী, মালং নুংশিৎ শিদবনা, তোংলেল্ তপ্পা হুন্নকপদা, চীংঙু য়াৰা নখোঞ্জেল অহানবদা, লাংবল খোইমু খোন্দান্নবনা, উং ময়েকথোক্লা, নপোক্ খোইবা য়াল্লকপা লাইনিংথৌ, চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ, য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা, চীংঙু ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিগী, সনা শঙ্গায় নুংঙাইবা, মীরাইমা কনানা কাঙমদবা - পোংলাইমা কনানা য়ৌঙমদবা শঙ অসিদা পাম্বনা লৈবা লোক্কুম শোং-কিনা, কৈরেন্না লৈবা লোক্কুম্বা শোংকংনবা, শঙ্খি কাংলেন নান্বা শঙ, সনা চেংমায় অঙাঙবা, লুপা চেংমায় অঙৌবা, চীংঙু ইবুংঙো সনা শঙ্গাই নুংঙাইবদা, ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিমক্লা, সনা ফম্বাল্লাংদা ফম্ফম্ ৱায়েলবীবা অসিদা, নদাইরেম্ নখুল-খনপুক্লেন অচঙবা অসিনা, চীংঙু নরমবু খোইয়ুমগী অমাইবা শঙদা কারদুনা, খবি চৈয়েন্দবা-থবা লাননংদবা, থৱানমিচাক মখোঙ তেক্কবা, থবা মশাতাদববু য়েংলদুনা, চীংঙু লাইমাঙ্ ফাল, খাংপোক পরেং লৈনাখল, হরাও শকশেম্-তম্, থৌদোক কুম্মৈনবসু চীংঙ থৌদোন-লোম্লে খোইয়ুম লাইরোই তল্লগেদি হায়রক্লে। চীংঙু ইবুংঙো নদাইরেম নখুল খুনপুক্লেন অচঙবগী ইমা-ইন্দোলঙাইবশিংনা, লিক্লাং কোন্দেং ফেঙ, কোন্দ্রে ফিঙৌ শেংলদুনা, নহালনোং লাইবেল শোবী খাগোৱা হাক্তক্তা লিংলম্বা মৈদিংঙু সনাকৈথেললেন্দবু কাবদুনা তাওজীং খুৎফাং শাববু হৈরাং অমুনবা য়েংনা, নিঙথিববু লৈরদুনা চীংঙু নকাইফমদা লৈরাং অনৌবনা লৈহুনক্, তাওজীং লূক্লেম্বনা চোন্না হৈরাং পূঙ্গাথোল, নোইনু খুৎথেক্ নোইমল্লাং জগোয় লেপলৌ-শা, হরাও নঙগী শকশেম-তম, থৌদোক কুম্মৈনবসু ঙসিসখে তোক্লরগেদি হায়রকঙৈনে। লাইরেল মৈদিংঙুগী মদাইরেম পাইরৈ শৈশকপা ৱাংঙম্ তেংথাবনা অয়ুক্কি য়েন্দামাঙ অঙনবদা, চাইংগী ইমুং চীঙখোঙ য়াগা-কৈ চেক্না তৌবগুম, লফুৎ ফমজিল লাংবু ফম্লা, পেনা নংঙনববু থাদা পম্, চৈজিং তুঙ্গোল য়েৎনা পায়, অহিং চীঙখোঙ য়াগা কৈরম্বসু ঙসি মখে তোক্লবগেদি হাম্বঙৈনে। চীংঙু ইবুংঙো, নদাইরেম খাবী লৈরেলহল্, অমাই শীঙখোঙলেপ্পীনা শীঙঙেন নংগী লৈহুল্লোই, চামলৌ নংগী লাথারোইনা, অয়ুক্কি য়েন্দামাঙ্ অঙনবদা, কোন্দ্রে ফিঙৌশেৎনা, চংবী লারাক্ লাথোঙ খায়না ফম্লদুনা, চীংঙু উদববু মমি তম্, খোইয়ুম খঙদববু মপালাক্লুনা, চীংঙু লাংপাও চেল-খোইয়ুম লাইৱা হায়বসু ঙসি মখে তোক্লরগেদি হায়ঙৈনে, চীংঙু নরন্বু খোইয়ুম নমাইবদি ঐখোয়না নুমিদাং তাংলৌলৈনা থেঙু,

অমম্ মথোঙ নারল তম্ মীশল লাবা কোনথি তম্, মীনাই তনবা য়ুমজংববু তানফংলবা অসিদা লম্বীনাক্কি হামুল চার লেপ্তম লৈবনা চীংঙু লাইরোইরমদাই য়ৌরক্লবা অসিদা হয়ি-হয়া-খুনুং-লাংবা চকথৈগী ঔগ্রী নংগী খেনচো পাওদোয়শৈ, চীংঙু থৌদোন লোমগে-খোইয়ুম লাইরোই তানগেদি হায়রক্লে। চীংঙু নরল্‌কুদুম কুবিরম্মুকো লাইনিংথৌ, খোইয়ুম নথৌচান্দুম চানবীরম্মুকো লাইরেম্বী। চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ-য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা, চীংঙু নতৈ-ননাওনা ব্রাকয়ে অনি খাজিক্লা, তোংজেং অনি খাবাংল্লা ব্রাকয়ে হিতান্নগে হায়বগী, চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌগী ব্রাক্‌য়ে মখুৎনেৎ-তোংজেং মনুং অসিবু চঙনা, ব্রাক্‌য়ে হিজগাংনুংদগী শেন্দাং য়েনথি মরিল্-তেং, কুরাক মহুম্ লৈন-শিংনা ব্রাকয়ে হিতান্নগে হায়বগী, নদাইরেম পাখং লাংজেং মথোৎ কারকপগী ফৈরাতন্না চাওবা লেংগা তিল্লক্লে। চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌগী মদাইরেম পাখং লাংজেং মথোৎ কারকপা শামুলেংগা তিল্, ফৈরা তান্না চাওবা নখোয়না নয়ু খোইয়ুম লাইনিংথৌগী ব্রাক্‌য়ে মখুনেৎ-তোংজেং মনুং অসিবু চঙনা ব্রাক্‌য়ে হিজগাংনুংদগী খোইয়ুম কংলৈ মশুমাঙ অসিদা লৈতোঙ-তঙা য়ৌনববু হে-হে-হে হয়া মশা চিংথোকসে।

অমাইবা ঃ হো লাইনিংথৌগী মদাইরেমশা!

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবা ঃ নখোঙদি লেঙদনা খুৎতনা হি-হি-হি লাওনা লাইনিংথৌগী হি অহুম্লক চিংথোকশিকো।

(“হি-হি-হি” হায়দুনা অহুম্লক চিংথোক্কনি)

মখা তানা অমাইবনা ঈশৈ শক্কনি ঃ

“য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মগী ব্রাকয়ে মখুৎনেৎ তোংজেং মনুং অসিবু চঙনা, ব্রাকয়ে হিজগাংনু শেন্দাং য়েনথি মরিল্‌তেং, কুরাক মহুম লৈনশিংনা ব্রাকয়ে হিতান্নগে হায়রক্লে, য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মাগী মদাইরেম্ নুরা লাংজেং মথোৎ কারক্‌পিশিং-ও, নুজা অশোনবীনা মথিনাই নবেল্ খোইমোম লাইরেম্মাগী ব্রাকয়ে মখুনেৎ-তোংজেং মনুংচঙনা ব্রাকয়ে হিজগাংনুংদগী খেইয়ুম কংলৈ মশুমাঙ অসিদা লৈতোঙ-তঙা য়ৌনবা হে-হা-হে হয়া মশা চিংথোকসে।”

অমাইবা ঃ হো লাইরেম্মা মদাইরেমশা!

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবা ঃ নখোঙদি লেঙদনা খুৎতনা হি-হি-হি লাওনা লাইবেম্মাগী হিজগাংদগী হি অহুল্লক চিংথোকশিকো।

("হি-হি-হি" হাযদুনা নুপীশিংনা লাইরেম্মাগী হিজগাংদগী হিদু অহুল্লক চিংথোক্কনি)

অমাইবা ঃ হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মাগী মদাইরেমসা!

ময়াম ঃ হাও।

অমাইবা ঃ হৌজিক্তি নখোং-নখুৎ লেঙবা যাদ্রে, উয়ানলোন শক্কক্কদৌবেকো।

## "উয়ানলোন"

নহালনোং বাক্যৈ অসিবু কন্নানা হান্না হিদোংলকপনো হাযববদি নহালনোংগীবু লৈযে। ঈযু নুংবাল হোঙনেম লুব্রাং নিংথৌ পুঙ্গিবনা মোম্নু তাল্লোয মরুপ্পী ঈবেল তাইদললৈমা মোম্নু চনু হোইথিঙৈদা লুব্রাং মংদনখুবনা মচল্লে, নুংবাল্ মংদন্ হনবনা মহোল্লে। বাক্যৈ তেংমায়থক্তা লাইজা পুবাং য়ান্না পাওকৌঙৈ, মপল থাবৈ চামোইবনা মমোমগীদমকপু নেম্বী অবায়বদি নুংদাচল্ থামলৌ অচানবদি পান্দা থোংনা ললউল্লক্লে। নেম্বী অদুনা মদোম্ মখোক্ লোযগে হায়বক্লবদা হয়েং পোইবৈ চাদোয়া কাওদনবা লীনহৌনবা নেম্বী মপাল্ মবা ফুক্লা শীঙথাবম্মী হায়বগী শীঙথা খমথোন ঈ ও তৌনা বৌয়ে। শীঙথা খমথোনলত্তি অদুশুঙ মতোমদে, কোবৌ নুংবাল্ খোংজোংনুবী মতা তককমক্লা মশাবী মমান মচা হাওকুরোইনাই নুংবাল অতাম্ শোযশেনবা তককমক্কা অবাং কৌব্রু চীঙদা কোবৌ নোংকামিন্নসি হাযনা কোবৌ নুমিৎ শীঙবুম মঙানি নেম্বী শীং যাং তাংদনববু শীঙনাং তাংবু থেক্লা শীঙথাবম্মী হাযনা শীঙথা খমদোমঈ-ও তৌনা কৌয়ে। শীঙথা খমদোন ঈনা লাইজা মথি নাই, ঈমু মবাঙ হৌবক্লনা ঈযু নুংবাল হোঙনেম লুব্রাং নিংথৌ পুঙ্গিবনা শাবদ্ লমথোক্লকপদা কোংনা লময়েংলকপদা লমওক্লকববগী লাংবল কৌজেঙচোংবীচানা লাংদোললাকা য়াদা চীক্লা তুবেল লাইজা ঈবাল্লকপবু চেংলৌ মিংথিংলে, মিংয়েং শানখৈবে। কোবৌ নুমিৎ অমদি লপ্পাঈযুপুঙকোয় যুনাবেকপা চিবা মৈনাইদবনা খিক্লোয তাংমা য়াদা চীক্লা তুবেল লাইজা ঈবাল্লকপবু ঈযু নুংবাল হোংনেম লুব্রাং নিংথৌ পুঙ্গিবনা চেংলৌ মিংথিংলে মিংয়েং শাংখৈখিববদা পায়মা

পীপুকনুংদা নিঙখল্লে। মোংবা মরাং য়ায়দা হলরাইরক্লবদা ঈদাইরেম নুংবাল ঈপাচাশিং-ও, লুরাং ঈয়েল্লু পুম্নমক-ও, নখোয়বু তাও ও! কৌবাচীঙদা কাবদনা তল্লা অঙম্বা-পামেল চাওথোইববু হোইথিরুও হায়না চিঙ্গোয় মপাও মেনবদা কোল্লোয মযাথংবু মালেম লৈদা তাফদবগী কোরৌনোংদা কাফদবগী নুংবাল রার্গমিৎ খুৎহৈবা, লুরাং মনাও শীল্‌হৈবা অনিনা চযে ফিগাও শানা য়াজখিযে। নুংবাল রার্গমিৎ খুৎহৈবগা লুরাং মনাও শীলহৈবগা অনিমক্লা ঈদাইরেম নুংবাল ঈপাচাশিংও তাবরা" কৌবা চীঙদা কারদনা তল্লা অঙম্বা, পামেল অরেম্ববু হোইথিরুশে হায়না তরা চেঙজেল নমদা-পো, থাঙজৌ খুন্তা পায়-শীঙজ লেংদা থোংনা অরাং কৌবা লম্মহন্দা মরাল থৌচৎখ্রে। কৌবা ইংঙেল চীঙগী লোকমায় অহেনবা তময়া অরেম্বদা তল্লা লমওক্লরুরবগী তল্লা উশোঙশেং-পামেল উখোঙফান্না হৈরাং অশংযেং-তাওজীং অমুনখন্, কোরৌ নোংলুপাল অঙৌবনা লুপা কোন্‌গা চল, মালেম লৈম্না অঙাংবনা সনায়াইগা থাবদুনা চংবী লাবাক লাতোনথক্তা চেঙঙৌ ফাহৈন-য়েকম কাংখিন্ননা লুক্লেন পানা-চোন্না তাওখঙলে। নুংবাল রামিৎ খুৎহৈবা-লুরাংমনাও শীলহৈবা অনিমক্লা ইদাইরেম নুংবাল ঈপাচাশিংও তাবরা? ঙসি কোবৌ নুমিৎ অসিদি য়োযময়ায় থেঙজিল্লক্লে, চীঙগী মৈনা তময়া থেং, তম্‌গী মৈনা খোংমৈ নেমথবক্লে হায়না হয়েং কৌবা চীঙলেন্ নোংগা ঙাল্লক্লবদা শীঙজঙ কায়তোই চন্না পামেল উক ঢুপ্নে হায়না লুরাং মশাইকোল্ খাঙপোক য়াশঙদা থিংলৌ নিঙনা তেলা মরাল্ ওন্তেখিরেদা। নুমিদাং তাংলৌ লৈনা থেঙলবদা ঊপী ঊরেলপোকপী মমা তনপাক লৈবেলহাবী পলেম্ মমা ঈরোকলাইচম চনুনা মপারিনা লৈবা লমদম মায়কৈবু চীংনা য়েংলদুনা মীকপখিয়ে। চীংঙু ইবুংঙো! নহালনোং কোবৌ নোংখৌমক্তবু কাখিবা মোংজোংনুবী মতা তরুক্লা মশাবী মমান্ মচা হাওকুল্লোই পুম্নমকপু কোবৌ নোঙ্গামিন্নশি হায়না হা লমলেন্ কৌক্রুকনুংদা চংলে হায়বগা হা! কদাংবল্ লমলেলনুং শীংদা রাখৈবা লম্বু চিংনা মৈতোল রায়না লেপ্পগা তম্না ওইবা লুরাং নপাচা নখোয়বু হাদা তরা চাক চামিন্নশি-কোরৌ নোঙ্গামিন্নশি হায়না চীঙ্গোই নপাও মেন্নখিববু লাক্লবোদ্রা হায়রদনা চীঙ্গোয় নপাও খুৎলাম তোয়না-তোয়নমক্তবু মেল্লুদে। নুংবাল মপাচা পুম্নমক হা-লুরাং অয়েৎলু তাদবা নত্তে-ভাখিয়ে, খঙখিদবা নত্তে খঙহৌয়ে। লমলেন্ লোইয়া কৌনা হংলম্মী হায়বগী লমলেল্-ও কৌক্রুক্ হায়না লমথুংলে-মিংথোনবীরম্লে, হলরাইরক্লগা চীংঙু কোরৌনোং কারবা মচেম তরুকমক্লা হন্না

য়েংঙম্মী হায়বগী মফমদো তুবী লমলেল্ চীঙগী মমিংবু থোল্লম্লে হনয়েংচীঙ হায়নমক্তবু কৌবমলে। চীংবু কোবৌ খোংজোমনুবী মতা তরুকমক্লা কোরৌ নোংকাখ্রবদা চীংঙু মপারিনা মমাবোক তরুকমক্লা লেপ্লম্বা মফমবু হা-তল্লা ৱাঙথোইববু পামেল ওঙলুরেকো ইবুংঙো। পাবি ইবুংঙো হা তল্লা চাওথোইবা-পামেল্ ৱাংথোইবা নঙবু নহালনোং তল্লা নঙনা নৱাইখুঙে পা্মেল হৈরাং চার তম্ হৌরকউদা ইমানা পারি ইবুংঙো নঙবু তল্লা ঊনিংথৌ নাচম্বাবু ওইরুগনুকো ইবুংঙো, শক্তি কুহি, মিশি-থাঙয়ান, ঊখোক-থাংদোম, ঊপল-লেংদা ওইয়ু হায়ববু-ইমানা থৌখামজববু পাবি ইবুংঙো নঙনা নপল্ পলেম্ নমা ঐগী নপল থৌতিকখোল - পলেম্ ৱাবক চান্নদবা হৌজিক্তি পারি কৰি থোক্লবনো ইবুংঙো? পারি ইবুংঙো ইমাদি কবি ওইহৌবসিগে? খৈরোযচাদি লুৱাংবনা কাঙম্দা-য়োংনাও শাথিবনা কাঙমদবা তল্লা ঊনিংথৌ সচুম্ববু লৈনা শাইওল্লক্তুনা হৌজিক্তি ইমাদি শাবল্ যাঙবীথক্না কাইরৈ য়েল্হিং থাবগুম ইমাবু ইদোম্মদা থারম্লগে হায়রবোই, ইমাগা-ইচাগা ঙসি মখৈ তুরেল কাইখুবীমচানা মনম-মথা ফাকপগুম ফাক্লবসি হায়ববা? ইমাগী ইবুংঙো নঙনা লাইরেল শাংনা য়াগ-তা, তুবী শাংনা য়াহিপ লম্লবদা চীংঙু নকোক্ খোইয়ুম লা কোক্তা নমৈনা খোইয়ুম লাইমৈ তাপ্রবদা নুংবাল না যাচা লুৱাং মযেল্লু পুন্নমক হৌবল্লদুনা থৌরি খোংজি নারিল্লোন ঔরি লীয়ায় লোম্না তল্লা নঙবু ৱাকযৈ হিং থামনা ইবুংঙো নঙনা চৎনীঙদবনা হ-তল্লা, খোংলা-লাওনা খাঙবদা ইমানা তল্লা নৌ করম্না য়েংলসিবনো? হয়েং কৌবা চীঙলোল্ নোংগা ঙাল্লক্লবদি শীঙজং কাযদোই চল্ পামেল ঊরু তুপকে হায়রঙেনে। ঊপী ঊরেল পোকপী মমানা অহিং ইনুং শোয়মযাইদা মিৎস্না থম্বাল অনিমক্তা চীঙজুম লাইজা ঈফুৎথোক-থিংঙেল লাইজা ইনমখাযবগুম মপাবিনা লৈবা লমদম মায়কৈদা চিঙনা যেং হা-ঊপী ঊবেন পোকপী মমানা কোরৌ নোংলেন খোংবগুম খোংলেন্ মকপখি হাযদা লাইনিংথৌ।

চীংঙু ইবুংঙো কৌবা চীঙলেন্ নোংগা ঙাল্লক্লবদা লুৱাং ঊথিবা নুংবাল্ ঊয়েংবনা লাক্লবদা তল্লা মাবু শীঙজং কাযদোই-চল, হা-পামেল ঊরু তুপলেদা লাইরেল শাঙনা য়াগরে, হা ইবুংঙো তুবীগা শাঙনা য়াহিপলেদা। থৌরি খোংজি নারি লোম্না তল্লা ঊ চিংথববু তল্লা মাবু লেঙঙমদ্রে, হা পালেম মাবু চিংঙমদ্রেদো লাইনিংথৌ। পামেল থাংঙম্মদ্র মা বু নুংবাল হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুঙ্গিবনা

তল্লা নঙবু শুমাঙ সাইগঙ্ ঈচুম য়ান্নগে হায়না হোযথিবা নত্তে, য়ুশ্বী কাওজোং ওইনগে, লোইবী ওক্চাক খুদেং ওইনগে হায়না হোযথিবা নত্তে। মবাম উকু হল্ হাঙমৈ থাঙপাক লৌদুনা চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌগী ব্রাকয়ে মখুনেৎ ওইনগে হায়বগী তল্লা নঙবু হোয়থিবনে। তল্লা নঙনা ননিঙ্ নিঙুলগনো, পামেল নপাম পাম্নবগনো হায়না পাওমেল্লবদা শুমাঙ থম্না লাকং পাইবগুম নুংবাল্ ময়ুমনাক্তা ঈরোক লাইচম্ লান্না উনৌ খোংজা শম্না ব্রাইথুংলরবদা ঈয়ু নুংবাল হোংনেম লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবনা মন্নাম উকু হন্-হাঙ্মৈ থাঙপাক লৌনা লোইদাম মকুমশাবু ব্রাক্য়ে হি॰া ॰োইরবদা পায়ম পী॰ুকনুংদবু নীঙখল্লক্কে। নহালনোং ব্রাকযৈ অসিবু কনানা হন্না হিতোং॰লহনসিব॰ো হায়বগীবু লৈয়ে, ঈশাবী লুব্রাং পুদাংকোয়, খুৎ॰ো॰॰বু লৈয়ে। ঈশাবিদ্দি ঈরুম্ শাদোং মরুম তুপ্পু শাজা হৈতবগী লোইরেল শুনবী-মে॰ক্তা কোরৌ খোংগুম খোং-ব্রাংবল লাওদুম লাও নোংথি ঈরুম হৌববু লান্নংলবগী কোরৌ অদ খাঙ্বু খাঙঙমদ্রবদা ঐদি কোবৌনোংনা পান্থশা-মাংেম ॰পনা নিঙব॰াবু ওইন॰ ॰॰োল্লগে হায়না পাখং শংগাই খুত্তা শুবনা চিবেল্ তোম্পোকপবু ওইখি॰॰, ॰োং॰ুম নাযৈয়েপ্পনা মমৈ ওইখিশা, শদু মন্তেলৈন ফোয়না ম॰ওরৌ ম॰ু ওইখি॰া, চাল্লি কাওদুম শল, পুজেং লৈমকাও লাংজেং লৈমা য়ারৌ শঙাই-তুঙ॰ং ওইখিবগী ম॰ওরৌ শীরুকং অকংববু লৈয়ে, ঈশাবীনা নুমিৎ হন্না উইয়ে, থবি হান্না খঙঙে, ঈ॰াবীদি লাইজা ঈ॰োই হৈতে, ঈশাবীগী ম॰ওমৌ শীরুকং অকংববু ব্রাবয়ে সুদা হান্না হি॰তাংহনসে। খুদোপ ঙাইচায়েং মনুং খেগালৌ-চাঙাঙ্ পাঙ্কে॰া ॰॰ঙোল ॰াক্লৌশিন মথাশেনগা তোপ্পা চমেল চিদাইখোম্মা শনশেল্লবদা লমলেল্ চেংলৈ লুব্রাংলি ঈতাক্লা লৈরোং-ঈ, থৌখুবা খাইদময়ি, ॰প্পোং ॰াব্রং-ঈ, কো॰ৌ ম॰ি ॰োইশেম-ঈ মমোম লাইরেল লাইবাও তাওবী থিক্লেন খুমু হা॰বী ময়ানা ম॰ারি লুব্রা॰ ঙাথিবা ইল্লেল থাগুপ হৌবা লেমলৈ ঙাহা তানববু লাক্লবে শায়না যাইবী থারুক্কা নুংশিখোং লমলেল চেংলৈ লুব্রাং ঈদা নুংবাল ম॰াচা লুব্রাং মযেল্লুবু পুম্না-হুপ্পা ব্রাকয়ে তেংমাই লেপ্পা নৌরোং খোক নৌরাং খাঙ্ তপ্প মোইর॰ং ॰োংশেম্বগী নৌদি নৌরাংখাং নৌচিতুম্ নৌতোনপাক লাইজা মহি শোক ঈমুময়োন খায়না হিয়াঙ তাংগং য়ৈনা লোইদাম মকুম্ শাবদি মৈনাব্রায় তাংনশম্না চীংঙু খোইয়ু॰ লাইনিংথৌগী য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা চিংঙু নতৈ ননাওনা ব্রাকয়ে অনি খজিক্লা - তোংজেং অনি খবাংননা ব্রাকয়ে হিতান্নসে হায়বগী তুরেল লাইজা-ঈ, লাইরেল ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা তৃতেংকোন,

ঈমোইনু অহোংবীনা তৃতৌকোন, তুরেল লাইজা ঈপাকথক "হে-হে-হয়া" মশা চিংথোকসে।

অমাইবা ঃ হো লাইনিংথৌ মনাইশা - লাইরেম্মাগী মনাইশা!

ময়াম ঃ হাও!

অমাইবা ঃ ঙসাইমুক্না খায-খায়দুনা চিংঙি, হন্দকমুক্তি পুন্না চিংশিকো।

ময়াম ঃ হোয।

অমাইবনা হাযবগা ময়াম খুমদুনা নুপা-নুপীশিং অদুনা "হি-হি-হি" হাযদুনা হি অদু অহুম্লক চীঙথোক্কনি। মখংদা লাই হাপকত্তুনা লৈববা থৌগল্লোয পুম্নমক পুথবক্তুনা লাইবৌলা থাফমদা লেপহন্নলগনি। ঙসাই য়েংথৌ পাযদুনা হি শারম্লীবা নুপা নুপীশিং অদুসু নৌ অদু মপাল্লোমদা ওহ্ৗোক্লগা পাযগনি, অমাইবনা লাইনিংথৌগী মকোক্ চীংগনি, অমাইবীনা শবিক্ খিংদুনা লাইরেম্মাগী মকোক্ চিংগনি, পেনা খোংবা অশৈবসু পেনা খোংগনি, হি হোল্লকপা মতম অসিদা অমাইবনা ঈশৈ শক্কনি।

ঈশৈ
হি-ও হিয়ো,
হি নঙবু হোন্দেদা,
লাইনিংথৌবু হোনবনি,
হি-ও শমদে করেংঙা-করেঙা।
হি-ও হিও,
হি নঙবু হোন্দেদা,
লাইরেম্মাবু হোনবনি
হি-ও শমদে তরেংঙা-তরেঙা।
খুঞ্জাও লৈচাওনবা হোনবনি,
লৈবাক মরা ভগ্নবা হোনবনি,
নিংথৌ পুন্সিনবা হোনবনি,
ঢাকহোঙ-ঙাহোঙনবা হোনবনি,
পারি শুক্তানবা হোনবনি,

ঈমোম শোইদানবা হোনবনি,
কুন্বী কোংয়াং চাদুনা,
লাপোৎ-শীঙপোৎ পুদুনা
ও:-ও: লাংগা হিহোল্লে।
চোথে কুম্লং শির্বানা
লাপোৎ-শীঙপোৎ পুদুনা
ও:-ও: লাংগা হিহোল্লে।

অশুম্না ঈশৈ শক্লা-শক্লা তবেৎলক কোযবগা অমাইবনা ঃ লাইনিংথৌ লাইবেম্মাগী মনাইশা হৌজিক্তি হি কাবসে নৌদু লেঙবান্দা হাযগৎলো'' হাযবল্লবদা নৌ ওইবিবা যেংথৌ অদু লেঙবান্দা হাইগৎতুনা পাযবগা নুপা-নুপীশিং অদুগী নৌ মতোন্দ্‌ জুবা-জুবা থেংনগনি। মসিবু ''নৌ খোংব্রেন হান্নবা'' হাযনা কৌই। অশুম্না যেৎ ওই কাযদনা পবেং অনি অদু লাইবোমদা মায ঙনশিন্দুনা খোংথাং তপ্ল তপ্লা কাবক্কনি, অমাইবনা হিগা ঈশৈ শক্কনি অদুগা লাইশঙগী চুবি তাফম যৌবকপদা অমাইবা অদুনা পাযবিবা নৌ অদুনা মাঙদা শৌবগা হি খামগনি। মসিদা শকপা ঈশৈদি ঃ

| অমাইবা : | হো ও ওল্লে ও, | মযাম্না হি হাযনা খুমগনি |
|---|---|---|
| | এ-এ এএ | ''হি'' |
| | এ ওই ওল্লে ও, | ''হি'' |
| | হি | ''হি'' |
| | হি | ''হি'' |
| | হি | ''হি'' |

অশুম্না হি খাল্লবা মতুংদা অমাইবীশিংনা লাই ওক্লুনা লাইনুংদা মফম চানা চানা থল্লগনি। মথংদা অমাইবনা লাইবোমদা মমায ওন্সিল্লগা

''চীংঙু খোইযুম লাইনিংথৌ, যোইবু খোইমোম লাইবেম্মা, চীংঙু অনিমক্কি লোইদাম মকুমশা, মৈনা বায কুম, তাঙনা শম্না, ঙসি ইযোং শংদিং কক্, খোইযুমগী ফিবোই তান, চীংঙু লাইকোন্নুং অসিদগী, হি অসে নোংমৈ ওল্লকপা কুমজাগী হিকং হনবনা হি পুজখ্রগে হাযবে। চীংঙু খোইযুম লাইনিংথৌ যোইবু খোইমোম

লাইবেম্বীনা নকু কুবীয়ো - খোইয়ুম নথৌজানবু চানবীও।" হায়জদুনা লাইদা খুকমজিনি। হিকং হনবনা হি ন্দু পুদুনা লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী হিজিংগান্দা হি অদু থমগনি। মসিগী মথা তাংফন্দা হিবোয ওইখিবা নুপা-নুপীশিং অদুনা মখোয়না নৌ ওইকর্বিবা য়েংথৌ অদুদা ফৈনা ফিদা ওইনা থারগা মায-মায ওনশিন্নদুনা ফমগনি। লাইদা কংগা হৈ-বা, কংলোক্লাচংবা য়েন্দুনা মখোয়দা পীজগনি। মসিব "হিবোই চাকখাঙবা" হায়না কৌই। মতৌ অশুম্বা চাবা লোইবক্লবদা লাইনিংথৌগী হিবোই লাইবেম্মাগী হিবোইশিংদা পাদুনা চাইশিন্নগনি। মসিবু "কম্বোংবী চাইবা" হায়না কৌই। মতং অসিদা অমাইবনা মখাগী ঈশৈ অসি শক্কনি।

ঈশৈ

কম্বোংবী হৌবো হৌবো হৌবো,
কম্বোংবী হৌবো - ও-হৌবো,
নচেম - ননেম তানফংঙো,
শুঙাও-লৈচাও হৌবো,
কম্বোংবী হৌবো হৌবো
পানি শুন্কাবা ইমোম শোইদাববু,
নচেম ননেম তানফংঙো,
শুঙাও-লৈচাও তানফং হৌবো,
কম্বোংবী হৌবো-হৌবো।

মতৌ অশুম্বা ঈশৈশি অমাইবতনা শক্কনি, হিবোইশিং অদুনা ওনশিন্নদুনা চরু চাইশিন্নগনি। মাংগী মথংদা শীঙলোযনা লাইনিংথৌ পানা নুপাবোমগী, লাবোয়না লাইবেম্মা পানা নুপীবোমগী নৌ লোক্কনি। লোক্লিবা নৌশিং অদু শীঙলোয় অমসুং লাবোয়না পুল্লপ্-পুলপ্ ফৈনা পল্লগা অমাইবনা "শ্বা" লাওবকপদা চপ-মান্ননা লাঙরোমদা লঙশিনগনি। মসিদা অকাবা নৌ অদুনা হয়েং মুক্লা শান্নবদা লাইনিংথৌ পানানা থোইগনি নত্রগা লাইবেম্বী পানানা থোইগনি হায়বা খঙবা ঙমই।

য়েংগদবা ঃ হপ্তাগী নত্রগা থাগী ও না লাইথোং হাংবা লাইশিংদি নোঙ্গানদে, মরোই খাঙদোক্লগা লাইথোঙ থংজিন্দুনা লাইবোই নুমিৎকি থৌবম লোইশিল্লি।

## লাই নোঙ্গাবা

লাইমাঙদা নোঙ্গাফৌদাং-নোঙ্গাফিনচিংবা থল্লগা অমাইবীনা লাইনুংদা মখুৎ ওইনা শরিক লোমজাও খিঙদুনা, খুৎ য়েৎনা থাকল লৈনা চিংদুনা মচিন্দা লাইরোন শক্কসি, মপালদনা অমাইবনা লুচিংদুনা মীয়ামগা লোয়ননা পুঙ-শেল য়ৈদুনা, পেনা খোংদুনা অমাইবনা নোঙ্গারোল ঈশৈ শক্কনি মীয়াম্না খুবাক খুদুনা ঈশৈ খুমগনি।

অমাইবনা শকপা নোঙ্গা ঈশৈ

শোরারেন্না নোংদোল্ কাগে হায়রেদো,<br>
হা-পা খাওপুবা পুররো পুররো।<br>
অরাং কৌবা চীঙদোনদা,<br>
চীঙজাও মৈরা থান্দুনা,<br>
লাঙ্গোই শাবোৎ হাপতুনা,<br>
পেনাগী শামৈ ৱাইদুনা,<br>
কোরৌনা নোংবু কাবগে হায়রেদো।<br>
শোরবেন্না নোংদোল্ কাগে হায়রেদো,<br>
হা-পা খাওপুবা পুররো-পুররো।

মতৌ অশুম্না অৱাই-অখুম তৌদুনা ঈশৈ শক্কুনা খুবাক খুদুনা শক্লক্পনা খবা-খরা থুজিন্দুনা অমাইবীনা লাইনুংদা লাইরোল [illegible]ক্লীবা অদুনা লোইশিল্লকপগা মান্ননা পুম্নমক চপ মান্ননা ঈশৈ থামিন্নগনি। অদু[illegible] [illegible]ন্না খুকমগনি।

## লাই তেথবা

লাই নোঙ্গাখ্রবা মতুংদা অমাইবা-অমাইবীনা লাই শিথরগা মপোৎ-মচৈ পুম্নমক লোইশিন্দুনা মফম চানা থল্লগা অনৌবা লৈহুন তমদুনা থম্ববু "লাই-তেথবা" হায়না কৌই।

লাইনিংথৌগীনা অমাইবনা লাইরেম্মাগীনা অমাইবীনা লাই শিথগনি, লাইগী ফি-রোল, কোমায়নচিংবা লৌথোক্লগা লোইশিন্দুনা লুবাক নত্রগা উপুদা, শেনপোৎ-লাইপোৎশিংগা লোয়ননা থমগনি, ফম্বাল ফিনচিংবসু লৌথোক্লগা থমগনি। চনিং, ফমখোং-শিংখোং, অপোকপা-লৈমরেলনচিংবগী লাথা-হৈথাশিং অদু ফুক্লগনি।

## পোৎয়েল

চনিংদা থাবিবা অদু ফুক্লগা খুল-লৈকায়গী ওইরগনা লাই শেল্লুংবনা ফঙ্গনি, শাগৈগী লাই ওইরগনা শাগৈদুগী পিবনা ফংগনি। মসি মীয়ামদা য়েছোকনদে, খুল-লৈকাই নত্রগা শাগৈ মহি লাংভী। অপোকপগী হৈথা অদুসু লাই শেল্লুংবা নত্রগা শাগৈদুগী পিবানা ফংগনি। লৈমবেলগী হৈথা-লাথা অদু ফুক্লগা নহাল ঈকৌবদা ঈশাইফু পুখিবা মৌ অদুনা ফংগনি। লাইনিংথৌয়োম থংবা ফমখোং মমাঙ থংবা অদুনা অমাইবনা ফংগনি। অতোপ্পা ফমখোং অদুনা পেনাখোংবা অশৈবনা ফংগনি। লাইরেম্মাবোমগী ফমখোং অনিদা থারিবা লাথা-হৈথাশিং অদুনা অমাইবীশিংনা ফংগনি। লুকমাঙদা থাবিবা লাথা-হৈথাশিং অদুনা খুন-লৈকাই নত্রগা শাগৈগী মীওইশিংদা য়েনগনি।

কবিগুম্বা হরাওরিবা লাই অদুনা শাগৈগী লাই ওইরগদি হায়বদি শাগৈ অপোকপা ওইবগদি লাই অদুদা কৎপা পোৎ অদু অতোপ্পা মীদা করিগুম্বা অমত্তা পীনদে।

মথংদা লাইমাঙ অমদি ফম্বালনচিংবা তকথোক-নাছোক্লগা ফম্বালদুদা ফি অমা থাবগা অমাইবীনা লাইনিংথৌ-লাইরেম্মা অনিগী ফিবোই অশুবদু য়েৎ-ওই কাযদনা থারগা অনৌবা লৈহুল হুনগনি। লৈহুলদুগী মথক্তা ফি অমনা শাংনা কুপশিল্লগা লাইনিংথৌ লাইবেম্মা অনিগী ঈকৌফু অনিদুনা য়েৎ-ওই কায়দনা ফিজিন অনি অদুদা নন্দুনা উপনা থমগনি, ঈকৌফু লোংনা থমহৈদে। অমাইবনা লাইনুংদা কোনয়াই চনগনি, অদুগা লাইবুঙগী লাইবৌলা থাফমগী ব্রাংমদা শরোই খাঙদোক্কনি, লাইথোঙ থীংজিনগনি।

## লাইরোই নোংঙানবা

লাইবোই নোংঙানবগী নুংথিলগী মতমদা লমজেল, চেনজোং, মাঙজোং, নুঙ লংবা, শুক লংবা, খুবৈ চোংবা, পৌ চিংনবা, থৌবি চিংনবা, মুক্লানচিংবা লাইমাঙদা পাঙথোক্কনি।

পৌ চিংনবা, থৌরি চিংনবা অমসুং মুক্লা হায়রিবশিং অসিদি লাইনিংথৌ পানা লাইরেম্মা পানা হায়না খায়দোক্লগা পাঙথোক্কনি।


পেনা খোংবনা কৈনিং কুনবগী শক্তম।

নুমিদাংগী মতমদনা লাই শেল্লুংবগী য়ুম নত্রগা লাইবুঙদগী মনাক নকপা মফম চাবা য়ুম অমদা পেনা তাগনি। পেনাখোংবা অশৈবনা মাইকৈ মরি-শুংদায় নিপাল, অমসুং হরাওরিবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মার্নাচিংবদা হরাওরিঙৈ মতমদা শোয়খিবা-ঙার্মাখিবা খিবিকপু লাই তাইনবগা খুন-লৈকাই নত্রগা শাগৈ অদুগীদমক্তগা মিকোন-থাগোনগনি। মসিবু "কৈনিং কুনবা" হায়না কৌই।

## লৈ খোম্বা

লাইরোই মতুং হুর্মনি, মঙানি নত্রগা তবেৎনি চনবদা লাইশঙ থোঙ হাংদোক্লগা অমাইবা, অমাইবীনচিংবনা লাই হরাওরিঙৈদা হুনখিবা লৈহুন অমদি লাইবোই নুমিত্তা হুর্নাখিবা লৈহুনশিং অদু খোর্মজিনলগা লাইশঙ মনুংদা ফুর্মাজিনগনি, খোঙজোম লৈশিংশু লাইনুংদা ফুর্মজিনগনি। মপান্দা পুথোক্তুনা হুনজেকপা তৌহৈদে, মসিবু "লৈ খোম্বা" হায়না কৌই। হরাওরিঙৈ মনুংদা লৈরোই ভঙবা-লৈরোই হিদং অনিনা লৈ লাঙবগী অবেম্বা লেমলোই ফমশাং অমসুং লৈমবেল ফমশাংগী মথক্তা হুনগৎখিবা লৈশিং অদুসু খোমজিল্লগা মপালদা ফুমগনি। অমাইবীনা ফম্বাল মথক্তা অনৌবা লৈহুন তম্লগা ফি অমনা কুপশিনলগা ঈকৌফু অনিদুনা য়েৎ-ওই কায়দনা উপাশিন্দুনা থমগনি। মথংদা অমাইবনা কোনযাই চনগনি অদুগা ফম্বাল মখাদা ইনশিন্দুনা থমগনি। লাইবুঙগী ব্রাঙমদা শরোই খাঙদোক্লনি। মতৌ অশুম্না লৈখোম্বগী থৌরম পাঙথোকপা লোইরগা লাইশঙ অদুগী থোঙ থির্গজিনগনি। মথং ওন্নাকপা চহিগী হরাওবা নত্রগা কুমজনবগী মতম য়ৌদ্রিবা ফাওবা লাইথোঙ হাঙনদে। মতৌ অশুম্না কংলৈ হরাওবগী চৎনবীশিং অসি ঙাক্লা চৎকদবনি হায়না গুরুশিংনা তাকপীরম্বশিং অদু মীয়ামদা ফোংদোকচবনি।

-ঃ ঃ-

# লাই হরাওবদা শীজিন্নবা পোৎলমশিং



লাইনিংথৌ লাইবেম্মাগী পোমিৎ পোলাং



লাইথাঙ





খুদৈশেল





শেচ্চক শেনখা





কাওশেল



ক্লাগোক



হুমাই



লেপশুম



চোং



পে

লাইনিংথৌ লাইবেম্মাগী
হুমাই খোকশাংবী

# লীক মখলশিং





ক্যা° লিকফা°

ঙাঙোই পবেং




শান্দ্রেম্বী পবে°

থবোই মনি° পবেং




লিকল্ পবে°

পু°দুম পবে°




হৈগ্রু পবেং (হৈগ্রু খাযবী)

মবৈ পবে°


হৈবী মপাল পবেং


চোমাই


চোমলাং


খুজি মচা


খুজি পোপচাওবী


খামেন চৎপা লীদুনা থম্বগী ফিদুপ


তাল


লুপা লৈখাম

সনা লৈখাম


খামেন চৎপাগী মযেক


নমথাং খুৎহৎ যাওবা সলাই কোকযেৎ

# পেনাগী মৈহৌরোল

"পেনা" হায়বা অসি শাম্মে অনি তক্কবগা নুংশিবা মখোল খোকপা মৈতৈশিংগী লিববা যন্ত্র অমনি। মৈতৈগী অহল-লম্মনশিংনা মথং মথং চিন্থাং যৈনা হ্রাবিনবগী মতুংইন্না পেনা হায়বসি লৈমবেল গুক অনিগী মশক্কি হায়না লৌনৈ। লৈমবেল-গুক অনিনা ওক্লবে "ওকশং" কৌই, পুক্লিং অনি লাওনবে "লাওশং" কৌই, লাওনবম্বা পুক্লিং অনিনা পেন্নবে "পেনা" কৌই। পেনা অসি লাইযাম্মশিংগী মবক্তা চীংগু থাংজীওনা মখুৎশু ওইনা খোংগু হায়বসি পেনাখোংবা অশৈবশিংনা শৈথাদুনা শকনৈ।

পেনা অমবু মপুং ওইনা শরুক অনি থোক্না খায়দোকপা য়াই। মদুদি ঃ (১) পেনা মরুগী শরুক অমসুং (২) চৈজিংগী শরুক অসিনি।

## ১। পেনা মরুগী শরুক ঃ




পেনা মরু অসি ইমা লৈমবেলগী মশকনি। মরু অসিসু অচৌবা অমসুং মচা হায়না অনিথোক্না লৈ। পেনা মরু মচা অসিবু "খুখোং মচা' হায়নসু খংনৈ। মসি কংলৈ হবাওবদদি শীজিন্নদে মরু ওইনা চকপা হ যাওবদা পেনাদং খোংলগা জগোয শাবদা শীজিন্নে। পেনা মরু অসি শরুক মাপল্‌না পুঙ্গনলগা শেম্মী। মদুদি : (১) মরু, (২) পুংমাই, (৩) উযেক, (৪) উতোং, (৫) খোংদিং শাম্মে, (৬) চুম্বুল্লি, (৭) তেংখল, (৮) শমায অমসুং (৯) নুবা খ্বাংচেৎ হাযাবিবা অসিনি।

পেনা মরূ অাস অহানবদদি খোংতুম্বনা ওইবম্মী, মথংদা ব্রাঝনা খেৎলগা শীংজিন্নবম্মী। তখেলগী খেমানা মণিপুবদা যুবী পুশিল্লক্লবা মতুংদা যুবীগী হিদাকপুকনা পেনাগী মরূ ওইদুনা ঐখোয়গী হৌজিক হৌজিকমক উন্নবিবা পেনা মরূগী শক্তম অসি ওইবকখি। শমাযসু ব্রাককাক্না ওইনবম্মী।

## ২। পেনা চৈজিংগী শরুক ঃ

পেনা চৌজিং অসিনা গুরুগী মশকনি। চৈজিং অসিসু মকওইনা শরুক মাপল্ থোক্লা খাযদোকপা যাই। মদুদি : (১) তেংনৌ যোংকোন, (২) শবিক, (৩) খুবৌলং, (৪) কোম্বোং, (৫) মোন, (৬) খোংদিং শাম্মৈ, (৭) খুবিখাং নত্রগা খুৎপাইফি (৮) চৈখোক অমসুং (৯) খুবীখাং নত্রগা খুৎপাইফি পুন্নবা লং অসিনি। চৈজিংসু অহানবদদি উবৈবোমলাবাগী মশানা চৈজিং ওইনা শীজিন্নবম্মী, মথংদা ব্রাশানা চৈজিং ওইবম্মী, নহাবা মোইবেংজাম্বনা তেংনৌযোংকোন পুথোক্লুনা



যোং শরিক

ঐখোয়না হৌজিক উন্নবিবা চৈজিংগী মওং অসি ওইবকখি। শবিকসু শেঙ্গাও শরিক্লা ওইনবমদে, অহানবদদি "যোং শবিক"[১] হাযনা খংনবা লমহাংদা হৌবা

১ ঃ খণ্ডজীনবীগদবা ব্রাফম : *যোং শবিক* হায়বসি *নোং শরিক* হায়নসু কৌই।

হৱাই থরাক মানবা মহে অদুনা পেনা চৈজিংগী শনিক ওইনা শীজিন্নবম্মী। পেনা চৈজিংগী শরিকসু অকক্লবা মশিংদা শরিক ১০৮ পাল্লি, মসিনা মিহুল ১০৮ গী মশক্লি। খোংদিং শাম্মেসু অকক্লবা শগোল শাম্মে ৭ নত্রগা ৯ না ওইবম্মী, হেনবা নত্রগা তাবসু য়াদে, ইবম ৭, খোংলম ৯ গী মশক্লি। পেনা মকগী পুংম্নাইসু হঙোই মউলনা ওইনরম্বদগী হৌজিক্তি ষণগী মউলনা ওইনরে। পুংম্নাই নপনবা গমসু মমাংঙৈদদি উহলগা শগোলহৱাই মকগা অনি তক্লবগা গম শেমদুনা নপলম্মী। পেনাগী খোংদিং শাম্মে অনি অসিবু তক্লবদা ঙপ্পনবা (নান্দনবা) উচান মবেক্লা শাম্মে অদুদা তৈ (তকই), মসিনা মখোল থোকহনবদা মতেং পাংঙি।

## পেনাগী শীজিন্নফম

''পেনা'' অাস মমাংঙৈগী মতমদদি মীওইবা অমনা পোকপদগী শিবা ফাওবগী থবক থৌরমশিংদুসু শীজিন্নরম্মী। নিংথৌনা চৎথোকপা মতমদা পেনাখোংবা অশৈবনা ''লমইন'' হায়বা খুৎলোন অদু খোংদুনা সনা থৌগল তৌবগী চৎনবী লৈবম্মী। নিংথৌনা তুপ্লমদাইদা ''নাওশুম ঈশৈ'' শকই, নোংঙানবগী য়াহৌবদনা ''যাকাইবোল'' শক্লুনা নিংথৌগী থৌগল তৌবদসু শীজিন্নবম্মী। অসিদসু নত্তনা লাই হবাওবগী থবক-থৌবম কয়াদা পেনা হায়বসি চংদবা শুকয়া যাদে। কবিগুম্বা উমংলাইগী লাইফম খরদদি অমাইবা-অমাইবী শুকয়াও য়াওদনা পেনাদনা লাই হবাওবা থেংনবি। হবাও-কুম্মে, চাকচা-হৈজানবদা নিংথৌরোল নত্রগা লৈবোল নত্রগা মোইবাংগী খম্বা-থোইবীনচিংবগী ৱারীদা যুমফম ওইদুনা খুল নত্রগা লৈকাযশিংদা তান্নবম্মী। অসিদসু নত্তনা পেনা পালানা মী শিবগী শোরাৎ-ফিরোইনচিংবদা নোঙ্গারোল শক্লুনা অবান খুভম ফংনবগী লম্বীদসু শীজিন্নে।

## কংলৈ হৱাওবদা পেনাগী শীজিন্নফম

লাই হৱাওবগী ঈকুম্বা, ঈতাবা, ঈকারকপা মতমদা পেনা খোংগনি, ঈতাবগী খয়োম থাবা, চফু জগোয়, লাই-থেমগৎপদগী হৌরগা ঈকারকপদা ঈকৌফমদগী লাইগী থৱায় হাপত্রিফাওবা পেনা খোংবা লেপ্পা য়াদে। লাই থৱায় হাপখ্রবা মতুংদা লাইমাঙদা লফুত্তা ফমদুনা হৱাওরিবা লাইদুগী মতিক মগুণ থাদুনা ফম্মাং থৌগল তৌগনি, নুমিদাংদা হৱাওরিবা লাইদু নাওশুমগনি।

লাই হরাওবগী নোংমগী থৌরম পরেংদা : অয়ুক অঙনবদা পেনা খোংবা অশৈবনা ঈরু শানদেংলগা লাইমাঙদা লফুত্তা ফমদুনা য়াকাইরোল শক্কুনা লাই হৌদোক্কনি। নুংথিলগী মতমদনা অমাইবীশিংনা জগোয় ওকপা, ফমদৌ জগোয়, জগোয় অশাংবীর্নাচিংবা জগোয় শাবদা জগোয়দুগী মতুংইন্না খুৎলোন কয়ামরুমদা পেনা খোংগনি। অমাইবীশিংনা লাইচিং জগোয় শাবদা লাইচিং খুৎলোন মাপল্ খোংগনি, লাইবৌ কোয়বদনা "লমইন" খুৎলোন খোংগনি, মথংদা হোইরৌ-হয়া লাওরগা অনোইরোল শক্কনি, হেপলি থাংয়ে অমসুং হেপলি পাবোৎ হায়বা শৈশকশিংশি শক্কনি অমাইবীশিংনা মতম অসিদা হকচাং শাবা লাইবৌ খুথেক ৬৪ অমসুং নুংনাও জগোয় শাগনি, য়ুমশারোল শাবদসু হেপলি পাবোৎ শীজিন্নগনি, য়ুম কৎপদসু পেনা খোংদুনা য়াওগনি। পছোইবী জগোয় শাবদা "পছোইবী শৈশক" শক্কনি, পাময়ানলোন-ফিশারোল জগোয় শাবদসু হেপলি পাবোং শীজিন্নগনি। ফি কৎপদসু য়াওগনি। খুঞ্জাও-লৈচাও জগোয় শাবদা লৈমরেল শৈশক্লচিংবা শারিবা জগোইদুগী মতুংইন্না খোংগনি। লোং খোনবা মতমদা "অয়াংলৈমা শৈশক" শক্কনি, পতোন জগোয়দসু (পতোন চৎপদসু) পেনা খোংগনি। ফিবুল জগোয়দা "নোংথাংলৈমা" শৈশক শক্কনি, অমাইবনা য়ুমজাও পাফল চৎপদা "লমইন" খোংগনি। নুমিদাংদা লাই নাওশুমগনি। লাই হবাওবা অমগী নোংমগী থৌরমদা পেনা খুৎলোন কুনমাথোই শীজিন্নে।

অসিদসু নত্তনা লাই লমথোকপা, কংলৈ থোকপা মতমদসু পেনা য়াওগনি। লাইরোই নুমিত্তসু নোংমগী থৌরমদগী হেনগৎলকপা থৌরমশিং হায়বদি লাই নাক্কাথেংবা, ফুঙ্গারেল জগোয় নত্রগা পিবারেল জগোয় শাবা, হোইরৌ হঞ্জুন্দুনা থবাই-মি কোনবা, থাং থাবগী থৌরম, হিজিং-হিরাওগী মনুংদা হি অদুদা লাই হাপকৎলগা হি হোনবা মতম, লাই নোঙ্গাবনচিংবা থৌরমশিংদা পেনা খোংগনি। লাইরোই নোংঙানবগী নুমিদাংদা হরাওবুং অদুগী মনাক নক্লা মফম চাবা মফম নত্রগা লাই শেল্লুংবগী য়ুমদা পেনা খোংদুনা "কৈনিং কুনবা" হায়বা থৌরমদু পাঙথোক্কনি।

কংলৈ হরাওবদা চংদ্রবা য়াদ্রবা পেনাগী শৈশকশিং :

কংলৈগী লাই হরাওবদা শৈশক মাপল অসি তঙাইফদনা শীজিন্নরম্মী।

শৈশকশিং অদুদি :

(১) লৈময়েল শৈশক,

(২) পছোইবী শৈশক,

(৩) নোংথাঙলৈমা শৈশক,

(৪) অযাংলৈমা শৈশক,

(৫) হেপলি থাংযৈ শৈশক,

(৬) হেপলি পাবোৎ শৈশক,

(৭) শীংকপলোন শৈশক,

(৮) কালেন শৌদিং শৈশক অমসুং

(৯) লমইন শৈশক, অসিনি।

পেনা ফমশকতদি মথক্তা পনর্জখ্রিবা শৈশকশিং অসিগী মথক্তা পবিং অচৌবা, পবিং মচা, খুল্লং ঈশৈর্নাচিংবা শৈশক কযা অমসু হাপতুনা শকনৈ।

# ফম্মাং থৌগল

উম, হয়ি-হয়াহে, হয়া-হয়া-হয়া, আ ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক, নদাইরেম তাইবং ওইবনা, নশুওইবা--নশুওইবীশিং পুন্নমক্না, চীংঙু নথৌ খনবা নুমিৎ থোক্লে, খোইয়ুম লালুপ কাবা নুমিৎ থোক্লে হায়দনা, ঈয়াম্বা লোয়শঙ থৌদা ইনলক্লগা, শঙ ঈপা- ঈচা ঐখোয় অহুম কুম্লক্লে, কোন্দে নোংদমগী খুচুম মাইবনা সনা কোনগা কোম্বারে, লুপা কোনগা কোঞ্জল্লে, খয়োম লাগা থা, য়েরুম কাংগা খিল্লে, খাবী নোংদমশিংদা চল্, অমাই লাদা য়েক, চামলৌ নংগী লাখারোই, শীংঙেল নংগী লৈরাং লৈহুনলোয়না, ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক্কী থৱায় মঙামকপু, লাইনিংথৌ ইবুংঙো (লাইগী মমিং) নশানৌ ইবেম্মা (লাইগী মমিং) নে, ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক্কী হিরি তোংদম ফান্না, নোইনু খুংথেক লৌনা, থৱায় হামচংনদা-মিরেল হামফোইনদনা, মোংবা য়ুমজং তম্লক্লবদা, হৈরাঙ পুঙগা থোল্লে, লৈরাং পুঙগা থোল্লক্লে, শীংঙেল লৈবাং লৈহুল তম্লক্লে, তাওজিংনি পুঙগা থোল, লৈবাং পুঙগা থোনববু, নদাইবেম ওইবনা য়াম্বা নোংদম লোযশঙ থৌদা ইনলক্লবা, নদাইবেম অশৈবনা ইবুধৌ মোইরাং থাংজীঙ মখুৎশু, খুংগী লমইন থাদা পম, চৈজীং তুঙ্গোল য়েৎনা পায়, শবিক চোমজাও য়ান, মরি নোংদম লিশবনে, মরাং নোংদম লাংশবনে, শমদোন অযাঙবা শাম্মৈ অনি কারন্না, লৈনুং থরো অশৈবনা, চীংঙু নথৌ চংঙক্লে, খোইয়ুম লাল্লুপ কাবক্লে, চীংঙু নথৌ খঞ্জরক্কে, খোইয়ুমবু লাল্লুপ কাজগে এ-এ-এ, ইবুংঙো।

ইয়া নুমিৎ নংবু ইবুংঙো উম-উম, অঙান তারগনো, হায়-হায় অঙান ঙশাইমখৈগী নত্তবোই এ ইবুংঙো, য়োইমযাই থেংঙে মালেম ঙানবা, আ-ইবুংঙো অঙান শীংজিক চীঙনুংলোক্তগী, চীংঙুবোই খুভম্মক্ত লেপ্পচীঙ, অঙান মায়য়োকমক্তবু হেন্ন চীঙ, নোংপোক নোইমদোম নাহানিবু শাফবা, য়োইময়াই অঙান ঙশাইঙৈগী নত্তবোই এ-এ এ ইবুংঙো। চীংঙু নথৌ খল্ - আ খোইয়ুমগী লাল্লুপমক্তবু কাবদি, চীংঙুগী নথৌ করিনুংগী খনবনো ? খোইয়ুমগী লাল্লুপ করিনুংগী

কাবনোনে ইবুংঙো ? নদাইবেম তাইবং ওইবা ঐখোযনা, চীংঙুগী নথৌখন - খোইযুমগী লাল্লুপমক্তবু কার্বাদ পাগী পাথোইববু নির্বান, পুগী পুথোইববু নিবনি ইবুংঙো, তাইবংনোই মপুনা পীবম্বা চাহি তনোই নোংদম চৈথেং মশিংমক্তবু যৌনা, তাইবং থৌদা তম্বা ঙমজগোদনা, চীংঙু নথৌ খনবনি, খোইযুম লাল্লপ কাবানি, চীংঙু নথৌ খল্লগা খোইযুমগী লাল্লুপমক্তবু কাবগা, ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমাক্কি, চীংঙু নথৌ খল্লগা-খোইযুম লাল্লুপ কাবগা পলেম নৌনা কায়নবা মতাংথোক, পঙ্খৌ নৌনা শেংন মতাংমক্তবু থোক্লবদি, চীংঙু নথৌ কনানা খনবীগদগেনে, খোইযুম লাল্লুপ কনানা কাবীগদগেনে ইবুংঙো, তাইবং মীশিংনবু যাম্লবাদ, হৈবাং অমমমতবু পুবক্লবসু হৈবাং হৈপুং ফাবা ঙমগনি, লৈবাং লৈতোন অমমমদং পৎক্লবসু লৈবাং লৈপুঙ ফাবা ঙমগনিনে, হৈবাংনবু হৈপুং ফানবা চীংঙু নথৌ খনবনি, লৈবাং লৈপুং ফানবা চীংঙু নথৌ খঞ্জবনি, খোইযুম লাল্লুপ কাজবনি, চীংঙুগী নথৌ খনবদি, পাগী পাথোইববু নিবনি পুগী পুথোইববু নিবনি, কুমশি পোৎমা পোক, নোংমৈ পোৎনি পোক, পোৎনিদগী পোৎলম পোক্তনা, পাবিনা মথং-মথং পোক্লক্লবদি, ইমোম মথং-মথং শাৎলক্লবদি, চীংঙু নথৌ তেক্লোইযে, আ খোইযুমগী লাল্লুপশু কাযবোইযে, চীংঙুনোই নথৌ খনবা ঙম্বা পীবিযু, খোইযুমগী লাল্লুপ কাবা ঙম্ব পীবিযুদনা লাইনিংথৌ ইবুংঙো (লাইগী মমিং) নশানৌ ইবেম্মা (লাইগী মামং) গা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক্কী চীংঙু নথৌ খঞ্জবনি, খোইযুম লাল্লুপ কাজবদি ফেনজিবৈ ফেনজিবৈ, ফেনজিলোংগুম চিল্লোকনৈ, নোংদোল খৌবি লৈপুনলৈ, য়োইমযাই মদোমযাইদবু পোল্লগা, তাওদনবদা শাৎপা লৈ, থবিবেন্দা হেক্লগা শেনগোইবেন্দা চিন্নলৈ, পাখং কুমশিংলোন্দদি খোং মাপল্ তানফংলৈ, নিংঙোল কুমশিং লোন্দদি, খোং তবেৎ তানফংলৈনি, পঙ্খৌ নোন্দম পুন্সি ইখাইলৈ, পলেম পুন্সি ইখোমলৈ, পাবিশুক্তা লৈ ইমোম শোইদা লৈবাং অদুনে ইবুংঙো, পলেম-পঙ্খৌ পুম্নমক্তা নোংদম মদোম নুংপাল পুন্সি লৈনে, ফত্রবসু চিন্নবেনে, যামদ্রবসু চাইশিনলৈনে, শীংঙেল লৈবাং লৈপুনবু শাবা লৈবাং অদুবু লৈবাংওদা লৈতোন থংলে হাযবগা পলেম-পঙ্খৌ পুম্নমকপু, পুন্সি লৈমন থুংননবা যেনবাবম্মু হাযদনা চীংঙুদনৈ নথৌ খঞ্জবনি, খোইযম লাল্লুপ কাজবনি, পাবি-ইমোম পুম্নমকপু পন্সি লৈবু পীবিযু, পলেম পঙ্খৌ পুম্নমক্তা, পুন্সি লৈবু পীবীবদো, ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিমক্কা পীবিবা পুন্সি লৈদো মদাইবেন পুম্নমকপু ফংজবে, চীংদা কাখিবসু ফংজবে, পাত্তা কুমখিবসু ফংজবে, অা নদাইবেম নশু

ওইবা-নশুওইবীশিংগু চীংঙু নথৌ খনবা য়াওজরিবা ঐখোয় পুম্নমকসু লৈরাং লৈতোন থুংন্নবা ফংজরে। চীংঙু ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা তাইবং পুন্সি নুংশাংনা চীংঙু নথৌখনবা নীজবনে, খোইয়ুম ও লাল্লুপ কাবা তেক্ত কায়দববু থৌনিজবনে এ-এ-এ ইবুংঙো।

ইবুংঙো সিগী মদোম মখা লাকপদা কুমজাশিগীদমক্তা, নদাইরেম নশুওইবা-নশুওইবীশিং পুম্নমক্তা তিনমু ফত্তবনা তিনয়েৎলগদবা, খোইয়ুম ফত্তবনা লাইয়েৎলগদবদি, হাওরৈ খানা পাংনা হোইথবিখরো, অফবনে-নুংঙাইবনে, তময়াংবনে-কময়াংবনে, পুন্সি নুংশাংবা-কুবাও ফান্না ৱাৎপা, নমু তাইবং মীনা হেন্নবা, অশিথোংদি থিংবিয়ু-অচংথোংদি ফাৎপিয়ু, থৱায় হামচৎনদা-মিবেল হামফোইনদবা, নদাইরেম পুম্নমকপু অয়ুক ঙন্না থৌদাবীয়ু, নুমিদাং থেংনা-ঙন্না থৌশিৎ-থৌদা তন্বীয়ু, চীংঙুনা ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিনা তাইবং পুন্সি নুংশাংনা চীংঙু নথৌ খনবা নীজবনে, খোইয়ুমও! লাল্লুপ কাবা তেক্ত-কায়দববু থৌনিজবনে, এ-এ-এ ইবুংঙো। নদাইবেম ওইথদি মতাং অশ্বাইদা তেনজবগে, নদাইরেমগী খোঞ্জেল য়াইবীরেল শিদবা পুম্নমক তেন্না থোকখিবসু তেন্না হঞ্জিনবিয়ু, শাংনা থোকখিবসু শাংনা হঞ্জিনবিয়ু, চীংঙু নথৌ চংজরম্বনে, খোইয়ুম লাল্লুপ কাজরকপনে, হয়ি-হয়া-হয়া হায়না ইবুংঙো ইবেম্মা, নদাইরেমদি ৱাংলেন অশ্বাইদা তেজবগে।

-ঃ ঃ-

# পেনা য়াকাইরোল

হয়ি-হয়া-হে, হৌ-হৌ-হৌ উম, উম-উম, উম-উম, নহালনোং ব্রাকনা মালেম লৈশেম লৈরোই ঈশৈ য়াব্রারেলনা কাওদশৈ, খুংগী য়াব্রাগী খোঞ্জেলবু নিল্লবদা-নিন্দশৈ, হা-ইবুংঙো! তাম্না হাওরৌ লোংখোং নির্ংথিববু ফুল্লবদা ফুন্দশৈ, লৈবা উনিংতোংবু কংলবদা কংদশৈ, শজংনিংথৌ - শজংলংমৈরেম্বগী মপাম্বোম্না পাম্বোইলৌ, শিঙ্গা-শিন্দমলৌ, ঔগ্রীনা লিহৌনরকঙৈগী য়াব্রা মাবু কাওদনা ননাইনা অহানবদা শৈহৌনজবমগে।

হা ইবুংঙো 'সিগী মতুং - মখা লাকপদা মাইকৈ মবি ঙাকপা লাই, শুংদাই নিপাল পুবা লাই, চীংঙু লাইয়াম পুম্নমকপু চীংঙুলাইতাইনরক্কে, খোইযুম লাইয়াম পুম্নমকপু খোইয়ুম তিন্দাইনরক্কে। আ ইবুংঙো! কেকে কশারেল অরিবা, মোইবাং লাঙকুম অবিবা, নুঙবী শীদবদা খুদানবিবা, নুঙনাং নাদবদা খোঙনেৎনরিবা, থাঙজীং চীঙমায অচৌনবু, হোখরেল লোক্তাক খাবা য়ুম্বাল্লে, হৈকক্না শৌজিল শাবা লম, চবাংনা পোম্মাই তৃবা লম, থার্ংজংনা কেবাক থোকপা নরমখৈ, নশানৌ ইবেম্মা কোইরেনলৈমগা য়েৎকা- ওয়গা ফম-ফমনা ব্রয়েল তম্বীরীবা, থাঙজীঙ শবোই হুমফুমাথোইমক, য়াখমলোই তরেৎমকপু, চীংঙু লৈতাইনবমমে, খোইয়ুম তিন্দাইনবম্মী। আ-ইবুংঙো 'সিগী মদোম মখা লাকপদা মারজীঙ শরোই হুম্ফুমাথোই, য়াখমলোই তরেৎনি, মারজীং থাংমায় হনবা, নোংপোক ব্রাইরম অতোনবা, শরেন তাংখম য়াদা চিকপা, হৈঙাং পাত্তা চাক্তাবা, লঙ্গোই ঙৌবা 'হেনবা, শা-মরি পানবা খোংনেৎনরিবা, কোরৌ চৈখাংবা - ব্রাংবা তেষ্ণা চুল্লকপা, নশানৌ ইবেম্মা খুনবুলৈমা-খুল্লৈমনে, নপারি তোল্লোংখোম্বনে - নমৌ ইবেম্মা নুংথেললৈমনে, ইবুংঙো ইবেম্মা মরিমক্না পানফরিবা নরমখৈ, মারজীঙ শরোই হুমফুমথোই-যাখমলোই তরেৎমকপু, চীংঙুনা লাইতাইনরমলে - খোইয়ুম তিন্দাইনরম্মী। ইবুংঙো 'সিগী মদোম মখা লাকপদা ব্রাঙব্রেল খানা চাওবা লাইনিংথৌ,পীশুময়েকপা - খোংজি য়ানবা, মুনা লাংবা-মুনা য়েকপা, লাইজা

ঈথোং ফাৎলিবা, লেমলৈ ঙাথোঙ থিঙলিবা, ঙাচিক কোনগুম কেল্লিবা, ঙারেন কোনগুম কোল্লাবা, নশানৌ তালোয় লুমলেন মাপলমকপু থোইনা-হেন্না পানফরিবা ইবুংঙো, ৰাঙব্রেল শরোই হুমফুমাথোইমক, যাখমলো তরেৎমকপু. চীংঙু লাইতাইনরমলে-খোইয়ুম্না তিন্দাইনরম্মী। ইবুংঙো 'সিগী মদোম মখা লাকপদা, অৱাং কৌব্রু অশুকপা, খোইয়ুম লাইযাম খুন্দা হাল্লকপা, নোংহৌ মক লিংলকপা, য়াবক্তগী শীঙ্খবকপা ঈশিংনা চীংযা-তময়া পানফরিবা, নশানৌ ইবেম্মা খাবম চনু শাফবী, ইরোকলৈমা তাইবোংঙানবী, কৌনু লাইরেম্বী ইমাইবেম্মনে, নপাবি শক্লা লাঙ্গোল্লকপা, লোইয়ালাকপা লান্দা থৌবা, হাওমরক্কী কনফবা, মেল্লৈ লৈশোকপানবনে - মরাম নুঙ্গাইথক্তা মরামখৌশা তোয়রকপা, মশানৌ ইবেম্মা নুংথেললৈমগা, ইবুংঙো-ইবেম্মা মবিমকনা পানফরিবা নরমখৈবু, কৌব্রু শরোই হুমফুমাথোইমক-য়াখমলোই তরেৎমকপু, চীংঙু লাইতাইনরমলে-খোইয়ুম তিন দাইনরমলে। ইরম নোংদম অসিবু কোনবা লাইদি, লম্মাবনে-তুম্মাবনে, লমশেম্বনে-তুশেম্বনে, হনুকোকচাও হনুলৈখম-হনু পনসিতোমবা চাজি হকপা - খোংজি য়াবা লাইবুংথৌ মাপল-লাইনুবা তবেৎ, লৈরক শাগৌবা-খোংবান-লময়ানবা, য়েন্নখা পাওদাবা-শাইজীন পোল্লিরিবী ইবেল ওদা পিথ্রাইবী-খোংদ্রাইবী, অশেম-অসাহৈবী, ইমা নংনা শেম্বীযো-শাবীযো হায়না চীংঙু লাইতাইনরম্মে খোইয়ুম তিনদাইনরম্মে।

ইবুংঙো 'সিগী মখা লাকপদা, ইনুং ঙাল্লে ৰাঙল্লকলে, থবি নোংদম চৈজেংদবনা কানগনি, থবা লালনংদবনা নেৎকনি হায়দনা, চীংঙু নথৌ চঙলক্লে - খোইয়ুম লাল্লুপ কারক্লেনে এ-এ ইবুংঙো। আ --- হা:, নুমিৎ নংবু অঙান তারগনু, হায়-হায অঙান ঙসাইঙৈগী নত্ত ওইএ এ-এ- ইবুংঙো, হুঁ - উম-উম হা: য়োইময়াই থেংঙে মালেম ঙনবা, আ ইবুংঙো অঙাম চীঙজীন চীংঙুলোক্তগী চীংঙুবা খুভমমক্তবু লেপ্লচীঙ, অঙান মায়রোংমক্তবু হেন্নচীঙ, নোংপোক্লা মদোম নহানিবু শাফবা, য়োইময়াই অঙান ঙশাইমখৈ নৎলক্তরেনে এ এ ইবুংঙো। চীংঙু ইবুংঙো। মরাম য়েন্দি ফৈজাওবা, মরিংগী য়েনবাদি খোঙনেম্না, অঙাংবা য়েন্দি কশা পাওতাকয়েন, লৈচিল মচু মানবা য়েন্দি নোংদাইয়েন, উৎমানবা য়েন্দি লৈতাইয়েন, অমুবা য়েন্দি নোইনি খরি ফৌগৌয়েন, অঙৌবা নুমিৎ সনা পুরুময়েন, য়েননি য়েনলম তরেৎনা, আ: চীঙলাই নুমিৎ ঙাল্লি করম খংবনো, চেক্লাবু শাগন তুফাং য়ৈনা, ইনুংবা চীঙখোং ক্রেক্-ক্রেক য়াকা-কৈরক্লেনে এ-এ-ইবুংঙো।

চীংঙু ইবুংঙো, কেগে থাঙজীং মরমখৈ, ইনুং ঙাল্লে চেক্লা পাওতাকপবু চেক্তি, আ -- কবি চেক্লা পাওতাকপগেনে ইবুংঙো? লোইদামগী থাবুমনিবু তকক্লা, উবিৎ শঙ্গু শযামশিংদুগা, ঙানু তৌথ্রাচানা ইনুং ঙাল্লে পাওতাকইকো ও-ও লাইনিংথৌ, লোইদামগী থাবুম তককনা, হৈবেম চংলাইনিবু ফাদোংবী, মপলনি মংদোম থৌদামক্তবু শোইবনা, পোম্বীলক্তবু তিলহৈদা, চেক্লা মপাঙলক্তসু যাওহৌদা, অহিং নোংলেন নোংশোইবা, লাইফম ফুমদৌ মতা ফবদা, পোম্বী যাবেকমক্তবু তমলুবে, ইনুং ঙাল্লেমক্তবু হাযদনা, চেক্লা কাইদোং হোংললেনে ইবুংঙো, চেক্লা মমায মবুধৌ মোইবাং থাঙজীংলোমদবু ওল্লগা, পোম্বী মখৌ পোং-চেক্লা মথিকচোই, হানৌ মতোল যাগামক্তবু চাক্লগা, লোক্তাক্কি উথুম থুম্বীচানবু অদুনা, ইনুং ঙাল্লে হাযদনা, আ-পোম্বী তুম-তুম যাকৈবক্লেনে এ-এ-ইবুংঙো। ইবুংঙো! মাবজীঙ মবমখৈদা পাওতাকপা চেক্তি, ওকলেন লাবা থবোবা, মযা চনিংমক্তবু শাবনা, শগীনা ফিদুপমক্তবু উৎলক্লে, হুইখৌগী লাবস্ চি-ফেংলে, লাইবেন লাবসু যাওল্লে, লৈবক-কাপ্পবু শালাওবে, তৌথ্রা চাংগোই ঙামুল্লক্লেনে এ-এ-ইবুংঙো। আ-ইবুংঙো! বাংব্রেন খানা চাওববু মশুমাঙ, ইনুং ঙাল্লে চেক্লা পাওতাকপবু চেক্তি, পোম্বী কবি চেকনা ইনুং ঙাল্লে পাওতাকপনোনে ইবুংঙো? চেক্লা কাদা লাইববী-লাইববগী মমোমলোই, নমু তাইবংপানবদা, হা-মমোম অমা ফংজবে, লাইবনা চাঙগী চীঙখোং মাপল লান্না, মপল পঙ্খৌন। ভবেৎ-শেঙ্গা তানখিবা, চহি কুমশিংনাদ যামখিবনা, লাইববী মমাগা-মচাগনা, লোইয়া ইনাকখুনবগী মযুমদা চংলগা, লৈত লাইবমক্তবু থিবিঙৈ, শাংলৌ মঙমতম্বা চৎলিঙৈ, যেল্লাং মথেন লাংববু চৎলিঙৈ, লোইযাদনা ইনাকখুনবগী খবৈচাবু ঙাক্লিঙৈ, মপল পঙ্খৌনিবু অংোকপা, মমোম লাংলেন মচাগী, যাবা খোঙ্খোকপু নুংশি হাযদনা, নিংঙোল কোলোই মপাও পাংহংবদা, পলেম মমাদি পাওবমদে, হেদো নাহে চল - লুতুং লোইবাক শানা, মযুম মোংবা মবালযাইদা লৈহৌবে, মমোম লাংলেন মচানা, খাবৈ লৌঙাক তাঁাঙৈ, পঙ্খৌ মগালা লোইবী চীঙদগী কুম্লকপদা, মচাসু চাওবা লেপতম ফাবল্লে, মপানসু মচাবু মশক খঙদবে, মচানসু মপাবু মশক খঙলক্রবদা, হযেং ইনুং ঙাল্লেগা, পোম্বী-চেক্লা শনু তোমন্নশি হাযবম্বগী যাব্রা খোঙ্খোক অদুনা মযুম মোংবা-মবালযাইদা হল্লকপদা, মপল পঙ্খৌমক্তবু ওইবল্লে, মপল পঙ্খৌ মশক উগাদবগী শকক, পলেম-মমাগী চেংলৌ মশক উগাদবগী শককপুদি, ঙসি অহিং তাংলৌ লেংগ থেংনদা, ইনোম যাইবী মাঙলগে হায়দনা, মপল-পঙ্খৌগী

হিদেন তাফমদা কুমথরক্কে, মদোম য়াইবী মাঙলগে হাযদনা থৌরাংলক্লবদা, ইখৈবেল-ইখৈনিংথৌ পাখংবনা, নংতনা ঈবানফম নত্তে, ইপা ইরানফম তাক্কেলাও কাখৎলকউ হায়দনা কৌবদা, পঙ্খৌ ঐহাক্তি ঈরানগে হায়না থৌবাংবা নত্তে ইদোম য়াইবী মাঙগে থৌরাংবনি হায়বদা, করিগীনো নংনা নদোম য়াইবী মাঙগাদৌবিবদি ইবেম্মা, হয়েং ইনুং ঙাল্লবদি, ইপন-পঙ্খৌ উন্নগনি, পলেম ইমা‍ী মশক উগনি, অদুগীদমক্তা ইপন-পঙ্খৌ যেংবা ঙল্লোই, পলেম ইমা য়েংবা ঙল্লোহ ইদোম য়াইবী মাঙগে হায়দনা থৌরাংবনি হাযরবদা, ইবেম্মা অদুগীদমক্তা ওইরর্বাদি, নংনা য়াইবী মাঙগনু য়াদ্রবনিনা, ঙরাগুম লাংঙোল্লো হায়দনা ঙৰাগুম্না লাংওল্লে। লাইরবা-লাইরবী অনিমক্কি খোমলেন মংলাংচাক্তা খোমলেন মঙদমমে, খোমলেন মিকপ থোকপগা, মমোমনা লাংলেন মচাবু ঙৰা কৌবা ঙাগুম লাংওনলবনে হায়দনা, খোমলেন মঙলাংচাদা খোমলেন মঙফাওনবম্মে, নমোম লাংলেন মচা ওইনা অমুক হন্না য়োক্কে হায়ববদি, পযা-চেপশিলোং, শঙ্গাই য়াইনপলোং, ফুমদি হামৎলোং, চোম্লাং খোঙথীললোং, লোংলেন খুত্তা পাযরগা লেমলৈ ঙাচং তাল্লো, ঙৰা কৌবা ঙাবু ফাববদি ঈশাইফু মনুংদা হাপচিল্লো, ঈশাইফু মখুম খুমদুনা নুমিৎ শীংবুম তরেৎনি থম্মু, তরেৎনিশুবা নুমিত্তা মখুম হাংদোকউ, নমোম লাংলেন নচাগুম লাংওল্লক্নি তাকপীবম্ববু লাইববা-লাইরবী অনিমক্না, মমোম লাংলেন মচা ঙৰা কৌবা ঙাবু ফারে, ঈশাইফু মনুংদা হাপচিল্লে, নুমিৎ তরেৎনি থম্বদা, হয়েং ইনুং ঙাল্লবদি তবেৎনি শুগদবনি, তরুক্নি শুবা নুমিত্তা ঈশাইফু মখুম হাংদোকলুবদগী, পোম্বী চেক্লাগুম লাংওলক্লে, লাইরবী-লাইরবা অনিমক্কি ফিয়ানখোক্তা তোংলে হাযবগা পোম্বী মখৌ পোংনা চেক্লা মথিক চোযনা, চেক্লা মচিন্না তেংনৌ য়োৎকোন মানবা চেক্লে, চেক্লা মখৌ চা[১] ঙাং তৈবা চেক্লে, চেক্লা মমিৎনা তম্ফা হৈকোই মানবা চেক্লে, চেক্লা মচুনা ফিগে লমশাং মচুনে, কদা লাইরবা মপল পঙ্খৌনা মমোম মচাবু য়েংলগা, ইপাগী ইমোম লাংলেন ইবেম্মা, ইপানা নোংমগী কোরৌ অমত্তা ইপাগা ইচা ওইবীগা তবা চিন্দম্মীন্নখিদে, ইপাগী খুবাক ময়ায়দা চেঙগী মচং তবেৎ হাপকে, তরা চউমদববু - তরা চউম্বা শক্কে চারুরাও হায়রক্লবদা, মপল পঙ্খৌগী য়াৱাবু তাবদা পঙ্খৌ মপাগী খুবাক ময়ায়দগী চেঙগী মচং তরেৎ খুনলে, পঙ্খৌ মপাগী মশক য়েংঙগা কেজৈয়ে - পলেম মমাবু

---

চা[১] ঃ চা হায়বদি চাজুম নম্বদা শীজিন্নবা চা অঙাংবা অদুর্বুনি

য়েংঙগা নোয়জৈএ, পস্থৌ মপাবু য়েংঙগা কেজবা, কেজবা-নোয়জবা অনিমক্তবু লৌরগা, পলেম-পস্থৌ অনিমক্কা মচাগী মমিংবু চেক্লা "তেননোয়" হায়না মিংথোল্লে। পোশ্বী মরক্তা তিনগনি, চেক্লা মপাংলক্তা য়াওখিগনি হায়দনা `মৈগীতোন কক্লে, 'শাগী তোন কক্লে, চেক্লা মাবু তাইবং মীরোল তম্বীরক্লে, পস্থৌ কৌবা হৈরক্লে - পলেম কৌবা হৈরক্লবদা পোশ্বী মপাং অমা লাক্লে, চেক্লা য়েৎকা-ওয়গা তোংলম্মে, চেক্লা পীগা-পাগা ওইনা চেক্লা চাদা-নৌদারকপনা চেক্লা তেননোয় মচা-মশু চাদা-নৌদাবকপনা, খাদা মদোম চাওবা ব্বাংব্রেলগী মশুমাংদা তলা-চাওথোইবা - পামেল ব্বাংথোইবদবু তোংলগা, ইনুংবা শীংখোং তে-তে য়াকা-কৈখরে। ইবুংঙো! অব্বাং কৌব্রু মরমখৈদা ইনুং ঙাল্লে পাওতাকপা চেক্তি চীঙগী নোংনাং মচানা তলা চাওথোইবদবু তোংলগা, ইনুংবা শীঙখোং নিং-নিং যাকা-কৈদো। ইবুধৌ-ইবেম্থৌ অনি ঙসি ইনুংঙাল্লে পাওতাকপা চেক্তি *(হরাওরিবা লাই-লাইদুগী মফম-মফমদুগী মতুং ইন্না ক্বাকপু ওইরে নত্রগা অতৈ উচেকপু ওইবে মদুগী মমিং থাদুনা শক্কনি।)* মতালোক্কি নাম্মিবনে, মস্তক্শোয়গী খাঙ্গোনবনে খোয়নৌ অনিমক্তবু হৌনরে হায়রগা চীংঙু মথৌ তেকপা য়াবা নত্তে, খোইয়ুম লাল্লুপ তেকপা-কায়বা য়াবা নত্তে, চীংঙু মথৌ চৎশি হায়দনা মতালোক্কী নাম্মিবনে মস্তকশোযগী খঙ্গোনবনে খোযনৌ অনি হৌনরে হায়রগা, নদাইরেম ওইবনা হৈগী হৈনম লৌবা-লৈগী লৈনম লৌববু ব্বাংলেন মিকুপ অমতং শৈথাজবক্লে, আ-হা: নোংঙাল্লমদাইদা শীৎপা নুংশিৎনা লৈচিন পোকপনা নুংশিৎনে. অয়ুক যেন্দা অঙনবদা শীৎপা নুংশিৎনা লৈচিন-লোকপা নুংশিৎনে, নুংথিল তাল্লক্তা শীৎপা নুংশিৎনা পলেম-পস্থৌগী কোরৌ মৈশা লোকপনে, নুমিদাংব্বাইরম শীৎপা নুংশিৎনা পলেম-পস্থৌগী শাম্বা পাঙ্গল হাপ্পনে, খঙ্গোনবা লৈনা হুম্লকলে, নামিবা লোইরোই ইনলক্লে, নামিবা-খঙ্গোনবা অনিনা হৈগী হৈনম পুরক্লে, লৈগী লৈনমনিবু অসিনা ইনুং ঙাল্লে পাওজেল্লরে, ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিমক সনা ফম্বালনিবু থক্তা ইনখোং-ইনলিগুম শোইনদা, হঙ্গেললিগুম পাংশোই নাইদা, থবি অনি চিনলোক্লবগুম - থবা অনি চিন্দিন্নবগুম অহিং নোংলেন নোংশোয়বা, খোংলেন মঙসনা মঙদম্বীববু ইনুংবা ঙাল্লে ব্বাঙাল্লে, নিংথমগী ফিজি-ফিনাতোন কাঙবীরো, চোম্লাংগী লৈনা মক্তবু হাইদোকসে, ঈফু মাইতেং তম্বীরো-ইরু শাইতেংমক্তবু তম্লশি হায়দনা নদাই ওইবনা অয়ুক য়েন্দা অঙনবদগী হৌদুনা

লফুৎ ফমজিনলাংদা ফম, ইবুধৌ মোইবাং থাঙজীঙ মখুৎশু খুংগী লমইন থাদা পম্, চৈজিং তুংকোন য়েৎনা পায়, শবিক চোমজাও যান্, মবি লিশবনে-মবাং লাঙশবনে, শামদোন অযাঙবা শাম্মৈ অনি কাবন্না, লৈনুং থবোনিবু অশৈবনা ইনুংবা শীঙখোঙ লিবি যাকা - কৈজবনে, চীংঙু নথৌ চঙবনা - খোইযুম লাল্লুপমক্তবু কাবনা খাবী শিঙদা চনবী- অমাই লাদা যেকপী, চমলৌ নংগী লাথাবোই, শীংঙেল নংগী লৈবাং লৈন্থললোযনা চীংঙু নংগী নথৌ চঙলক্লে, খোযুম লাল্লুপ চঙলক্লে, নবুবেল হৌবো - খোইযুম লাইবেম্মা যাহৌবোনে ইমাও!

আ-হা: নদাইবেম পুন্নমক্লা চীংঙু নথৌ খন্না-খোইযুম লাল্লুপমক্তবু কাবদি পা-গী পাথোইববু নিবনে, পু-গী পুথোইবু নিবনে, পাথোইবা-পুথোইববু পীবিবম্মু, কুমশি পোৎমা পোক - নোংমৈ পোৎনি পোক, মথং মথং পোক্লকপনা তাঙ্খোং মযুং কোইবা লেংথোং মফে পাকপা পীবীযু হাযদনা চীংঙু নথৌ খনবনে, খোইযুম লাল্লুপ কাবনে। নদাইবেমদি মতাং অশ্বাইদা তেনজবগে, অসিগী মখাদা কোন্দে খুচুম মাইবনা চীংঙু নথৌ খল্লশনো, খাবী শীঙদা চল, অমাই লাদা যেকপা - চমলৌ নংগী লাথাবোই, শীংঙেল নংগী লৈবাং লৈহুল্লোইনা চীংঙু নথৌ খল্লসনো - খোইযুম লাল্লপ কাবসনো। ননাইগী খোঞ্জেল যাইবীবেল শিদবা শ্বব শাংনা চৎখিবা শ্বব শাংনা হঞ্জিঞ্জগে, শ্বব তেন্না থোকখিবা - শ্বব তেন্না হঞ্জিনজগে। হযিচাসু - হযাপা, হযাচাসু - হযিচা ''হযি-হযা-হযা''[১] হাযনা পোথাবীগদবা মঙাযবে।

ঃ ঃ-

হয়ি-হয়া-হয়া[১] ঃ লাইবোই নুমিৎ ''হয-হয়ুম হয়ুম'' হাযগনি।

# অনোয়রোল

হযিচঙৈদা নোযর্বাদি মেনা বায়না নোযয়ে। হে তাংসু শমনা নোযর্বাদি মালেম মদা নোযযে। মদাইমদা নোয়য়ে। লমলেল মহৌ চীংদা নোযয়ে। মহৌ ফাইবোক চীংদা নোয়যে। নোযর্বী নোযতম চীংদা নোযয়ে। কোন্দে খুৎচুম মাইবনা নোযযে। হে লাইকল চীংদা নোযযে। পুযতিংঙা তাংকা চনুনা নোয়যে। হে শাযোন চীন্দা নোয়যে। যোযবু তোযবী কৌবীবু নোয়যে। তোইবী তাংকা চনুবু নোযযে।

তাংকা নুবী, পুর্যতিং ব্রাকপু নোযযে। খুযোই ফূর্ইদং লৌবী, খাবী লেংনাউ মোম্বীনা, মপল লাইবু যু কৌই। তাউবোযনাইবু যু কৌই। হনবা লুক থুংদবদা, হনু লুকথেক্তবগী, নহানুবী নুংদা, লিলগাম লাইগাম লাইদুবু, পক্লা তাইনা [illegible]লে, তোইবী তাংকা চনু, কোবৌ নোংতং লেংবীনা, খাবী মথিবু নাইবে। [illegible] মবাঙবু হৌবে।

[illegible]বেম ফুনিঙশিংবীগা, খুনজান বান্নিঙশিংবীনা, চামলৌ লাপোৎ পনা, লাপোৎ [illegible]না, শিঙপোৎ মঙা য়াওনা, হে চেনগে চের্নাশিনখিয়ে। হে পাংগে পা[illegible]শর্নাখিযে। মানবী নিংতেক মদুগা, কোবৌ ল[illegible]ইহনবীগা [illegible]গী মবী পাযনা, [illegible]গী মবী থিনা, খিকমবোকনা খিকপাদ শাযাই [illegible]যাইবু খিকখৎলে। খিবমবোকনা খিকপাদ হনবা হনুমক্তনা হে খিক্রী খিকখবে। হনবা হনুমক্লা পোকমবক্লা পোকপদ হে পাক্লি পোক[illegible]।

মহৌ মহৌ পোকযে। মহৌ ফাইবোক চাংদা খাবী লেংনাউমোম্বীনা, তোইবী তংকা চনুনা থিংলৌ নিঙনা তেনা মপল লাইবু যু কৌযে, লাইবেল লাইবু যু কৌযে। তাউবোযনাইবু যু কৌযে হনু লুক্লা থুংলে। হনু লুকথেক্তবসু হনু লুক থেকলে। নহা নুবী নুংদগী লিনগাম লাইগাম লাইদুবু হে পাক্লা তাইনা লাইকোকলে।

তুবী ঙাঙযেক চনু খাবী লেংনাউ মোম্বীনা অমাঙ্গ মবাঙ হৌনা হে লৈয়োন চীংদা কোন্দে খুৎচুম মাইবনা হে লাইকল চাংদা নোয়র্বী নোয়তম চীংদা, যোংমু

শরম চীংদা, তংকা নুবী পূর্য়াতিং ব্রাকনা খুয়োন পুইদিং লৌবী তৌলা নোংতম লেংবীগা মপল লাইবু নোয়য়ে। লাইরেল লাইগা নোয়য়ে। তাউরোয়নাইগা নোয়য়ে। খোঙশিং মাপল হৌনা নোয়, খুৎ থেক্লা নোয়বু নোয়তময়ে।

নোয়ম লাংবু নোয়তময়ে। নোমনা ঙমদম হৌঙৈদা, শাবি লৈরাং মশেন্না নুওক পাইবং মশেন্না, খুবিং খুবাই মশেল, খৈরোই যুচেং মশেল, হুয়রি যাবাইখোং চাদুগা লাইখোং লাইতিংচাদুগা শিঙজঙ ব্রাখায় য়াওনা পিথেক পিথাও য়াওনা তোইবী তংকা চনুগা মপল লাইগা নোয়তময়ে। লাইবেল লাইগা নোয়তময়ে। তুবী চাগা নোয়তময়ে। খোঙশিং অমরকতা মহৌ ফাইবোকচিঙদুবু হে নোয়গি নোইখায়য়ে।

তুবী চানা নোয়বদি চারেম্বনা নোযবদি নোয়চুনসে। নোযচুনসে লাইয়িংথৌও, তুবী চানা নোয়বদি. লাইবেম্মনা নোয়বদি চারেম্বনা নোয়ববু শাবিবেন্না নোয়তময়ে। শবি য়াম্বা মঙাই তোম্বা, নোংদা চিঙখল যাংনা লাইরেল লাইগা নোযতময়ে। তাউরোয়নাইগা নোয়তমঙে মথংলেন্না নোয়ঙৈদি মরুমবীনা ঙৈনোকনৈয়ে। মরুম্বীনা নোযঙৈদি মপারিনা ঙৈনোকনৈয়ে।

ইংলা গালেম ইমাও, চানোইবদি নিঙথিয়ে, শারেল য়ানা চাওইদা। হে ঙৈনোংনৈয়ে। শবি চিঙদা নোয়বা, ঙৈনোং চিঙদা নোয়বদি নোয়চুনসে। নোয়চুনসে লাইনিংথৌ ও, হয়িঙৈদা নোয়ববু মৈনা ব্রাইনা নোয়য়ে তাংনা শমনা নোয়য়ে। কোরৌ তোন্দা নোয়য়ে। নোংমদোন্দা নোয়যে, খোইমোম পাক্তা নোয়য়ে, লাইরৈপাক্তা নোয়য়ে। নুংনাং কোনদা নোয়য়ে। কৌখং কোনদা নোয়য়ে।

খোইমোম লাইগী লৈবাক্তা কোরৌ তাশিন লৈদা, ব্রাংবল তাংদতৈদা, চীঙঙু নোংখনলেন্দা কোরৌ ঙান্না নোয়য়ে। নোংদোল ঙান্না নোয়য়ে। নোংথৌরেন্না নোয়য়ে। সোরারেন্না নোয়য়ে। খাক্পা নিংথৌ তেনহৈবা, ব্রাংবা নিংথৌ পানচুম্বা, চীঙ্ঙু নোংথৌ য়োয়রেনবা, তলমু ফমশিংপা, মালং লৌতম হুম্বা, লাইবক খেল্লাই ইনবা, কোরৌ নোংখোয় ফম্বা, নুঙ য়াইবিরেল শিদবা, য়াইবী মখোয় লেপ্পা।

খাকপা পুরৈরোম্বা, চীঙঙু পুরাং নাগাবা, খোকমরদ্ধি ওন্তেবা, খোকয়ারোক হলব্রাইবা, চীঙ্ঙু নোংথৌ সোরারেল, কোরৌ নোংথৌ লোংশাবা, ব্রাংবা নিংথৌ লিহৈবা, খোইয়ুম লাইগী লাইনিংথৌ, খোইয়ুম য়াইবী হৌগি চিঙ্ঙু থংবা

নোংনিংথৌ, খোইয়ুম পাখং য়োয়রেনবা, চিঙঙ্ লাংগোই মখুনেৎ, লাংগোই ঙৌবা হেনবা, শা মরি পানববু, লাংগোই খুনেৎনবা, কোরৌ চয় খাঙবা, ৱাংবা তেম্বা চুম্বা।

চিঙ্ঙু নিংথৌনা নোযযে। নোং পাখংনা নোয়য়ে। অতেংবনা নোয়য়ে। হে খোইমোম লাইরেম্মা মশানৌগা নোয়য়ে। কোরৌ লৈমনা নোযয়ে। নোংদোন লৈমগা নোয়য়ে। কোরৌ নোংদোল লৈমা, খোইথাং নোংখাই ফম্নী, কোবৌ লৈমনা নোয়য়ে। নোংদোন লৈমগা নোয়য়ে। নোংথৌরেনগা নোয়য়ে। সোবাবেনগা নোয়বদি মপারিগা নোয়য়ে। সনাহনগা নোযয়ে। পারিহনগা নোয়বদি হৈ খোইয়োম লাইয়িংথৌ চিংঙু হৈনা চাউবা, হৈনা নউ চাউবা, পামেল উচল হকপা, খোইমোম্ কোরৌহনবা, কোবৌ নোংদোল হনবা, নোংথৌ খোযবী হাইবা, নাউৱা খোইদাং শিৎপা, চিংঙু লৈশং খেকৱায়বা লৈরাং খয়োম লৈনৌবা, লাংগোই চুখাই তোংবনা, মপাবিনা নোয়যে। খোইমোম্ লাইনুবাগা নোয়য়ে।

সনালৈমগা নোযয়ে। থম্বাল লৈমগা নোয়য়ে। চিংঙুরেনগা নোয়য়ে। সোবারেনগা নোয়ববু চবৈ যিঙৌ লেপ্না তবাচা মাংদনা, চবৈ যিঙৌ খনা চিজং থম্না ৱাংলেল থিন্না নোয়য়ে। তথেং য়েনা নোয়য়ে। শেনফাং মৈনা নোয়য়ে। মোং খুং থিনকামননা, শবিক নোংদম খিংনা সনা চোংলেন খান্না থাংনা, মংথৌ ফানা, চীংঙু তম্না নোয়য়ে। মঙাল তম্না নোয়য়ে। খোইমোম মালেম তম্না নোয়য়ে।

কোবৌ কুপ্না নোয়য়ে। কুপ তুম কুপ্না নোয়য়ে। লংদুম লংনা নোয়য়ে। কোবৌ নোংদোল ঙান্না, চিংঙু মঙাইবোয়দুগা খোইমোম মশিংশাংগা কোরৌ লাইবুংথৌশিংগা, চিংঙু মাযকৈ ঙাকপগা মায়কৈ শুংদাই ঙাকপা নৈথিং নোংথিংবগা, চিংঙু শেমদম শেম্বা, হুপলেল য়াইবী মশেনা মৈবী হাজন তোংয়াওন নোংলৈ ঈরৈ মগেল, মালেম লৈশুবা, কোবৌ নোংলি চিংবগা কাপ্তুবনা নোয়যে।

লৈখৈবনা নোযয়ে। চিঙলোন লোয হৌনা অপোক চাদা য়াওনা, চাদা লাইহুই য়াওনা অশং অমাল য়াওনা, অতোং অয়েংবনা কোমৌলেন্দা নোয়য়ে। নোংখোয়লেন্দা নোয়য়ে। নুংনাং যাকোন্নুংদা খোইয়ুম লাইকুপ তিন্না খোইমোম তিন্না নোযয়ে। ঙাইরোয়ননা নোয়য়ে। নোংতিন্ননা নোয়য়ে। নোংতিন্ননা নোয়বদি চিংঙু নোংথৌ সোরাবেন, কোরৌ থংবা নোংনিংথৌনা মাদা লাংনা নোয়য়ে।

খোইমোম কৃপ্তুম কৃপ্পা চিংঙু ভান্দূম ভান্না কোরৌ থৌনা নোয়যে। নোংথৌবেন্না নোয়য়ে। কোনখৈবনা নোয়য়ে। অতাম্বনা নোযয়ে শঙলেম্বনা নোয়য়ে। অথাপ্পনা নোয়বদি তুমিংনা চাউনবা নোযযে। নুমিৎ চাউনবা নোয়বদি পালম পাক্লবা নোয়য়ে। মন্না পাক্লবা নোয়য়ে। কোরৌ কুপ্পা নোয়যে। নোংলী তুপ্পা নোয়য়ে। খোইমোম থৌনা নোয়য়ে। লাইয়িংথৌনা নোযয়ে। য়োযরেনবনা নোয়বদি নোয়চুনেসে। নোয়চুনেসে লাইয়িংথৌ।

## চকপা অনোংবরোল

হয়িঙৈদা নোযবদি সোবারেন্না নোয়ববু চকপবেন্না উরকযে। চকপা মায়াদা কোরৌ নিংঙখমতোন, লাইশা য়াওবৌ শজিবু, লাবা খুমন পুবা, য়াংদৌ শাবম লীবনা কোরৌ নম্বু তানখৎলকলে। নোংগারমদা তানখৎখিঙৈ, খোইমোম থৌনা নোযয়ে। লাইয়িংথৌনা নোয়য়ে। সোবাবেন্না নোযঙমযে। অহোঙপুঙবু নোয়ঙমযে।

পঙফা পুঙবু নোয়ঙময়ে। পুল্লাং নোয়বু নোযঙময়ে। যাইফা নোয়বু কোবৌ চিন্দগী পুবকয়ে। কোরৌ মথোঙ চিন্দগি ব্রাংবল মব্রাক চিন্দগী থেংনাংদা উরকয়ে। শজি তানবনা উরকয়ে। কুবাক তানবনা খঙলকয়ে। চিঙথং নোংথৌ পাখংবনা নোয়য়ে। য়োয়রেনবনা নোয়য়ে। নোংথৌবেন্না নোয়বদি সোবারেন্না নোয়ববু চকপরেন্না নোযতময়ে। শব্রাংবনা নোয়তময়ে। মযুম হেমচেং নাকং, চকপা মনাইকোন্দা চকে ফিজঙ খন্না মিঙৌ থাখন্না চকপরেন্না নোয়য়ে। সব্রাংবনা নোয়য়ে। মেথোং হুনাংঙমিংদা হয়ি-হয়া তাংনা হেমচেং চীংদা নোযযে। শুপ্পা চিংনা নোয়য়ে। চকপাচা পাখংবনা হেমচেং চনুবাগা চকপা য়ুমলোয হৌনা কোবৌ নোয়বু নোযয়ে। খুনাং নোয়বু নোয়তমযে। হেমচেং নোযবু নোয়তময়ে। চকপা নোয়বু নোয়তমযে।

হয়িঙৈদা নোয়ববু কোরৌ শম্না নোয়য়ে। ব্রাংবল ব্রাইনা নোয়য়ে। মৈনা ব্রাইনা নোয়য়ে। তাংনা শম্না নোয়যে। নোয়না হৌনা নোয়য়ে। ঙমদম হৌনা নোয়য়ে। খোইমোম থৌগী নোয়দম্না লাইয়িংথৌগী নোয়বদি নোয়চুনবে। নোয়চুনবে লাইয়িংথৌ।

## পাম্বোইবী অনোয়রোল

হয়া হে, হে খোইমোম লাইরেম্মা তমপা ব্রাঙমলোল পাম্বোইবী নপল তাংশকতা, নদু মীথাদবী, লংমাই খুবাক্ত মৈতে লৈমা অঙৌবা য়ুমলেল লৈমা, কংলৈ পুঙফা নীকপী, য়োয়বু ভোংঔ কৌবী, তোইবী তংকা চনু, তংকানুবী পোইতিংব্রাক, তমপা খাবী মপাউশাবু তন্নী, নশাবী কোরৌ খোঙশোম্বগা কোরৌ নোংদোন ফাও, মালেম লৈখা তুনা তমপা পাউদোয়ননা সনা য়োয়বু খেলাং নহৌশানা মালেম লৈবাক ঙাকলিবী তমপা ব্রাংঙমলোল য়োয়বু নোইনু থুমলৈমা, য়োয়বু তোনদৌ তুংয়িনবী, তমপা শকতোং ঙাকলিবী, লালফম মায়য়োক লেপলিবী, তংকা নশাবি অঙৌবা কোরৌ খোঙজোম্বগা মালং য়াইবি ফেনজিন হুমওইননা নয়ুম শেল্লোয় লৌরেন্নবা চাইজি লৌবাং চান্দা খালৈ লৌকুময়ে। তমপা কোরৌ অব্রাংবীদি তাংখুল শারম নুরাবীবু ওইনা শালওনখিয়ে। চিনফি খানীকনা লাইফি খোয়দোম্লনা, চিক্লা য়াওরুম খোং ফকচাং শমখোমননা, কোনঙৌ পনচি শি, লিক্লাই নাথংনা, খোতাক মাঙয়িন্না হাওশম তুংথাংননা লংমাই চিঙনুং চাদ লৈবু চুবা লৈথোন তৈনা খালৈ লৌতাখিযে। নশাবি অঙৌবা কোরৌ খোঙজোম্বদি তাংখুল হূয়তোক পাখংববু ওইনা শালওনখিয়ে। চরৈ শেৎকুমনা মাললৌ য়ুর্চিংনা শম কৈথেৎনা, বাকতং নাশিনা, চুনু। লাললৈ থেম, হুয়রাং লুংফান্ চল, কুরাউ ফাল লংথাংনা য়াইরী খাংথোমনা তাংখুল লোইরোই খোম্লা থাঙ মচিল হাইনু কৌবী মিকৌ থাঙ, থাঙলেন চিনী লোঙববু তুংশেৎ নামৈ য়েপ্পা তাংখুল য়াইরোং লামিববু চরৈ লেংদোল য়ান্না চেংগা। খোকনিংনুং থৌদু খুংব্রাই থাং শাফবনা পানবা কেথৌইন থৌদু নুঙদা শকলে। তমপা ব্রাংঙম লোন্না থৌদু ঈপক পুঙবু লংমাই পোম্বা শেল্লোয় থাঙগাবা নিংথৌ সনা অসি খোইরুগুম্বনা চিঙশেৎলম, খোইমোম লাইথুপ ফমদা থৌদু নুঙবু থমলময়ে। পানবা খোংদুম খোং, কৈরেল লাউদুম লাউরে। তাওবা থেল ওঃ তৌনা কৌয়ে।

পেনা শকপগী অনোয়রোল শৈশক মতাং অসিদা লোইরে।

(পেনা অনোই - আর কে অচৌবীসনা। কুম ১৯৯৭)

# লোং খোনবা

পয়া চেপশি লোংনিদা, শঙ্গাইনিদি য়াইনপ লোং, ফুমদিনিদি শাগৎলোং, চোম্লাংনিদি থোংথিললোং, মবেল লাইস্না চেপকোৎলোং, মশাবী সোংদা লাইরেল পাখংবা, য়াইবী থরায় খোনকৎলোং, লোংলেন খুত্তা পায়দনা, মশাবী মাবখোঙ্গুলনা লিরকপা, খাখোংদা লোংবু খোল্লিনে, হুপনৌবী মচা অমা লক্‌ইনে, ঐদি নংবুদগা খোন্দেয়ে, ঐগীদা ঈশাবীবু খোনবনে, ঐগীদা ঈশাবীবু উবরা ? অসুনা যাদিনা হংলকলে, হুপনৌবী মচা অদুনা, ঐদি নংগী নশাবীদি উহৌদে, ঈবেম্মবু চীঙন যেংলগা, মমিংনা খানা-খানাদ যেংঙক্লে, ঈবেম্মনা হুপনৌবী য়েংলগা, খোইনৌ ইতানগা নশাকসে, পায়মা লিঙজেন্নগা খামনলে, খংদে-উদে হায়রগা মরোয়বে, নমিংনা খানদগা য়েংঙকলে, হুযেংনগা পোইবৈ চাদোন্নগা-শুদোন্নগা, পোইরৈ শৈশকনহৌবো, রাংবন্না তেংথানহৌবশনো, খোইনৌ নমিংনগা খোল্লমগে, হুপনৌবী নংগী নমিংনগা অসিদি, "ঙাখা" হায়নদগা মিংথোনগে, ঈবেম্মনা অশুম্নগা খোল্লম্লে। লাইখোংদা লোংনিদগা খোনবদা, হুপনৌবী মচা অমসু লকলেনে, ঐদি ইতা নংবু খোন্দেয়ে, ঐগীনা ঈশাবীবু খোনবনে, ঐগীনা ঈশাবীবু উববা ? অসুম্না কোল্লোয়নগা হংবদা, নংগীদগা নশাবী উহৌদে, মূনমূনদগা যেংঙক্লে, মমিংনগা "মূক্লাং" হায়নদগা মিংথোল্লে। মরোংনগা খোংদা লোংখোল্লে, হুপনৌবী মচা অমনগা লকলেনে, ঐদি নুংবুনগা খোন্দেয়ে, ঐগীনগা ঈশাবীবু খোনবনে, ঐগীনা ঈশাবী উবরা ? অশুম্না যাদিদগা হংবদা, নংগী নশাবীদি উহৌদে, নোয়ন-নোয়ন্দগা চংখিয়ে, ঈবেম্মন কোল্লোয় মমিংনগা থোল্লক্লে, "ঙানোয়" হায়নদগা থোল্লিয়ে। চরোইনগা খোংদনগা লোংখোল্লে, হুপনৌবী মচা অমনগা লকইনে, ঐদি নংবুদগা খোন্দেয়ে, ঐগীনা ঈশাবীবু খোনবনে, ঈবেম্মগী লোংলেন্নিদগা অদুগা চোংল-ফন্নদগা খাঙবদি, মমিংনা মূন-মূন্নগা য়েংদনা, ইবেম্মনা য়াদিনগা য়েংলগা, হুপনৌবী মাগী মমিংনগা থোল্লম্মে, ফৈনাচোংন লাকইনগা হাযদনা, "পেঙবা" হায়নদগা মিংথোল্লে। চরোইখোংনগা

লোংখোনবা "পেঙবা" হায়নদগা মিংথোল্লে। য়াম্বীখোংনগা লোংখোল্লে, হুপনৌবী মচা অমনগা লকইনে, তাইবং মীওই মতৌনগা লৌদনা, মশক্লা মুনাদগা লকইনে, মওংনা মতৌনগা লৈতেয়ে, "ঙমু" হায়নদগা মিংথোল্লে। ফিশুখোংদনগা লোংখোল্লে, ঙৌনা অমসু লকএনে, মমিংনগা "ঙাহৌ" নগা হায়না মিংথোল্লে, ঈবেম্মনা লোংদিনগা খোনবসে, ফিশুখোংদনগা লোংখোনবা "ঙাহৌ" হায়দনগা মিংথোল্লে। ফিশুখোংদনগা লোংখোনবা, ঙাহৌ মাবুনগা থন্নম্মে, লিলহাখোংদনগা লোংখোল্লে, হুপনৌবী মচা অমনগা লকইনে, ঐদি নংবুনগা খোন্দেয়ে, ঐগীন ঈশাবীবু খোনবনে, নংগী নশাবীদি উহৌদে, হুপনৌবী মচামানা চৎখিবা, লাইজা ঈরোলনগা নুংদুদা, তেনজৈবু কাপ্লদগা চৎখিয়ে, মমিংনগা "ঙাতেল" হায়নদগা মিংথোল্লে। মপালখোংদনগা লোংখোল্লে, হুপনৌবী মচা অমনগা লক্পদো, চাওনা-শাংনদগা লকপনা, হয়েংন পোইরৈ চাদোন্নগা শুদোন্না, পোইরৈ শৈশকনগা নহৌরো, ৱাংবন তেংথানগা নহৌরো, শরেন্ন ঙাদি ওইহৌরো, নমিংন "শরেং" হাযনগা মিংথোনগে। মনুংনগা খোংদনগা লোং খোল্লে, হুপনৌবী মচা অমদগা লকইনে, ঐদি নংবুদগা খোন্দেয়ে, ঐগীনা ঈশাবীবু খোনবনে, ঐগীনা ঈশাবীবু উবরা ? নংগীন নশাবীদি উরম্মী, শায়বনা কাঙ্গোলগা মখাদা, ময়াঙলেন্ন কোমৌ নোংদোন্ন লৈগপকহৌই, মপুক্লা মালেমদগা নগুনা ময়ানগা কবা খন্দনা, কোবৌনা মৈশাদগা খাঙহৌয়ে, অসুম্না য়াদি পাওদমমে, হুপনৌবী মচা মাবু য়েংলগা, ঙাইখো-ঙাইখোনে ইতা-ও, নংগা ঐগা ইতানগা শান্নশে, ঈশাবী লৈফম ফাওবদগা পুবীয়ো, ঈবেম্মনা অশুম্নগা থেম্বদা, হুপনৌবী মচা মাসু য়াবীরে, ইবেম্মবু চিংদুনা পুরকপা, শাম্বনা পাঙ্গলনগা শোনবনা, হুপকিনা হুপতোন্দগা হায়দোকচৈ, তৌগীনা তৌদোনগা হায়দনা, ইবেম্মবু চিংদুনা পুরকলে, ইবেম্মনা য়াদিনগা য়েংলগা, ঐদি য়াম্না কন্নদা চৎনির্ংঙি, খোইনৌ নংদি তপ্লদগা চৎলিদা, খরাগা কন্ন-কন্নদা চৎশিনে, অশুম য়াদিদগা হায়বদা, হুপনৌবী মচা মানাগা খুন্নক্লে, ঐদি শাম্বা পাঙ্গলনগা শোল্লিনে, শাম্বা পাঙ্গলনগা শোনবনা, তৌগী-তৌদোন্নীগা হাইদোকপা, হুপকি-হুপতোন্নগা হাইদোকপা, কন্নদা চৎপদগা ঙমদেয়ে, অশুমনিদি পাওদমজৈ, চংশিনলকউ লাওনে ইতা-ও, মাগী মশাদগা য়েংবদা, হুপনৌবী মচা মাগীদগা মকোক্লে, য়াদি খোৎন-নৌনদা লৈবম্মে, অসিনা পাঙ্গলনগা কল্লরোই, নংগীনা নকোক অসে থোৎক্লেনে, অশুম য়াদিদগা ঙাংনৈয়ে, তৌগী মতোন থিনলেদনা শিগনি, হুপকিনা মতোন্নদগা থিনবসু, ঐগীনা য়াইবীদগা মাঙগনি, অশুম য়াদিদগা

খুম্লক্লে, ইবেম্মগী খুৎনিংথৌদা শীববু, চরোৎনগী খুদোপ মাবুনগা লৌথোক্লে, হুপনৌবী মচা মকোক্তা উপশল্লে, শম্বা পাঙ্গলনগা কল্লেনে, ইবেম্মবু চাঁওন্দগা য়েংলগা, খোইনৌ ইতাদগা চান্নবী, নংগীন নশাবী মনাক্লগা য়ৌনবা, য়াদি কন্নদগা চৎলশে, ইবেম্ম চিংদনগা পুবকলে, নুংজেং পাৎতিদগা য়ৌবদা, নংগী নশাবী অদুদি, শাযবা কাঙ্গোল মখা অসিদা, কোবৌনা মৈশানগা খাঙহৌবা, য়াদি তান্নদগা লৈবনে, চৎলো-চৎলোদনা তাকপীবে, হুপনৌবী মচা মাবুন যেংলগা, ঐবু চিংনদগা পুবগী, নংনা ঐবু চিংঙকপা, পোইরৈ শৈশকনহৌরো, ৱাংবন শৈথানহৌরো, নংগী নমিংনগা অসিদি, লৈশ্রা ঐবু চিংদনা পুবগী, নমিংনগা "ঙাচিং" হাযদনগা মিংথোনগে, চৎলো-চৎলোনে ইতারোই, অশুম য়াদিনগা থনমমে, ইবেম্মনা লোংনিনগা পায়দনা, নুংজেং পাৎতানগা লোংখোনবা, ঐদনা লাইনিদগা খঙহনগে, তাঙজনা লিলহাদি ওন্দনা, ইবেম্মগী লোংনিদাগা লকলেনে, ইবেম্মনা ইমাইপেম্মা মাঙলেনে, ঐদি ঈশাবীবু থিবগা, য়াদি তন্নদগা হাযববু চাঁওঙুনগা মায়োক্লগা ফাকবে, খোইয়ুম্মগা মায়োক্লগা থাকরে, তিনজু-লাইচুনরগনি, অশুম যাদিদগা হায়দনা, লোংলেন যাওনদগা হুন্দোক্লে, ইবেম্মনা যাদিনবু চেল্লক্লে, পলেমনি মমাদবু পাওদম্মী, পাওদম্মী -ই-ই পাওদম্মীদা।

অসিনা মখা লাকপদা, ইখুন্ন খুনবুনগা পুম্নমক, হবাওনা মথোইনগা কাবদি, থৌদোক কুশ্মোনগা শান্নবা, মাইকৈ মনিনগা লোংখোনবা, তিনমুনবু ফওন্দগা হোইদোকশে, লাইমু ফত্তবদগা কল্লোকশে, অফ-নুংঙাইদগা লৌশলশে, পুন্সি নুংশাংনগা লৌশলশে, ঙাহোং-চাহোংদগা লৌশলশে, অশুম যাদিনগা খোনবনে, মাইকৈ মরিনগা খোল্লক্লে, শুংদায নিপালনগা খোল্লগা, নুংতি নুমৎনগা খুদিংগী, লাইবৌ লাদিনগা মথক্তা থৱাযনা হামচৎনদনা, মিবেল হামথোইনদনা, চীংঙু লাইনিংথৌ (লাইগী মমিং) খোইমোম লাইবেম্মা (লাইগী মমিং) যাইবী থৱাইদগা খোনজিল্লে, হো খোনজিল্লে - খোনজিল্লে দা।।

-ঃ ঃ-

# হোইরৌ হঞ্জিনবা

(হোইবৌ হঞ্জিনবা অসি লমলেল চীংনুঙহুত্তগী ইমা লৈমবেল শীদবীনা ৱাগৈ হি ওইবীদুনা ৱাগৈ হি অদুদা থৱায অচংবা মিবেল হামফোইদবা খিবিকপু হাপকৎলগা তুবেল লুখাইগী ঈবম তুংইনা হৱাওবিবা লাই অদুগী হিদেন তাফম ফাওবা হোনগৎলক্কনি। অদুবু লাইবিক অসিদা জৱাহবলাল নেহরু মণিপুব ডান্স একাডেমিগী মহৈবোর্যশংগীদমক্তা কান্নজনবা একাডেমিগী মনুংদা ইবাৎচবিবা ইবুধৌ চখাবা ইবেঙ্কৌ লিক্লালৈমা অনিগী হবাওবগী হোইবৌ হঞ্জিন্দুনা মিকোন-থাকোনবা ওইনা হাপচবে। পাবীবিবা মীয়াম্না খুদম অমনি খন্না পাবীগনি। লাইবৌলা থাফমদা ঙাইহাক থবাযনা পোত্থাবদগী মখা তাবা থৱায কোর্নাশিনবদি অতৈ-অতৈ মফমদা লাই হবাওবগী মিকোন-থাকোনবগা মান্নবে। খেন্নবা হায়ববু ৎমলেন চীংনুংহুত্তগী হবাওবিবা লাই লাইদুগী হিদেন তাফম ফাওবা ফাবকপা হিগাবম অদুগনি।

আ হোইবৌ উ, না আ ...আ আ আ:, হোইবৌ-হোইবৌ না... আ আ-আ:, হোইবৌ হোইবৌযে নগেদা অ:, লাইনিংথৌও..., ও:, হোইবৌনে সে নে।

আ হযা-অ:, আ-আ... আ-আ-আ., হযা হযা আ আ-আ:, হযা-হযাহে নগেদা অ·, যোইবুবীও হযানে, সে-নে শুম।

হে হোইবৌ ইপানা হোইবক্লে, হযা ইমানা যাবীবে, হে হযা-হযা যাবিবে, হযা। হে থৱায় মঙামক-মিগা থাগনিবু তরুকমক, লমলেল চীঙদগী চীঙনুংহুৎ, হুৎতং-ঙাত হুত্তচীঙ লমলেল চীঙনুংহুৎকি লমদমদগী থৱায হামচৎনদা-মিবেল হামফোইনদনা থৱায মঙা হিগাবসে, হে থৱায় মঙামক - মিগা থানা তরুকমক,তাইবং মপুনা খুমুযেৎ নৌ-দি ওইবে - পলেম ইমা লৈমবেল শীদবীনা ৱাগৈ হি-গ ওইনা থৱায় মঙা মি-গ থানা তরুকমক কাখৎলকএ। হে থৱায

মঙামক, থৱায়দগা হামচংনফবোই মিবেন্দগা হামফনফবোই থৱায়দগা মঙানিদা কাবকপা. লমলেন্দগা চীঙনুংহুত্তগী ক'বকপা লমলেননগা নাপৎ যৌবক্লে, ঈখাযদনা ঈখায় খুদিংদা শীঙভুত্তনা নাচোম যৈবম্মী, উচ্ুক্তগা খো'ফৈনিদা চল্লম্মী, থবাযদগা হিগাবকপদা লমলেন শেল্লৌনিদ যৌবক্লে, ঈখাযদগা ঈখাযনিদা খুদিংদা শীঙভুত্তগা নাচোমনিদা যৈবম্মী-উচুক্তগা খোংফৈনিদা চল্লম্মী, চীংঙুদগা লাইতাযনবম্মী, তিনমু ফত্তবদা খাম্বীহৌ-লাইমুদগা ফত্তবদা খাম্বীযু, চীংঙু তিন্দাইনবম্মী-খো'যুমদগা লৈতাইনবম্মী, লমলেন্দগা শেল্লৌনিদা থল্লম্মী, লমলেন্দগা শুগনুনিদা 'যৌবক্লে, চীংঙুদগা ইবুংঙো-ইবেম্মা, খা-নদা চাওবনিদা ৱাঙবুবেল, চীংঙুদগা লাইতাইনবম্মী তিনমুদগা ফত্তবদা খাম্বীযু, লাইমুদগা ফত্তবদা খাম্বীয়ু, চীংঙুদগা তিন্দাইনবম্মী, ঈখাযদগা ঈখাযনিদা খুদিংদা শীঙভুত্তনা নাচোমনিদা যৈবম্মী-উচুক্তগা খোংফৈনিদা চল্লম্মী, হে-দিনা থৱাযনিদা মঙামক, থৱায়দগা হিগাবকপনা লমলেন্দগা পোম্বীখোক্তি যৌবক্লে, ইমাদগা পাম্বোইবীদি লাইতাইনৈ, ঈখাযদগা ঈখায়নিদা খুদিংদা শীঙভুত্তগা নাচোম যৈবম্মী-উচুক্তগা খোংফৈনিদা চল্লম্মী, লমলেন্দগা পোম্বীখোক থল্লম্মী, লমলেন্দগা চাইবেলনিদা যৌবক্লে, ঈখায়দগা ইখায় খুদিংদা শীঙভুত্তগা নাচোম যৈরম্মী, উচুক্তগা খোংফৈনিদা চল্লম্মী, চাইবেন লাকপদগা তিন্দাইনৈ, লমলেন চাইবেন্নিদা থল্লম্মী, লমলেনদগা ৱাংঙু খুনৌনগা যৌবক্লে, হে দিনা থৱায় মঙামক মিগা থানা তরুকমক থৱায হামচংনফবোই, মিরেন হামফোইনফবোই, ঈখাযদগা-ঈখাযনগা খুদিংদা শীঙভুত্তনা নাচোম যৈবম্মী-উচুক্তগা খোংফৈনগা চল্লম্মী। লমলেন্দগা ৱাংঙু খুনলেন্নগা যৌবক্লে, তম্ফাদগা লাইবেম্বীদি ইমাবু, চীংঙুদগা তিন্দাইনবম্মী, ঈখাযদগা ঈখাযনিদা খুদিংদা শীঙভুত্তগা নাচোমনিদা যৈবম্মী-উচুক্তগা খোংফৈনিদা চল্লম্মী। হে-দিনা থৱায় কাবক্লে লমলেন ঈথাই খোংজীন যৌবক্লে, ফৌওইবী ইমাবু খুরুম্মী, চীংঙুদনা তিন্দাইনবম্মী-খোইয়ুমদনা লাইতাইনবম্মী, কুম্বীদগা ঈখাযনিদা অদুসু শীঙভুত্তগা নাচোম যৈবম্মী-উচুত্তনা খোংফৈনিদা চল্লম্মী। নোংমাইখোং মরিলনিদা ইনখৎলকপা, 'মুমলেনগী ঈখায় অসিসু শীঙভুত্তগা নাচোম যৈবম্মী-উচুত্তনা খোংফৈনিদা চল্লম্মী। নোংমাইখোং মবিলনিদা কারক্লে, নোংমাইখোং খুঙংনিদা যৌবদা, হিয়াংথাং লাইবেম্বীদি ইমাদা, চীংঙুদগা লাইতায়নরম্মী - খোইয়ুমদগা তিন্দাইনবম্মী। হে-দিদগা থৱায় মঙামক অরোংনগা ঈখায়নিদা কাখৎলক্লে, অরোংদগী ঈখায়নিদা থল্লম্মী, ঈরিলদগা ঈখায়নিদা থল্লম্মী। ইম্ফালদগা তুবেলনিদা

মবিলসু শীঙঙুত্তগা নাচোম য়ৈরম্মী - উচুক্তগা খোংফৈনিদা চল্লম্মী। লমলেন্দগা খোরদাক মরিলগা ইন্দনা, থব্রায়নিদগা মঙানিদা কারকপা, লমলেন্দগা খোরদাক মরিলনগা, ইনখৎলকপা, লমলেন্নগা লোক্তাকনিদা তারক্লে, লোক্তাকনিদগা ইশা মাপলনি, চীংঙু লোক্তাকনিদা ইশা নিপালদি, শীঙঙুত্তনা নাচোম য়ৈরম্মী-উচুক্তগা খোংফৈনিদা চল্লমগে। নম্বুলদগা ঈখায়নিদা অসিদা, থব্রায়দগা মঙা কারক্লে, লমলেন্দগা কোকচাইনিদা য়ৌবক্লে, ঈখায়দগা ঈখায় খুদিংদা শীঙঙুত্তগা নাচোমনিদা য়ৈরম্মী-উচুক্তগা খোংফৈনিদা চল্লম্মী। লমলেন্দগা ব্রাহেং খুমন্নগা য়ৌবক্লে, ঈখাযদগা-ঈখায় খুদিংদা, শীঙঙুত্তগা নাচোমনিদা য়ৈবম্মী, উচুক্তগা খোংফৈ চল্লম্মী। লমলেন্দগা শঞ্জেনবর্মদি য়ৌরক্লে, ঈখায়দনা ঈখায় খুদিংদা, শীঙঙুত্তগা নাচোমনিদা য়ৈরম্মী, উচুক্তগা খোংফৈনিদা চল্লম্মী। থব্রায়নিদা মঙা কাবকপা, লমলেন্দগা থৌনাওজম য়ৌবক্লে। চীংঙুতগা লাইতাইনবর্ম্মী, খোইয়ুমদগা তিন্দাইনবম্মী। হে-দিদগা থব্রায় মঙানা কারকপা, লমলেন্নগা মৈজ্রাওনিদা য়ৌরক্লে, চীংঙুদগা লাইতাইনরম্মী খোইয়ুমদগা তিন্দাইনরম্মী ঈখায়দগা ঈখায়নিদা খুদিংদা শীঙঙুত্তগা নাচোম য়ৈবম্মী - উচুক্তগা খোংফৈনিদা চল্লম্মী। হে-দিদগা থব্রায় মঙানগা কারকপা, লমলেন্নগা হিয়াংথাংদি য়ৌরক্লে, হিয়াংথাং লাইবেশ্বীদা লাইতাইনৈ, ঈখাযনিদা ঈখায় খুদিংদা শীঙঙুত্তনা নাচোমনিদা য়ৈবম্মী - উচুক্তগা খোংফৈ চল্লম্মী, লাংথবাল মবিলনিদনা ইন্দনা, থব্রায়দগা মঙানিদা কাবক্লে। হে-দিদগা থব্রাযনিদা মঙাক, থব্রায়দগা হামচৎনফবোই মিরেন্নগা হামফোইনফদা, লমলেন্নগা লাংথবালদি কাবদা, হৈপোক লাইরেম্বীদি লাইতাইনৈ, তিনমু ফত্তবদা খাম্বীযো- লাইমুদগা ফত্তবদা খাম্বীয়ো, চীংঙুদগা লাইতাইনরম্মী। থব্রাযনিদগা মঙানিদা কাবকপা, লমলেন্নগা লাংথবালদা অসিদা, পুথিবা ঈপাবুদা লাইতাইনৈ, চীংঙুদগা লাইতাইনরম্মী- খোইয়ুমদগা তিন্দাইনরম্মী, ঈখায়দগা-ঈখাযনিদা খুদিংদা, শীঙঙুত্তগা নাচোম য়ৈরম্মী - উচুক্তগা খোংফৈনিদা চল্লম্মী। লমলেন্দগা লাংথবালদি থল্লম্মী, লমলেন্নগা মোঙশাংগৈদি য়ৌরক্লে, চীংঙুদগা লাইতাইনরর্ম্মী-খোইয়ুমদগা তিন্দাইনবম্মী। নিংথেমচা কারোংনিদা য়ৌরক্লে, ঈখায়নিদা ঈখায়নিদা খুদিংদা, শীঙঙুত্তগা নাচোম য়ৈরম্মী - উচুক্তগা খোংফৈনিদা চল্লম্মী। লমলেন্দগা হৈরাঙ্গোইথোংনিদা য়ৌরক্লে, থব্রায়দগা মঙানিদা কারক্লে, থব্রায়দগা হামচংনফদা, মিরেন্দগা হামফোইনফরোই লমলেন্দনা হৈরাঙ্গোইথোংদি থল্লম্মী, লমলেন্দগা চীংঙামনিংনগা ইনখৎলক্লে, ওইনামদগা লৈকাই তমদনা,

থব্রায়দগা হিগারকপদা হাওবম মরকনিদা য়ৌরক্লে, ঈখায়দগা-ঈখায়নিদা খুদিংদা, শীঙঙুত্তগা নাচোমনিদা য়ৈরম্মী, - উচুক্তগা খোংফৈনিদা চল্লম্মী। ওইনাম লৈকায়নিদা য়ৌরক্লে, ঈরৈমদগা ইমানিদা লাইরেম্বী, চীংঙুদগা লাইতাইনরম্মী, থব্রায়দগা হিগারকপদা, চীংঙাদগা লৈমানিদা লাইতাইনৈ, পিশুমদগা শাফাবীবু তিন্দাইনৈ। হে-দিদগা থব্রায় মঙা কারক্লে, লমলেন্দগা এলাংনিদা লৈকায়নি, থব্রায়দগা মঙানিদা কারক্লে। হে-দিদগা থব্রায়নিদা মঙামক, লমলেন্নগা কৈশাংথোংদি য়ৌরক্লে, ঈখায়দগা-ঈখায়না খুদিংদা, শীঙঙুত্তগা নাচোমনিদা য়ৈরম্মী-উচুক্তগা খোংফৈনিদা চল্লম্মী। হে-দিদগা থব্রায় মঙামক, লমলেন্দগা কৈশামপাত্তা কারক্লে, কৈশামদগা লাইরেম্বীদা লাইতাইনৈ, তিনমুদগা ফত্তবদা খাম্বীহৌ, লাইমুদগা ফত্তববু খাম্বীহৌ, চীংঙুদগা লাইতাইনরম্মী। থব্রায়দগা মঙানিদা কারকপা লমলেন্দগা থোকচোম লৈকায় য়ৌরক্লে, লমলেন্দগা থোকচোম লৈকায় তুংওইনৈ, লমলেন্দগা কাংঙবম লৈকায় য়ৌরক্লে, থব্রায়দগা মঙানিদগী কারক্লে, যুমজাওদগা লাইরেম্মাদি ইমাবু, চীংঙুদগা লাইতাইনরম্মী-খোইয়ুমদনা তিন্দাইনবম্মী, থব্রায়দগা হামচৎনফরোই-মিরেন্দগা হামফোইনফরোই। লমলেন্দাগা ব্রাহেং লৈকাই য়ৌরক্লে, ব্রাহেংবম লাইরেম্বীদি লাইতাইনৈ থব্রায়দগা মঙানগা কারকপা, কৈথেলদগা লাইরেম্মাদি ইমানা, নুংতিদগা নুমিৎনিদা খুদিংগী, অরৈতগা-লৈতনিদা পুম্নমক, থৌশিতগা-থৌগাইনিদা তমফমনি, কৈথেলদগা লাইরেম্মাদি ইমাও, চীংঙুদগা লাইতাইনরম্মী-খোইয়ুমদগা তিন্দাইনরম্মী। থব্রায়দগা মঙানিদা কারকপা ঈব্রাংলি ঈখায়নিদা থীংলম্মী। নাগদগা লাকপনিদগা ঈকারম, য়াদিদগা মবিলনিদা ইন্দনা, থব্রায়দগা মঙানিদা কারকপা, লমলেন্দগা নাগনিদা মপালনি, লাইনিংথৌদগা ঈশিংনি চাইববু, তিনমুদগা ফত্তবদা খাম্বীহৌ, লাইমুদগা ফত্তববু খাম্বীয়ু, চীংঙুদনা তিন্দাইনরম্মী-খোইয়ুমদগা লাইতাইনরম্মী। থব্রায়দগা মঙানিদা কারকপা, লমলেন্দগা কাংজাবীদা মরিন্দি, নাহাদগা মাঙদি মরিলনি, শীঙঙুত্তনা নচোমনিদা য়ৈরম্মী-উচুক্তনা খোংফৈনিদা চল্লম্মী। হে-দিদগা থব্রায়না মঙামক, নাগদগা মরিলনিদা ইন্দনা, থব্রায়দগা মঙানিদা কারকপা, নাগদগা লাকপনিদা ইকারম, চখাবনিদিনা তোরৈথেক, য়াদিদগা মরিল ইন্না কারকপা, লমলেন্নগা খুয়াথোংদি য়ৌরক্লে, ঈখায়দগা-ঈখায়নিদা খুদিংদা, শীঙঙুত্তনা নচোম য়ৈরম্মী, উচুক্তগা খোংফৈনিদা চল্লম্মী। হে-দিদগা থব্রায়নিদা কারকপা, নাগাদগা লাকপা ইকারম, চখাবদি তোরৈথেক, চীংঙুবগী হিথাংফমদি য়ৌদনা, ব্রাগৈদগা হিদি থাঙঙেদো, থব্রায়দগা মঙা কাখৎলক্লে, ইখুন্দা

খুনপুক অসিগী, তিনমুদগা ফত্তবদা পুম্নমক, লাইমুদগা ফত্তবা পুম্নমক, পুকচৎতগা-ইফাইলাইদি পুম্নমক, ফুগ্রিদগা-ফুগ্রাঙলাইদি পুম্নমক, ব্রাগৈদগা হিপোৎ- থন্না হাপ্লগা, ব্রাগৈদগা হিদি হনখরে, ঈখায়দনা ঈখাযনা খুদিংদা, শীঙঙুত্তনা নচোম য়ৈরম্বা, উচুক্তনা খোংফৈ চল্লম্বা, চল্লম্বা-য়ৈরম্বা ফুক্তোক্লে হায়বগা ব্রাগৈদগা হিদি হনলকপনা, লমলেন্দগা চীঙদি চীঙনুংহুত্তা, ব্রাগৈদনা হিজিগাংনগা য়ৌখরে, ফত্তবদনা-হাওথিবা খুদিংদি, চীঙনুংদগা হুক্তিনা হুত্তংঙাদা, ঈরিকনা কোঙ্গোল তাকপগুম্ন তাকখিসনো। হে- দিদগা থব্রায়নিদা মঙামক, ইবুংঙো-ইবেম্মাদি অনিগী থব্রাযদগা হামচৎনফদা - মিরেন্দগা হামফোইনফদনা, চখাবদা লাইনিংথৌগী থব্রায়নি, মশানৌ লিক্লাইনিদা লৈমগী, থব্রায়নিদা মঙা কাবক্লে, তুবেলদগা চাংজৌনিদা মপান্দা, থব্রায়দগা নংবু কোল্লগে, থব্রাযদগা ঐনা লৈঙম্লোই, ইঙাদগা নোংলেন নোংখোং কুংনা চু, লাইজদগা ইহৌরকপদা, থব্রায়দগা ঐনা লৈঙমলোই। হে-দিদগা থব্রায মঙামক চীংঙুবদা লাইকোননুংশিদা থব্রায় মঙামক চংলসে, কোম্ছোংদগা লাংদা কোল্লগে, থব্রায়দগা ঐনা লৈঙমলোই, কোম্ছোংদগা অপাম্বগী খুভমনি চীংঙুদগা লাইগীদমক লাইমাঙদি, য়াদিদগা চুথেকনিদা মরিদা, থব্রায়দগা মঙানিদা কোল্লগে, থব্রায়দগা ঐনা লৈঙমলোই, থাঙজীঙগী য়াদিদগা য়াথোকফম, মাবজীঙগী য়াদি যাথোকফম, থব্রায়দগা ঐনা লৈঙমলোই, কৌব্রুগীদা য়াথোকফমদি অসিদা, থব্রাযদগা ঐনা লৈঙমলোই। নুংতিদগা নুমিৎনিদা খুদিংগী, থব্রায়দগা মঙানিদা পোত্থাফম, তাইবংদগা শেম্বনিদা মপুদি, নয়ুনগা খোইয়ুমনিদা শীদবনা, নুমিত্তগা খুদিংগীদা পোত্থাফম, অচিকপনসু য়ৌদ্রবা-অশাবনসু চূদ্রবা থব্রায়নিদগা মঙানিদগা পোত্থাবে।

*কনাগুম্বা ওঝাশিংনা হৌজিক্কি মতমদদি অয়ুক্কি পেনা যাকাইবা লোইরবা মতমদা মথক্কি অসি ফাওবা শক্তুনা লাইবৌলা থাফমদা থব্রায় থম্নবসু য়াওই। নুংথিলদনা হোইবৌ হযা লাওবগা মখাগী ঈশৈ অসি শকনৈ। অদুবু মমংঙৈদদি হৌবদগী লোইবা ফাওবা লেপ্তনা শক্লরম্মী।*

থব্রায়দগা পোত্থাবম্ববু, লাইবৌদগা লাগীদা মথক্তা, থব্রায়দগা পোত্থাদনা লৈরম্বা, থব্রায়দগা য়ুমজংনিদা তাল্লশে, চীংঙুবগী ইচুমনিদা তাফমদা, থব্রায়দগা মঙানিদা কোল্লগে, থব্রায়দগা ঐনা লৈঙমলোই, ঈগীদগা ঈরম তরেৎনগা চেনফমনে, খোংগীদগা খোংলম মাপল লৈবনে, থব্রায়দগা ঐনা লৈঙমলোই।

হে-দিদগা থৱায় মঙামক, মাঙ্গোলদগা লাংদা কোল্লগে, মাঙ্গোলদগা অপাম্বগী খুভমনে - থৱায় ঐনা লৈঙমলোই, ইবুংঙো-ইবেম্মদি অনিগী, থোঙজিন্দগা মপালনিদা অসিদা, থৱায়দগা মঙানিদা কোল্লগে, থৱায়দগা ঐনা লৈঙমলোই, থোঙজিন্দগা মপালনিদা লৈঙমলোই, থোংঙাদগারেনগী খুভমনে, লুখুমনগা কাদা কোল্লগে, য়াৱাদগা শুজানিদা নমগনি, নিংঙোলদগা কাদা কোল্লগে, তেকতাদগা লাইকোয়নিদা চুগনি, উবেপতগা মপানিদা কোল্লগে, থৱায়দগা ঐনা লৈঙমলোই, লৈনুংদগা থোংঙারেলগী খুভমনে, য়দিদগা থৱায় ঐনা লৈঙমলোই। লৈমরেলনগা কাদা কোল্লগে, ইমাদগা লৈমরেলনিদা শীদবী, য়াদিদগা তন্না খুভমনে, চাখুমনগা কাদা কোল্লগে, খাম্বীদগা মৈশানগা লাঙগনি, থৱায় ঐনা লৈঙমলোই, হে-দিদগা থৱায় মঙামক, শঙ্গোংনগা কাদা কোল্লগে, লাইনিংথৌদগা সনানিদা মহিগী, য়াদিদগা তন্ননিদা খুভমনে, ফুঙ্গাদগা লাইরুনিদা কোল্লগে, থৱায়দগা ঐনা লৈঙমলোই, ইমোইনু অহোং-অচাওবীগী খুভমনে, চীংঙুবগী ফম্মাং অসিদা, থৱায় মঙা কোল্লগে, থৱায় ঐনা লৈঙমলোই, নম্মুনগা তাইবং ওইবগী, হেদো-নাহে চনফমনি, লুতুংনগা খোইবাক শাফমনি, থৱায় ঐনা লৈঙমলোই, তৌরাং ফক্তা ওনফমনে, হয়োনগা মনুং চংফমনে, থৱায় ঐনা লৈঙমলোই, চীংঙুগীনা ফম্বাল থক্তা থৱায় মঙা কোল্লগে, থৱায় ঐনা লৈঙমলোই। ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিগী, খোঙগীনা খোঙনম্মা অসিদা, থৱায় মঙা কোল্লগে, খুজেংদবু কোল্লগে, খুমন্তবু কোল্লগে, খুরায়দবু কোল্লগে, খুপোমদবু কোল্লগে, খুউর্ণীনা কাঙ্গোইদা কোল্লগে, ফৈগন্দবু কোল্লগে, ফৈরুদবু কোল্লগে, নিংদুদবু কোল্লগে, খ্বাংগীনা ফিথোংফমদা থৱায় মঙা কোল্লগে, যাঙলেন্নগা-যাগা কোল্লগে, লেংজম-লেংপাক্তা কোল্লগে, লুখমদবু কোল্লগে, লৱাইদবু কোল্লগে, লাইবক্লগা খেল্লাইদা কোল্লগে, পিংুম-পাগোইদা কোল্লগে, নখাংদবু কোল্লগে, মিৎচিদবু কোল্লগে, নাতোন্নগা-নাকচিদবু কোল্লগে, নাতোন্দবু কোল্লগে, নাতোন্নগা শুমাঙদবু কোল্লগে, চিম্বালনগা মথক-মখাদা - থৱায় মঙা কোল্লগে, যারিনগা-খোংজিদা কোল্লগে, লৈতোন-থক্তা কোল্লগে, লৈয়েং-থক্তা কোল্লগে, লৈ-পাকথক্তা কোল্লগে, চাকয়োৎফমদা কোল্লগে, খৌরিনগা তোংদমদা কোল্লগে, তেঙখলদবু কোল্লগে, চরমদবু কোল্লগে, ঙনফমদবু কোল্লগে, থজিন্নগা লকাদা কোল্লগে, হে-থৱায় মঙামক - মিগনা থানা তরুকমক, থৱায় হামচৎনফদে - মিরেলনগা হামফোইনফদে, খোইদৌমখা অসিদা খুদোলনগা অনিমখায় য়াদি তন্নদগা চথবা, সনানগা কোমফু লৈবনে,

লুপাগী ক্নাগোক লৈবনে, সনানগা কোমফু'নুংদা লুপানা ক্নাগোক'নুংদা, থব্রায়নগা হামচৎনফদা-মিরেলনগা হামফোইনবদা, উনবী'নুংদা, কোল্লগে, নুংনাঙ কোন্দা কোল্লগে, 'হ্যি' হায়না কোল্লগে, 'হয়া' হায়না কোল্লগে, 'হয়ি-হে হয়া-হে হযা হ্যা' হাযনা কোল্লগে, থব্রায হামচৎনফদা - মিবেলনগা হামফোইনদবা, ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিগী থব্রাযনিদা মঙামক, মিগনা থাগা তরুকমক, থব্রায় হামচৎনফদা-মিবেলনগা হামফোইনদবা, উনবীনুংদা কোল্লে, নুংনাংনগা কোন্দা কোল্লে, হ্যি হ্যি হযা-হযা হাযনা থব্রাই মঙা কোল্লে। (*হৌজিক্কী মতমদদি কৈনিং কুমদ্রবনিনা খুন নত্রগা লৈকাযদুগী মীযামসু মখাগী ঈশৈ অসি শক্নুনা "থব্রায়-মি" কোন্নবে।*) অসিগী মখা লাকপদা থব্রায মঙা-মিগা থাগা তরুকমক, ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিমক্কী থব্রাযদি কোল্লে, তাইবং ওইবা ঐখোয়, নশু ওইবা - নশু ওইবী ঐখোয পুম্নমক্কীসু, চীংঙু নথৌ খনবা যাও, খোইযুম লাল্লুপ কাবা য়াওবানিনা তাইবং ওইবগী থব্রায় মঙামকসু কোল্লম্লগে

হেদিনা থব্রায মঙামক, মিগনা থানা তরুকমক, ইখুননা খুনপুকলেন অচংবা, খুনখা মবাংহৌনা - খুঘুক মনিল নাইনা, নোংপোক-নোংচুপ কেনা, চীংঙু নথৌ খল্লকপা - খোইযুম লাল্লুপ কাবক া, থব্রায় হামচৎনফদা - মিবেলনগা হামফোইনদবা, থব্রায় মঙামক কোল্লবনে, ফেনজিবৈ-ফেনজিরৈ, ফেনজি লোঙখুম চিল্লোকলৈ, নোংদোন খৌবি লৈপুনলৈ, যোইময়াইদা পোল্লগা - তাওদনবদা শাংপা লৈ, থবিবেন্দা হেক্লগা - শেনগোইবেন্দা চিনবালৈ, নুং-পান পুন্সিলৈ, ফত্রবসু চিন্নলৈ - যামদ্রবসু চাইশিনলৈ, শীংঙেল্লা লৈপুন শাবা লৈ, লৈবাংদগা খযোম লৈনৌবা, পাখং কুমশিং লোন্দা খোংগী মাপল তানফংলৈ, নিংঙোলনগা কুমশিংলোন্দা খোংগী তবেৎনগা তানফংলৈ, পন্থৌ পুন্সি ঈখাযলৈ, পলেমনগা পুন্সি ঈখোমলৈ, লৈবাংনগা লৈতোল থৎলগা, পলেম-পন্থৌ পুম্নমক, পুন্সিলৈদি পীবিযু, পাবিনগা ইমোম পুম্নমক পুন্সিলৈদি পীবিয়ু চীঙদা কাবসু থুংবীযু, লমদা চংপসু থুংবীযু, পাত্তা কুমখিবসু থুংবীয়ু, লৈরাংনগা লৈতোন পুম্নমক, ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিনা পীবিযদি পুন্সিলৈ, পলেমনগা-পন্থৌ পুম্নমক পুন্সিলৈদি ফংজরে। পারিনগা-ইমোম পুম্নমক পুন্সিলৈদি ফংজবে, লমদা লৈবসু ফংজবে, পাত্তা কুম্বসু ফংজবে, চীঙদা কাখিবসু ফংজরে, লৈরাংদগা লৈতোন থুংনা য়াদি তন্না ফংঙে, থব্রায় হামচৎনফদা - মিরেলনগা হামফোইনফদা, উনবী নুংদা কোল্লবনে, নুংনাং

কোন্দা কোল্লবনে, হয়ি-হে হয়া-হে হয়ুম-হয়ুম হায়না কোল্লবনে। হে থৱায় মঙামক মিগা থানা তরুকমক থৱায় হামচৎনফদা - মিরেল হামফোইনফদা উনবিনুংদা কোল্লবনে, ইবুধৌ-ইবেম্মৌ অনিমক্তা থৱায় হামচৎনহনবীগনো - মিরেল হামফোইনহনবীগনো।

মসিগী মখা তাবদা থৱায় য়াইবীরেল শিদবা, শ্বব শাঙনা চৎখিবসু শ্বর শাঙনা হঞ্জিঞ্জগে, শ্বর তেন্না চৎখিবা শ্বর তেন্না হঞ্জিঞ্জগে, হযিচাসু হয়াচা হয়াচাশু হয়িচা-হয়ুম-হয়ুম হাযনা পোত্থাগবিগবা মঙায়রে।

মতাং অসি লোইবগা পেনা খোংবা অশৈবনা পেনাগী উতোংদা শ্বর হঞ্জিন্নবা তরুক্লক চুপকনি।

*খওজীনবীগদবা ঃ হোইরৌ হজিনবা আসিদা "থৱায়-মি" কোল্লিবা অসিনা লাইগী থৱায় মি কোল্লিবনি। কৈনিংকুনবদা থৱায়-মি কোল্লিবসিনা খুন নত্রগা লৈকাই অদুদা লৈরিবা মীওইশিং অদুগী থৱায়-মি কোল্লিবনি হায়না গুরুশিংনা তাকপিবম্মী।*

-ঃ ঃ-





